# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড মাপলশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিবাজগোস্বামিবিবচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল মাওবা

# শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড মাপলগুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানুবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা দবা

অমসুং শীতলজিৎ-না কোঙবা।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

(৩) পাইওনিযর ট্রেডিং কোং,

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ১৯৯৩



মমল লুপা ৪০ ০

# আদি লীলা

## তরামরিশুবা পরিচ্ছেদ

### মুল ১

কথঞ্চন স্মৃতে যস্মিন্ দুষ্করং সুকরং ভবেৎ।

বিস্মৃতে বিপরীতং স্যাৎ শ্রীচৈতন্যং নমামি তম ॥ ১ ॥

**শব্দার্থ**

কথঞ্চন - মও, করিনো অমদা, স্মৃতে—নীঙশীঙবদা, যস্মিন—মাবু, দুষ্করম—পাঙথোকপদা বাববা থবক, সুকরম্—লাঈনা পাঙথোরঙাই, ভবেৎ—ওই, বিস্মৃতে—কাউরগদি বিপরীতম—ওন্ন-তৈনবা হাযবদি অরায়বসু রানঙাই, স্যাৎ—ওই, শ্রীচৈতন্যম—শ্রীচৈতন্যবু, নমামি—খুরুমজবি, তম—মহাকপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মও করিনো অমদগী মাবু নীঙশীঙলুবদা বাগদবা থবক অদু ইলায হেক লায়, অদুগা মাবু কাউথোরবদি ওন্ন-তৈনবা ওই হাযবদি অরাযবদুসু রানঙাই ওই, অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্য মহাকপু ঐনা খুরুমজরি।

**নৈনরোল**

শ্লোক অসি হরিভক্তিবিলাস-দগী লৌথোকপনী ( ১০/১ )।

### মূল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।

জযাদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

**শব্দার্থ**

জয় জয়—খুরুমজবি, খুকমজরি, শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্যবু, জয—খুরুমজরি, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দবু, জয়—খুরুমজরি, অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু, জয়—খুরুমজরি, গৌরভক্তবৃন্দ—শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী ভক্তশিংবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যপ্রভুবু, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্র প্রভুবু অমুগা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী ভক্তশিংবু খুরুমজরি।

## মূল ৩

প্রভুর কহিল এই জন্মলীলা সূত্র।
যশোদানন্দন যৈছে হৈল শচীপুত্র ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর – শ্রীচৈতন্য প্রভুগী, কহিল – হাযজখ্রে এই – হৌজিক্, জন্মলীল -সূত্র– পোকপগী সূত্র, যশোদা-নন্দন– যশোদাগী মপাবিনা, যৈছে – মগুম্ করম্না, হৈল—ওইখি শচী পুত্র– শ্রীশচীগী মপাবি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীযশোদাদেবীগী মপাবিনা শ্রীশচীদেবীগী মপাবি ওইখি হাযবগী মতাঙদা শ্রী চৈতন্য প্রভুগী জন্মলীলাসূত্র হৌজিক্কা হাযজখ্রে।

### টৈমনরোল

তরাহুমদোইশুবা পরিচ্ছেদদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীচৈতন্যপ্রভু ওইখিবগী রাদো হাযজখ্রে হায়না গ্রন্থকারনা হায়রী।

## মূল 8

সঙ্ক্ষেপে কহিল জন্মলীলা-অনুক্রম।
এবে কহি বাল্যলীলা-সূত্রের গণন ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

সঙ্ক্ষেপে – শম্না; কহিল– হাযজখ্রে জন্মলীলা অনুক্রম– পোকপগী রা মথঙ-মনাও এবে– হৌজিক, কহি—হাযভবগে, বাল্য-লীলা-সূত্রের—বাল্যগী মতাঙদা হৌখিবা লীলাগী সূত্রগী, গণন—শীঙথাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পোকপা-লীলাগী সূত্রশু শম্না হায়খ্রে হৌজিক বাল্যগী মতাঙদা তৌখিবা লীলাগী সূত্রশু শীংথরগে।

## মুল ৫

বন্দে চৈতন্যকৃষ্ণস্য বাল্যলীলাং মনোহরাম্ ।
লৌকিকীমপি তামীশচেষ্টয়া বলিতান্তরাম্ ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

বন্দে - খুরুমজরি . চৈতন্যকৃষ্ণস্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ; বাল্যলীলাম— বালাকালগী লীলাবু মনোহরাম— পৃথীঙ-হুনঙাই-ওইবা লৌকিকীম —মীয়ামগী ওইবা অপি—সু তাম মত্তবু, ঈশচেষ্টয়া - ঈশ্বরগী থৌদোনা , বলিতান্তরাম— মনুঙদা যাওবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী বালা-লীলাদো মীয়ামগী মতৌদা শান্নবা লীলা ওইরবসু ঈশ্বরগী থৌদোনা থনবা ঙাক্তনী, অদুগুম্বা বাল্যলীলাব এনা খুরুমজরি ।

### টৈনবোল

প্রভুগী বাল্যলীলাদু মবলীলা মাল্লবসু মনুঙদদি ঈশ্বরনা তৌবা থৌদোগুম্বা মীয়ামগী নত্তবা থোৗদো যোঙদোক্লম্মী । ইমুংদা ধ্বজ-বজ্র-নচিংবা খুযাগী খুদম উৎপা, অদুগা মখুযাদা হায়রিবা খুদমশিংসে উৎপা, লৈপাক চাবগা তত্ত্বগী বা তাকপা অতিথি-ব্রাহ্মণগী চাক চাবা, হুরানবগী মবেংবান্দা যুমদা হল্লকপা বিষ্ণুগী নৈবেদ্য চাবা, যুবা পুবকপা, মমাবেম্মগী নাব্বন্দা হিপ্লিডৈদা লাইশিনা লাকপা কবিমতসু শিদবা থোঙদা নপুব মখোল থোকহনবা, ব্রাহ্মণ হুমুবনা জগন্নাথমিশ্রগী মমঙদা মিশ্রবু শাউনা রা হাযবম্বা—অস্রিনচিংবা খবক্তা প্রভুগী লৌকিকী ওইবা বাল্যলীলাদা ঐশ্বর্য্য ( ঈশ্বরগী ওইবা মতৌ ) ফোঙখি ।

## মুল ৬

বাল্যলীলায় আগে প্রভুর উত্তান-শয়ন ।
পিতামাতার দেখাইল চিহ্নচরণ ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

বাল্যলীলায—বাল্যলীলাদা, আগে—অহানবদা; প্রভুর—মহাপ্রভুগী, উত্তান-শয়ন—লোংনা হিপ্পা, পিতামাতায়—মপামমাদা, দেখাইল—উংখি, চিহ্নচরণ—খুদম য়াওবা খোঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবদা বাল্যলীলাদা প্রভুনা লো৲না চেপ্পী, মহুদা মপাবুংগা মমাবেম্মগদা খোঙগী চিহ্নশিংহু উংখি।

### মূল ৭

গৃহে দুইজন দেখে লঘু পদচিহ্ন।

তাহে শোভে ধ্বজ বজ্র শঙ্খ চক্র মীন॥ ৭॥

### শব্দার্থ

গৃহে—ইমু৲দা, দুইজন—অনীনা দেখে—উই, লঘু—অপীকপা, পদচিহ্ন—খোঙ্গুল তাহে মহুদা, শোভে—লৈতেঙ ওইনা ফজবি, ধ্বজ—ফিরাল, বজ্র—নোংমৈশিঙজঙ, শঙ্খ—মোইবু৲, চক্র কা খোঙ, মীন—ঙা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মনুংদা মখোয অনীনা (জগন্নাথমিশ্রগা শচীগনা) অপীক-অপীকপা খোঙ্গুল উখি। খোঙ্গুলদা ফিরাল, বজ্র, মোইবুং, কা৲খোঙ অমদি ঙানা লৈতেংলম্মী।

### মূল ৮

দেখিয়া দোঁহার চিত্তে জন্মিল বিস্ময়।

কার পদচিহ্ন ঘরে, না পায় নিশ্চয়॥ ৮॥

### শব্দার্থ

দেখিযা—উরগা, দোঁহার—অনীগী, চিত্তে—থম্মোইদা, জন্মিল—পোকখি, বিস্ময়—ঙকপা, কার—কনাগী, পদচিহ্ন—খোঙ্গুল, ঘরে—ইমুংদা, না পায়—ফংদে, নিশ্চয়—অরেপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পদচিহ্নশিং উবগা মথোয় অনীগী থম্মোইদা অঙকপা অমা পোকখি। কনাগী পদচিহ্ন ওইবিগবা হৈমুদা লৈবম্লিবসে হায়ফমনা অবেপ্পা খঙলমদে।

মূল ৯

মিশ্র কহে—বালগোপাল আছে শিলা সঙ্গে।

তেঁহো মূর্ত্তি হঞা ঘরে খেলে জানি রঙ্গে ॥ ৯ ॥

শব্দার্থ

মিশ্র—শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা কহে—হায়, বালগোপাল—বাল-কৃষ্ণ, আছে—লৈ, শিলা—নঙ, শালগ্রাম নঙ, সঙ্গে—লোয়নন, তেঁহো—মহাক্না, মূর্ত্তি হঞা—মূর্ত্তি ওইদুনা, ঘরে—য়ুমদা, খেলে—শান্দৈ, জানি—খঙডী, রঙ্গে—নুংঙাইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা হায়—শালগ্রাম শিলাগা লোয়ননা বালগোপাল কৃষ্ণদু লৈ হায়রগদি বালগোপাল অদু শালগ্রাম শিলা ওইনা লৈ। মহাক্না মূর্ত্তি লৈদুনা চোংথোক্লগা য়ুমদা নুংঙাইনা শান্নরিবনী হায়না খল্লি।

মূল ১০

সেইক্ষণে জাগি নিমাই করয়ে ক্রন্দন।

অঙ্কে লৈয়া শচী তাঁরে পিয়াইল স্তন ॥ ১০ ॥

শব্দার্থ

সেইক্ষণে—খুদক অদুমক্তদা, জাগি—তুম্বদগী হৈগৎলগা, নিমাই—নিমাইনা, করয়ে—তৌয়ি, ক্রন্দন—কপ্পা, অঙ্কে—অম্পাক্তা লৈয়া—লৌবগা, শচী—শ্রীশচীদেবীনা, তাঁরে—মঙোন্দা, পিয়াইল—পিথকখি, স্তন—খোম্লাং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুদক অদুমক্তদা তুম্বদগী মীৎকপ থোক্তুনা নিমাই কপ্লকখি। শ্রীশচীদেবীনা মহাকপু মতম্বাক্তা লৌবগা খোম ইল্লম্মী।

## মূল ১১

স্তন পিয়াইতে পুত্রের চরণ দেখিল।

সেই চিহ্ন পায়ে দেখি মিশ্রে বোলাইল ॥ ১১ ॥

### শব্দার্থ

স্তন—খোম্না। পিযাইতে—পীথকপদা, পুত্রের—মচান্নুপাগী, চরণ—খোঙ, দেখিল—উকরে, সেই চিহ্ন—খুদমশিংদো, পায়ে—খোঙদা, দেখি—উত্লনা, মিশ্রে—জগন্নাথ মিশ্রবু, বোলাইল—কৌখি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশচীদেবীনা খোম ইনবদা মচান্নুপাগী খোঙ অত্তু উখি। চিহ্নশিং মখাঙদা উরগা (শচীমাতানা) শ্রীজগন্নাথ মিশ্রবু কৌশল্লম্মী।

## মূল ১২

দেখিযা মিশ্রের হৈল আনন্দিত মতি।

গুপ্তে বোলাইল নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

দেখিযা—উরগা, মিশ্রের—শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী, হৈল—ওইখি, আনন্দিত—নুংঙাইবা, মতি—পুক্নীঙ, গুপ্তে—লোন্না হাযবদি মী খঙহন্দবমখৈ, বোলাইল—কৌহনখি, নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী—শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তীব।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(পদচিহ্নত্তু) উরগা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী পুক্নীঙ নুংঙাইজখি। লোন্না হাযবদি অতৈ কনামতবু খঙহন্দনা শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তীবু কৌহনখি।

## মুল ১৩-১৪

চিহ্ন দেখি চক্রবর্ত্তী বোলেন হাসিযা।

লগ্ন গণি পূর্ব্বে আমি রাখিযাছি লিখিযা ॥ ১৩ ॥

বত্রিশ লক্ষণ মহাপুরুষ-ভূষণ।

এই শিশু-অঙ্গে দেখি সে সব লক্ষণ ॥ ১৪ ॥

### শব্দার্থ

চিহ্ন—খূদম , দেখি—উবগা , চক্রবর্ত্তী—শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা , বোলেন—হায , হাসিয়া—নোক্লুনা , লগ্ন—জন্ম-লগ , গণি—হোৎলগা , পূর্ব্বে—নহান্না , আমি—ঐনা , রাখিযাছি—থমখ্রে , লিখিযা—ইতুনা , বত্রিশ—কুন্থ্রানীথোই , লক্ষণ—চিহ্ন , মহাপুরুষ-ভূষণ—মহাপুরুষগী ওইবা লৈতেংনী এই শিশু-অঙ্গ—অঙাঙগী মশাসিদা , দেখি—উই , সে সব—মতু পূম্বা , লক্ষণ—চিহ্ন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিমাইগী পদচিহ্নতু উবগা শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা নোক্লগা হাযবম্মী—জন্মলগ্ন হোৎলগা ঐনা ইতুনা থমখ্রবনী । মহাপুরুষগী লৈতেং ওইবা লক্ষণ কুন্থ্রানীথোইনী । লক্ষণ পূম্বতু অঙাঙগী মছাসিদা উইয়ে ।

### তৈনরোল

নিমাইগী জন্মলগ্নদস্তু মহাপুরুষগী লক্ষণ লৈ, অতুগা মহাক্কী হকচাঙদস্তু মহাপুরুষগী লক্ষণ কুন্থ্রানীথোইদো লোইনা লৈ ।

### মূল ১৫

পঞ্চদীর্ঘ পঞ্চসূক্ষ্মঃ সপ্তরক্ত ষডুন্নতঃ ।
ত্রিহ্রস্ব-পৃথু-গম্ভীরো দ্বাত্রিংশল্লক্ষণো মহান ॥ ১৫ ॥

### শব্দার্থ

পঞ্চদীর্ঘ—অঙ্গ মঙা শাংবা , পঞ্চসূক্ষ্ম—অঙ্গ মঙা কূপ্পা , সপ্তরক্তঃ—অঙ্গ তরেৎ ঙাঙবা ; ষডুন্নত—অঙ্গ তরুক ৱাংবা , ত্রিহ্রস্ব-পৃথু-গম্ভীর—অঙ্গ অহুম তেনবা, অঙ্গ অহুম পাকপা, অতুগা অঙ্গ অহুম গম্ভীর ( চীঙলেম্বা ) , দ্বাত্রিংশৎ-কুন্থ্রানীথোই , লক্ষণ—চিহ্ন চেনবা , মহান্—মহাপুরুষ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপুরুষগী লক্ষণ কুন্থ্রানীথোইনী, মতুদি—অঙ্গ ( হকচাং কাযাৎ ) মঙা শাংঙী, অঙ্গ মঙা কূপ্পী, অঙ্গ তরেৎ ঙাঙঙী, অঙ্গ তরুক ৱাংঙী, অঙ্গ অহুম তেল্লী, অঙ্গ অহুম পাকযি অতুগা অঙ্গ অহুম গম্ভীর (চীঙলেম্বা) ওই ।

## চৈনরোল

শ্লোক অসি সামুদ্রিক-তগী লৈথোকপনী ( ৩ )।

পঞ্চদীঘ হাযবদি শা লিবা অঙ্গ মঙাদি নাতোল ( নাসা ), পাম্বোম ( ভুজ ), খাযাৎ ( হনু ), মীৎ ( নেত্র ), খুকউ ( জানু ) অসিনী।

পঞ্চসূক্ষ্ম হাযবদি অপীকপা নত্রগা কুপ্পা অঙ্গ মঙাদি উস্না ( ত্বক্ ), শম ( কেশ ), খুৎচাগী তা ( অঙ্গুলি পর্ব্ব ), যা (দন্ত), ত (রোম) অসিনী।

সপ্তরক্ত হাযবদি মচু-ঙাওবা অঙ্গ তবেংতি মীৎপান ( নেত্রপ্রান্ত ) খুযা ( পদতল ), খুবাক ( করতল ), ঙৌ ( তালু ), চীন্বান ( ওষ্ঠাধর ), লৈযেঙ ( জিহ্বা ), খুজিন ( নখ ) অসিনা।

ষট্-উন্নত হাযবদি বাংবা ( তোঙবা ) অঙ্গ তঙ্গতি থবাক (বক্ষ স্থল) লে বান ( স্কন্ধ ), খুজিল ( নখ ), নাতোল ( নাসিকা ) খ্বাও ( কটিদেশ ), মাযতা ( মুখ ) অসিনী।

ত্রিহ্রস্ব হাযবদি অতেনবা অঙ্গ অহুমদি ঙক (গ্রীবা), ফবাক (জঙ্ঘা), অযীযম ( মেহন ) অসিনী।

ত্রিপৃথু হাযবদি অপাকপা ( বিস্তীর্ণ ) অঙ্গ অহুমদি খ্বাও ( কটিদেশ ) নাইবক ( ললাট ), থবাক ( বক্ষ স্থল ) অসিনী।

ত্রিগম্ভীর হাযবদি চাওলেম্বা ( গম্ভীর ) অঙ্গ অহুমদি খোযাদো ( নাভি ), সোর ( স্বর ), লৌশিং ( বুদ্ধি ) অসিনী।

### মূল ১৬-১৭

নারাযণের চিহ্নযুক্ত শ্রীহস্ত চরণ।
এই শিশু সব লোকের করিবে তারণ ॥ ১৬ ॥
এইত করিবে বৈষ্ণব ধর্ম্মের প্রচার।
ইহা হৈতে হবে দুই কুলের উদ্ধার ॥ ১৭ ॥

### শব্দার্থ

নারাযণের—শ্রীনারায়ণগী, চিহ্নযুক্ত—খুদম য়াংবা, শ্রীহস্তচরণ—খুৎকা খোঙগা, এই শিশু—অঙাঙ অসিনা, সব লোকের—মী পুম্নমক্কী,

করিবে—তৌগনী, তারণ—লানবীবা, এইত—মসিমক্বা, বৈষ্ণব ধর্ম্মের—বৈষ্ণব ধর্ম্মগী, প্রচার—শন্দোকপা, ইহা হৈতে—মঙোন্দগী, হবে—ওইগনী, তুই অনী কুলেব শাগৈ অনীগী হাযবদি ইপাবোমগী ইমাবোমগী উদ্ধাব অবান থৃভম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্‌পা

( অঙাঙসিগী ) থৃৎ-থোঙসি শ্রীনাবাযণ কৃষ্ণগী চিহ্নঙাক্না যাংবেনী। অঙাঙসিনা মী পূন্নমবপু লানবিগনী। মসিমবা বৈষ্ণব-ধর্ম্ম শন্দোক্লগনী। মহাক্কী মপান্না মপাবোমগী মমাবোমগী শাগৈ অনীমক্কী অবানথুভম ওইগনী।

মুল ১৮-১৯

মহেৎসব কব সব—বোলাহ ব্রাহ্মণ।
আজি দিন ভাল, কবিব নাম-কবণ॥ ১৮॥
সর্ব্বলোকেব কবিব ইঁহো, ধাবণ-পোষণ।
বিশ্বম্ভব নাম ইঁহাব এইত কাবণ॥ ১৯॥

শব্দার্থ

মহোৎসব—উৎসব অচৌবা কব তৌবো, সব লোইনমক্কা, বোলাহ—কৌহল্লুবো, ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ, আজ দিন—ঙসিগী নুমিৎ ভাল—ফৈ, কবিব—তৌগে নাম কবণ—মিংথোনবা, সর্ব্বলোকেব—মী পূন্নমক্কী কবিব—তৌগনী, ইঁহো—মহাকসিনা ধারণ-পোষণ যোকপী শেনবাবা, বিশ্বম্ভব বিশ্বম্ভর, নাম—মিং, ইঁহাব—মহাক্কী, এইত—মসিনী, কাবণ—মবম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্‌পা

মহোৎসব অমা তৌবসি, ব্রাহ্মণশিং কৌহল্লুবো। ঙসিগী নুমিৎসে ফৈ, অত্থুনা মমিং থোল্লগে। মী পূন্নমকপু মহাক্কিনা যোকপী শেনবীগনী। মবমসিনা মহাক্কী মিং বিশ্বম্ভর কৌববনী।

মৈনচ্ছোল

অঙাঙ পোকপা নুমীত্তগী তবানীশুবা, তরানীথোইনীশুবা, তবামাথোইনীশুবা নত্রগা চাম-শুবা নুমীত্তা, নত্রগা শাগৈগী চংনবী মতুঙ-ইন্না

অফবা নুমীৎ অফবা থাবান্দা অমসুং শুভযোগ-কব। দা অঙাঙগী নামকবণ ( মি,থোনবা ) ফৈ। মতুগী প্রমাণ ওইনা "দিগবিশিষশত হে তৎকুলাচাবতো বা শুভতিথিদিন-যোগে নাম কুর্য্যাৎ প্রশস্তম।"

## মূল ২০

শুনি শচী-মিশ্রের মনে আনন্দ বাঢ়িল।

ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী আনি মহোৎসব কৈল ॥ ২০ ॥

### শব্দার্থ

শুনি - নাকোঙনা তাবগা, শচী-মিশ্রের— শ্রীশচীদেবী অমসুং শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী, মনে—পূক্নীঙদা, আনন্দ— নুংঙাইবা, বাঢ়িল— হেঙ্গৎলম্মী ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণ, ব্রাহ্মণী বামানুবী, আনি পুবতুনা, মহোৎসব— অচৌবা উৎসব, কৈল—তৌখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীগী বাসি তাবগা শ্রীশচীদেবী অমসুং শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী পূক্নীঙদা নুংঙাইবা হেঙ্গৎলম্মী। মখোয়না ব্রাহ্মণ অমদি ব্রাহ্মণী মযাম কৌরুবগা মহোৎসব তৌখি।

## মূল ২১

তবে কথোদিনে প্রভুর জানুচঙক্রমণ।

নানা চমৎকার তথা করাইল দর্শন ॥ ২১ ॥

### শব্দার্থ

তবে— অতুদগী, কথোদিনে—নুমীৎ কয়ানীরোমগী মনূঙদা, প্রভুর —মহাপ্রভুগী, জানু-চঙক্রমণ— শন্ শাবগা চৎপা হৌযি, নানা—মখল মখাগী, চমৎকার—অঙকপা, তথা— মতমতুদা, করাইল দর্শন—উহনখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী নুমীৎ কয়ানীরোম লৈরগা মহাপ্রভুনা শন্-শাদুনা চৎপা হৌযি। মতমতুদা অঙকপা মখল মখল উহনখি।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শন-শাবা হৈবব মতমদা তৌখিবা অডকপা থবক কয়াগী মনুঙদা অমখক শ্রীচৈতন্য ভাগবত কী আদি খণ্ড তৃতীয অধ্যাযদা য়াওবা বারী অমা পনজরি। মো মা প্রভুনা লিল অমা ফাবগা ফম্লম্মী লিল অদুনস্মু প্রভুবু ফৈজা শানা কোনশল্লম্মী। প্রভুস্মু ঙিলগী মথক্তা চেপ্লগা নোত্তনা লৈবম্মী। অউবা মীশিংনা হাই হাই' কবম্মো করম্মো' হায়দুনা লাউনরম্মী। খরনা 'গরুড় গরুড়' হায়না শোল্লম্মী। শচী জগন্নাথ অনীদি কিবদগী কপ্লম্মী। মযাম্না লাঙবদু তাবকপদগী লিল অদু প্রভুবু থাদোক্লম্লগা চংখ্রে। প্রভুনা লিল-দুবু যাগদৌবগী চেল্লম্মী। মতমদুদা মযাম্না মাবু যাবগা হন্না পুবরখি অদুগা রক্ষামন্ত্রনচিংবা পাঠ তৌখি।

## মূল ২২

ক্রন্দনের ছলে বোলাইল হরিনাম।
নারী-সব হরি বোলে, হাসে গৌরধাম। ২২ ॥

### শব্দার্থ

ক্রন্দনের—কপ্পগী, ছলে—তাৎনা, বোলাইল—শোলহনখি, হরিনাম—হরিগী মিংলেন, নারী—নুপী, সব—পুম্বনা, হরি বোলে—হরি শোল্লী, হাসে—নোকযি, গৌরধাম—শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা কপশন্নবগা খ্বাইবু হরিনাম শোলহনখি। নুপীশিং পুম্বনা হরি হরি হাযনা শোল্লী, অদুগা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা নোকযি।

## মূল ২৩-২৪

তবে কথোদিনে কৈল পদচঙক্রমণ।
শিশুগণে মিলি করে বিবিধ খেলন ॥ ২৩ ॥
একদিন শচী খৈ সন্দেশ আনিয়া।
বাটা ভরি দিয়া বৈল—'খাও ত বসিয়া' ॥ ২৪ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী, কথোদিনে—হুমিৎ খরগী মতুঙদা, কৈল—তৌখি, পদচঙক্রমণ--খোঙ থাংদুনা চৎপা, শিশুগণে—অঙাঙশিংনা, মিলি—

## মৈনলোল

প্রভুনা লৈবাক চাবদা শচীমাতানা ঙাঙলম্বদ্দা প্রভুনা থুমখিবা ৱাহ্ তত্ত্ববিচাবগী কথা ঙাক্সী। মতুংদ্বা পাউথুমদি মীংইবা জাতিগী অঙাঙনা পীবা ডম্বা নত্তে। অতুনা তাক্লিবদি প্রভুনা ঈশ্বরগী থৌদৌ উৎপতনী হাযবনী।

### মূল ৩০-৩২

অন্তরে বিস্মিতা শচী বলিল তাঁহাবে।
মাটী খাইতে জ্ঞানযোগ কে শিখাইল তোরে॥ ৩০॥
মাটীর বিকাব অন্ন খাইলে দেহ পুষ্ট হয।
মাটী খাইলে বোগ হয—দেহ যায ক্ষয॥ ৩১॥
মাটীব বিকাব ঘটে পানী ভবি আনি।
মাটী-পিণ্ডে ধরি যবে—শোষি যায পানী॥ ৩২॥

### শব্দার্থ

অন্তবে—পুক্কুংদা, বিস্মিতা—ঙক্লম্বী, শচী—শচীদেবীনা, বলিল—হাযবকযি, তাঁহারে মঙোন্দা, মহাপ্রভুদা, মাটী—লৈবাক, খাইতে—চাননবা, জ্ঞানযোগ—তত্ত্ববিচাব, কে—কনানা, শিখাইল—তম্বিবম্বগে তোবে—নঙোন্দা, মাটীব—লৈবাক্কী, বিকাব—শকহো, অন্ন—অচাপোৎ খাইলে—চাববদি, দেহ—হকচাঙ পুষ্ট—যোকখৎপা হয—ওই, মাটী খাইলে—লৈবাক চাবগদি, রোগ—অনাবা, হয—ওই, দেহ—হকচাঙ, যায—ওই, ক্ষয—মাঙ-তাকপা, মাটীব বিকাব—লৈবাক্সা শকওক্লকপা, ঘটে—চযুদা, পানী—ঈশীঙ, ভবি হাপ্লগা, আনি—পুরকযি, মাটী পিণ্ডে—লৈবাক মতুমদা, ধরি হাপ্লবা, যবে মতমদা, শোষি যায—চুপশল্লী, পানী—ঈশীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীমাতানা মপূক্লীঙদা ঙক্লত্নুনা মচান্নুপাদা হাযবম্মী—লৈবাক চাবগী-দমক জ্ঞানযোগ কনানা নঙোন্দা তাকপীরম্বগে? লৈবাক্সা ওইরকপা অচাপোৎ চারগদি হকচাঙ য়োকপা যাই লৈবাক চারগদি অনাবা পোকযি, হকচাঙ কংশল্লী। লৈবাক্সা শাবা চযুদা ঈশীঙ হাপ্লগা পুবকযি, লৈবাক মতুমদা হাপ্লগদি ঈশীঙদো চুপশল্লী।

## মূল ৩৩

আত্ম লুকাইতে প্রভু কহিল তাঁহারে।
আগে কেনে ইহা মাতা না শিখাইলে মোরে ॥ ৩৩ ॥

### শব্দার্থ

আত্ম—মছাবু, লুকাইতে—লোৎনবা হাযত্নুনা প্রভু—প্রভুনা, কহিল—হাযবম্মী তাঁহারে মঙোন্দা ( মমাদা ) আগে—হান্ননা, কেনে—করিগীনো ইহা—( বা ) অসি, মাতা—ইমা, না শিখাইলে—তম্বিদবা ; মোরে—ঐঙোন্দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মছাবু ( ঈশ্বর-নী হাযবা ) লোৎনবা হায়ত্নুনা মমাদা হাযবম্মী—ইমা, হান্না বাসি ঐঙোন্দা তাকপিদবদি করিগীনো ?

## মূল ৩৪

এবে ত জানিনু আব মাটী না খাইব।
ক্ষুধা লাগিলে তোমাব স্তনদুগ্ধ পিব ॥ ৩৪ ॥

### শব্দার্থ

এবে ত—হৌজিক্তি, জানিনু—খঙলে, আব—অমুক, মাটী—লৈবাক, না খাইব—চাবরোই, ক্ষুধা—চাক্লাম্বা, লাগিলে—ওইববদি, তোমাব—নঙগী, স্তনদুগ্ধ—খোম্লাং, পিব—থক্কনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌজিক্তি খঙলে, লৈবাক অমুক চাবরোই। চাক-লাম্লগদি নঙগী খোম্লাং থক্কনী।

## মূল ৩৫

এত বলি জননীব কোলেতে চটিয়া।
স্তনপান কবে প্রভু ঈষৎ হাসিয়া ॥ ৩৫ ॥

শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়রগা জননীর অপোকপীগী কেংলেতে —মতম্বাক্তা, চটিয়া—কাহুনা, স্তনপান করে—খোম থকয়ি, প্রভু—প্রভুনা, ঈষৎ—হাইফেৎ, হাসিযা—নোক্কুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মা অসিথক হায়রগা মমাগী তম্পাক্তা কাহুনা প্রভুনা হাইফেৎ নোক্লগা খোম থকয়ি।

মূল ৩৬

এই মত নানা ছলে ঐশ্বর্য্য দেখায়।

বাল্যভাব প্রকটিয়া পশ্চাৎ লুকায়॥ ৩৬॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না, নানা—মখল মখাগী, ছলে—তাংনা, ঐশ্বর্য্য—ঈশ্বর ওইবগী মতৌ, দেখায—উংলী, বাল্যভাব—অঙাঙ ওইবগী মতৌ, প্রকটিয়া—যোঙলগা, পশ্চাৎ—তুংদা লুকায—লোৎলী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মখল মখাগী তাংনা ঈশ্বরনী হায়বগী মতেংদু উংলী। অদুদগী অঙাঙ ওইবগী মতৌ উংলগা মতুংদা অমূর ঐশ্বর্য্যদু লোৎলী।

মূল ৩৭

অতিথি-বিপ্রের অন্ন খাইল তিনবার।

পাছে গুপ্তে সেই বিপ্রে করিল নিস্তার॥ ৩৭॥

শব্দার্থ

অতিথি-বিপ্রের—অতিথি ব্রাহ্মণগী, অন্ন—চাক, খাইল—চাখাকখি, তিনবার—অহুম্লক পাছে—তুংদা, গুপ্তে লোম্না, সেই-বিপ্রে—ব্রাহ্মণদুবু, করিল নিস্তার—লানবিখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতিথি-ব্রাহ্মণগী চাক অহুম্লক প্রভুনা চাখোকখি। তুংদা লোম্না ব্রাহ্মণ অদুবু লান্‌বিখি।

## মৈনবোল

নোংমা মুন্দাদা তীর্থ-চৎপা ব্রাহ্মণ অমা জগন্নাথ মিশ্রগী যুমদা অতিথি ওইখি। ব্রাহ্মণসিনা চাক থোংবা লোইবগা ইষ্টদা ভোগ কৎতুনা মন্ত্রধ্যান তৌবিইঁদা কদাযদগীনো নিপামচা নিমাই লাক্লগা কৎলিবা চাক অতু চাবম্বদা উবে। ভোগ অতু মাংলে অমম্তং মাঙংে হাযতুনা ব্রাহ্মণতুনা কবিনো তৌবিসিদি হাযবম্মী। জগন্নাথ মিশ্রনা শাউখিবনা মে হৌতুনা মচাবু চৈতুনা ব্রাহ্মণতুদা অমূক হন্না চাক থোংবিযু হাযনা হাযজরম্মী। ব্রাহ্মণতুনা লুক অমূক হৌবি, অতুগা শচীমাতানা নিমাইবু পমতুনা অতোপ্পগী যুমদা চংখিরম্মী। অতুবু ব্রাহ্মণতুনা ভোগ চন্দুনা ধ্যান তৌবিইঁদা ববম তৌবক্লিবনো খঙদে নিমাইনা অমূক লাক্লুনা চাক অতু চাবম্মী। অতুদগী মিশ্রনা নিমাইবু মুগে তৌবম্মী অতুবু নিমাইদি হৌতুনা চেনখ্রে। বিশ্বরূপনা হায়ভতুনা ব্রাহ্মণতুনা লুক অমূক হৌবম্মী নিমাইতু ইমুদা তুম্নে, অতুগা মিশ্রনা চৈ অমা পাযবগা থোজীন্দা শণ্ডনম্মী। ব্রাহ্মণনা ভোগ চন্দুনা ধ্যান তৌবিইঁদা নিমাইনা লাতুনা চাক চাখৎলম্মী। হন্দকমূক্তি যোগমাযাগী থোবাংনা মিশ্রনচিংবা মী পুম্নমক তুম্নবম্নে। প্রতুনা হন্দকমূক্তি বালগোপালগী মূর্ত্তিদা দর্শন পীবগা ব্রাহ্মণতুবু ধন্য ওইহনখি।

মসিগী মবমদা বাবী শন্দোক্পা শ্রীচৈতন্যভগবত গ্রন্থদা যাওবি।

## মূল ৩৮

চোরে লৈযা গেল প্রভুকে বাহিরে পাইযা।
তার স্কন্ধে চ'ড়ে আইলা তারে ভুলাইযা ॥ ৩৮ ॥

## শব্দার্থ

চোরে—হুবানবনা, লৈযা—পুতুনা, গেল—চংখ্রে, প্রভুকে—প্রভুবু, বাহিরে—মাপান্দা, পাইয়া—ফংতুনা, তার—মাগী স্কন্ধে—শেঙবান্দা, চ'ড়—তোংতুনা, আইলা—লাকখি, তারে—মহাকপু, ভুলাইযা—শুমহৎতুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুবু যুমগী মাপান্দা থেংনতুনা হুবানবনা পুতুনা চংখ্রে। প্রভুনা হুবানবতুব শুমহৎলগা মাগী মবেংবান্দা তোংলগা যুমদা হল্লকখি।

## ঋৈনন্দ্রোল

প্রভুনা অঙাঙ শীংএক ওইবিভেদা নোংমদি প্রভুনা থোল্লম্বা লীকোন শিংঙ্গু পাম্বদগী হুবানবা অনীনা বোন্দুনা পম্লগা মসম মাঝকৈ পাংখি। অতুব বৈষ্ণবীমাযানা মখোয়হু লম্বেল কাউখি, মতম যাম্না শাংনা কোয়না চৎলুরগা কোন্তংদা জগন্নাথ মিশ্রগী যমদা থুংঙবগা মখোযগী যুমদা থুংলে হাযনা খন্‌খি, অতুনা নিমাইদা হাযরম্মী বে বাপ হৌজিক্তি কুমথবো, যুম যৌবে। হৌভিক অঙাঙগী লীৱোলশিংড়ু নৌথোকপা যাবগনী হাযনা যাম্না নুংঙাইজবাম্ম। মতমহুদা প্রভুনা হুরানবগী তম্বাক্তগী কুমথবগা চৎখিদ্রনা জগন্নাথ মিশ্রগী মতম্বাক্ত কাববে। মতমহুদা হুবানবশিংড়ু ভাব তাবক্লে, অতুদগীদি খোঙবাপ অমা, অনী থাংলগা হৌদুনা চেন্‌খি।

মযমনিদা হুবানবব শমহৎতুনা মযমদা প্রভুনা হল্লকপসি ঈশ্বরগী মতৌ অমনী। ব্রাবিসিগী মবোল অনুপ্লদি শ্রীচৈতন্যভাগবতদা যাওবিবনী।

মূল ৩৯

ব্যাধিচ্ছলে জগদীশ-হিরণ্যসদনে।

বিষ্ণুর নৈবেদ্য খাইলা একাদশী দিনে ॥ ৩৯ ॥

**শব্দার্থ**

ব্যাধি-চ্ছলে—নাবে হাযশন্নতুনা, জগদীশ-হিরণ্য—জগদীশ পণ্ডিত অমস্তুং হিরণ্য, সদনে যমদা, বিষ্ণুর—বিষ্ণুগী, নৈবেদ্য—কৎপা লূব, খাইলা—চাখি, একাদশী দিনে একাদশী নুমিত্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা নোংমা নাবে হাযশন্নতুনা জগদীশ অমস্তুং হিরণ্যগী যুমদা একাদশী নুমিত্তা বিষ্ণুগী নৈবেদ্য কৎপা চাদুনা হাখি।

## ঋৈনন্দ্রোল

নোংমা প্রভুনা নাশন্নতুনা কপ্লম্মী। মহৌশাদি কপ্লগা মযাম্না হরিনাম হেক শোনবদা কপ্পা যবনা। অতুবু হন্দক্তি হরিনাম শ্রবণ তৌরফাওবদা প্রভুগী কপ্পা তোরমজে। কপ্পা তোরব্বা যাম্না কন্না মযাম পুম্নমক্না হোৎনবিভৈদা প্রভুনা হাযরকযি - নখোযনা ইথল্লাই কন্‌বিগে হায়ববদি জগদীশ-পণ্ডিত অমস্তুং হিরণ্যগী মনাক্তা চৎলো। ওসি একাদশীনী, মখোযনী চারা

হেন্দুনা বিষ্ণুগী নৈবেদ্যগীদমক পোৎ লাওলিবনী। নৈবেদ্যগী পোৎশিংচু পুবক্কুনা ঐঙোন্দা পীজববদি ঐহাক নাবা যগনী। রাসি তাবদা মযাম পূম্নমক ইঙক ঙকখি। জগদীশকা হিবণ্যগম্ভ রাসি তাবদা খল্লম্মী, ঙসিসে হবিবাসবনা ( একাদশীনী ) হাযবচু পীশক পীক্লিবা অঙাঙ নিমাইমা করম্না খঙলিবা। অদুগা বিষ্ণু-নৈবেদ্যগী রাসিমা কবম্না খঙলিবা। শোযদে, অঙাঙশিনী দেহদা বালগোপাল লৈবা তাই। অম্মুন্না খল্লগা মখোযনা মথৃৎমক্কা বিষ্ণুগী নৈবেদ্য পুবক্কুনা নিমাইদা পীজখি।

মফমসিদা একাদশীব্রত অমসুং বিষ্ণুনৈবেদ্যগী বা খঙলিবসে ঈশ্বব-চৌনি। বাবিস মাচা খাবনা শ্রীচৈতন্যভাগবতদা যাওবি।

মূল ৪০

শিশুসব লৈযা পাড়া পড়সীব ঘবে।

চুবি কবি দ্রব্য খায মাবে বালবেবে। ৪০ ॥

শব্দার্থ

শিশু—অঙাঙ, সব-পূম্নমক, লৈযা—লোযনবগা, পাড়া—লৈকাই, পড়সীব—যম্নোন্নবগী, ঘবে—যমদা, চুবি কবি—হুবান্দুনা, দ্রব্য—পোৎ, খায—চায, মাবে-যৈ, বালকেবে—নিপামচাদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ পূম্নমক্কা লোযননা কৈবোয-লৈকাযগী যুমদা পোৎ হুবান্দুনা চায অদুগা নিপামচাশিংবু যৈবী।

মূল ৪১

শিশুসব শচীস্থানে কৈল নিবেদন।

শুনি শচী পুত্রে কিছু দিলা ওলাহন ॥ ৪১ ॥

শব্দার্থ

শিশুসব—অঙাঙ পূম্বনা, শচীস্থানে—শচীগী মফমদা, কৈল—তৌরম্মী, নিবেদন—হঙ্গৎপা, শুনি—মনাকোনা তারদুনা, শচী—শচীনা, পুত্রে—মচানুপাদা, কিছু—খরা, দিলা—পীরম্মী, ওলাহন—ঙাঙবা, চৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙপুম্বনা শচীগী মফমদা বা পূম্বা হঙ্গৎলম্মী। মমাকোঙনা তাবহুন। শচীনা মচানুপাদা ঙাও-চৈরম্মী।

মূল ৪২

কেনে চুরি কর কেনে মারহ শিশুরে।
কেনে পর-ঘরে যাহ কিবা নাহি ঘরে ॥ ৪২ ॥

শব্দার্থ

কেনে—করিগীনো ; চুরি কর—হুরাল্লিরদি , কেনে—করিগীনো মারহ—যৈবীকুই , শিশুরে—অঙাঙমচাশিং দা , কেনে—করিগীনো পর-ঘরে—অতোপ্পগী যুমদা , যাহ—চৎলী কিবা নাহি—করি লৈতে , ঘরে—যুমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীনা হায়রম্মী—করিগী হুরাল্লি, করিগী মীগী মচা পীশকশিংবু যৈবিরুই ? করিগীনো মীগী যুমদা চৎলিবা ? নযুমদা করি লৈত্রবগে।

মূল ৪৩

শুনি প্রভু ক্রুদ্ধ হৈয়া ঘর ভিতর যাঞা।
ঘরে যত ভাণ্ড ছিল ফেলিল ভাঙ্গিয়া ॥ ৪৩ ॥

শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তাবদা , প্রভু—শ্রীমন্মহাপ্রভুনা , ক্রুদ্ধ—অশাউবা , হৈয়া—ওইরহুনা , ঘর ভিতর—ইমুংদা , যাঞা—চঙহুনা , ঘরে—যুমদা , যত—খিবির , ভাণ্ড—চফু , ছিল—লেরম্মী , ফেলিল—লংশেকখি , ভাঙ্গিয়া—থুগাইহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শচীনা ঙাঙরহু ) মাকোঙনা তাররদা মহাপ্রভুনা ইমুংদা চঙখ্রগা যুমদা লৈরম্বা চফু খিবিক্তো থুগাইহুনা লংশেকখি।

মূল ৪৪

তবে শচী কোলে করি করাইল সন্তোষ।

লজ্জিত হইলা প্রভু জানি নিজদোষ ॥ ৪৪ ॥

শব্দার্থ

তবে—অদুদগী শচী—শচীনা, কোলে করি—ভম্পাক্তা কোনথৎলগা, করাইল সন্তোষ—হবাওহল্লম্মী, থেমজন্দুনা পেলহল্লম্মী, লজ্জিত—ইকাইবা, হইল—ওইখি প্রভু—মহাপ্রভুনা, জানি—খঙলগা, নিজ—মছাগী, দোষ—লানবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী শচীমাতানা প্রভুবু মতম্বাক্তা কোনখৎলগা থেমতুনা পেলহনখি। প্রভুন মছাগী মবাল খঙলক্লুনা ইকাইখি।

মূল ৪৫

কভু মৃদু হস্তে কৈল মাতাকে তাড়ন।

মাতাকে মূর্চ্ছিতা দেখি করয়ে ক্রন্দন ॥ ৪৫ ॥

শব্দার্থ

কভু—কবিগুম্বা মতমদা, মৃদু—তপ্পা, হস্তে—খুৎনা, কৈল—তৌখি, মাতাকে—মমাবেম্মবু, তাড়ন—ফুবা; মাতাবু—মমাবু, মুর্চ্ছিতা—রাম্বা, দেখি—উবতুনা, করয়ে—তৌযি, ক্রন্দন—কপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করিগুম্বা মতমদা তপ্পা মখুৎতুনা মমাবেম্মদা ফুখি। মমানা রাম্বরম্বা উরগা প্রভুনা কপ খি।

টৈমনস্তোল

তশেংবদি শচীমাতাদু রাম্বরমদে। প্রভুনা তপ্পা ফুবা চৈক্ষুহুদা মায়া নাবে হায়না রাম্বশন্নরম্বদনী।

মূল ৪৬

নারীগণ কহে—নারিকেল দেহ আনি।

তবে সুস্থ হইবেন তোমার জননী ॥ ৪৬ ॥

### শব্দার্থ

নারীগণ—মুপীশিংনা, কহে—হায়বম্মী, নারিকেল—যুবী, দেহ—পীবো, আনি—পুবক্তুনা, তবে—অদু ওইববদি, সুস্থ হইবেন—হন্থবক্কনী, তোমার—নহাকী, জননী—অপোকপী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মতমস্তুদা ) মুপীশিংনা হায়রম্মী—যুবী লোকুচো। অদু পীববদি নমাসী ব্রান্থবদগী হন্থবক্কনী।

### মূল ৪৭

বাহির হইয়া আনিল ( প্রভু ) দুই নারিকেল।

দেখিয়া অপূর্ব্ব হৈল বিস্মিত সকল ॥ ৪৭ ॥

### শব্দার্থ

বাহির হইয়া—মাপান্দা থোকখ্রগা, আনিল—পুবকখি, প্রভু—প্রভুনা, দুই—অনী নারিকেল—যুবী, দেখিয়া—উবগা অপূর্ব্ব—অঙকপা থৌদৌ; হৈল—ওইখি, বিস্মিত—ঙকপা, সকল—মী পুম্নমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মাপাল্লোমদা থোকখ্রগা যুবী অনীখক পুবক্তুনা পীরবে। অঙকপা থৌদৌদু উবগা লোইনমক্না ঙকখি।

### তৈনবোল

মাপান্দা থোকখিবা অদুগা যুবী পুংনা লাকপদুদা মযাম্না ঙকখি, মবমদি কদায়দগী যুবী পুবক্লিবনো হায়বদু মযাম্না হায়বা ঙম্নমদে। মসিমস্তু প্রভুনা উৎপা ঐশ্বর্য্য অমগী খুদম্নী। মহাক্না হেক নীঙঙকপগা লীলাশক্তিনা মখুত্তা যুবী পীবল্লিবনী।

### মূল ৪৮

কভু শিশুসঙ্গে স্নান করেন গঙ্গাতে।

কন্যাগণ আইলা তাঁহা দেবতা পূজিতে ॥ ৪৮ ॥

### শব্দার্থ

কভু—কবিংস্বা মতমদা , শিশুসঙ্গে—অঙাঙশিংগা লোযননা , স্নান কবেন— স্নান তৌগ্নি , গঙ্গাতে—গঙ্গাতুরেন্দা , কন্যাগণ—লৈশাবীশিংনা , আইলা—লাকখি , তাহাঁ— মফমতুদা , দেবতা—লাই , পূজিতে—পূজা তৌবগী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কবিংস্বা মতমদা প্রভুনা অঙাঙশিংগা লোয়ননা গঙ্গাস্নান তৌবা লাকখি মফমতুদা লৈশাবীশিংনা দেবতা পূজা তৌবগী লাক্লম্মী ।

### মূল ৪৯

গঙ্গাস্নান কবি পূজা কবিতে লাগিলা ।
কন্যাগণ মধ্যে প্রভু আসিয়া বসিলা ।। ৪৯ ।।

### শব্দার্থ

গঙ্গাস্নান—গঙ্গাদা ইরুজবা , কবি—তৌবগা , পূজা—পূজা কবিতে —তৌবা , লাগিলা—হৌবম্মী , কন্যাগণমধ্যে—বস্যাশি গী মবক্তা , প্রভু —প্রভুনা , আসিয়া—লাকুনা , বসিলা—ফমখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গঙ্গাস্নান তৌবগা কন্যাশিংনা দেবতা পূজা তৌবা হৌবম্মী । মতমতুদা প্রভুনা লাকুনা মখোযগী মরক্তা যম্লম্মী ।

### মূল ৫০

কন্যাগণে কহে—আম্মা পূজ, আমি দিব বব ।
গঙ্গা দুর্গা দাসী মোব মহেশ কিঙ্কর ।। ৫০ ।।

### শব্দার্থ

কন্যাগণে—লৈশাবীশিংদুদা , কহে—হায ; আম্মা—ঐবু ; পূজ—পূজা তৌ , আমি—ঐ , দিব—পীগে , বব—অপাম্বা , গঙ্গা—গঙ্গা দেবী , দুর্গা—দুর্গা দেবী ; দাসী—মীনাইনুবী ; মোব—ঐগী , মহেশ—শিব মহাদেব , কিঙ্কব—মীনাই নুপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা কন্যাশিংদা হায়রম্মী—ঐবু পূজা তৌ: ঐ হয়র পীবিগে। গঙ্গাগা দুর্গাগচু ইনাইনুবীনী, অদুগা শিব মহাদেবসু ইনাইনী।

নৈনরোল

পযারসিদা হাযরিবা ৱাফমসিনসু মহাপ্রভু ঈশ্বরনী হাযবদু তাক্লি। মহাক মছামক্কা ভগবান্ ওইবনা গঙ্গা—দুর্গা-নচিংবসি তত্বগী হাযকবগদি মহাক্কী শক্তিনী, অদুগা মখোযসি মাগী অংশকলা ওাক্তনীনা মাগী মনাই (দাস–দাসী) ওাক্লী অমসুং স্বয়ং ভগবানবু পূজা তৌবগা দেব দেবী অতৈ পূম্বনা অদুগা ভগবৎ-স্বরূপ পূম্বনা পেল্লী হাযবসিসু তত্বগী হায়রগদি অওইবা ৱানী।

মূল ৫১

আপনি চন্দন পরি পরেন ফুলমালা।

নৈবেদ্য কাড়িয়া খান সন্দেশ চালু কলা ॥ ৫১ ॥

শব্দার্থ

আপনি—মছামথন্তনা চন্দন পরি—চন্দন থিন্দুনা, পরেন—শি, ফুলমালা—লৈপরেং, নৈবেদ্য—কংথলিবা পোৎ, কাড়িযা—মুন্নগা, লাৱগা, খান—চায়, সন্দেশ—সন্দেশ, চালু—চেঙ, কলা—লফোই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু মছামক্কা চন্দন থিনজরগা লৈপরেং শিজনজৈ, কংথলম্বা সন্দেশ, চেঙ, লফোই-নচিংবা পোৎশিংদু লাক্কুনা চারম্মী।

মূল ৫২-৫৩

ক্রোধে কন্যাগণ বোলে—শুনহে নিমাই।

গ্রাম-সম্বন্ধে তুমি আমা সভাকার ভাই ॥ ৫২ ॥

আমা সভার পক্ষে ইহা করিতে না জুয়ায়।

না লহ দেবতাসজ্জ, না কর অন্যায় ॥ ৫৩ ॥

শব্দার্থ

ক্রোধে শাউবনা; কন্যাগণ—লৈশাবীশিংনা, বোলে—হায়;

শুনহে-তাওনে হৈ নিমাই—হে নিমাই, গ্রাম-সম্বন্ধে—কৈরোই-লৈকাইগী মবাদা, তুমি—নহাক আমা-সভাকাব—ঐখোয লোইনমক্কী, ভাই ইপ্‌ানী আমা-সভাব—ঐখোয পূম্বগী মযমদা, ইহা—মসি, কবিতে-তৌবা, না জযায—তৌনদে, না লহ লৌগনু, দেবতাসজ্জ—লাইগীদমক সাজ তৌরিবা পোৎশিংসে, না কব—তৌগনু, অন্যায-নত্তবা, চুমদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কন্যাশিংনা শাউদুনা হাযবম্মী—হে নিমাই, ননাকোঙডুনা তাজো। গ্রাম-সম্বন্ধদা নহাক ঐখোয লোইনমক্কী ইব্-ইপ্‌ানী, ঐখোযগী ইযমদা লৌবিবসে তৌনদে। লাইগীদমক সাজ তোৎববা পোৎলমশিংসে লেৌগনু, নত্তবা ওইদবা তৌগনু।

মূল ৫৪

প্রভু কাহ—তোমা সভাকে দিল এই বর।
তোমা সভাব ভর্ত্তা হবে পবমস্থন্দব ।৫৪॥

শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভুনা, কহে—হায, তোম সভাকে—নখোই পূম্বদা, দিল পীববনী, এই বব—বব অসি তোমা সভাব—নখোয পূম্বগী ভর্ত্তা—নপুবোইবা, হবে—ওইগনী, পবমস্থন্দব—খ্বাইদগী হেন্না শকযজবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা হাযবম্মী—নখোয লোইনমক্তা ঐনা বব অসি পীবি মত্তুদি নখোয় লোইনমক্কী নপুবোইবাদা খ্বাইদগী হেন্না শকযজবনা ওইগনু।

মূল ৫৫

পণ্ডিত বিদগ্ধ যুবা ধনধান্যবান।
সাত সাত পুত্র হৈবে চিবাযু মতিমান্ ॥ ৫৫ ॥

শব্দার্থ

পণ্ডিত—লাইরীক হৈবা মী, বিদগ্ধ—রস-খঙবা, রসিক, যুবা—

পাখং, ধনধান্যবান্ - লনগা ফোগগী মপু, সাত সাত - তরেং তরেং; পুত্র—মচানুপা, হৈবে—ওইগনী, চিবাযু - পুন্সি-হুংশাংবা, মতিমান— বুদ্ধি-লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মখাতানা হাযবম্মী — নখোযগী নপুবোইবদি ) পণ্ডিত বসিক অহুগা মবল-মথুম লৈবা পাখণ্ড ওইগনী, নচানা তবেং তবেং পোকনী, মখোয পুন্সি-হুংশাগনী অহুগা বুদ্ধি-লৈবা ওইগনী।

মূল ৫৬

বব শুনি কন্যাগণেব অন্তরে সন্তোষ।
বাহিবে ভৎর্সনা কবে কবি মিথ্যা রোষ॥ ৫৬॥

শব্দার্থ

বব—বর, শুনি—তাবগা, কন্যাগণেব—লৈশাবীশিংগী অন্তবে— মপূক্নীওদা, সন্তোষ—পেনবা (ওই), বাহিরে—মপান্থো দা, ভৎর্সনা —চৈবা, করে—তৌযি, কবি—তৌবগা, মিথ্যা—ওইদবা, বোষ— মশাউ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা পীবা বর অহু মনাকোঙনা তারগা কন্যাশিংহু পূক্নুংদা হরাং- জবম্মী, অহুগা মপান্থোংদনা শাউশন্নহুনা চৈবম্মী।

মূল ৫৭-৫৮

কোন কন্যা পালাইল নৈবেদ্য লইযা।
তাবে ডাকি প্রভু কহে সক্রোধ হইযা॥ ৫৭॥
যদি মোবে নৈবেদ্য না দেহ হইযা কৃপণী।
বুড়া ভর্ত্তা হবে আব চারি চারি সতিনী॥ ৫৮॥

শব্দার্থ

কোন—কনাগুম্বা, কন্যা—লৈশাবীনা, পালাইল—চেল্লম্মী, নৈবেদ্য —কৎনবা পোৎ, লইযা—পুহুনা, তাবে—মাবু, ডাকি—কৌবগা, প্রভু—মহাপ্রভুনা, কহে—হায, সক্রোধ হইযা—অশাউবগা লোয়নন্না,

যদি—বদি, মোরে—ঐঙোন্দা, নৈবেদ্য—কৎনবা পোৎ, না দেহ—পীবন্ত, হইয়া—ওইদুনা, রুপণী—অবিকপী বুড়া—হন্তুবা, ভর্ত্তা—নপুবোইবা হবে—ওইজগনী আর—অতুগা, চারি চারি—মরি মরি; সতিনী—তুবোন্নবী (ওইগনী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনা কনাগুম্বী লৈশাবীনা নৈবেদ্য পুত্তনা চেল্লম্মী, মখোযত্তবু প্রভুনা কৌবগা শাউন শাউনা হাযবম্মী—অবিকপী ওইদুনা নৈবেদ্যদু ঐঙোন্দা পীদ্রবদি হন্তুবা নপুবোইবা ফজগনী অতুগা তুবোন্নবীস্তু মরি মরি লৈজনী।

মুল ৫৯

ইহা শুনি তা-সভার মনে হৈল ভয়—।

জানি কোন দেবাবিষ্ট ইহাতে বা হয়॥ ৫৯॥

শব্দার্থ

ইহা—ব্রাসি, শুনি—নাকোঙনা তাদুনা, তা-সভার—মখোয লোইনমক্কী, মনে—পুক্নীঙদা, হৈল—ওইখি ভয়-অকিবা, জানি—কনানা খঙনী, কোন—কনাগুম্বা, দেবাবিষ্ট—লাইচঙবা, ইহাতে—মঙোন্দা, বা হয়—ওইবস্থা যাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুগী) ব্রাসি মনানা তাবগা মখোয লোইনমক্কী মপুক্নীঙদা অকিবা পোকখি। কনানা খঙনী করিনে। লাই অমনা মঙোন্দা চঙলম্বস্তু যাইনা।

মুল ৬০

আনিয়া নৈবেদ্য তারা সম্মুখে ধরিল।

খাইয়া নৈবেদ্য তারে ইষ্টবর দিল॥ ৬০॥

শব্দার্থ

আনিয়া—পুরকুনা, নৈবেদ্য—কৎনবা পোৎ, তারা—মখোযনা; সম্মুখে—মাঙদা, ধরিল—পাযবম্মী; খাইয়া—চারগা, নৈবেদ্য—কৎলবা পোৎ, তারে—মখোযদা, ইষ্টবর—অপাম্বা বর; দিল—পীখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়শিংছুনা নৈবেদ্য পুবক্তুনা মমাঙদা লাকখি। নৈবেদ্য চাবগা প্রভুনা মখোয়দা অপাম্-অপাম্বা বর পীখি।

মূল ৬১

এইমত চাপল্য সব লোকেরে দেখায়।

দুঃখ কারো মনে নহে সভে সুখ পায়॥ ৬১॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌঅসুম্না, চাপল্য—পুক্নীঙ তযাবা, সব—পুম্বা, লোকেরে—মীওন্দা দেখায—উৎলী, দুঃখ—নুঙাইতবা, কারো—কনাগীসু, মনে—পুক্নীঙদা, নহে—ওইদে, সভে—পুম্নমক্না, সুখ—নুঙাইবা, পায—ফংঙী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মপুক্নীঙগী তযাং-তশোইবা মা পুম্নমক্তা উৎলী। কনা-গুম্বগী মপুক্নীঙদা নুঙাইতবা পোক্তে, লেইনমক্না নুঙাইবদুম ফংলম্মী।

মূল ৬২

একদিন বল্লভাচার্য্যের কন্যা লক্ষ্মী নাম।

দেবতা পুজিতে আইলা করি গঙ্গাস্নান। ৬২ ।

শব্দার্থ

একদিন—নোংমা, বল্লভাচার্য্যের—শ্রীবল্লভাচার্য্যগী, কন্যা—মচা-নুপী, লক্ষ্মী নাম—লক্ষ্মী কৌবীদো, দেবতা—লাই পুজিতে—পূজা তৌবা, আইলা—লাকখি, করি—তৌবগা গঙ্গাস্নান—গঙ্গাদা ইরুবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা শ্রীবল্লভাচার্য্যগী মচানুপী লক্ষ্মী কৌবীদো গঙ্গাস্নান তৌবগা লাই পূজা তৌবা লাকখি।

মূল ৬৩

তাহা দেখি প্রভুর হৈল সাভিলাষ মন।

লক্ষ্মী চিত্তে প্রীত পাইলা প্রভু-দরশন॥ ৬৩॥

**শব্দার্থ**

তাহা—মহু, দেখি—উরগা প্রভুর—মহাপ্রভুগী, হৈল—ওইখি, সাভিলাষ—অনীঙবগা লোয়নমা, মন—পুক্নীঙ, লক্ষ্মী—লক্ষ্মীনা, চিত্তে—থম্মোইদা, প্রীত পাইলা—পেনজখি, প্রভু দরশন—প্রভুবু উবদো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহু উরগা প্রভুগী পুক্নীঙদা অনীঙবা অমা পোকখি। প্রভুবু উবদা লক্ষ্মীগীসু মপুক্নীঙদা পেনজখি।

**মূল ৬৪-৬৫**

সাহজিক প্রীতি দোহার করিল উদয়।
বাল্যভাবাচ্ছন্ন তভু হইল নিশ্চয় ॥ ৬৪ ॥
দোঁহা দেখি দোঁহার চিত্তে হইল উল্লাস।
দেবপূজাচ্ছলে দোহে করেন প্রকাশ ॥ ৬৫ ॥

**শব্দার্থ**

সাহজিক—হৌনশা ওইবা, প্রীতি—নুংশিবা দোহার—অনীগী, করিল উদয়—থোবকখি, বাল্যভাব-আচ্ছন্ন (অনীমক) অঙা ওইবগী ভাব অমনা কুপ্লম্মী, তভু—অদুম ওইনমক, হইল—ওইখি নিশ্চয—অবেপ্পা, দোঁহা—অনী, দেখি—যেংনবগা, দোঁহার—অনীগী, চিত্তে—পুক্নীঙদা, হইল—ওইখি, উল্লাস—হরাওবা, দেব-পূজাচ্ছলে—লাই-পূজা তৌবনী হায়শন্নহন্না, দোহে—অনীনা, করেন—তৌই, প্রকাশ—ফোঙদোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনীমক্তা হৌনশা ওইবা নুংশিবা পোকখি। অঙা ওইবগী ভ্রাখন্না কুপ্লম্লবসু শোযদ্রে হায়বা অমদি নীঙনখি। অনীনা থেংনবগা অনীগী থম্মোইদা হরাওবা পোকখি। দেব-পূজানী হায়না থোকহল্লগা অনী মশেল ফোঙদোক্নি।

**মৈনরোল**

সাহজিক প্রীতি—হৌনশা ওইবা নুংশিবা হায়বদি হান্নদগী লৈনবকপা নুংশিবা হায়বনী। দ্বাপর-লীলাদা প্রভু শ্রীকৃষ্ণ ওইখিবনী অদুগা লক্ষ্মী-দেবীসু তত্ত্ব খিকবগদি বৈকুণ্ঠগী মবেম্মা লক্ষ্মীনী, মঙোন্দা জানকী অমসুং

রুক্মিনীগী ভাবসু লৈবম্মী। লক্ষ্মীগা জানকীগনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-বিশেষগী কান্তানী ( নুপীনী ), অদুগা রুক্মিণীনা শ্রীকৃষ্ণ মহামক্কী কান্তা-নী, মবমদুনা লক্ষ্মীদেবীগা প্রভুগা মতম-পুম্বগী ওইবা নুপা নুপী ওইবগী ( দাম্পত্য ভাবকী ) সম্বন্ধ অমা লৈবম্মী। প্রকট লীলাদা মতম অদুফাওবগী মন্নু দা মখোযনীমক বাল্য-ভাব-তা চঙদুনা লৈবনা মাখোযনীগী দাম্পত্যভাব অদু যোঙদোক্তবা ওইনা লৈবম্মী। হৌজিক্তি অমগা অমগা উনবদা মখোযগী দাম্পত্যভাব অদু যোঙদোল্লমদ্রবসু মদুগী ওইবা নুংশিনবদি মখোয অনীমক্কী চিত্তদা পোকখি। মবমদুনা অনীনা মশেল উনবদা অনীমক্কী থম্মোইদা হবাওবা পোকখি। মখোযনী নুংশিনবগী ভাবসে দেবপূজা তৌবনী হাযশন্নবগা ফোঙদোরখি।

## মূল ৬৬

প্রভু কহে—আমা পূজ, আমি মহেশ্বর।

আমারে পূজিলে পাবে অভীপ্সিত বর।। ৬৬।।

### শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা কহে- হায আমা—ঐবু, পূজা—পূজা তৌ, আমি—ঐ, মহেশ্বর—শিব মহাদেবনী, আমারে—ঐবু, পূজিলে—লাৎলবদি, পাবে- ফংগনী, অভীপ্সিত—অপাম্বা, বর—বর।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হাযবম্মী—ঐবু লাৎচৌ, ঐহাক শিব মহাদেবনী। ঐবু লাৎলবদি অপাম্বা বর ( নিজবা পোৎ নত্রগা অপাম্বা নিপা ) ফংগনি।

### নৈনয়োল

বর শব্দগী অর্থ অমনা অপাম্বা হাযবনী। কন্বিগুম্বা পোৎ অমা ফংজগে হাযদুনা লাই থুকুম্নে অদুদা লাইদুনা মাবু লাৎলিবা মীদুগী অনীঙবা থু হল্লী। প্রভুনা লক্ষ্মীদা হাযবম্মী—"ঐবু পূজা তৌববদি নঙনা নিজবা ( প্রার্থনা ) অদু থুংগনী।"

বর-গী অর্থদি নুপীগী মপুবোইবসু ( পতি ) হাযনৈ। অদুনা অভীপ্সিত বরগী অর্থ অপাম্বা নুপা হাযবসু য়াই। প্রভুনা হায়বিবসিগী ওইবা য়াবা অর্থ অমদি অসিনী—"অসিগুম্বা নিপা ( বর ) অমা ফংনীঙদুনা মহেশ্বর

পূজা তৌবা লাক্লিবদো, ঐবু পূজা তৌত্নবদি অপাম্বা নিপাক্ত ফংগনী। "প্রভুগী বাহৈসিনা তাক্লিবা ইঙ্গিৎ-তি অসি ওইবা হাই মহুদি—"ঐসে নহাক্কী মহেশ্বরনী, ঐমক্কী নঙনা পামজরিবা নপুবোইবদি।"

মূল ৬৭

লক্ষ্মী তাঁর অঙ্গে দিল পুষ্প চন্দন।
মল্লিকার মালা দিয়া করিল বন্দন।। ৬৭ ।।

শব্দার্থ

লক্ষ্মী—লক্ষ্মীনা, তাঁর—মহাক্কী (প্রভুগী), অঙ্গ-হকচাঙদা, দিল-কৎখি, পুষ্প—লৈ, চন্দন-চন্দন, মল্লিকার মালা-মালিকা লৈবাংগী পরেং (মালা), দিয়া—কৎতুনা, করিল—তৌখি, বন্দন—খুৎনম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুগী রা তাবগা) লক্ষ্মীদেবীনা প্রভুগী অঙ্গদা লৈ-চন্দন থোগন্থি। মালিকা-পরেং কৎলগা খুকমজখি।

মূল ৬৮

প্রভু তাঁর পূজা পাঞা হাসিতে লাগিলা।
শ্লোক পড়ি তার ভাব অঙ্গীকার কৈলা।। ৬৮ ।।

শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভুনা, তাঁর—মহাক্কী (লক্ষ্মীগী), পূজা—পূজা, পাঞা—ফংলত্নুনা, হাসিতে—নোকপা, লাগিলা—হৌখি, শ্লোক পড়ি—শ্লোক পাহুনা, তার—মহুগী, ভাব—ভাব, অঙ্গীকার কৈলা—লৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা লক্ষ্মীগী পূজা ফংলগা নোকপা হৌখি। শ্লোক পারগা মহুগী ভাব লৌখি।

নৈনবোল

লক্ষ্মীগী পূজাদু লৌবিবে হায়বগী ভাব উৎপগীদমক প্রভুনা নোক্লম্বনী। প্রভুনা পারম্বা শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোকপনী, শ্রীকৃষ্ণ

মপুবোইবা ফ‍ৎজগে হায়তুনা গোপকন্যাশিংনা কাত্যায়নী ব্রত তৌবম্মী। ব্রত মপূঙফাবা তুম্মীত্তা মখোয়না যমুনা-স্নান তৌবগী ঈশীঙদা কুম্লবদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী ফি হুবানখি। মখোয়না মফি মফিতু লোগে হায়না লাকপদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়বিবা শ্লোকসি থীতুনা গোপকন্যাশিংতুগী মবুক্লুংদা লৈবম্বা ভাব অতু লৌশিন্‌বিখি।

শ্রীমনমহাপ্রভুস্ন হায়রিবা শ্লোকতু থীতুনা লক্ষ্মীদেবীগী মবূক্লুংগী রাতু লৌশনবিখি হায়বদি মহাকপু মাগী নুপী ওইহনগনী হায়দুনা ইঙ্গিৎনা উংখি। শ্লোক অতু মখাদা পীরি।

## মুল ৬৯

**সঙ্কল্পো বিদিতং সাধ্ব্যো ভবতীনাং মদর্চ্চনম।**
**ময়ানুমোদিতঃ সোহসৌ সত্যো ভবিতুমর্হতি। ৬৯ ॥**

### শব্দার্থ

সঙ্কল্প — তৌগে হায়না লেপ্পা রা, বিদিতঃ—খঙলবনী, সাধ্ব্যঃ— হে সাধ্বীশিং ভবতীনাম—নখোয়গী ( নখোয়না তৌবা ), মৎ-অর্চ্চনম ঐগী পূজা ( ঐবু পূজা তৌবা ), ময়া—ঐনা, অনুমোদিত —যাবিবনী, স —মতু, অসৌ—অতু ( সঙ্কল্প ), সত্যঃ—সত্য, ভবিতুম—ওইবদা, অর্হতি মতীক চাবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সাধ্বীশিং ঐবু পূজা তৌবনী নখোয়গী সঙ্কল্পদি, ( মতু নখোয়না ঙাকাইবদগী ফোঙদোক্লবস্নু ) ঐনা খঙলে অতুগা ঐনা য়াবস্নু য়াবিরে। নখোইগী সঙ্কল্পতু সত্য ( অওইবা ) ওইসনু।

## নৈনরোল

শ্লোক অসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগীনী ( ১০/২২/২৫ )। শ্রীকৃষ্ণনা গোপ-কন্যাশিংবু সাধ্বী হায়না কৌরি। সাধ্বী-সি সাধু শব্দগী স্ত্রীলিঙ্গনী। মতুগী বহুবচন-দা সাধ্ব্যঃ ওইবনী, অর্থনা সাধ্বীশিং হায়বনী। গোপকন্যা-শিংনা মপূক্লীঙ লোঙদবমখৈ শ্রীকৃষ্ণ গবু মপুবোইবা ওইগে মীঙজখি হায়তুনা মখোয়বু সাধ্বী হায়রিবনী।

কাত্যায়নী-ব্রতদা গোপীশিংনা শোনখিবা প্রার্থনা-মন্ত্রদি অসিনী—"কাত্যায়নি মহামায়ে মহাযোগিন্যধীশ্বরি। নন্দগোপসুতং দেবি পতিং মে কুরু তে নমঃ। —হে কাত্যায়নী হে মহামায়া, হে মহাযোগিনী, হে দেবী, নন্দগোপগী মচানুপাচু ইপুবোইবা ওইহনবিয়ু। ঐনা নঙবু থুকুমজরি। শ্রীভাগবত /১০/২২/৪ ॥"

মুল ৭০

এই মত লীলা করি দোঁহে গেলা ঘর।

গম্ভীর চৈতন্যলীলা কে বুঝিবে পর ॥ ৭০ ॥

**শব্দার্থ**

এইমত—মতৌসিগুম্বা, লীলা—থৌদৌ করি—তৌদুনা দোঁহে—অনীনা, গেলা—চৎখ্রে ঘর-যুমদা গম্ভীর (ঈশীঙগী অরু-অথেন-গুম্না হায়রগা) লুবনা চৈতন্যলীলা-শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি, কে—কনানা, বুঝিবে—খঙগনী, পর—অতোপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাতৌ অসুম তৌনা লীলা তৌবগা অনীনা যুম হনখি। শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি লেপ- ফংদবমথৈ লুবনী (মাগী অন্তরঙ্গ ভক্ত নত্ত্বা) অতোপ্পা কনানা খঙবা ঙমগনী ?

মূল ৭১

চৈতন্য-চাপল্য দেখি প্রেমে সর্ব্বজন।

শচী জগন্নাথে দেখি দেন ওলাহন ॥ ৭১ ॥

**শব্দার্থ**

চৈতন্য-চাপল্য—শ্রীচৈতন্যদেবগী তযাং-তশোইবা; দেখি উবগা; প্রেমে নুংশিবনা, সর্ব্বজন মীপুম্বা, শচী-জগন্নাথে—শ্রীশচীদেবীগা শ্রীজগন্নাথগা দেখি—উনবগা, দেন ওলাহন—হ্রাকৎলম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যদেবগী তযাং-তশোইবা অদু উবগা নুংশিবনা মী পুম্নমক লোইরম্মী অদুগা শ্রীশচীগা শ্রী জগন্নাথগদা উনদুনা হ্রাকৎলম্মী।

মূল ৭২

একদিন শচীদেবী পুত্রেরে ভৎর্সিয়া।

ধরিবারে গেলা, পুত্র গেলা পলাইয়া ॥ ৭২ ॥

শব্দার্থ

একদিন—নোংমা, শচীদেবী—শ্রীশচীদেবীনা, পুত্রেরে—মচানুপাবু, ভৎসিয়া—চৈহুনা, ধরিবারে—ফাগে হায়না, গেলা—চৎলম্মী, পুত্র—মচানুপানা, গেলা—চৎখি, পলাইয়া—চেন্দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নো মা শ্রীশচীদেবীনা মচানুপাবু চৈরগা ফাগে তৌরম্মী। অদুবু মচানা হৌহুনা চেন্থোকখি।

মূল ৭৩

উচ্ছিষ্ট-গর্ত্তে ত্যক্ত হাণ্ডীর উপর।

বসিয়া আছেন সুখে প্রভু বিশ্বম্ভর ॥ ৭৩ ॥

শব্দার্থ

উচ্ছিষ্ট-গর্ত্তে—লুকখাব্-কোমদা, ত্যক্ত—হুন্দোক্লবা, হাণ্ডীর—চফুগী উপর মথক্তা; বসিয়া—ফমহুনা, আছেন—লৈ, সুখে—নুংঙাইনা, প্রভু বিশ্বম্ভর—শ্রীমন্মহাপ্রভু বিশ্বম্ভর-না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভু বিশ্বম্ভরনা লুক্‌খাক্-কোমদা হুন্দোক্লবা চফুগী মথক্তা নুংঙাইনা ফমহুনা লৈরম্মী।

মূল ৭৪

শচী আসি কহে কেন অশুচি ছুঁইলা।

গঙ্গাস্নান কর যাই—অপবিত্র হৈলা ॥ ৭৪ ॥

শব্দার্থ

শচী—শ্রীশচীদেবী, আসি—লাকুনা; কহে—হায়, কেন—করিগীনো, অশুচি—অমাংঅতু, ছুঁইলা—শোক্লুবিবদি, গঙ্গাস্নান কর—গঙ্গাদা ইরুজথোক্লু, যাই—চৎতুনা, অপবিত্র—মাঙবা, হৈলা—ওইরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশচীদেবীনা লাল্লগা হায়বশ্মী—কবিগী নো অমাংবত্থ শোক্ত্রিবা গঙ্গাস্নান তৌরুচো, নহাক্ স্নাংলে।

## মূল ৭৫

ইহা শুনি মাতাকে কহিল ব্রহ্মজ্ঞান।
বিস্মিতা হইয়া মাতা করাইল গঙ্গাস্নান ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

ইহা—(বা) অসি, শুনি—তাবগা মাতাকে—মমাদ, কহিল—হায়বশ্মী ব্রহ্মজ্ঞান—ব্রহ্মগী মরমদা খংনজাই, বিস্মিতা—ঙকপা, হইয়া—ওইবত্থনা, মাতা—মমানা, করাইল—তৌহনখি, গঙ্গাস্নান—গঙ্গাদা স্নান।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মমাগী) ৱাসি তাবগা প্রভুনা মমাবেম্মাদা ব্রহ্মজ্ঞান (ব্রহ্মগী মরমদা খঙনজাই বা) হায়বশ্মী। ঙকত্থনা মমানা মচাবু গঙ্গাস্নান তৌহনখি।

### তৈনব্রোল

বিশ্বরূপনা সন্ন্যাস লৌবগা মতূং দা জগন্নাথ মিশ্রনা নো মা মপুক্লীডঙদা খনখি—"শাস্ত্রনচিংবা তমজনা সংসারসি নিত্য নত্তে হায়বা খঙলত্থনা বিশ্বরূপ-না সন্ন্যাস তৌখিদনী, নিমাইসু লাইরীক-লাংশু তৌবগদি শাস্ত্রনচিংবা উবগা বিশ্বরূপতোনা সন্ন্যাস লৌথ্রগনী।" মতৌপুন্না চিংনবদগী মহাক্না নিমাইনা লাইরীক তম্বত্থ তোকহনখি। নিমাইদি লাইরীক তম্বা মতমদা অদোমদা মপুক্লীড লৈহৎশিনখিত্থন অঙাং ওইবগী তথাং-তশোইন্থ খরা হঙ্করম্মবনি। অতুবু লাইরীক তম্বা তোকহনবদগী মহাক অমুক লম-হেঙ্গৎলককখি। অমুক তয়াং-তশোইবগী থবক তৌবা হৌবকখি। লমহেনবা অঙা শিংগা লোয়ননা কবিগুম্না মতমদা ময়ুমদা, করিগুম্বদনা মীগী পোৎ-চৈ থুগাইবা মাঙ-তাকহনবা হৌখি। করিগুম্না মতমদা কম্পোরনা মশা কুপশন্দুনা শল্লাবা শারগা কৈবোম্ন-লৈকায়গী লফু-কোন নৈথেকয়ি, করিগুম্বদনা অহিংদা কনাগুম্বা ইমুগী থোঙ মাপাল্লোমদগী থিংডল্লম্মী।

অসুম্না বাল্য-চাপল্য কয়া তৌরম্মী। অতুবু বিশ্বরূপ লৈতরদগী চাকখিরা মৈচাক্তুনা জগন্নাথ মিশ্রনা মচা নিমাইনা লম হেনবত্নু খঙনা-উন। ক,রমতা হায়রমদে।

নো,মদি নিমাই লুক্‌থাক্-কোমদা হুন্দোক্লম্বা চফু মথক্তা ফম্লম্মী। অমুবা চফূগী হামুক অতুনা মশাতুগী মযম মযমদা তৈরদগী ফজবা মফজদি হায়নঙাই লৈরমদে। গৌরাঙ্গসুন্দরনা অতুদা ফম্লগা নোক্তুনা লৈরম্মী। নমান্নবশিংনা শচীমাতাদা পাউদম্লুবে। পাউ তাবদগী শচীনা প্রৎ প্রৎ চেন্থোবক্লগা নিমাইনা তৌরিবা মতোত্নু উবদা ঙক্লম্মী। শচীদেবীদি আচার-নাইরী-ব্রাহ্মণ বীনী, মচানা অতুগুম্বা নত্তবা আচার তৌরম্বত্নুদদি ঙক্তবা ঙম্লমদে। অতুনা, শচীমাতানা নিমাইদা হায়রম্মী—করিনো, নিমাই নঙনা তৌ বরদো, অমাঙবা চফুতুদা ফম্লিবতুব করিগী নে। ? চফু অমাংবত্নু শোল্লগ দি ইকক্লখোক্তদবনী হায়বা নঙ খঙদবা ? হৌজিক ফাওবা নঙ মতু খঙদ্রিবা ?" মমাবেম্মাগী রাসি মনাকোঙনা তারগা নিমাইনা খমখি—"ইম, মতু করম্না খঙগনী ? নখোয়নদি ঐবু লাইরীক তমহন্দে, অপাঙবা ঐনদি অফ-ফত্ত অমাং-অশেং করম্না খঙগনী ? ঐনা খনবদি লোইনমক অমত্তনী হায়না খল্লী, মসিদা অশেঙ-অমাং অমদি অফ-ফত্তগী খেন্নবা ররি লৈবগে ?" অসুম্না খম্লগা নিমাই চফু অমনবত্তুগী মথক্তা ফমত্নুনা অতুম লৈরম্মী। মমাগা মচাগা অমাঙ অশেংগী রা যাম্না যেৎনখৎলকখি, অতুদা নিমাইনা অঙাং ওঁনা ওইনা অথুপ্পা তত্ত্ব যোঙদোক্তুনা হায়রকখি - "ইমা, ঐনা ফম্লিবা মফমসে যাম্না শেংবনী, মসি শূরমাং মাদে। ঈশ্বরনা শেম্বা মতমদা অশেংবা পোৎনা অসিনী অমাংবা পোৎনা অসিনী হায়না খক শেম্লমদে, মতু শেঙ তো মতু মাংঙৌ হায়রসে মাতমা হায়রনী হায়রদি মতু লোকাচার দেশাচারগী বানী। খোইদোক-হেন্দোক্লা চফুশিংসিদা বিষ্ণুদা কৎনবা পোৎ খোংলিবনী, মখোয়সি করম্না মাংগদোবিবনো ? অতুগীসু মথক্তা মসিদা অমূক ঐনগা ফমজল্লে, ঐনবু শোক্লরদি পোৎ পূম্নমক শেংদবা লেত্রে।" নিমাইগী রাসি তারদা লোইনমক নোক্লম্মী। অতুদগী শচীমাতানা হায়রম্মী—"থুনমক লাক্তুনা গঙ্গাস্নান তৌবোনে।" নিমাইনা খুম্লম্মী—"লাইরীক তমহন্দ্রবদি স্নুক্লাক লাক্লোই।" মযাদ্রবত্নুদদি মমানা ফাত্নুনা পুরক্লগা মচাবু স্নান তৌহন্‌খি অতুগা মা মছামবস্তু স্নান তৌত্নুনা শেংদোকখি।

রারীসি শ্রীচৈতন্যভাগবত-দা য়াওরনী। খৌদোকসিসু প্রভুনা চহী মঙা চঙলকপদনী, হায়রদি বাল্যগী অরোইবা মতাঙদনী বাল্যগী মতাঙ

লোইরগা পৌগণ্ড মতাও হৌবনী। লাইরীক তম্বা হৌগংলকপদা লাইরীক তম্বা তোকহল্লম্বনী।

উপনিষদকী "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম" হায়বা বাক্যসি অদ্বৈতবাদীশিংনা তৌবা ব্যাখ্যাগী মতুং ইন্না 'জগৎতা উম্বিবা পুম্নমক ব্রহ্মণী, ব্রহ্ম ওইববনীনা শেংদবা অমতা নত্রে। হুন্দোক্লবা চকুগী মথক্তা ফম্নগা শ্রীনিমাইনা মমাদা হায়বম্মী—"সর্ব্বত্র আমার অদ্বিতীয় জ্ঞান। আবার সে কাল্পনিক শুচি বা অশুচি। স্রষ্টার কি দোষ আছে, মনে ভাব বুঝি।—মফম পুম্নমক অনী থোক্তে হায়না ঐনা খণ্ডী। অশেং-অমাং হায়বদুদি ভাবতনা শাগৎপা ঙাক্নী। লৈশেম্বা ঈশ্বরগী কবি দোষ লৈবগে, পুক্নীঙনা পঙথন খনবনী ঙক্নী।" রাসি অদ্বৈতবাদীশিংগী ব্যাখ্যাগী মতুং ইনবনী। মবমতুনা শ্রীনিমাইগী রা পুম্নমক্লে ব্রহ্মজ্ঞানগী ওইবা রা ঙাক্নী।

তশেংনা হাযবা তাববদি, পোৎ পুম্নমক মচাক ( হায়বদি ঈশ্বর অমসুং প্রকৃতিগী মশক ওইবা উপাদান ) অমতনা ওইবকপনী, মরমতুনা স্বরূপকী হায়রবদি পোৎ অমতা মাংবা লৈতে হাযবা যাই। লোকাচার দেশাচারগী মতৃঙ ইন্না অশেং-অমাং লেপ্পনী। আচার পুম্নমকসি দেশ-কাল পাত্রগী মতৃঙ ইন্না হোংবা নাইরবসু মতম মতমগী চৎনবা আচারদুদি দেশগী, সমাজগী অমসুং মী মছা অমগী পুন্সীগী মঙ্গল ওইনবা হাযদুনা চৎনবিবা আচারদু ঐখোয় পুম্নমক্না ঙাকপা চুম্মি। মরমদি শ্রীহরিভক্তি বিলাস-না হায়রি ( ৩/৪ ) মদুদি—"গৃহস্থেন সদা কার্য্যমাচার-পরিপালনম। ন হ্যাচারবিহীনস্য সুখমত্রপরত্র চ॥ যজ্ঞদন-তপাংসীহ পুরুষস্য ন ভূতয়ে। ভবন্তি যঃ সদাচারং সমুল্লঙ্ঘ্য প্রবর্ত্ততে।—য়ুম্পানবা মীনা মতম পুম্বদা আচার ঙাক্তুনা চৎকদবনী। হন্দক্কী মপোক্তা অতুগ হয়েঙকী মপোক্তা, আচার-নাইদবা মীনা নুংঙাইবা ফংদে। আচার চৎত্রবদি মানা তৌবা যজ্ঞ দান-তপস্যাদু ইহলোক্তদি মাগী মঙ্গল ওইনবগী নত্রে।

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা অমাংবা চযু মথক্তা ফম্নস্বদি আচার পালন তৌত্রবসু যাই হায়বা উৎননবা নংলমদে, লাইরীক তম্বনা ফৈ হায়বদু মমাগা মপাগবু পামহন্নগে হায়বগীদমক্তনী।

## মূল ৭৬

কভু পুত্র-সঙ্গে শচী করিলা শয়ন।
দেখে—দিব্য লোক আসি ভরিল ভবন॥ ৭৬॥

শব্দার্থ

কভু কবিগুম্বা মতমদা, পুত্র-সঙ্গে—মচান্নুপাগা লোয়ননা, শচী—শ্রীশচীদেবীনা, করিল শয়ন—চেপ্লম্মী, দেখে—উই, দিব্যলোক—(মীওইবা নত্তবা) দেবতাশিং, আসি—লাক্লুনা, ভরিল—থন্‌খি, ভবন—য়ুম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কবিগুম্বা মতমদা শ্রীশচীনা মচান্নুপাগা লোয়ননা চেপ্লম্মী। মতমদুদা দেবতা ময়াম লাক্লুনা ময়ুমদু পুম্নমক থনখি হায়বদু উবম্মী।

মূল ৭৭-৭৮

শচী বোলে—যাহ পুত্র বোলাহ বাপেরে।
মাতৃ-আজ্ঞা পাঞা প্রভু চলিলা বাহিরে॥ ৭৭॥
চলিতে নূপুর-ধ্বনি বাজে ঝন ঝন।
শুনি চমকিত হৈল মাতা-পিতার মন॥ ৭৮॥

শব্দার্থ

শচী—শ্রীশচীনা, বোলে—হায, যাহ—চৎলু, পুত্র—ইচা, বোলাহ—কৌবকউ, বাপেরে—নপাবুংবু, মাতৃ-আজ্ঞা—মমাগী য়াথং, পাঞা—ফংলদুনা, প্রভু—মহাপ্রভুনা, চলিলা—লেংখি, বাহিরে—মাপাম্লোমদা, চলিতে—লেংবদা, নূপুরধ্বনি—নূপুর মখোল, বাজে—থোকখি, ঝন ঝন—শ্রেং শ্রেং, শুনি—নাকোংনা তাবদুনা, চমকিত—উকপা, হৈল—ওইখি, মাতা-পিতার—মপামমাগী, মন—পুক্নীং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশচীদেবীনা নো.মা হায়রম্মী—ইমাগী ইবুংঙো চৎলু, নপাবুংবু কৌরকচো। মমাগী য়াথং ফংলগা মহাপ্রভুনা মাপাল্লোমদা লেংথোকখি। অমুম চৎপদা নূপুর খোঞ্জেল শ্রে, ংশ্রেং হায়না থোরকয়ি। মখোন্দু তাবদা মমামপা অনীগী মপুক্নীংদা উকখি।

মূল ৭৯

মিশ্র কহে—এই বড় অদ্ভুত কাহিনী।
শিশুর শূন্যপদে কেনে নূপুরের ধ্বনি॥ ৭৯॥

শব্দার্থ

মিশ্র— শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা, কহে—হায়, এই- মসি, বড—য়াম্না, অদ্ভুত- ঙকপা, কাহিনী- ৱাণী শিশুর—অঙাঙগী, শূন্যপদে- ইহাঙ-হাঙ বা খোঙদা কেনে করিগীনো নূপুরের—নূপুরগী, ধ্বনি—খোঞ্জেল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা হাযরম্মী—মসি য়াম্না ঙকপা ৱারৌনী। অঙাঙগী ইহাঙ-হাঙবা খোঙদা করিগীনো নূপুরগী মখোন থোক্লিবা।

মুল ৮০

শচী বোলে- আর এক অদ্ভুত দেখিল।
দিব্য দিব্য লোক আসি অঙ্গন ভরিল ॥ ৮০ ॥

শব্দার্থ

শচী—শচীনা বোলে- হায, আর—অতোপ্পা, এক—অমা অদ্ভুত অঙকপা, দেখিল—উখি, দিব্য দিব্য লোক—দিব্যদেহগী মী হায়বদি দেবতাশিং, আসি- লাক্লুনা, অঙ্গন—শুমাং, ভরিল—থল্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীনা হাযরম্মী- অঙকপা অমগু উই। দিব্যদেহগী মীতা ঙাক্ লাক্লুনা শুমাঙ থন্‌খি।

মুল ৮১

কিবা কোলাহল করে বুঝিতে না পারি।
কাহাকে বা স্তুতি করে—অনুমান করি ॥ ৮১ ॥

শব্দার্থ

কিবা—কবি, কোলাহল—ইলাঙ-লাঙ বা; করে—তৌয়ি, বুঝিতে—খঙবা, না পারি—ঙমদে, কাহাকে বা—কনাবুনো, স্তুতি করে—চীন্দা শোল্লগা থুকম্মী, অনুমান করি—ভাব-না শাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করিনো ইলাঙ-লাঙবগুম্না অমা তৌয়ি, ঐ মরোন্দি খঙবা ঙমদে। কনাবুনো অমবু স্তুতি তৌবরোই তৌয়ি হায়বা ভাব-না শাই।

মূল ৮২

মিশ্র কহে—কিছু হউক, চিন্তা কিছু নাই।
বিশ্বম্ভরের কুশল হউক—এইমাত্র চাই ॥ ৮২ ॥

শব্দার্থ

মিশ্র—শ্রীজগন্নাথনা, কহে—হায, কিছু—করিনো অম।, হউক—থোক্নসু, চিন্তা—ৱাখল, কিছু—কবিসু, নাই—লৈতে, বিশ্বম্ভরের—বিশ্বম্ভরগী ( শ্রীগৌরাঙ্গগী ), কুশল—য়াইযবা, হউক—ওইসনু, এইমাত্র—অসিতা, চাই—ঐনা পাম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা হায়রম্মী—করিনো থোকপা অমা থোকসনু চিন্তা করিসু তৌনঙাই লৈতে। বিশ্বম্ভরগী মঙ্গল ওইবা অদুতা পাম্মী।

মূল ৮৩

একদিন মিশ্র পুত্রেব চাঞ্চল্য দেখিযা।
ধর্ম্মশিক্ষা দিল বহু ভৎর্সনা করিয়া ॥ ৮৩ ॥

শব্দার্থ

একদিন—নোংমদি, মিশ্র—শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা, পুত্রের—মচানুপাগী, চাঞ্চল্য—চরাংনবদু, দেখিযা—উরগা, ধর্ম্মশিক্ষা—ধর্ম্মগী মবমদা তাকপা, দিল—পীরম্মী; বহু—য়াম্না, ভৎর্সনা—চৈবা, করিয়া—তৌদুনা,

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমদি মিশ্রনা মচানা লম-হেন্‌বদু উবদা যাম্না চৈরগা হৌনবা হৌনদবা ( ধর্ম্ম-অধর্ম্ম ) করিনো হায়বদু তাক্লম্মী।

মূল ৮৪-৮৫

রাত্রে স্বপ্ন দেখে—এক আসিয়া ব্রাহ্মণ।
মিশ্রেরে কহয়ে কিছু সরোষ বচন ॥ ৮৪ ॥
মিশ্র। তুমি পুত্রের তত্ত্ব কিছুই না জান।
ভৎর্সনা তাড়ন কর, পুত্র করি মান ॥ ৮৫ ॥

### শব্দার্থ

রাত্রে—অহিংদা, স্বপ্ন—মঙ, দেখে—উই, এক—অমা; আসিয়া—লাকুনা, ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ; মিশ্রেরে—মিশ্রদা, কহয়ে—হায়, কিছু—খরা, সরোষ—অশাউবগা লোয়ননা, বচন—ৱাহৈ, মিশ্র—ওহে মিশ্র, তুমি—নহাক, পুত্রের—নচাগী, তত্ত্ব—অওইবা করিনো হায়বছু, কিছুই করিমত্তা না জান—খঙদে, ভর্ৎসনা—চৈবা, তাডন—য়েবা, কর তৌরি পুত্র—নচানী, করি—হায়তুনা, মান—লৌরি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিংদা মিশ্রনা মঙদা উবম্মী, ব্রাহ্মণ অমা লাকুগা অশাউবা ৱাহৈনা মিশ্রদা বা খরা হায়রৈ—ওহে মিশ্র নহাক নচানুপাগী তত্ত্ব (হায়বদি নচানুপাসি কনানো হায়বদু। করিমত্তা খঙদে। অদুনা মহাকপু নচানী হায়না লৌরগা য়ে-চৈবা তৌবা শারে।

## মূল ৮৬-৮৭

মিশ্র কহে দেব সিদ্ধ মুনি কেনে নয়।
যে সে বড় হউক মাত্র আমার তনয় ॥ ৮৬ ॥
পুত্রের লালন-শিক্ষা পিতার স্বধর্ম।
আমি না শিখাইলে কৈছে জানিবে ধর্মমর্ম। ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

মিশ্র—জগন্নাথ মিশ্রনা কহে হায দেব—লাই, সিদ্ধ—সিদ্ধি ফংলবা মহাপুরুষ, মুনি ঋষি, কেনে হয়—করিগী ওইবায হায়বদি ওইজশনু, যে সে—অমা অম। বড—অচৌবা, হউক—ওইজশনু, মাত্র—তনী, আমার—ঐগী তনয—ঙকচাওঙগী থোকপা ইচানুপা, পুত্রের—মচাগী লালন-শিক্ষা—লুনা য়োকপা অমসুং তাকপী-তীকপিবা, পিতার—মপাগী স্বধর্ম—লমাইগী ওইবা মথৌনী। আমি—ঐন, না শিখাইলে তাকপিদ্রবদি, কৈছে—করম্না, জানিবে—খঙগনী, ধর্মমর্ম—ধর্মগী অথুপা রা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা হায়রম্মী—(নিমাইসে) দেব ওইরো ওইরসু,

নত্রগা সিদ্ধ মহাপুরুষ অমা ওইসন্থু নত্রগা মুনি ঋষি ওইগে ওইসন্থু, করিনো অচৌবা অমা ওইরবন্থু অত্থু মণ্ডাঘবে, মহাক ঐনা পোকপা ইচানী। মচাবু য়োকপা-তাকপী-তীকপীবদি মপাগী লম্নাই ওইবা মথৌনী। ঐনা তাকপিদ্রবদি মাদি করম্না ধর্ম্মগী অথুপ্পা য়াবোল খণ্ডগনী?

## নৈনহ্নোল

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রদি বাৎসল্য-প্রেমগী (মচা-মুংশিবগী) প্রতিমূর্ত্তিনী। অত্থুনা নিমাইগী ঐশ্বর্য্যগী য়া ব্রাহ্মণনা হাযবা মনাকোংডনা তাববন্থু বাৎসল্য-প্রেমগী খোঙকময়দগী শন্না অমফাওবা লেঙলমদে। অত্থুনা মচাগী অফ ফত্তদি মপাগী মথৌনী হায়না মিশ্রনা ইলায-লায়না খুমখি।

## মূল ৮৮

বিপ্র কহে- পুত্র যদি দেবশ্রেষ্ঠ হয়।

স্বতঃসিদ্ধজ্ঞান, তবে শিক্ষা ব্যর্থ হয় ॥ ৮৮ ॥

### শব্দার্থ

বিপ্র—ব্রাহ্মণনা, কহে—হায, পুত্র—মচানা, যদি—বদি, দেবশ্রেষ্ঠ—দেব মকোক, হয—ওই, স্বতঃসিদ্ধজ্ঞান—মশানা অত্থুম খঙলবা অমনী, তবে—অত্থুনা, শিক্ষা- তাকপীবন্থু, ব্যর্থ— অবেস্বা, হয—ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণনা হাযখি- নচানুপাসিনা দেবতা মকোক ওইরবদি খঙগদবা পুম্নমক মশানা অত্থুম মখঙবা হাযবন্থু ওই, অত্থুনা মঙোন্দা তাকপী-তীকপীবদি থৌবেম ওইত্থুনা তোক্কনি।

## মূল ৮৯

মিশ্র বোলে - পুত্র কেনে নহে নারায়ণ।

তথাপি পিতার ধর্ম্ম পুত্রের শিক্ষণ ॥ ৮৯ ॥

### শব্দার্থ

মিশ্র—মিশ্রনা; বোলে—হায, পুত্র—ইচানা, কেনে নহে—করিগী ওইরোই হাযবদি ওইগে ওইসন্থু' নারায়ণ—নারায়ণ তথাপি—অত্থুম ওইনমক, পিতার—মপাগী, ধর্ম্ম- মথৌদি, পুত্রের শিক্ষণ—মচাবু তাকপী-তীকপীবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মিশ্রনা হায়বম্মী—ইচাসিনা নারায়ণ ওইগে ওইসন্নু। অতুম ওইনমক মচাবু শিক্ষা পীবদি মপাগী মথৌনী।

## মুল ৯০

এইমতে দোঁহে করে ধর্ম্মের বিচার।
বিশুদ্ধ বাৎসল্য মিশ্র—নাহি জানে আর ॥ ৯০ ॥

### শব্দার্থ

এইমতে- মতৌ অসুম্না, দোঁহে—অনীনা, করে—তৌয়ি, ধর্ম্মের—মপা ওইবগী মচাগী মফমদা তৌফম থোকপা মথৌগী, বিচার—খন্নবা; বিশুদ্ধ-বাৎসল্য—মত্রুবা বাৎসল্য প্রেম। মাগী ওইববা অতুগুম্বা, মিশ্র—মিশ্রঠাকুরণী, নাহি জানে—খঙদে, আর—অতৈ করিস্নু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না অনীনা হায়বদি মিশ্রগা মচুনা উরবা ব্রাহ্মণগনা মপা ওইবনা চৎকন্দবা ধর্ম্মগী বিচার তৌনৈ। মিশ্রদি মত্রুবা বাৎসল্যগী প্রতি-মূর্ত্তিনী, মহাক অতৈ ত্ন অমা খঙবা লৈবনাদে।

## মুল ৯১

এত শুনি দ্বিজ গেলা হৈয়া আনন্দিত।
মিশ্র জাগিয়া হৈলা পরম বিস্মিত ॥ ৯১ ॥

### শব্দার্থ

এত- অসুকথক, শুনি মনাকোঙনা তাবগা, দ্বিজ—ব্রাহ্মণহু, গেলা—চৎখি হৈয়া—ওইহনা, আনন্দিত—নুংঙাইবা মিশ্র—মিশ্রনা, জাগিয়া—মীৎকপ থোক্লগা, হৈলা—ওইখি, পরম—য়াম্না য়োলা, বিস্মিত—ঙকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ত্না য়য়ামসি মনাকোঙনা তারগা ব্রাহ্মণহু নুংঙাইরহনা হন্থরে। মিশ্রনা মীৎকপ থোক্লগা য়োলা ঙকখি।

## মূল ৯২

বন্ধুবান্ধব স্থানে স্বপন কহিল।
শুনিয়া সকল লোক বিস্মিত হইল ॥ ৯২ ॥

### শব্দার্থ

বন্ধু-বান্ধব—মরূপ মপাঙ মবীমতাগী, স্থানে—মফমদা, স্বপন—মঙষু; কহিল—লীরম্মী; শুনিয়া—মনাকোডনা তারগা; সকল লোক—মী পুম্বনা, বিস্মিত—ঙকপা, হইল—ওইখি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মিশ্রনা মমঙষু মবীমতা-মরূপ-মপাংশিংদা লীরম্মী। মসু তাবদা মী পুম্নমক ঙকখি।

## মূল ৯৩

এই মত শিশুলীলা করে গৌরচন্দ্র।
দিনে দিনে পিতা-মাতার বাঢ়য়ে আনন্দ। ৯৩ ॥

### শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না, শিশুলীলা—অঙাংমচানা তৌগদবা লীলা (থৌদৌ), করে তৌয়ি গৌরচন্দ্র—শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা দিনে দিনে—নোংমা নোংমগী; পিতামাতার—মপা মমাগী, বাঢ়য়ে হেন্নংলী, আনন্দ নুংঙাইবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা অঙাংমচা ওইবগী লীলা তৌখি। মপাবুং অমসুং মমাবেম্মগী নুংঙাইবসু নোংমা নোংমগী হেন্নংখি।

## মূল ৯৪

কথোদিনে মিশ্র পুত্রের হাথে খড়ি দিল।
অল্পদিনে দ্বাদশ ফলা অক্ষর শিখিল ॥ ৯৪ ॥

## শব্দার্থ

কাথাদিনে—নুমিৎ খরনী লৈবগা, মিশ্র—মিশ্রঠাকুরনা, পুত্রেব—মচাগী হাথে—থৃৎতা খড়ি—কাগু দিল—পীবম্মী, অল্পদিনে—নুমিৎ খবতগী মন্নুদা, দ্বাদশফলা—ফলা তবানিথোহ অক্ষর মাযেক শিখিল—হৈখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ খবনী লৈবগা মিশ্রঠাকুবনা মচানুপাগী বিদ্যাবম্ভ তৌহল্লী। নুমীৎ খবতগী মন্নুদা নিমাইনা দ্বাদশ ফলা মাযেকশিংদু হেদোকখি।

## তৈনরোল

দ্বাদশ ফলা ফলা তবানিথোহগী মাযেকশিংদি মথাদা পীজরি—য-ফলা (ক্য) র ফলা (ক্র) ঋ-ফলা (কৃ), ৯-ফলা (কৢ), ন-ফলা (ক্ন) ব-ফলা (ক্ব), ল-ফলা (ক্ল) ম-ফলা (ক্ম), রেফ-ফলা (র্ক) ক-ফলা (ক্ক), ষ্ক-ফলা (ষ্ক), স্ক ফলা (স্ক)—মাথাযসিনী দ্বাদশ ফলা।

অক্ষর (মযেক) অতুগা ফলা-নচিংবা তম্ববু ঈশ্বরনা তৌগদব হৌদোক্তা চনবগী মরমদি অসিনী—খঙহনা মপা-লৈত্রবা শ্রীমমহাপ্রভুন বিদ্যাবন্ত বগ পরিচয (মাযেকখঙবা) অতুগা দ্বাদশ-ফলা তৈনবা তম্বদি মহাক্র লীলা শানবা হাযবতুনা মসি হেতবনী অতুন। হৈযম থোকহি হাযতুন। তম্বা নাও। অতুগা হৈবস্থ মতম খাজিক্কগী মন্নুদা হেখি। মসি-ম্বসি ঈশ্বর-শক্তি নত্তনা ওইবা যাবা নত্ত, মীওইবগীদি ওইথোক্তবনী। মরমসিন লাইবীক মাযেক তম্বসিস্থ ঐশ্বর্য্য উৎপগী ওইব বাল্যলীলানা।

## মূল ৯৫-৯৬

বাল্যলীলা সূত্রে এই কৈল অনুক্রম।

ইহা বিস্তারিযাছেন দাস বৃন্দাবন ॥ ৯৫ ॥

অতএব এই লীলা সংক্ষেপে সূত্র কৈল।

পুনরুক্তি হয—বিস্তারিযা না কহিল ॥ ৯৬ ॥

## শব্দার্থ

বাল্যলীলাসূত্রে—অঙাং-পিশক ওইবিউগী লীলাগী সূত্রদা। এই—মসি, কৈল-তৌবে, অনুক্রম—হোবা, ইহা—মসি, বিস্তারিযাছেন—শন্দোক্লা ইরম্লে, দাস বৃন্দাবন বৃন্দাবনদাস-না, অতএব মরমতুনা

এই লীলা (অঙাং ওইবিউগী) লীলাসি সংক্ষেপে—শম্পংনা সূত্র—সূত্র, কৈল—তৌরবনী পুনরুক্তি—হঞ্জন্না হাযবা, হয—ওই, বিস্তারিযা শন্দো'ক্লা, না কহিল—লীজদ্রে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাল্য-লীলাগী সূত্র ইবসিদা মসিনা অহৌবনী। মসিবু বৃন্দাবন দাসনা শন্দ্রোক্লা ইবম্লে। মবমতুনা লীলাসি সূত্র ওইনা শম্না ইববনী। হঞ্জন্না লীব হাযবতু ওইগনী হাযদুনা শন্দোক্লা লীজদ্রবনী।

## তাৎপর্য

শ্রীলবৃন্দাবন দাস ঠাকুরনা শ্রীচৈতন্যভাগবতকী আদি খণ্ডগী অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা অধ্যাযদা প্রভুগী বাল্যলীলা শন্দোক্লা বর্ণনা তৌবমে। অদুনা হঞ্জন্না হাযবতু থোক্তনবা হাযদুনা সূত্র ওইনদা কবিরাজ গোস্বামীনা বাল্যলীলাসি শন্দোক্লা ইদতুনা শম্না ইবনী।

## মূল ৯৭

শ্রীরূপরঘুনাথ-পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ৯৭ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীরূপ রঘুনাথ-পদে—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামীগী খুযাদা যার—মহ কী আশ—আশা চৈতন্যচরিতামৃত—অমৃতগী মশক ওই। চৈতন্যচরিত অসি, কহে—লীজে, কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাসনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামীগী চরণথাদা আশা থমজরিবা কৃষ্ণদাস ঐনাক্লা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতসে লীজরি।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে বাল্যলীলা-সূত্র-বর্ণনং নাম চতুর্দ্দশপরিচ্ছেদঃ ॥

---

# আদি লীলা

## তরামঙাশুবা পরিচ্ছেদ

**মূল ১**

কুমনা স্তমনস্ত্ব, হি যাতি যস্য পাদাব্জয়োঃ ।

স্তমনোহর্পণমাত্রেণ তং চৈতন্যপ্রভুং ভজে ।। ১ ।।

**শব্দার্থ**

কুমনাঃ — পূকচেল-মকপা মীনা স্তমনস্ত্বম - মক্তবা পূকচেল হি — লেপমক যাতি যংঙী যস্য মহাক্কী (শ্রীচৈতন্য প্রভুগী), পাদাব্জয়োঃ — খুয়া-এম্বাল অনীদা, স্তমনঃ — লৈরাং অর্পণ-মাত্রেণ — কৎপদদা, তম — মহাবপু, চৈতন্যপ্রভুং শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু, ভজে — খুরুমজৈ, ভজন তৌজৈ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী খুযা-এম্বাল অনীদা লৈ হেক কৎপগা পূকচেলমকপা মীনা পূকচেল-মক্তবা ওইরকখিবা অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু ঐনা ভজন তৌজৈ ।

**নৈনরোল**

হৌজিক শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ শ্রীমন্মহাপ্রভুগী পৌগণ্ড-লীলা পনবা হৌগদৌরে । শ্রীমন্মহাপ্রভুগী চরণপদ্মদা লৈ অমতং হেক কৎপগা কৎলিবা মুপাদুগী অমবপা পূকচেন্দু মাঙতুনা মক্তবা পূকচেল ওইরকখি, মদুগুম্বা মহাপ্রভুগী চরণ অনীদুবু নীঙশিংলগা মহাক্কী লীলা লেংবদা মতীক-চাজবা ওইরকপদা ওক্লগাই মরম লৈতে । অদুনা কবিরাজ গোস্বামীনা পৌগণ্ডলীলা হৌরমদাইদা প্রভুগী কৃপা নিজদুনা নৈনরিবা শ্লোকসি লৌখৎতুনা হাপ্লিবনি । শ্লোকসি হরিভক্তিবিলাসতগী লৌথোকপনি ( ৭/১ ) ।

**মূল ২**

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ ।

জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্ত বৃন্দ । ২ ।।

### শব্দার্থ

জয জয শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্যবু খুকুমজৈ নত্রগা শ্রীচৈতন্যনা জয ওইবে জয নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দবু খুকুমজৈ, জয়-অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈতবু খুকুমজৈ, জয গৌরভক্তবৃন্দ—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভক্তশিংবু খুকুমজৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু খুকুমজরি, শ্রীনিত্যানন্দবু খুকুমজৈ শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুকুমজৈ, অদুগা গৌরভক্তশিংবু খুকুমজৈ।

### মূল ৩

পৌগণ্ডলীলাব সূত্র করযে গণন।
পৌগণ্ডবয়সে প্রভুব মুখ্য অধ্যযন ৩॥

### শব্দার্থ

পৌগণ্ড- মঙাশুবা চহী লোইবগা তরাশুবা চহী ফাওবগী মতাং লীলাব— লীলাগী, সূত্র- সূত্র, করযে গণন- শীঙথাবি, পৌগণ্ডবয়সে—পৌগণ্ডগী চহী মতাঙদা প্রভুব মহাপ্রভুগী, মুখ্য- আহোংইবনী, অধ্যযন—লাইরীক তম্বনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পৌগণ্ডলীলাগী সূত্র মশীঙ থাজরি। পৌগণ্ডগী চহী মতাঙদা মকোক ওইবা লীলাদি প্রভুনা লাইরীক তম্বনী।

### টৈনরোল

প্রভুদি সর্ব্বজ্ঞশিংগী মরক্তা মকোক্নী, মচামক জ্ঞানগী মশক্নী, মহাক্না লাংবীক তম্বা হায়বগী ব্রা লেযম যোক্তে। অদুবু নরলীলাদা চঙলিবনীনা মীচম অঙাওগুম্না লাইরীক তম্মী হাযদুনা মসিবু লীলা (শান্নবা) হায়রিবনী।

### মূল ৪

পৌগণ্ডলীলা চৈতন্যকৃষ্ণস্যাতিসুবিস্তৃতা।
বিদ্যারম্ভমুখা পাণিগ্রহণান্ত মনোহরা॥ ৪॥

## শব্দার্থ

পৌগণ্ডলীলা—পৌগণ্ড চহীমতাঙগী লীলা, চৈতন্যকৃষ্ণস্য—শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী, অতি—যাম্না হেন্না, সুবিস্তৃতা—ফজনা পাক শল্লিবা (অমনী), বিদ্যাবন্তমুখা—লাইবীক তম্বদগী হৌবতুনা, পাণিগ্রহণান্তা—লুহোংবনা লোম্বা, মনোহরা—পুক্নীঙ চৎনবী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী পৌগণ্ডলীলাদি যাম্না পাক-চাউখবে। মহাক্কী লাইবীক-তম্বা হৌবদগী লুহোংবনা লোম্বা লীলাদি পুক্নীঙ হুনগাইনী।

## তাৎপর্য

প্রভুগী পৌগণ্ডলীলাসি লুহোংবনা লোম্বা লীলানী হায়না শ্লোকসিদা হায়রী। অসিগী মতুঙ ইন্নবদি প্রভুনা লুহোংবসি চহী-তরা-শুরা মতমদা ওইরম থোকয়ি। অদুবু শ্রীলবৃন্দাবন দাস ঠাকুরনা মাগী শ্রীচৈতন্য ভাগবত কোবা লাইবীক্তা হায়রিবদি প্রভুগী যৌবন চঙলকপদনী অদুগা যৌবন হৌবনা প্রভুগী চহী ১৬ চঙলকপদনী। কবিরাজ গোস্বামীস্থ ১৩ শুরা পরিচ্ছেদদা হিরি "পৌগণ্ডবয়স যাবৎ বিবাহ না কৈল।"—পৌগণ্ড ফাওবদদি লুহোংদে।" অদুনাদ মফমসিদা কবন্বা প্রমাণ তৌবগা পৌগণ্ডগী লোইবকপদা মহাপ্রভু লুহোংগী হায়রিবনো হায়বদু খণ্ডননবা উপায় লৈত্রে।

## মূল ৫

গঙ্গাদাস পণ্ডিত স্থানে পড়ে ব্যাকরণ।
শ্রবণমাত্রে কণ্ঠে কৈল সূত্রবৃত্তিগণ ॥ ৫ ॥

## শব্দার্থ

গঙ্গাদাস পণ্ডিত-স্থানে—শ্রীগঙ্গাদাস পণ্ডিতকী মফমদা, পড়ে—তম্মী, ব্যাকরণ—ব্যাকরণ, শ্রবণমাত্রে—মনাকোঙদা হেক তাবগা, কণ্ঠে কৈল—চীনফা পুখি, সূত্রবৃত্তিগণ—সূত্রবৃত্তিশিংদু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগঙ্গাদাস পণ্ডিতকী টোল-দা প্রভুনা ব্যাকরণ তম্মী। (ওজানা তাকপদু) মনাকোঙনা হেক তাবগা সূত্রবৃত্তিশিংদু চীনফা পুখি।

## মূল ৬

অল্পকালে হৈল পঞ্জী টীকাতে প্রবীণ।

চিরকালের পড়ুয়া জিনে হইয়া নবীন ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

অল্পকালে — মতম খজিক্কদা  হৈল — ওইখি, পঞ্জী-টীকাতে — পাঁজি টীকাদা, প্রবীণ — অহৈবা, চিরকালের পড়ুয়া — মতম শাংনা তম্লরুবা ছাত্রশিংবু, জিনে — হেন্দোকখি হইযা নবীন নহা ওইরগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম খজিক্কগী মনুংদা পঞ্জী-টীকাদা মপৃঙফাবা অহৈবা অমা ওইখি। মতম কুইনা তম্লরুবা ছাত্রবু মহাক্না নহা শোইনৌ ওইনা মাযথীবা পীখি।

## মূল ৭

অধ্যযনলীলা প্রভুর দাস বৃন্দাবন।

চৈতন্যমঙ্গলে কৈল বিস্তারি বর্ণন ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

অধ্যযন-লীলা — লাইরীক তম্বনী লীলা, প্রভুর — প্রভুগী, দাস বৃন্দাবন — বৃন্দাবন দাসনা চৈতন্যমঙ্গলে — শ্রীচৈতন্যমঙ্গলদা (শ্রীচৈতন্য-ভাগবত দা), কৈল — তৌরম্লে, বিস্তারি — শন্দোকা, বর্ণন — লীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন মহাপ্রভুনা লাইরীক-তম্বগী লীলাদো শ্রীবৃন্দাবন দাসনা শ্রীচৈতন্য-মঙ্গলদা শন্দোক্না বর্ণন তৌরম্লে।

## মূল ৮

একদিন মাতার করি চরণে প্রণাম।

প্রভু কহে — মাতা! মোরে দেহ এক দান ॥ ৮ ॥

### শব্দার্থ

একদিন — নোংমা, মাতার — মমাগী, করি — তৌড়না চরণে — খোঙদা, প্রণাম — খুরুম্বা, প্রভু — প্রভুনা, কহে — হায় মাতা — ইমা, মোরে — ঐভোন্দা, দেহ — পীয়ু; এক — অমা, দান — দান।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

লোংমা প্রভুনা মমাগী চরণ-থাদা খুকম্নগা হঙ্গংলম্মী—ইমা, ঐগোন্দা দান অমতা পীযুবা।

## মূল ৯

মাতা কহে তাহা দিব, যে তুমি মাগিবা।
প্রভু কহে একাদশীতে অন্ন না খাইবা॥ ৯॥

**শব্দার্থ**

মাতা—মমানা কহে—হায, তাহা—মদু, দিব—পীগনী, যে—মদু, তুমি—নঙনা, মাগিবা—নিগনী প্রভু—প্রভুনা কহে—হায়, একাদশীতে- একাদশীদা, অন্ন—চাক, না খাইবা—চাগনু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শচীমাতানা থন্নম্মী—নঙনা নিবা অদু পীগনী। প্রভুনা হাযরম্মী—একাদশীদা চাক চাগনু।

## নৈনরোল

একাদশী ব্রত তৌরবদি শ্রীবিষ্ণুনা পেল্লী. "একাদশীব্রতং নাম বিষ্ণু প্রীণনকারণম হায়না হবিভক্তিবিলাস-তা হাযবি। ১২/৭॥ মরমদুনা একাদশী ব্রতগী মমি, অতোপ্পা অমদি হবিবাসব কৌবনী। ব্রতদু তৌবগা নহৈ লৈবা অদুগা তৌদ্রগনা পাপ নত্রগা অমাঙবা ওইবা, অদুগুম্বা ব্রতবু নিত্য (মতমপুম্বগী ওইবা) ব্রত কৌযি। শ্রীহবিভক্তিবিলাসনা হাযবি—"অত্র ব্রতস্য নিত্যত্বাদবশ্যং তৎ সমাচরেৎ। ১১/৩—একাদশী-ব্রতসি নিত্যানীনা তৌদবা যাদবনী।" অদুগা অনিমস্থ হাযরি মদুদি- "ন ভোক্তব্যং ন ভোক্তব্যং সংপ্রাপ্তে হবিবাসরে। হরিভক্তিবিলাস ১২/১০॥—একাদশীব্রতদা ভোজন (চাকচাবা) তৌহৈদে তৌহৈদে।" বৈষ্ণবশিংদি মতম পুন্নমক্তা অন্ন-নচিংবা ভগবান্দা কংলগা মহাপ্রসাদ লৌয়ি, বৈষ্ণবকীগি মহাপ্রসাদ নত্তনা করিগুম্বা পোৎ অমতা চাবগী বিধি লৈতে। একাদশীদা করিমতা চাবা য়াদে হায়বনীনা বৈষ্ণবশিংনা একাদশীদা মহাপ্রসাদ-অন্ন কাওবা লৌফদ্রে, মরমদুনা একাদশীব্রতগী মরি হাযনবপদা শ্রীজীব গোস্বামীনা ভক্তিসন্দর্ভদা ইরম্মী— অত্র বৈষ্ণবানাং নিরহারত্বং নম

মহাপ্রসাদান্ন-পরিত্যাগ এব। তেষামন্যভোজনস্য নিত্যমেব নিষিদ্ধত্বাৎ। ২৯৯॥ ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র-নুপা-নুপী পুমমক একাদশী-ব্রত তৌগদবনী। ব্রাফমসি হবিভক্তিবিলাসনস্থ হায়রি মদুদি—ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়-বিশাং শূদ্রাণাঞ্চৈবযোষিতাম। মোক্ষদ কুর্ব্বতাং ভক্ত্যা বিষ্ণো প্রিয়তরং-দ্বিজা ॥ ১২/৬॥" অসিমস্থ হায়রি—"ব্রহ্মচারী গৃহস্থো বা বানপ্রস্থোঽথবা যতিঃ। একাদশ্যাং হি ভুঞ্জানো ভুঙক্তে গোমাংসমেব হি। ১৪/.৫—ব্রহ্মচারী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ সন্ন্যাসী—আশ্রম মরিমকক্সিগী মী খুদি মক্না একাদশীদা চাক চাববদি শন-শা চাবমরী॥" মসি বিষ্ণুধর্ম্মোত্তর-দগী হবিভক্তি বিলাসনা লৌখৎপা বচন অমনী। 'ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়বিশাং'—নচি বা মথক্কী শ্লোকসিদা যাংবিবা 'যোষিতাম্' হায়বা শব্দনা হায়বিবদি লুখ্রাবী খণ্ডদে মপুবোইবা-লৈবিবী খণ্ডদ নুপী খুদি মক্না একাদশীদা চবা হেনগদবনী হায়না লেপ্পবনী। ময়ান্না থাজনবা অমস্থ লৈবি মতুদি—মপুবোইবনা হিংলিডৈদা নুপীনা চবা হেল্লবদি মপুবোইবগী পুন্সীদু মহাক্না লৌখোকখি অদুগা নবক-কোমদস্থ তাই। মসিবু য়োকখৎপা স্মৃতি-বচন অমস্থ লৈ মতুদি—"পত্যৌ জীবতি যা নারী উপবাসব্রতঞ্চরেৎ। আয়ুঃ সা হরতি ভর্ত্তুর্নরকঞ্চৈব গচ্ছতি॥" বচনসিগী মতু ইন্না একাদশীদা চবা হেনবা নুপীগীদি তে হৈদে হায়না কনাগুম্বনা হায। অদুবু একাদশীব্রতদি তৌগনু হায়দে। স্মৃতি-বচনসিনা মপুবোইনা-লৈবীনা ব্রত-উপবাস তৌবা য়াদে হায়বিবসিদি একাদশীব্রত নত্তবা অতৈ ব্রতোপবাসপুনী। অস্তুন্না বচনসিগী তাৎপর্য্য থিদ্রবদি শাস্ত্র-প্রমাণ অতৈগা যেংনবা হায়বদু ওইগদৌরি। হবিভক্তিবিলাসনা হায়রি—"সপুত্রশ্চ স্বজনৈর্ভক্তি-সংযুত। একাদশ্যামুপবসেৎ পক্ষযোরুভযোরপি।" নুপী, মচা-নুপা অদুগা স্বজনশিংশা পুন্না ভক্তিগা লোয়ননা পক্ষ অনীরুত্তা একাদশীদা উপবাস তৌগদবনী /১২/১১। বচনসিদা নুপীগা লোয়ননা উপবাস তৌগদবনী হায়বসিনা তাকপদি মপুবোইবা-লৈবীসিস্থ একাদশীদা উপবাস তৌগদবনী হায়বনী। অদুনা শ্রীমন মহাপ্রভুনা লুখ্রা-ওইদ্রিবী মমাদা একাদশীদা চরা হেল্লু হায়রিবনী। মমানা যাবস্বতুস্থ শাস্ত্রনা যাবনা যারম্লিবনী।

## মূল ১০

শচী বোলেন—না খাইব, ভালই কহিলা।

সেই হৈতে একাদশী করিতে লাগিলা॥ ১০॥

### শব্দার্থ

শচী—শ্রীশচীদেবীনা, বোলেন—হায় না খাইব—চারোই, ভালই—ফবমক্পী, কহিলা—হায়খিবত্তু, সেই হৈতে—মতুদগী, একাদশী—একাদশী, করিতে—তৌবা, লাগিলা—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশচীদেবীনা হায—নঙনা হায়বত্তু যনবু ফবে, ঐ চারোই। (শচীনা) মতুদগী একাদশী তৌবা হৌখি।

### মূল ১১

তবে মিশ্র বিশ্বরূপের দেখিয়া যৌবন।

কন্যা চাহি বিবাহ দিতে করিলেন মন।। ১১ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অতুদগীদি মিশ্র—শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা, বিশ্বরূপের - নিমাইগী মযাম্বুং বিশ্বরূপকী, দেখিয়া—উবত্তুনা, যৌবন—মাথাক-কাবা চহীমতাঙ ; কন্যা—কন্যা, চাহি - য়েংলগা, বিবাহ দিতে—লুহো বিগে হায়না, করিলেন মন—নীঙখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগীদি শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা বিশ্বরূপকী যৌবন ওইরকপত্তু উরগ নুপী অমা য়েংলগা লুহো বিরগে নীঙখি।

### মূল ১২

বিশ্বরূপ শুনি ঘর ছাড়ি পলাইলা।

সন্ন্যাস করিযা তীর্থ করিবারে গেলা ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

বিশ্বরূপ—শ্রীবিশ্বরূপ মিশ্রনা, শুনি—( লুহোংবগী পাওত্তু ) মমা-কোঙনা তারত্তুনা, ঘর—যুম, ছাড়—থাদোক্লনা পলাইলা—চেনখরে, সন্ন্যাস করিযা—সন্ন্যাস তৌত্তুনা, তীর্থ করিবারে—তীর্থ কোযননবা, গেলা—চৎখ্রে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( লুহোংবগী পাওতু ) বিশ্বরূপনা তারবুনা যুম থাদোক্তুনা চেন্‌খি। সন্ন্যাস লৌরগা তীর্থ কোযগে হাযনা চংখি।

## মূল ১৩

শুনি মিশ্র পুরন্দর দুখী হৈল মন।

তবে প্রভু পিতা-মাতার কৈল আশ্বাসন॥ ১৩॥

### শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তারগা, মিশ্র পুরন্দর—শ্রীজগন্নাথ মিশ্র, দুখী—নুংঙাইতবা, হৈল—ওইখি, মন—পূক্নীঙ, তবে—অদুবু, প্রভু—মহাপ্রভুনা, পিতা-মাতার—মপামমাবু, কৈল—তৌখি, আশ্বাসন—থেমজনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( বিশ্বরূপ-না যুম থাদোকপগী ৱা ) তাবগা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী পূক্নীঙ নুংঙাইবমদে। অদুবু শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা মপাবু, অমসুং মমাবেম্মা অনীবু থেমজল্লম্মী।

### নৈনবোল

মথং মথং মচা নিপাল শিরবা তুংদা বিশ্বরূপ পোক্‌খিবনী। অদুনা বিশ্বরূপতুবু লুনা থমজবম্বনী। মানা সন্ন্যাস লৌখিবগী ৱা তাবদা শ্রীজগন্নাথ মিশ্র অমসুং শচীদেবীদা থরাই যান্না নুংঙাইতবমদে। সন্ন্যাস লৌবা হাযবসিদা লাইনীঙবগী খল্লুরগাদি যান্না নুংঙাইবা ৱানীদি হাযববু মচা নংশিবগী মৈচাক্তি কোকপা য়ারমদে। মতুদা মহাপ্রভুনা মপাবুংগা মমা-বেম্মগা অনীবু থেমজনখি।

## মূল ১৪-১৫

ভাল হৈল-বিশ্বরূপ সন্ন্যাস করিল।

পিতৃকুল মাতৃকুল দুই উদ্ধারিল॥ ১৪॥

আমি ত করিব তোমা দোহাঁর সেবন।

শুনিঞা সন্তুষ্ট হৈল পিতামাতার মন। ১৫॥

**শব্দার্থ**

ভাল অফবা, হৈল—ওইরে, বিশ্বরূপে—বিশ্বরূপ দাদানা, সন্ন্যাস করিল—সন্ন্যাস তৌখবে, পিতৃকুল—ইপাবোমগী শাগৈ; মাতৃকুল—ইমাবোমগী শাগৈ দুহ—অনীমকপু, উদ্ধারিল—লানবিরে, আমি ত—ঐনা, করিব তৌগনী, তোমা দোঁহাব—নখোয়নীগী, সেবন—সেবা, শুনিঞা—(মতু) তাবদা, সন্তুষ্ট—পেনজবা; হৈল—ওইখি, পিতা-মাতার—মমামপাগী, মন—পুক্নাও।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

প্রভুনা হায়রম্মী—বিশ্বরূপ দাদানা সন্ন্যাস তৌখিবসে যনা যবে। মরমদি ইপাবোমগী শাগৈ অদুগা ইমাবোমগী শাগৈ অনীমক অরান-খুভম ফংলগনী। নখোযনীগী সেবাদি ঐনত্তুম তৌগনী। প্রভুগী ৱাসি তাবগা মমামপাগী পুক্নাও পেনজখি।

মূল ১৬

একদিন নৈবেদ্য তাম্বুল খাইযা।
ভূমিতে পড়িলা প্রভু অচেতন হৈযা॥ ১৬॥

**শব্দার্থ**

একদিন—নোংমা, নৈবেদ্য--অকৎপা, তাম্বুল—কা পানা, খাইযা—চাদুনা ভূমিতে—লৈপাক্তা, পড়িলা—তুখি, প্রভু—প্রভুনা; অচেতন—ৱান্তবা হৈযা—ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা প্রভুনা লাইদা কৎপা পানা-কাদু চাবগা লৈপাক্তা ৱাস্থদুনা লৈখি।

মূল ১৭

আস্তেব্যস্তে পিতামাতা মুখে দিলা পানী।
সুস্থ হৈঞা কহে প্রভু অপূর্ব্ব কাহিনী॥ ১৭॥

**শব্দার্থ**

আস্তেব্যস্তে—পাখৎপদগী হাথু হাথু তৌদুনা, পিতামাতা - মপাগা

মমাগনা, মুখে—মযাদা, দিলা—পীখি ; পানী—ঈশীঙ সুস্থ—হন্থরকপা হৈঞা—ওইরদুনা, কহে—হায, প্রভু—প্রভুনা, অপূর্ব্ব—অঙকপা, কাহিনী—রারী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাষণ্ডপদগী হাথু হাথুনা মপাগা মমাগনা প্রভুগী যান্নুংদা ঈশিং হৈজিন্‌খি। হন্থরক্লগা প্রভুনা অঙকপা রারী অমা লীরম্মী।

## মুল ১৮-২১

এথা হৈতে বিশ্বরূপ মোরে লঞা গেলা।
সন্ন্যাস করহ তুমি আমারে কহিলা ॥ ১৮ ॥
আমি কহি আমার অনাথ পিতা-মাতা।
আমি বালক, সন্ন্যাসের কিবা জানি কথা ॥ ১৯ ॥
গৃহস্থ হইযা করিব পিতা মাতার সেবন।
ইহাতেই তুষ্ট হবেন লক্ষ্মীনারায়ণ ॥ ২০ ॥
তবে বিশ্বরূপ ইহা পাঠাইল মোরে।
মাতাকে কহিও কোটি কোটি নমস্কারে ॥ ২১ ॥

## শব্দার্থ

এথা হৈতে—মফমসিদগী, বিশ্বরূপ—বিশ্বরূপনা, মোরে—ঐবু, লঞা—পুদুনা, গেলা—চৎলী, সন্ন্যাস করহ—সন্ন্যাস তৌবো, তুমি—নহাক আমারে—ঐঙোন্দা, কহিলা—হায়খি, আমি—ঐনা, কহি—হায, আমার—ঐগী, অনাথ—কনা-লৈতবা, পিতা-মাতা—ইপা-ইমানী ; আমি—ঐ, বালক—অঙাংচা পিশক্নী, সন্ন্যাসের—সন্ন্যাসগী, কিবা—করি, জানি—খঙগী, কথা—রা, গৃহস্থ—যুমপানবা, হইয়া—ওইদুনা, করিব—তৌগনী, পিতামাতার—ইপা-ইমাগী, সেবন—সেবা, ইহাতেই—মসিনা, তুষ্ট হবেন—পেন্‌গনী, লক্ষ্মীনারায়ণ—শ্রীলক্ষ্মনারাযণনা, তবে—অদুদগী, বিশ্বরূপ—বিশ্বরূপ-না, ইহা—মফম-সিদা, পাঠাইল—থারকয়ি, মোরে—ঐবু, মাতাকে—ইমাদা, কহিও—হায়য়ু, কোটি কোটি—কোটি কোটি, নমস্কারে—খুরুম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়বন্মী- মফমসিদগী বিশ্বরূপ-না ঐবু পুবগা চৎলন্মী। "নহাক সন্ন্যাস তৌবো" হায়না ঐঙোন্দা হায়বন্মী। অত্তুদা ঐনা খুম্মী— "ঐগী ইপাগা ইমাগদি যেংবিনীঙঙাই লৈত্তবনী। ঐস্সু অঙাঙনী, সন্ন্যাসগী রা করিনো হায়বত্তু মফম খঙদে। যুম-পাল্লগা ঐদি ইপা-ইমাগী সেবা তৌগনী। মত্তুদা লক্ষ্মীনারায়ণনা পেন্‌গনি। অত্তুদগী বিশ্বরূপনা ঐবু মফম-সিদা অমূক থারকয়ি। ( অত্তুগা মহাক্না অসিমস্সু হায়রকযি ), "হে নিমাই, কোটি কোটিরক হন্না ঐনা থুকমকয়ি হায়না ইমাদা তম্মুকো।"

মূল ২২

এইমত নানা লীলা করে গৌরহরি।

কি কারণে লীলা, ইহা বুঝিতে না পারি॥ ২২॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুন্না, নানা—মখল মখাগী, লীলা—লীলা, করে—তৌযি, গৌরহরি- গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা, কি কারণে—করি মরমগী, লীলা—লীলানো, ইহা—মসি, বুঝিতে—খঙবা, না পারি—ঙমদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুন্না গৌরহরিনা লীলা মখল মখা শান্নে। করি মরমগী লীলানো হায়বত্তু খঙবা ঙমদে।

মূল ২৩

কথোদিন রহি মিশ্র গেলা পরলোক।

মাতা পুত্র দোঁহার বাঢ়িল হৃদি শোক॥ ২৩॥

শব্দার্থ

কথোদিন—সুমীৎ কযানী রহি—লৈরমগা মিশ্র—জগন্নাথ মিশ্র, গেলা পরলোক—থুপখ্রে মাতা পুত্র—মমা-মচা, দোঁহার—অনীগী; বাঢ়িল—হেঙ্গৎলম্মী, হৃদি—থম্মোইদা, শোক—অরাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সুমীৎ খরনী লৈরমগা শ্রীজগন্নাথ মিশ্র থুপখ্রে। মমা-মচা অনীগী থম্মোইদা রাবদো হেঙ্গৎলম্মী।

মূল ২৪

বন্ধুবান্ধব আসি দোঁহে প্রবোধিল।

পিতৃক্রিয়া বিধিদৃষ্টে ঈশ্বর করিল।। ২৪ ।।

শব্দার্থ

বন্ধু-বান্ধব—মরূপ-মপাং আসি—লাক্লুনা, দোঁহে—অনীবু, প্রবোধিল—থেমজল্লম্মী; পিতৃক্রিয়া- শোবাৎমচিংবা থবক, বিধিদৃষ্টে—শাস্ত্রবিধি মতুং ইন্না, ঈশ্বর—গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা, করিল—তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরূপ-মপাং লাক্লুনা মখোয অনীবু থেমজল্লম্মী। ঈশ্বর গৌরহরিনা শাস্ত্রবিধি মতুং ইন্না পিতৃশ্রাদ্ধনচিংবা থবক্তু তৌখি।

নৈনরোল

পরলোক্তা চৎখিবা জীবতুগী মঙ্গল ওইননবা হায়তুনা মীওইবনা শোবাৎ শৌন্নে। শ্রীজগন্নাথমিশ্রদি নিত্য-সিদ্ধনী ভগবানগী পরিকরনী, তশেংবদি মাগীদি মৃত্যু লৈতে পরলোক-তা মাগী মঙ্গল ওইবা ওইদবগী রা লৈতে। অতুম ওইনমক প্রভুনা শান্নরিবা নরলীলাগী দমক মীওইবনা শিনবগী মতৌ তম্মতুনা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা অপ্রকট লীলাদা চঙখ্রে অতুগা লৌকিক লীলাগীনী হায়তুনা প্রভুসু অতৈ খ্বাইনা তৌবগুম্না শাস্ত্রবিধি মতুং ইন্না পিতৃশ্রাদ্ধনচিংবা কর্মশু তৌখি।

মূল ২৫-২৬

কথোদিনে প্রভু চিত্তে করিলা চিন্তন—।

গৃহস্থ হইলাম এবে চাহি গৃহধর্ম্ম ।। ২৫ ।।

গৃহিণী বিনা গৃহধর্ম্ম না হয় শোভন।

এত চিন্তি বিবাহ করিতে হৈল মন ।। ২৬ ।।

শব্দার্থ

কথোদিনে মুমীৎ খরা লৈরগা, প্রভু—প্রভুনা, চিত্তে—পুক্নীংদা, করিলা তৌখি চিন্তন রাখল, গৃহস্থ—যুমু, হইলাম ওইরে, এবে —হৌজিক চাহি- পাম্মী, গৃহধর্ম্ম—যুম্বান্‌বগী মখো, গৃহিণী—যুম্বগী

মুপী , বিনা—নত্তনা , গৃহধর্ম্ম—যুম্বানৃবগী থবক্তি , না হুয—ওইদে ; শোভন—নীঙথিবা , এত্ত—ময়ামসি ' চিন্তি—খল্লুরগা , বিবাহ করিতে —লুহোংলগে হায়না , হৈন্স মন—খনখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুমীৎ খরগী মতুংদা প্রভুনা মপুক্লীডদা খন্থি—য়ুম্ব হায়বহ্ন ওইরে, হৌজিক যুম্বান্নবা থবক তৌনাঙলে। যুমগী মুপী ( গৃহিণী ) য়াওদ্রনদি যুম্বানবা নীঙখিনা যাদে। রাখল ময়ামসি তৌরুবগা প্রভুনা লুহোংলগে হায়না পুক্লীডদা খন্থি ।

মূল ২৭

ন গৃহম গৃহমিত্যাহু গৃহিণী গৃহমুচ্যতে ।

তয়া হি সহিতঃ সর্ব্বান পুরুষার্থান সমশ্নুতে ॥ ২৭ ॥

শব্দার্থ

ন—নত্তে , গৃহম—যুম , গৃহম—য়ুম , ইতি—অস্মুয়া , আহুঃ—হায় , গৃহিণী—যুমগী মুপী ( যুম্বান্বী ) , গৃহম—য়ুম্নী . উচ্যতে—হায , তয়া—মহাক্না ( গৃহিণীগা ) , হি—লেপ্পম্নক , সহিতঃ—লোয়ননা , সর্ব্বান্—পূম্নমক , পুরুষার্থান—পুরুষার্থশিং , সমশ্নুতে—ভোগ তৌয়ি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যুমতব যম কৌবা যাদে, গৃহিণীবু যুম কৌযি হাযনা পণ্ডিতশিংনা হাযবন্মী। গৃহিণীগা লোয়নহুনা ( ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ কৌবা ) পুরুষার্থ পূম্বহু ভোগ তৌমিন্নগদৌবনী।

নৈনবোল

শ্লোকসি উদ্বাহ তত্ত্বদগী লৌথোবকপনী। মুপী য়াওদ্রবদি যুম পানবা কৌদে। অতুনা গৃহিণীবু পণ্ডিতশিংনা যুম্নী হায়বম্লিবনী। পুরুষার্থ হাযবদি মীওইবনা তানগদবা বিষয মবিদি ধর্ম্ম ( বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম ), অর্থ ( লন্থুম ), কাম ( লন্থুম্না পাওথোকপা য়াবা অপাম্বা ) মোক্ষ ( অয়ানখুভম ) হাযবসিনী। পুরুষার্থশিংসিগী ওইগদবা থবক মুপীগা লোযননা পাওথোকপা তাই অতুগা মতুগী ওইরকপা মহৈস্নু মুপীগা লোযননা ফংমিন্নগদবনী।

হায়বদি থবক পুন্নমকসে স্মুপী য়াওব্রবদি মীওথিনা পাওথোকপা য়াদে। মরমসিনা য়ুম হায়ববু স্মুপীনী হায়রিবনী। য়ুম লৈতবা মীবু য়ুম্বানবা (গৃহস্থ) কৌবা যাদে। অতুগুম্না গৃহিণী লৈতবা মীবু গৃহস্থ কৌবা য়াদে করিনা স্মুপী যাওব্রবদি গৃহকর্ম্ম মপুঙফানা পাওথোকপা য়াদে। মরমতুনা গৃহস্থ ওইগে নীঙলবদি মহাক লুহোংবা তাবনী।

শ্লোকসি মমাঙ থাখিবা পয়ার অনীতুনা হায়রিবা রাফমগী প্রমাণ্নি।

২৮

দৈবে একদিন প্রভু পঢ়িয়া আসিতে।

বল্লভাচার্য্যের কন্যা দেখে গঙ্গাপথে ॥ ২৮ ॥

শব্দার্থ

দৈবে—খওহোৌদবমখৈ, একদিন—নোংমা; প্রভু—প্রভুনা পঢ়িয়া—লাইবীক তম্ন বগা, আসিতে—লাকপদা; বল্লভাচার্য্যের—বল্লভাচার্য্যগী; কন্যা—মচানুপীবু, দেখে—উই, গঙ্গাপথে—গঙ্গাগী লম্বীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা প্রভুনা লাইবীক তম্ন বগা হল্লকপদা গঙ্গাগী-লম্বীদা বল্লভা-চার্য্যগী মচানুপীবু ( লক্ষ্মীদেবীবু ) খওহোৌদবমখৈ উখি।

মুল ২৯

পূর্ব্বসিদ্ধভাব দোঁহার উদয় করিল।

দৈবে বনমালী ঘটক শচীস্থানে আইল ॥ ২৯ ॥

শব্দার্থ

পূর্ব্বসিদ্ধভাব—হান্নগী ( অনাদি কালদগী ওইরক্লবা ) ভাব, দোঁহার—অনীগী, উদয় করিল—পোকহন্‌খি, দৈবে—খওহোৌদনা, বনমালী—বনমালী ঘটক—স্মুপীগী রা পুবা মী, শচীস্থানে—শচীগী মফমদা, আইল—লাকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনাদি কালদগী সিদ্ধ ওইরক্লবা অনীগী ভাব অতু থোরকখি। খওহোৌদনা বনমালী ঘটক শচীদেবীগী মফমদা লাকখি।

## লৈনরোল

প্রভুদি শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ংনী অদুগা লক্ষ্মীদেবীনা স্বয়ং শ্রীলক্ষ্মীনী। মবমতুনা মখোযগী মছানা ওইযম থোকপা ভাবত্তি কান্তাভাব-নী। মখোযগী কান্তাভাবসি অনাদিসিদ্ধনী। নবদ্বীপ লীলা হোৌরকপদা লৌকিক লীলাগী-দমক হাযদুনা অনাদিসিদ্ধ কান্তাভাব অসি লোৎতুনা লৈরম্বনী। হৌজিক্তি খঙহৌদনা অনী মশেল উনবদা হান্নগী ভাব অদু মাপান থোবকখি হায়বদি লক্ষ্মীদেবীবু পত্নী ওইনা ফংগে হাযনা প্রভুনা নীঙখি অদুগা প্রভুবু পতি ওইনা ফংগে হাযনা লক্ষ্মীদেবীনা খনখি।

## যুল ৩০

শচীব ইঙ্গিতে সম্বন্ধ করিল ঘটন।
লক্ষ্মীকে বিবাহ কৈল শ্রীশচীনন্দন ॥ ৩০ ॥

## শব্দার্থ

শচীর—শ্রীশচীদেবীগী, ইঙ্গিতে—ইঙ্গিতনা, সম্বন্ধ—মবি করিল—ওইহল্লে, ঘটন—থোকপা, লক্ষ্মীকে—শ্রীলক্ষ্মীদেবীবু, বিবাহ কৈল—লুহোংলে, শ্রীশচীনন্দন—শ্রীশচীগী মচাবু ঙোনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশচীমাতাগী ইঙ্গিতনা মবি থম্নবদু থোকহল্লে। লক্ষ্মীদেবীবু শ্রীশচী-নন্দন গৌরাঙ্গ প্রভুনা লুহোংতুনা লৌরে।

## লৈনরোল

শ্রীলক্ষ্মীবু প্রভুনা লুহোংবগী মতাঙসি শ্রীচৈতন্যভাগবতনা অস্তুম্না হায়, মতুদি - বনমালী ঘটকনা লুহোংবগী রাসি পুশিল্লকপদা অহানবদা শচীদেবীনা য়াবমদে। লাইবীক তম্বা লোইরগা লুহোংবিগনী হাযনা শচীদেবীনা খুমখি। মতুদা নীঙবা কাযদুনা বনমালী ঘটকসু হনখি। লমখাঙদা মহাপ্রভুনা টোলদগী হল্লকপদা বনমালীগা থেংনববদা বারোল পুন্নমক খঙখি। অদুদগী প্রভুনা য়ুম য়ৌরগা নোক্ল নোক্লদুনা মমাদা হাযখি--- বনমালী আচার্য্যগা রাবী ফনা শাহৌদ্রিবা কবিগীনো? মচাগী বাসি তাবদা নিমাই লুহোংনীংলে হায়বগী ইঙ্গিত কংলদুনা শচীমাতানা ঘটক বনমালী আচার্য্যবু কৌহল্লুই অদুগা লক্ষ্মীদেবীগা সম্বন্ধ থম্নবা হোৎনবিরো হায়খি।

বিস্তারি বর্ণিলেন ইহা বৃন্দাবনদাস।
এইত পৌগণ্ডলীলার সূত্রের প্রকাশ ॥ ৩১ ॥

### শব্দার্থ

বিস্তারি—শন্দোক্লা, বর্ণিলেন বর্ণনা তৌবয়ে, ইহা মসিবু, বৃন্দাবনদাস—শ্রীবৃন্দাবনদাসনা এই ত—মসিনীদো পৌগণ্ডলীলার—পৌগণ্ডলীলাগী, সূত্রেব প্রকাশ সূত্র ফোঙবা হাযবদি ইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাবীসিবু শ্রী বৃন্দাবনদাসনা শন্দোক্ল ইরয়ে। ঐনা ইবিবসিদি পৌগণ্ড লীলাগী সূত্র ওইনা ফোঙদোকপদনী।

### মূল ৩২

পৌগণ্ডবযসে লীলা বহুত প্রকার।
বৃন্দাবনদাস তাহা করিয়াছেন বিস্তাব ॥ ৩২ ॥

### শব্দার্থ

পৌগণ্ডবযসে—পৌগণ্ডগী চহী মতাঙদা, লীলা—লীলা, বহুত—অযাম্বা, প্রকার—মখল্লা বৃন্দাবনদাস—শ্রীবৃন্দাবনদাসনা, তাহা—মদু, কবিযাছেন—তৌরে, বিস্তাব—শন্দোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পৌগণ্ডবযসদা প্রভুগী লীলাদি মখল মথা যাম্নখবে। মদু পূম্নমক শ্রীবৃন্দাবনদাসনা শন্দোক শন্দোক্লা ইরয়ে।

### মূল ৩৩

অতএব দিঙ্মাত্র ইহাঁ দেখাইল।
চৈতন্য মঙ্গলে সর্ব্বলোকে খ্যাত হৈল ॥ ৩৩ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমদুনা, দিঙ্মাত্র—শক্লক অমত্তং, ইহাঁ মফমসিদা,

দেখাইল— উৎপদনী , চৈতন্য মঙ্গলে—চৈতন্য মঙ্গলদা (শ্রীচৈতন্য ভাগবত-দা ) , সর্ব্বলোকে—মী পূম্নমক্কী মফমদা , খ্যাত—খঙনরবা , হৈল—ওইববনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমতুনা মফমসিদা ঐহাক্না শরুক অমতং উৎপদনী । শ্রীচৈতন্য-মঙ্গলদগী রাফমসি মী পূম্নমক্না খঙনরবনী ।

## মূল ৩৪

শ্রীরূপরঘুনাথপদে যার আশ ।

চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ৩৪ ॥

শব্দার্থ

শ্রীরূপরঘুনাথপদে—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথকী খুযাদা , যার—মাগী , আশ—আশা ( লৈ ) , চৈতন্যচরিতামৃত—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত , কহে—লীজৈ , কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাসনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামীগী খুয়াখাদা আশা থমজরিবা কৃষ্ণদাসনা চৈতন্যচরিতামৃত লীজৈযে ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে পৌগণ্ডলীলা-সূত্র-বর্ণনং নাম পঞ্চদশপরিচ্ছেদঃ ॥

---

# আদিলীলা

## তরাতরুকশুবা পরিচ্ছেদ

### মূল ১

কৃপাম্বুধাসবিদ যস্য বিশ্বমাপ্লাবয়ন্ত্যপি।
নীচগৈব সদা ভাতি তং চৈতন্যপ্রভুং ভজে ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

কৃপাম্বুধা—কৃপাগী মশক ওইবা অমৃতগী, সরিৎ—তুরেল, যস্য—মহাক্কী, বিশ্বম—বিশ্বজগৎপু আপ্লাবয়ন্তী অপি—ঈশী, ইচাওনা থুম্বগুম থুমহল্লবস্তু, নীচগা—খাবোমদা চেন্থবী, এব—গুম্না, সদা—মতম পুম্বদা, ভাতি—ঙাল্লি, তম—মহাকপু, চৈতন্যপ্রভুম—শ্রীচৈতন্যপ্রভুবু; ভজে—খুরুমজৈ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী থৌজালগী মশক ওইবা অমৃত-তুরেন্না বিশ্বজগৎপু মপুংফানা থুমহৎলবস্তু মতমপুম্নমক্তা খা-পা়বী ওইনা ঙাল্লিবা, অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্য-প্রভুবু খুরুমজৈ।

### মৈমরোল

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী কৃপাদু মফম পুম্বদা যেল্লবস্তু কৃপাগী পাত্র মবক্তা খেন্নবা মতুঙ ইন্না য়েংলগদি কৃপাদু খেন্নবা উবা ফংঙী। মহাক্কী কৃপাদি থারম-পাংবী তুরেনগুম্না মখাবোমদা হাযবদি অনেম্বা হাযবদি নাপন-যাওদবা ভক্তপী মায়কৈদদা চেন্থৈ। মহুগী প্রমাণদি তুরেন্না চেন্থবসি অনেম্-অনেম্বা লমদম থিব-থিরগা চেন্থৈ। নোংচুবা মতমদা মফম পুম্নমক্তা চপ মান্নবা চুরিবনী। অদুবু অবাংবা অমস্তু লৈতেম-মান্নবা মফমদা নোংগী ঈশীঙ তুংদে। অকুৎপা মফম থিহুনা চেন্থৈ। ভক্তদি মহাগী অভিমান লৈতে অদুনা গৌর-কৃপাদু ভক্তনা ফেংনা ফংঙী। শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুনা নীচং-নীথায় খাইবনী হা নত্তে।

মূল ঃ

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দ।

জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

শব্দার্থ

জয় জয়—খুরুমজৈ, খুরুমজৈ ! শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু, নিত্যানন্দ- শ্রীনিত্যানন্দবু, জয় অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজৈ, জয়—খুরুমজৈ, গৌরভক্তবৃন্দ- শ্রীগৌরচন্দ্রপ্রভুগী ভক্ত পুম্নমকপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু, শ্রীনিত্যানন্দবু, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু অমসুং শ্রীগৌরাঙ্গগী ভক্তশিংবু খুরুমজরি।

মূল ৩

জীয়াৎ কৈশোরচৈতন্যো মূর্ত্তিমত্যা গৃহাশ্রমাৎ।

লক্ষ্ম্যাচ্চিতোঽথ বাগ্দেব্যা দিশাং জয়িজয়চ্ছলাৎ ॥ ৩ ॥

শব্দার্থ

জীয়াৎ—জয় ওইসনু কৈশোরচৈতন্যঃ—কৈশোরগী চহীমতা দা লৈরিবা শ্রীচৈতন্য প্রভু ; মূর্ত্তিমত্যা—মূর্ত্তিমতী ওইবী, গৃহ-আশ্রমাৎ - গৃহস্থানবগী আশ্রমদা লৈতুনা লক্ষ্ম্যা লক্ষ্মীদেবীনা, অর্চিতঃ পূজা- তৌবিবা, অথ—অতুগা, বাগ্দেব্যা—সরস্বতী দেবীনা, দিশা—মাযকৈ পুম্নমক্কী, জয়িজয়চ্ছলাৎ—জযীবু (জয়-তৌবরুবা মীবু) জয় তৌবগী ছল-দা (তাং-তা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৃহস্থ-আশ্রমদা মূর্ত্তিলৈতুনা চোংথোররবী লক্ষ্মীগী মশক ওইবী লক্ষ্মীপ্রিয়ানা পূজা তৌজরিবা অতুগা দিগ্বিজযীবু মাযথীবা পীবনী হাযহল্লগা সরস্বতীদেবীনা ইড়্রাংচরিবা, কৈশোরগী চহী মতাংদা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা জয়-ওইবা ওইসনু।

তাৎপর্য

চহী তরামঙা ফাওবগী মতাঙবু কৈশোর হায়না খঙলৈ। কৈশোরগী

মতাঙদা প্রভুনা শ্রীলক্ষ্মীপ্রিয়াদেবীবু লুহোংলগা গৃহস্থ-আশ্রমদা চঙবা হৌখি অদুগা দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতপু শাস্ত্রযুদ্ধদা মযুধথীবা পীদুনা মাগী বিদ্যা অঙকপদু উৎখি। তরাতন্নাকশুবা পরিচ্ছেদদা বর্ণন তৌগদৌরিবা বিষয়দু পল্লি।

মূল ৪

এই ত কৈশোরলীলার সূত্রঅনুবন্ধ।
শিষ্যগণ পঢ়াইতে করিলা আরম্ভ ॥ ৪ ॥

শব্দার্থ

এইত—মসিনীদো, কৈশোর-লীলার—কৈশোরদা শান্নখিবা লীলাগী, সূত্রঅনুবন্ধ—সূত্র হৌবা শিষ্যগণ—শিষ্যশিংবু, পঢ়াইতে—(লাইরীক) তম্বীবা, করিলা—তৌখি, আরম্ভ—হৌবা।

মেতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিনীদো কৈশোর-বয়সদা তৌখিবা লীলাগী সূত্র হৌবা। প্রভুনা শিষ্যশিংবু লাইরীক তম্বীবা হৌবখ্রে।

মৈনরোল

প্রভুনা কৈশোর বয়সদা লৌরক শিংদুনা শিষ্যশিংদা বিদ্যা তম্বিবা হৌখি।

মূল ৫

শতশত শিষ্যসঙ্গে সদা অধ্যাপন।
ব্যাখ্যা শুনি সর্ব্বলোকের চমকিত মন ॥ ৫ ॥

শব্দার্থ

শতশত—চামা চামা শিষ্যসঙ্গে—শিষ্যশিংগা লোয়নমনা, সদা—মতম পুম্বদা, অধ্যাপন—লাইরীক তাকপীবা, ব্যাখ্যা—শন্দোক্না হায়বা, শুনি—নাকোঙনা তাবগা, সর্ব্বলোকের—মী পুম্নমক্কী, চমকিত—ঙকখিবা, মন—পুক্নীং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিষ্য চাম-চামগা লোয়ননা লাইরীক তাকপিখি। প্রভুনা তাকপীরম্বা ব্যাখ্যা মনাক্নোঙনা তাবগা মী পুম্নমক্কী পুক্নীংদু ঙকখি।

মূল ৬

সর্ব্বশাস্ত্রে সর্ব্বপণ্ডিত পায় পরাজয়।
বিনয়-ভঙ্গীতে কারো দুঃখ নাহি হয় ॥ ৬ ॥

শব্দার্থ

সর্ব্বশাস্ত্রে—শাস্ত্র পুম্নমক্তা ; সর্ব্বপণ্ডিতে—পণ্ডিত পুম্নমক , পায—ফংঙী , পরাজয়—মায়থীবা , বিনয—নো-লূকপগী , ভঙ্গীতে— মতৌদা কারো—কনাগীসু , দুঃখ—য়াবা ; নাহি হয়—ওইদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্র পুম্নমক্তা পণ্ডিত পুম্নমক্না মহাপ্রভুগী মফম্‌দা মাযথীবা ফংঙী অদুবু প্রভুগী নো-লূকপা মতৌনা কনামতনা মথৱাই নুংঙাইতবা তৌরম্‌দে

মূল ৭

বিবিধ ঔদ্ধত্য করে শিষ্যগণসঙ্গে।
জাহ্নবীতে জলকেলি করে নানারঙ্গে ॥ ৭ ॥

শব্দার্থ

বিবিধ—মখল মখাগী , ঔদ্ধত্য—পুক্নীঙ-চৱাংনবগী থবক , করে—তৌয়ি , শিষ্যগণ সঙ্গে—শিষ্যশিংগা লোযননা , জাহ্নবীতে—গঙ্গাদা , জলকেলি—ঈশীংদা শান্নবা , করে—তৌয়ি , নানা রঙ্গে—মও মওদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শিষ্যশিংগা লোযননা পুক্নীং-তয়াংতশোয়বগী লীলা মখল মথেল শান্নৈ। গঙ্গাদা কুম্লগা জলকেলি মখল মখল শান্নখি।

মূল ৮

কথোদিনে কৈল প্রভু বঙ্গেতে গমন।
যাহাঁ যায তাঁহা লওয়ায় নামসঙ্কীর্ত্তন। ৮ ॥

শব্দার্থ

কথোদিনে—সুপ্নিং থৱগী মতুংদা , কৈল— তৌখি ; প্রভু- প্রভুনা ;

বঙ্গেতে—বঙ্গদেশদা হায়বাদ পূর্ববঙ্গদা ( হৌজিক্কী বাংলাদেশদা ), গমন—লেণ্ডবা, যাঁহা—মফমদা যায—চংলী তাঁহা—মফমতুদা, লওয়ায়—লৌহল্লী ( তৌহল্লী ), নামসঙ্কীর্ত্তন—হরিনাম শোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম খয়া লৈরগা প্রভুনা বাংলাদেশদা ( পূর্ববঙ্গদা ) লেঙখি। লেঙলু-লেঙলুবা মফমদা নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌহন্‌খি।

মূল ৯

বিদ্যার প্রভাব দেখি চমৎকার চিত্তে।

শত শত পড়ুয়া আসি লাগিল পড়িতে ॥ ৯ ॥

শব্দার্থ

বিদ্যার প্রভাব—বিদ্যাগী শক্তি, দেখি—উত্তুনা, চমৎকার—ঙক্লম্মী, চিত্তে—থম্মোইদা, শত শত—চামা চামা, পড়ুয়া—পড়োবান, আসি—লাক্তুনা, লাগিল—হৌখি, পড়িতে—( লাইবীক ) তম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুদা লৈবগা ) বিদ্যাগী শক্তিতু উবদা ( মযামগী ) থম্মোযদা অঙকপা পোকখি। পড়োযান্ চামা চামা লাক্তুনা লাইবীক তম্বা হৌখি।

মূল ১০

সেই দেশে বিপ্র—নাম মিশ্র তপন।

নিশ্চয় করিতে নারে সাধ্য—সাধন ॥ ১০ ॥

শব্দার্থ

সেই দেশে—দেশতুদা (পূর্ববঙ্গদা), বিপ্র—ব্রাহ্মণ নাম—মিংনা, মিশ্র তপন—শ্রীতপন মিশ্র, নিশ্চয করিতে—শোয়দবা ওইনা খণ্ডবা, নারে—ঙমদে, সাধ্য—তানগদবা পোৎ, পান্দম, সাধন—তান্নবা পাম্বৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেশতুদা হায়বদি পূর্ববঙ্গদা শ্রীতপনমিশ্র কৌবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী।

মহাক্রা মীওইবগী সাধ্য ( পুন্নী-পান্দম, পুন্নীদা তানগদবা পোৎ অমগা সাধন হায়বদি সাধ্যহু ফংনবা পান্থে করিনো হায়বা লেপ্পা ওন্নমদে।

মূল ১১

বহুশাস্ত্রে বহুবাক্যে চিত্তে ভ্রম হয়।

'সাধ্য-সাধন শ্রেষ্ঠ' না হয় নিশ্চয় ॥ ১১ ॥

শব্দার্থ

বহুশাস্ত্রে—শাস্ত্র ময়ামদা, বহুবাক্যে—ৱা তোওান-তোওানবা ময়াম্না চিত্তে—পূক্লীওদা, ভ্রম—অরামবা; হয়—ওই, সাধ্য—পুন্সী-পান্দম; সাধন—সাধ্য ফংনবা পাম্বৈ, শ্রেষ্ঠ—পুওথোই-থোইবা, না হয় —ওইদে, নিশ্চয়—তশেংনা লেপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্র ময়ামদা ৱা ময়ামহুনা যাম্মনবদা পূক্লীওদা চিংনবদা পোকয়ি। খ্বাইদগী অথোইবা সাধ্য করিনো সাধন করিনো হায়বহু লেপ্পা ওন্নমদে।

মূল ১২

স্বপ্নে এক বিপ্র কহে—শুনহ তপন।

নিমাই পণ্ডিত-পাশে করহ গমন ॥ ১২ ॥

শব্দার্থ

স্বপ্নে—মঙদা, এক বিপ্র—ব্রাহ্মণ অমনা, কহে—হায়রম্মী, শুনহ —ননাকোওনা তাও, তপন—হে তপনমিশ্র; নিমাই পণ্ডিত—শ্রীনিমাই পণ্ডিতকী, পাশে—নাক্তা, করহ গমন—চৎলু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীতপনমিশ্রগী মঙদা ব্রাহ্মণ অমনা হায়রে—ওহে তপন, তাও। নহাক শ্রীনিমাই পণ্ডিতকী নাক্তা চৎলু।

নৈনহোন

শ্রীনিমাইবু মফমসিদা পণ্ডিত-নী হায়রী। পণ্ডিত শব্দগী অর্থদি অউবা হায়বনী। মহাক্রা উরিবা অহুদগী অমমুক উবঙাই নৈত্রবা, মহাক্রা

উবিবতুনা খ্বাꣳদগী হেনবা উফম ওইরিবা—অহুঙবা পোৎপু উবা হায়বনী। শ্রীনিমাইনা উবদোনা হায়বদি খঙবদোনা য়েন্না খঙবা লৈত্রবনী, মহাক্না হায়বত্নদনা অওইবনি অরেপ্পা ওইগদবনি হায়বনী, ইঙ্গিত ওইনা পণ্ডিত শঙ্কসি নিমাই হায়বা মিংসিগা লোয়নবিবনী। মপাম্বোংদগী হায়রগনা শ্রীনিমাইদি টোল লিংতুনা ওজা ওইরম্মী টোলগী ওজাবু পণ্ডিত হায়নমু কৌনৈ।

## মূল ১৩

তেঁহো তোমার সাধ্য সাধন করিবে নিশ্চয়।
সাক্ষাৎ ঈশ্বর তেঁহো নাহিক সংশয়॥ ১৩॥

## শব্দার্থ

তেঁহো মহাক্না তোমার—নহাকী, সাধ্য-সাধন—পুন্সী-পান্দমগা পান্দম ফংনবা পাম্বৈগা, করিবে নিশ্চয়—(করিনো হায়বতু) শোয়দনা লেপ কনী, সাক্ষাৎ—শংশংবা; ঈশ্বর—ঈশ্বরনী, তেঁহো—মহাক্তি, নাহিক—লৈতে, সংশয়—চিংননঙাই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না নঙগী সাধ্য-সাধন করিনো হায়বতু শোয়দনমক লেপ্পিগনী। মহাক্তি সাক্ষাৎ ঈশ্বরনী, মতুদা করিগুম্বা চিংননঙাই লৈতে।

## মূল ১৪

স্বপ্ন দেখি মিশ্র আসি প্রভুর চরণে।
স্বপ্নের বৃত্তান্ত সব কৈল নিবেদনে॥ ১৪॥

## শব্দার্থ

স্বপ্ন—মঙ, দেখি—উরগা, মিশ্র—তপন মিশ্রনা; আসি—লাকুনা, প্রভুর—প্রভুগী; চরণে—খোঙদা, স্বপ্নের—মঙগী; বৃত্তান্ত—রাত্রোল, সব—পুম্বা; কৈল নিবেদনে—হজৎলম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিগী মতুংদা শ্রীতপন মিশ্রনা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী চরণাস্তা লাকুনা মঙগী ৱারোল পুম্বা হঙ্গৎখি।

### মূল ১৫

প্রভু তুষ্ট হঞা সাধ্য-সাধন কহিল।

'নামসঙ্কীর্ত্তন কর' উপদেশ কৈল ॥ ১৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুনা, তুষ্ট—পেনবা হঞা—ওইরদুনা সাধ্য-সাধন—পুন্সী-পান্দম্‌গা পান্দম ফংনবা পাম্বৈগা, কহিল—হায়বিখি; নামসঙ্কীর্ত্তন—হরিগী কোলোয় শোনবা; কর—তৌও, উপদেশ—পাউতাক, কৈল—হায়বিখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা পেনবিরদুনা (তপন মিশ্রদা) সাধ্যগী পাম্বৈ তাকপিখি। হরিনাম শোল্লু হায়না পাউতাক তাক্‌খি।

### নৈনরোল

সাধ্য সাধন হায়বদি সাধ্য ফংনবা সাধন (পাম্বৈ) করিনো হায়রদু শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শ্রীতপন মিশ্রদা তাক্‌খি। সাধ্য-সাধন হাযবদি সাধ্য (পুন্সী পান্দম) করিনো হাযবদুগা অমসুং সাধ্যদু ফংনবা সাধন (পাম্বৈ) অদুগা হায়নস্ত অর্থ লৌবা য়াই। অদুনদি শ্রীমন্মহাপ্রভুনা অথোইবা সাধ্য হাযবা পোৎনে অদুগা সাধ্যদু ফংননবা উপায় সাধন হায়বদুনে তপন মিশ্রদা তাকপিখি। নামসঙ্কীর্ত্তন তৌনবা পাউতাক পিবিখি। শ্রীচৈতন্য-ভাগবত কৌবা লাইরিকগী খণ্ডবা ওন্মী 'হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ॥' মি, তবাতরক মরেক কুন্থানীথাই অসি কীর্ত্তন তৌনবা হাযদুনা প্রভুনা তাক্‌লিখি। পাউতাক অসি পীবগা প্রভুনা হায়বিখি—সাধিতে সাধিতে যবে প্রেমাঙ্কুর হবে। সাধ্য-সাধন-তত্ত্ব জানিবা তবে ॥—সাধন তৌরা তৌরগা হায়বদি

নাম-সঙ্কীর্ত্তন তৌব-তৌবগা প্রেম-গী হাযবদি কৃষ্ণবু নুংশিবা হাযবতুগী অঙ্কুর ( মযোল ) পোংলক্কনী, মতু ওইববদি সাধ্য-সাধনগী অওংবা মশক খঙগনী। প্রভুনা তপনমিশ্রদা সাধ্য-সাধন-তত্ত্ব তাক্পিবাম্লে মিশ্রস্থু মতু মনাকোঙনা তাবে। মহাপ্রভুসি স্বয়ং ভগবানী হাযবা মমঙদা খঙলাবনীনা মিশ্রনা প্রভুনা হাযরম্বা বাতু চেংনা থাজবদি থাজবগা তাকপিবম্বা বাফমতু অনুভূতিদি তৌবমদে। প্রমাণ-ওইনা হাযবগা—মিছবী থুম্মী হাযবদি নাকোঙনা তাবে অদুগা থাজবস্তু থাজাবে, অদুগা কর্বি তৌবগা মিচবীগী অথশ্মদ মহাও তংগদী হাযবতুস্তু খঙলে অংবু মহাক মিছবীগী অথুম্বদ্দি মহাও-তংবা যংদবি। মবমতুনা প্রভুনা তপন মিশ্রদা হাযবিখি—'মিশ্র, নহাক যোলনাম ( মিং তোবতক্কা ) বত্রিশ অক্ষর ( মযেক কুন্থ্রানীথোই ) অসি শোল্লু, মসিনা নঙগী সাধন ওইগাদৌবনী জপ তৌব-তৌবগা চিত্তগী ( থম্মোইগী ) অমাংপা ( সংসার-বাসনা ) বোরবপা মতমদা নঙগী চিত্তদা প্রেমগী অঙ্কুর হাযবদি কৃষ্ণবু নুংশিবা হাযবতু হোগনি। প্রেমাঙ্কুরসি পোক্লরদনা সাধ্যবস্তুগী ( সাধন তৌবগা যংগে তাক্লিবা পোংতুগী ) মবমদা নহাক্কী সাক্ষাৎ অনুভূতি ( শংশ না খঙবা ) হাযবতু ওইগনী, অদুগা মতম-তুদা খঙবা ঙমগনী নাম সঙ্কীর্ত্তন তনা সাধ্যবস্তু যংবগী অথোইবা সাধন-নী হাযবা। সাধন তৌব-তৌবগা চিত্তদা প্রেম পোক্লংদি শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌনীঙবতু কনখৎলক্কনী মতমতুদা ঐংথোযনা শামগদবা পোংতি হায়বদি সাধ্যবস্তু হাযবতুদি শ্রীকৃষ্ণ-সেবানী হাযবতু অনুভব তৌগনী মহাও তংলগা খঙবদে না হঙগনী মবমতুনা প্রভুনা হাযখিবনী চিত্তদা প্রেমাঙ্কুর পোক্লবা মতমতুদদা সাধ্যবস্তু করিনা অদুগা মতুগী সাধন-না করিনো হাযবতু খঙবা ঙমগনী হাযবদি অনুভব তৌগনী। ৱাফমসিদগী তাশংনা খঙবা ঙম্লে—কৃষ্ণসেবানা অথোইবা সাধ্যনী অদুগা নামসঙ্কীর্ত্তন-তনা সাধ্য ফংনবগী অথোইবা সাধন-নী হাযনা শ্রীমনমহাপ্রভুনা তপন মিশ্রদা পাউতাক্ পিখি।

সাধ্যগী মতাঙদা খঙজনগদবা ৱা অমা লৈ। মতুদি কনাগুম্বনা স্বর্গ-যংববু সাধ্য-নী হায, কনাগুম্বনা পরমাত্মাগা শিন্নববু ( মিলন ওইববু ) সাধ্য-নী হাযনা লৌখি কনাগুম্বনা ব্রহ্মদা তিনবা ( সাযুজ্য মুক্তি ) হাযবতুনী সাধ্যদি হায়বা যাওবি, অদুবু কনাগুম্বনা ভগবান্নী সেবা ফংবতুনী সাধ্য হাযবতুদি হাযবি। অসুম্না সাধ্যবস্তু মখল তোঙানবা মরী সি লৈ। স্বর্গ যংবগীদমক বেদনা হাযবা কর্ম্মশিং তৌগদবনী পরমাত্মাগা

মিলন ওইনবগীদমক যোগ সাধন তৌগদবনী, ব্রহ্মসাযুজ্যাদিমক জ্ঞানমার্গ চৎকদবনী ভগবৎ-সেবা ফংনবা ভক্তি-অঙ্গ সাধন তৌবা তাই, অদুনা কর্ম্ম যোগ, জ্ঞান, ভক্তি হায়রিবসি তোঙান্ তোঙানবা সাধ -ক্তাকী। তোক-তৌকবা সাধনদী মতুঙ ইন্না ফংভম-থোকপা সাধ্যবস্তু ফংগদৌরিবনী, জ্ঞানমার্গদা চৎলগা ব্রহ্মসাযুজ্য (ব্রহ্মদা তিন্দুনা অমতা ওইখ্রবা হায়বদি তোঙান তান্নবা ফীভমতু) ফংগনী, তোইঙ্গুম্নসু, ভগবৎ-সেবাদি ক্রংবা ওয়োই অদুনা ভগবৎ-সেবা ফংলুগে হায়রবদি সেবাদুনা সাধ্যবস্তু ওইনা ফংগে হায়রবদি মতুঙী সাধন--দি নাম-সঙ্কীর্ত্তন-তনা ওইগনী হায়না শ্রীমন্মহাপ্রভুনা তপনমিশ্রদা তাকুখি।

### মূল ১৭

তাঁর ইচ্ছা—প্রভু সঙ্গে নবদ্বীপে বসি।

প্রভু আজ্ঞা দিল—তুমি যাও বারাণসী ॥ ১৭ ॥

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাকী (তপন মিশ্রগী), ইচ্ছা—অনীঙবা, প্রভুসঙ্গে—শ্রীমন্মহাপ্রভুগা লোয়ননা নবদ্বীপে—নবদ্বীপ-দা, বসি—লৈগে, প্রভু—প্রভুনা, আজ্ঞা—যাথং দিল—পিখি, তুমি—নহাক, যাও—চৎলু, বারাণসী—বাবাণসীদা (কাশীদা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীতপনমিশ্রনা পামজবদি প্রভুগা লোয়ননা নবদ্বীপ-তা লৈবনী। অদুবু প্রভুনা যাথং থাউথরকখি—নহাক বাবাণসীদা চৎলু।

### মূল ১৮

তাহাঁ আমার সঙ্গে তোমার হবে দরশন।

আজ্ঞা পাঞা মিশ্র কৈল কাশীতে গমন ॥ ১৮ ॥

### শব্দার্থ

তাহাঁ--মফমতুদা (বারাণসীদা), আমার সঙ্গে—ঐগা লোয়ননা, তোমার—নহাকী, হবে—ওইগনী; দরশন—উনবা, আজ্ঞা—যাথং, পাঞা—ফংদুনা, মিশ্র—তপন মিশ্রনা, কৈল তৌখি; কাশীতে—কাশীদা, গমন—চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মকমতুদা ঐগা নওগা উনবগনী। প্রভুগী য়াথং ফংতুনা শ্রীতপনমিশ্রবা কাশীদা লেঙখি।

মূল ১৯

প্রভুর অতর্ক্য লীলা বুঝিতে না পারি।
স্বসঙ্গ ছাড়াঞা কেনে পাঠায় কাশীপুরী॥ ১৯॥

শব্দার্থ

প্রভুর—শ্রীমন্মহাপ্রভুগী, অতর্ক্যলীলা—খ্বেৎনবা ঙমদবা লীলা, বুঝিতে—খঙবা, না পারি—ঙমদে, স্বসঙ্গ—মছামকী সঙ্গ, ছাড়াঞা—থাদোকহল্লগা, কেনে—করিগীদমক, পাঠায—ঠায়, কাশীপুরী—কাশীনগরীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমনমহাপ্রভুগী লীলাদি তর্ক তৌকবা যাবা নত্তে হায়বদি করিমবমগী তৌবিবনো হায়বতু ঙম্লবা বুদ্ধি কনাগীসু লৈরমদে, অতুনা ঐসু খঙবা ঙমদে। মছামকী সঙ্গতু ফংহন্দতুনা (তপন মিশ্রবু) করি মরমগীদমক কাশীদা ঠারম্লিবনো?

মূল ২০

এইমত বঙ্গের লোকের কৈলা মহা হিত।
নাম দিয়া ভক্ত কৈল—পঢাঞা পণ্ডিত॥ ২০॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না হায়বদি নামসঙ্কীর্ত্তন তৌনবা পাউতাক পীতুনা অতুগা শাস্ত্রনচিংবা তম্বিতুনা, বঙ্গের—পূর্ব্ববঙ্গগী লোকের—মীশিংগী, কৈলা—তৌখি, মহা—অচৌবা, হিত—কান্নবা, নাম—শ্রীশ্রীহরিনাম কীর্ত্তনগী উপদেশ, দিয়া—পীতুনা, ভক্ত কৈল—ভক্ত ওইহনখি, পঢাঞা—(শাস্ত্র) তম্বীতুনা, পণ্ডিত—পণ্ডিত (ওইহনখি)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না পূর্ব্ববঙ্গগী মীশিংগীদমক য়াম্না কান্নবা তৌখি। শ্রীশ্রীহরিনাম পীতুনা ভক্ত ওইহনখি অতুগা শাস্ত্র তাক্পীতুনা পণ্ডিত ওইহনখি।

মূল ২১

এইমত বঙ্গে প্রভু করে নানা লীলা।
এথা নবদ্বীপে লক্ষ্মী বিরহে দুঃখী হৈলা ॥ ২১ ॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না বঙ্গে—পূর্ব্ববঙ্গদা, প্রভু—প্রভুনা করে—তৌযি, নানা—মখল মখাগী লীলা—লীলা, এথা—অসোমদনা, নবদ্বীপে—নবদ্বীপ-তা, লক্ষ্মী প্রভুগী অহানবা মুপী লক্ষ্মীপ্রিয়া দেবী, বিরহে—মপুরোইবগা কাযনবদা, দুঃখী—থরাই মুংভাংতবা, হৈলা—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না পূর্ব্ববঙ্গদা প্রভুনা লীলা মখল মখা শান্নখি। অসোমদা নবদ্বীপলোমদনা শ্রীমতী লক্ষ্মীপ্রিয়া দেবীদু মপুরোইবনা কাযনবদা মথবাক্ত চাকখি।

মূল ২২

প্রভুর বিরহ-সর্প লক্ষ্মীরে দংশিল।
বিরহ সর্পবিষে তাঁর পরলোক হৈল ॥ ২২ ॥

শব্দার্থ

প্রভুর—প্রভুগী, বিরহ-সর্প—বিরহ ( কাযনবা ) কৌবা লিন, লক্ষ্মীরে—লক্ষ্মীপ্রিয়াবু, দংশিল—চীকখি বিরহ-সর্পবিষে—বিরহ কৌবা লিনগী হূনা, তাঁর—মহাক্কী ( লক্ষ্মীপ্রিয়াগী ), পরলোক হৈল - থুপখ্রে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগা কাযনবা লিনা শ্রীমতী লক্ষ্মীপ্রিয়া দেবীদা চীক্‌খি। কায়নবা কৌবা লিনগী হূনা মহাক থুপখি।

নৈনরোল

প্রভুগা কাযনবগী মৈচাক্তু মপুবোইবা নীঙবী লক্ষ্মীপ্রিয়া দেবীগী মফমদা কল্লবা লিনু মহূনা চাবুপা মৈচাক্তগী হেন্না খাঙবদা বাবা ওইরম্মী। মহু থঙহনগে হায়বগী মতাংগম লীলাশক্তিনা লক্ষ্মীদেবীবু লিন্না চীক্‌হন্দুনা

থুপহন্খিবসি মুরারিগুপ্তগী কড়চাদগী খঙবা ওম্মী—লক্ষ্মীদেবীনা যুমদা লৈরিঙৈদা লিন্ অমা লাকুনা খঙহৌদবমখৈ মখোঙদা চীনখি। শচীদেবানা ৎঝা-মাঙবশি কৌবকুনা হু কন্থোক্লবা যাম্না কন্না হোৎনখি, অদুবু কল্লিমজা কানরমদ্রে। মতমদুদা শচীমাতানা লৈকাইগী নুপী মযামগা লোযননা মমৌ-বেম্মাদুবু গঙ্গাগী তোর্বান্দা পুরুকখি, অদুগা তুলসী মনানা লক্ষ্মীপ্রিয়াবু লৈতেংহল্লগা নুপীমযামদুগা লোযননা শচীদেবীনা শ্রীহরিনাম কীর্ত্তন তৌখি। কীর্ত্তন তানা তানা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-খম্বালবু নীঙশীঙনা লক্ষ্মীদেবী অন্তর্দ্ধান ওইখি।

## মূল ২৩

অন্তরে জানিলা প্রভু—যাতে অন্তর্য্যামী।

দেশেরে আইলা প্রভু শচী-দুঃখ জানি ॥ ২৩ ॥

## শব্দার্থ

অন্তরে—পুক্নিংদা জানিলা—খঙলে প্রভু—মহাপ্রভুনা ; যাতে—মবমদি , অন্তর্য্যামী—পুম্নমক্কী অন্তরদা চঙহনা লৈবনী দেশের—দেশদা হায়বদি নবদ্বীপ-তা ; আইলা—লেঙলকখি , প্রভু—প্রভুনা , শচী-দুঃখ—শচীমাতাগী অবাবদু , জানি—খঙদুনা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শ্রীমন মহাপ্রভুদি অন্তর্য্যামীনি। ( লক্ষ্মীপ্রিয়ানা থুপবিবগী বাদু ) মপুক্নিংদা খঙলম্মী। অদুনা শচীমাতানা বাবে হায়বা খঙদুনা প্রভুনা দেশদা—( নবদ্বীপ-তা ) লেঙলকখি।

## মূল ২৪

ঘরে আইলা প্রভু লঞা বহু ধন জন।

তত্ত্বজ্ঞানে কৈলা শচীর দুঃখ-বিমোচন ॥ ২৪ ॥

## শব্দার্থ

ঘরে—য়ুমদা আইলা—লেঙলকখি প্রভু—প্রভুনা , লঞা—পুরকপা। বহু—য়াম্না ধন—লন , জন—মী তত্ত্ব—অথোটবা ওইবা খোঙপা , তত্ত্বজ্ঞানে—জ্ঞান অদু তাকুনা, কৈলা—তৌখি , শচীর—শ্রীশচীদেবীগী , দুঃখ অরাবা , বিমোচন—কোক্হনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা লন অমসুং মী থান্না পুবক্কুনা যুমদা হল্লকখি। মখা ইবেম্মা শচীগী মথক্কাই-মুংঙাইতবছু তত্ত্বজ্ঞান তাক্কুনা কোক্‌হনখি।

## তৈনবোল

প্রভুনা মমাবেম্মা শ্রীশচীদেবীদা তাকখিবা তত্ত্বদি অসিনী "কস্য কে পতিপুত্রাদ্যা মোহ এব হি কারণম। —মপুবোইবা মচানুপা হায়বনচিংবসে কনানা কনাগীনো? হায়বদি কনাস্য কনামতগী নত্তে। মোহ—তনা (তত্ত্ব খঙদবতনা) মচানী মনানী হায়না লৌবনী। শ্রীভাগবত ৮/১৬/১৯।" শ্রীচৈতন্যভাগবত হায়বতুদসু প্রভুনা মমাগী মথুক থেমজনবগী ৱা ফজনা হিরি। মতুদি—ইমা, কবিগী বাবিবনা? থোক্লগদবছুদি কনানা কিবা ঙমগনী? কালগী খোঙচৎতি মতৌ অশুম তৌবিবনী, কনাসু কনামগী ওইদে। অদুনা সংসারসে নিত্য নত্তে (তুংকোইদবনী) হায়না বেদনা হায়রিবনী। সসাব পুম্নমক ঈশ্বরগী মথা পোননী। তিন্নবা কায়নবদি অত্তে অমনা তৌহন্বা ঙমদে। অদুনা ঈশ্বরগী ইচ্ছানা থোকপদুগী দমক কবিগী বাযম থোকপগে? মপুরোইবগী মমাঙ থাবদি যান্না ফবনী, মঙোন্দগী হেন্না মবাইবক-ফবী কনা লৈবগে?

মতৌশুম্না তত্ত্বগী ৱা হায়দুনা প্রভুনা শচীমাতাগী থবাই-মুংঙাইতবছু কোক্কবা হোৎনখি।

### মূল ২৫

শিষ্যগণ লৈয়া পুন বিদ্যার বিলাস।
বিদ্যাবলে সভা জিনি ঔদ্ধত্য প্রকাশ॥ ২৫॥

শিষ্যগণ—শিষ্যশিংশা, লৈয়া—লোয়নশিনা, পুনঃ—অমুক হন্না, বিদ্যার বিলাস—বিদ্যা লৈনবা, বিদ্যাবলে—বিদ্যাগী পাঙগল্না; সভা—পুম্নমকপু, জিনি—জয় তৌদুনা, ঔদ্ধত্য—লমাকৎ-লমহাইবা, মী-ঙংছিত্তবা, প্রকাশ—কোংদোক্কপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু শিষ্যশিংগা লোযননা বিদ্যা অমূক নৈনখি। বিদ্যানা বল ওইবনা প্রভুনা মী পূন্নমকপু জয় তৌখি অদুগা মী উৎছিত্তবা য়াওা.দা কবেম-কথায়নবি।

## মূল ২৬

তবে বিষ্ণুপ্রিয়া ঠাকুরাণীর পরিণয়।

তবে ত করিল প্রভু দিগ্বিজয়িজয় ॥ ২৬ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী　বিষ্ণুপ্রিয়া ঠাকুরাণীর—শ্রীবিষ্ণুপ্রিয়া ঠৌরাণীগী পরিণয—লুহো.বা ( ওই )　তবে ত—অদুদগী, করিল—তৌখি, প্রভু—প্রভুনা　দিগ্বিজয়িজয—দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতপু জয়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী শ্রী বিষ্ণুপ্রিয়া ঠৌরাণীবু প্রভুনা লুহো.খি। অদুদগী দিগ্বিজয় তৌদুনা লাক্লম্বা পণ্ডিত অদুবু প্রভুনা মাযথীবা পীখি।

## মূল ২৭

বৃন্দাবনদাস ইহা করিয়াছেন বিস্তার।

স্ফুট নাহি করে দোষগুণের বিচার ॥ ২৭ ॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবনদাস—শ্রীলবৃন্দাবনদাস ঠাকুরনা, ইহা—মসি ( দিগ্বিজয়ীবু জয় তোবগী ৱাসি ), করিয়াছেন—তৌরম্লে, বিস্তার—শান্দোক্না হায়বা, স্ফুট—শেংনা ফোঙদোকপদি, নাহি করে—তৌরমদ্রে, দোষগুণের—দোষগুণগী, বিচার—নৈনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৃন্দাবনদাসনা ৱাফমসী শন্দোক্না ইরম্লে। অদুবু দোষ-গুণগী বিচারদি শেংনা ফোংদোক্রমদ্রে।

মূল ২৮

সেই অংশ কহি তাঁরে করি নমস্কার।

যা শুনি দিগ্বিজয়ী কৈল আপনা ধিক্কার ॥ ২৮ ।

শব্দার্থ

সেই—মতু, অংশ—শরুক, কহি—হায়জগে, তাঁরে—মহাকপু, করি—তৌবগা, নমস্কার—খুরুম্না, যা—মতু, শুনি—নাকোঙনা তাবদা, দিগ্বিজয়ী—দিগ্বিজয়ীনা, কৈল—তৌখি, আপনা ধিক্কার—মছাবু চৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা উৎলম্বা দোষগুণ-বিচার) অদু মনাকোঙনা তারগা দিগ্বিজয়ীনা মছামখত্তবু ধিক্কার তৌরম্বগী মতাঙদু শ্রীবৃন্দাবনদাস ঠাকুরদা খুরুমজরগা ঐহাক লৌজগে।

মূল ২৯

জ্যোৎস্নাবতী রাত্রি, প্রভু শিষ্যগণ সঙ্গে।

বসি আছেন গঙ্গাতীরে বিদ্যার প্রসঙ্গে ॥ ২৯ ॥

শব্দার্থ

জ্যোৎস্নাবতী—থাবল-ফবা, রাত্রি—অহিং প্রভু—প্রভুনা, শিষ্যগণ সঙ্গে—শিষ্যশিংগা লোয়ননা, বসি—ফমদুনা আছেন—লৈ গঙ্গা তীরে—গঙ্গা তোর্ব্বান্দা, বিদ্যার—বিদ্যাগী, প্রসঙ্গে—নৈনদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিংদু থাবল ফবম্মী মতমদুদা প্রভুনা শিষ্যশিংগা লোয়ননা গঙ্গা তোর্ব্বান্দা বিদ্যা নৈনদুনা ফমম্মী।

মূল ৩০

হেনকালে দিগ্বিজয়ী তাহাঁই আইল।

গঙ্গার বন্দনা করি প্রভুরে মিলিলা ॥ ৩০ ॥

শব্দার্থ

হেনকালে—মতমসিদা, দিগ্বিজয়ী—দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা, তাহাঁই—মফমদুদা, আইলা—লেপ্লকখি, গঙ্গার বন্দনা করি—গঙ্গাবু খুরুমগা, প্রভুরে—প্রভুবু, মিলিলা—উনখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম্‌অসিদা দিগ্বিজয়ী পণ্ডিত মফমত্তুদা লেঙলকখি। গঙ্গাবু থুকম্নগা মহাক্না প্রভুবু উনখি।

### মূল ৩১

বসাইলা তাঁরে প্রভু আদর করিয়া।
দিগ্বিজয়ী কহে, মনে অবজ্ঞা করিয়া ॥ ৩১ ॥

### শব্দার্থ

বসাইলা—ফমহল্লম্মী, তাঁরে—মহাকপু, প্রভু—প্রভুনা, আদর করিয়া—তবাম তবাম তৌদুনা, দিগ্বিজয়ী—দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা, কহে—হায়, মনে—মপুক্কীওদা, অবজ্ঞা—উৎছিত্তবা, করিয়া—তৌদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মহাকপু লুনা তবাম তবাম তৌদুনা ফমহল্লম্মী। দিগ্বিজয়ীনা মপুক্কীওদদি উৎছিত্রগা হায়বম্মী—।

### মূল ৩২-৩৩

ব্যাকরণ পঢ়াহ নিমাই পণ্ডিত তোমার নাম।
বাল্যশাস্ত্রে লোক তোমার কহে গুণগ্রাম ॥ ৩২ ॥
ব্যাকরণমধ্যে জানি পঢ়াহ কলাপ।
শুনিল ফাকিতে তোমার শিষ্যের সংলাপ ॥ ৩৩ ॥

### শব্দার্থ

ব্যাকরণ পঢ়াহ—ব্যাকরণ-তম্বিরিবা, নিমাই পণ্ডিত—নিমাই পণ্ডিত, তোমার নওগী, নাম—মিং না, বাল্যশাস্ত্রে—অঙাঙ পীথক্কী শাস্ত্রদা, লোক মী খ্বাযনা, তোমার—নহাক্কী, কহে—শক-শোন্নে, গুণগ্রাম—গুণ-পূম্বহু ব্যাকরণ মধ্যে—ব্যাকরণগী মনুঙদা, জানি—ঐ খঙঙী পঢ়াহ—তম্বিরি, কলাপ—কলাপ ব্যাকরণ, শুনিল—ঐ নাকোঙনা তারে, ফাঁকিতে ফাঁকি কৌবা রাহংদা, তোমার শিষ্যের—নওগী শিষ্যগী, সংলাপ অবাই অথুম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্যাকরণ তম্বিরগা নমিং নিমাই পণ্ডিত হায়না চংলিবা। অতাও-শীথকশিংগী শাস্ত্র ওইবা ব্যাকরণ অদু তম্বিবদা মী খ্বায়না নত্তগী গুণথিবিক শক-শোল্লি। নওনা তম্বিরিবা (ব্যাকরণ অদুদি) ব্যাকরণশিংগী মরক্তা কলাপ হায়বদুনী ঐনা খওলিবসিনা চুম্লবদি। ফাঁকি কৌবা বাহংদা নত্তগী শিষ্যশিংনা অরাই-অথুম (সংলাপ) তৌবদু ঐহাক ইনাকোওনা তারে।

## নৈনরোল

মরম-চাবা (সঙ্গত ওইবা) বিষয়গী মরম-চাদবা (অসঙ্গতি) উৎলগা সঙ্গতি পুথোরক্লবা হংবা রাহংবু ফাঁকি প্রশ্ন কৌয়ি। অরাই-অথুম (উক্তি-প্রত্যুক্তি) তৌবগী বাক্যবু সংলাপ কৌয়ি।

প্রভুনা ফাঁকি প্রশ্ন হংতুনা শিষ্যশিং না উক্তি-প্রত্যুক্তি তৌবদু দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা তাবম্মী। মদু তাবদা মহাক্না প্রভুবু উৎছিত্তদুনা পযার ৩২-৩৩-সিদা হাযরিবসি হাযরম্লিবনী।

## মুল ৩৪-৩৬

প্রভু কহে—'ব্যাকরণ পঢ়াই' অভিমান করি।
শিষ্যেহো না বুঝে, আমি বুঝাইতে নারি ॥ ৩৪ ॥
কাঁহা তুমি সর্ব্ব শাস্ত্রে কবিত্বে প্রবীণ।
কাঁহা আমি-সব শিশু পঢ়ুয়া নবীন ॥ ৩৫ ॥
তোমার কবিত্ব কিছু শুনিতে হয় মন।
কৃপা করি কর যদি গঙ্গার বর্ণন ॥ ৩৬ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা, কহে—হায, ব্যাকরণ—ঐ ব্যাকরণ তম্বিজে, অভিমান—নাপন, করি—তৌদুনা, শিষ্যেহো—শিষ্যনসু, না বুঝে—খওদে, আমি—ঐনা, বুঝাইতে—খওহনবা, নারি—ঙমদে, কাঁহা—কদায়, তুমি—নহাক, সর্ব্বশাস্ত্রে—শাস্ত্র পুম্বদা, কবিত্বে—কবি ওইবদা, প্রবীণ—খও-হৈবনী, কাঁহা—কদায়, আমি-সব—ঐমক্তি, শিশু পঢ়ুয়া—অতাও পড়োবান, নবীন—নাবা, তোমার কবিত্ব—নত্তগী কবিত্ব, কিছু—

খবা , শুনিতে— তাবগীদমক , হয মন—পাম্মী , কৃপা করি— চানবিতুনা , কব যদি—তৌবিরবদি , গঙ্গার বর্ণন—গঙ্গাগী বর্ণনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হাযবম্মী—নাপলগা লোযননা ঐহাক ব্যাকরণ তম্বিজরিবনী । অতুবু শিষ্যশিংনস্থ কবিমতা খঙবা ঙমদে ঐস্থ খঙহনবা ঙমদে । কদায় নঙদি শাস্ত্র পূম্বদা কবিত্বদা খঙ-হৈববা অমনী, অতুগা অমরোমদা কদায ঐমক্তি অঙা, নবা পডোরানী । নঙগী কবিত্ব খবদ, তানীঙলে, নঙনা চানবিতুনা গঙ্গাগী বর্ণনা মতেক অমা তৌবিরবদি ।

## মূল ৩৭

শুনিয়া ব্রাহ্মণ গর্ব্বে বর্ণিতে লাগিলা ।
ঘটি-একে শতশ্লোক গঙ্গাব বর্ণিলা ।। ৩৭ ।।

### শব্দার্থ

শুনিযা—নাকোঙনা তাবতুনা ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণতুনা গর্ব্বে—নাপল তৌতুনা বর্ণিতে—বর্ণনা তৌবা , লাগিলা—হৌখি ঘটি-একে—পুঙ অমগী মনুঙদা শত শ্লোক—শ্লোক চামা , গঙ্গাব বর্ণিলা—গঙ্গাগী বর্ণনা তৌরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হাযবদু তাবদা দিগ্বিজযী ব্রাহ্মণ অতুনা নাপল তৌনা তৌনা গঙ্গাগী বর্ণনা তৌবা হৌবম্মী । পুঙ অমগী মনুঙদা গঙ্গাগী শ্লোক চামা বর্ণনা তৌখি ।

## মূল ৩৮-৪০

শুনিযা কবিল প্রভু বহুত সংকার ।
তোমাব সম পৃথিবীতে কবি নাহি আব ।। ৩৮ ।।
তোমাব কবিতা শ্লোক বুঝিতে কাব শক্তি ।
তুমি ভাল জান অর্থ, কিবা সরস্বতী ।। ৩৯ ।।
এক শ্লোকেব অর্থ যদি কর নিজ মুখে ।
শুনি সব লোক তবে পাইব বড সুখে ।। ৪০ ।।

### শব্দার্থ

শুনিয়া—নাকোঙনা তাবগা করিল—তৌরম্মী, প্রভু—প্রভুনা, বহুত সৎকার—যাম্না থাগৎপা, তোমা সব—নঙগা মান্নবা, পৃথিবীতে—পৃথিবীদা, কবি—কবি, নাহি—লৈতে, আর—অতৈ, তোমার—নহাক্কী, কবিতা শ্লোক—কবিতা শ্লোক, বুঝিতে—খঙনবা, কার—কনাগী, শক্তি—শক্তি, তুমি—নঙনা, ভাল—ফজনা, জান—খঙঙৌ অর্থ—অর্থ, কিবা—নত্রগা, সরস্বতী—সরস্বতী দেবী, এক শ্লোকের অর্থ—শ্লোক অমত্তগী অর্থ, যদি কর—হায়বিররবদি, নিজ মুখে—নশামক্কী চীন অতুনা, শুনি—তাবগা, সব লোক—মী পুম্বা, তবে—অদু ওইরবদি, পাইব—ফংগনী, বড সুখে—য়াম্না নুংঙাইনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( গঙ্গা-বর্ণনাগী শ্লোক অদু ) তাবগা প্রভুনা ( দিগ্বিজয়ীপণ্ডিতপু ) যাম্না থাগৎলম্মী—নঙগা মান্নবা কবি পৃথিবীদা অতৈ অমা লৈতে। নঙগী চীন অতুনা শ্লোক অমগী অর্থ তাকপিরবদি মদু তাবগা মী পুম্নমক যাম্না নুংঙাইজগনী।

### মূল ৪১

তবে দিগ্বিজয়ী ব্যাখ্যার শ্লোক পুছিল।

শতশ্লোকের এক শ্লোক প্রভু ত পঢ়িল ॥ ৪১ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী, দিগ্বিজয়ী—দিগ্বিজয়ী ব্রাহ্মণনা, ব্যাখ্যার—ব্যাখ্যা তৌগদৌবা, শ্লোক—শ্লোক, পুছিল—( করম্বনো হায়না ) হংলম্মী, শতশ্লোকের—শ্লোক চামতুগী, এক শ্লোক—শ্লোক অমা, প্রভু ত—প্রভুনা, পঢ়িল—পারম্মী ( থীদম্মী )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা ব্যাখ্যা তৌগদবরু করম্বা শ্লোক-নো হায়না হংখি। মদুদা প্রভুনা শ্লোক চামতুগী মনুঙদা য়াওবা শ্লোক অমা থীদরম্মী।

## মূল ৪২

মহত্ত্বং গঙ্গায়াঃ সততমিদমাভাতি নিতরাং।
যদেষা শ্রীবিষ্ণোশ্চরণকমলোৎপত্তিসুভগা।
দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীরিব সুরনরৈরর্চ্যচরণা।
ভবানীভর্তুর্যা শিরসি বিভবত্যদ্ভুতগুণা ॥ ৪২ ॥

### শব্দার্থ

মহত্ত্বম—মতীক মগুণ, মহিমা গঙ্গায়াঃ গঙ্গাগী; সততম- মতম পুম্বদা, ইদম—অসি, আভাতি—ঙাক্লি নিতরাং- লেওদবমথৈ, যৎ—মতু, এষা—(গঙ্গা) অসিনা, শ্রীবিষ্ণোঃ—শ্রীবিষ্ণুগী, চরণকমল–উৎপত্তি-সুভগা—খোঙ-থম্বান্দগী থোরক্লনা লাইরকফবী, দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীঃ ইব—অনীশুবী শ্রীলক্ষ্মীগুম্না, সুরনরৈ—সুর (লাই) অমসুং নর (মীওইবা) অনীনা, অর্চ্যচরণা—পূজাতৌনঙাই ওইবা খোঙনা মাগী ওইরিবা (অদুগুম্বী গঙ্গা), ভবানীভর্তুঃ ভবানীগী মপুবোইবগী (মহাদেবগী), যা—মহাক, শিরসি—কোক্থক্তা, বিভবতি- ঙাক্নোইবি, অদ্ভুতগুণা—অঙকপা গুণচেনবী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবিষ্ণুগী খোঙ-থম্বান্দগী থোরকপনী হায়দুনা লাইবকফরিবী, লাই অমসুং মীওইবনা অনীশুবা লক্ষ্মীগী মখোঙগুম্না মাগী মখোঙবু পূজা তৌববী, অদুগা ভবানীভর্তা (ভবানীগী মপুবোইবা মহাদেবগী) কোক্তা ঙাক্লী হায়দুনা অঙকপা গুণগী মবেম্মা ওইরিবী গঙ্গাসিগী মহিমাসি মতম পুম্বদা লেওদবমথৈ ঙাক্নোইরিয়ে।

## মূল ৪৩-৪৪

এই শ্লোকের অর্থ কর—প্রভু যদি কৈল।
বিস্মিত হৈয়া দিগ্বিজয়ী প্রভুরে পুছিল ॥ ৪৩ ॥
ঝঞ্জাবাত-প্রায় আমি শ্লোক পড়িল।
তার মধ্যে শ্লোক তুমি কৈছে কণ্ঠে কৈল ॥ ৪৪ ॥

এই শ্লোকের—শ্লোক অসিগী, অর্থ কর—অর্থ তৌ, প্রভু যদি বৈল—প্রভুনা হায়বা মতমদা, বিস্মিত—ঙকপা, হৈয়া—ওইরদুনা দিগ্বিজয়ী—দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা; প্রভুরে—প্রভুদা, পুছিল—হংলম্মী, ঝঞ্জাবাত-প্রায়—নোংলৈ মুংশিংকুম্না, আমি—ঐনা, শ্লোক পড়িল—শ্লোক থীখিবনী, তার মধ্যে—মতুগী মনুঙদা, শ্লোক—শ্লোক, তুমি—নঙনা, কৈছে—মতৌ করম্না, কণ্ঠে-কৈল—চীনফা পুরিবনো?

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোকসিগী অর্থ হায়রিবু হায়না প্রভুনা হায়রকপদা ঙকখুনা দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা প্রভুদা হংখি—ঐনা নোংলৈ-নুংশিংকুম্না য়াম্না থুনা শ্লোক থীখিবনী, মতুগী মরক্তগী শ্লোকসিমা নঙনা করম্না চীনফা পুরিবগে।

মূল ৪৫

প্রভু কহে—দেববরে তুমি কবিবর।
ঐছে দেবের বরে কেহ শ্রুতিধর॥ ৪৫॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় দেববরে—লাইগী বর-না তুমি—নঙনা কবিবর—কবি অথোইবা (ওইরি), ঐছে—মতৌ অদুগুম্না দেবের—লাইগী, বরে—বরনা কেহ—কনানা, শ্রুতিধর—হেক শ্রবণ তৌবগা (নাকোঙনা তাবগা) নীঙশীঙদুনা লৈবা ঙম্বা মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—নঙনা লাইগী বরদগী অথোইবা কবি ওইরি, অদুগুম্না লাইগী বরদগী কনাগুম্বনা শ্রুতিধর (নাকোঙনা হেক তাবগা কাপ্নবা মীতা) ওই।

মূল ৪৬

শ্লোকব্যাখ্যা কৈল বিপ্র পাইয়া সন্তোষ।
প্রভু কহে—কহ শ্লোকের কিবা গুণ-দোষ॥ ৪৬॥

শব্দার্থ

শ্লোকব্যাখ্যা—শ্লোক অদুগী শন্দোকপা অর্থ; কৈল—হন্দোক্লম্মী,

বিপ্র—ব্রাহ্মণনা , পাইযা সন্তোষ—পেল্লহুনা , প্রভু কহে—প্রভুনা হায , কহ—হাযবিযু , শ্লোকেব—শ্লোকসিগী , কিবা—কবি , গুণ-দোষ—গুণ-দোষ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পেল্লহুনা ব্রাহ্মণ অহুনা শ্লোক অহুগী অর্থ হন্দোকখি । প্রভুনা হাযরকযি—শ্লোকসিগী গুণ-দোষ করি করিনো তাকপিযু ।

## নৈনরোল

গুণ—বসস্যোৎকর্ষকঃ কশ্চিদ্ধর্ম্মোহসাধারণো গুণঃ । শৌর্য্যাদিবাত্মন ইব বর্ণাস্তব্যঞ্জকা মতাঃ ।। —আত্মাগী অকাবমগী দমক শৌর্য্যনচি বনা ( থৌনানচি বনা ) ওইবগুম্না বস হেঙ্গৎনবগী দমক খ্বাইগা মান্নদবা ধর্ম্মব গুণ কৌ য । মহুদি—বসাস্বাদোৎকর্ষকং গুণত্ম—অলঙ্কাব কৌস্তুভ /৮/২/ মাধর্য্য ওজ অমসুং প্রসাদ অহুমনি কান্নগী গুণ হাযবহুনী । পেলহনবা, নুংঙাইহনবা ( বঞ্জকতা ) হাযবসি বসগী মাধুর্য্যনী , থম্মোই পেৎনবগী মবম অমনা মসি । সম্ভোগ-তা বিপ্রলম্ভদা অহুগা কবণচি না বসদা মাধুর্য্যসি থোযদোক্লা চঙ্ঙী । ওজোহ গুণ অসিনা চিত্তবিস্তাব ( থম্মোই চাউথোকপা ) হাযবহুগী মশক ওইবী দীপ্তিত্বগী থোকপী ( কাবণ—না ) । দীপ্তি হাযবদি নঙশনবা ( গাঢতা ) হাযবদি শেংলা ( কেমথাকপা ) নৈতবা হাযবনী । ওজোগুণ অসি চিত্তবিস্তাব (থম্মোই পাক-চাউথোকপা) হাযবহুগী কাবণ ওই বীব, বীভৎস অমসুং বৌদ্র বসদা ওজ অসুম হেঙ্গৎলকযি । কঙ্গুবীগী মনম্না বস্তুবী নৈতাবপগুম ( প্রকাশ তৌবগুম ) নাবোঙনা তেক তাবগা অর্থ প্রকাশ হেক ওইবা অহুবু প্রসাদ গুণ কৌযি । প্রসাদগুণ অসি বস পূম্নমক্কী অমসুং বীতি পূম্নমক্কী চাঙদবা যাদনী । অলঙ্কাব কৌস্তভ/৬/৪/ কাব্যপ্রকাশনা হায—অবা শীঙদা মেগুমা অহুগা অক্কবা লাইজগী মতৌ-গুমা থঙহৌদনা থম্মোইব পাং-কপ হেক্তা কূপ্লকপা গুণ অহুব্ প্রসাদ গুণ কৌযি । মফম পূম্বদা ( হাযবদি বস পূম্নমক্কা অমসু বচনা ( পূম্নমক্কা ) যাওগদবনী /৮/৫/ মাধুর্য্যনচিবা গুণ অহুমসিগী মনুং-চনবা গুণ তবেংখবসু লৈরি, মহুদি—অর্থব্যক্তি, উদ্দাবত্ব, শ্লেষ, সমতা, কান্তি, প্রৌঢি , অমসুং সমাধি । মখোয়সিগী ব্রাদি অলঙ্কার-কৌস্তুভগী তরূবগুবা বিরণ-দা য়েংবিউ ।

দোষ—ন্যাকোঙনা তাবদা ন্নুংঙাইতবা ( শ্রুতিকটুতানচিংবা ) অসিমা বসগী ময়েং হন্থহল্লী হাযবগীদমক মখোয়বু দোষ কৌযি।

**মূল ৪৭**

বিপ্র কহে—শ্লোকে নাহি দোষের আভাস।
উপমালঙ্কার গুণ কিছু অনুপ্রাস ॥ ৪৭ ॥

**শব্দার্থ**

বিপ্র—দিগ্বিজযী ব্রাহ্মণতুনা, কহে—হাযরকযি শ্লোকে—শ্লোকসিদা নাহি—লেতে, দোষের আভাস—দোষগী মমি ফাওবা উপমালঙ্কার—উপমা ( চাংদম্নবা ) কৌবা অলঙ্কার ( লৈতেং ), গুণ—গুণ, কিছু খরা, অনুপ্রাস মযেক মান্নবা হাযবা অলঙ্কার।

মৈতৈলোন্দা ওন্দোকপা

দিগ্বিজযী ব্রাহ্মন্না হাযরকযি শ্লোকসিদা দোষগী মমিফাওবা তাদে। উপমা অলঙ্কারনচিংবা ও। যাংবরি, অদুগা অনুপ্রাস খরগা য্নাংবরি।

**চৈনতম্লোক**

উপমা—উপমানোপমেযযোযথা কথঞ্চিদ যেন কেনাপি সমানেন ধর্ম্মেণ সম্বন্ধ উপমা।—উপমান অমসুং উপমেয়গী কেনবা সমান ( মান্নবা ) ধর্ম্মদগী ওইবা সম্বন্ধ অদুবু উপমা কৌযি। অলঙ্কার-কৌস্তুভ। ফজবা মাযথোঙ উরগা হবাওবা পোকযি, থাজ উরুবগসু হন্নাংবা পোকযি, মরমসিনা হন্নাওবা পাকহন্নবগী মবমদা মাযথোঙগা থাজগা অনীগী মরক্তা মান্নবা ধর্ম্ম ( সমান ধর্ম্মত্ব ) কেরে মরমতুনা মাযথোঙগা থাজগা অনীসি চাংদম্নতুনা ( উপমা তৌতুনা ) মাযথোঙ থাজ—মাযথোঙগী মশক ওইবা থাজ-কৌয়ি মফম অসিদা থাজনা উপমান হায়বতুনী মায়থোঙনা উপমেয়নী।

অলঙ্কার—লীক-কোন,-লৈতেং। অলঙ্কারনা হকচাঙগী ফজবা (শোভা) হেঙ্গংহন্নবগুম উপমানচিংবনা কাব্যগী শোভা হাযবদি রমণী মহাও হেঙ্গংহল্লী হায়তুনা উপমাশনচিংববু অলঙ্কার কৌযি। উপমা-অলঙ্কার—উপমাগী মশক ওইবা অলঙ্কার হায়বনী। অনুপ্রাস বর্ণসাম্যমনুপ্রাসঃ।

কবিগুম্বা ময়েক ( বর্ণ ) অমত্তু য়াম্না তোঙ্গনা শীজন্নরবদি অনুপ্রাস ওই। মতুদি— ললিতলবঙ্গলতাপরিশীলনকোমলমলয়সমীরে , মফমসিদা ল-বর্ণসে হন্না হন্না শীজন্নরে , অতুনা ল-গী অনুপ্রাস ওইরে। অনুপ্রাস হায়বসিশ্ন অলঙ্কাব মখল অমনী।

মূল শ্লোক

প্রভু কহেন—কহি, যদি না করহ রোষ।
কহ তোমার এই শ্লোকে কিবা আছে দোষ॥ ৪৮॥
প্রতিভার কাব্য তোমার দেবতা-সন্তোষ।
ভালমতে বিচারিলে জানি গুণ-দোষ॥ ৪৯॥

অরথ

প্রভু কহেন—প্রভুনা হায , কহি- হাযগে , যদি—বদি , না করহ —তৌবা , বোষ—শাউবা , কহ- হাযযু , তোমাব—নহাক্কী এই শ্লোকে —শ্লোকসিদা , কিবা—করি , আছে লৈ , দোষ—দোষ ( অশোয়-অঙ্ঙাম ), প্রতিভার—পীথোবরূপা শক্তিগী , কাব্য—শৈরেংনী , তোমাব—নহাক্কী , দেবতা-সন্তোষ—লাইনা পেননিবনা , ভালমতে নীংথিন-মক বিচাবিলে—বিচার তৌরগদি , জানি—ঐ খঙ্গী , গুণ দোষ—গুণগা দোষগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দাকপা

প্রভুনা হায়লকই—শাউরোয় হায়রগদি ( রা অমা ) হায়জগে। নহাক্কী শ্লোকসিদা করি দোষ লৈবগে হায়বদু হায়বিয়ু। লাইনা পেনবিবদগী লওগীদি প্রতিভাগী কাব্যনী। অদুবু নীংথিনা বিচার তৌরগদি শ্লোকী দোষ গুণ লৌশিনবদু ঐ খঙ্গী।

বিবরণ

শ্লোকতিংসি নীংথিনা বিচার তৌদুনা অকঙ্বিরগদি দোষ-গুণ করি লৈবগে খঙ্গবা ঙাই। মহাপ্রভুনা কুপা লৈদ্রবা মতুংদ অকঙ্বীদু হায়না প্রভুনা দিগ্বিজয়ী মাহুদা হায়খি।

মূল ৫০-৫১

তবে ভাল করি শ্লোক করহ বিচার।
কবি কহে - যে কহিল সেই বেদসার ॥ ৫০
ব্যাকরণীয়া তুমি—নাহি পড় অলঙ্কার।
তুমি কি জানিবে এ কবিত্বের সার ॥ ৫১ ॥

তবে—মরমথুনা, ভাল করি—নীঙথিনা শ্লোক—শ্লোক, করহ বিচার—নৈনৌ, কবি কহে—কবিনা হায়, যে কহিলে—হায়খ্রিবথু, সেই—মথুনা বেদসার—বেদগী মচিনী; ব্যাকরণীয়া—ব্যাকরণ-নৈনবা মী, তুমি—নঙনী, নাহি পড—তমদে, অলঙ্কার—কাব্যগী অলঙ্কারশাস্ত্র, তুমি—নঙনা, কি - করি জানিবে—খঙগনী, এ কবিত্বের - কবিত্বসিগী, সার—মচি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়বম্মী)—মরমথুনা নীঙথিনা শ্লোক বিচার তৌবিয়। (মতুদা) কবিনা (দিগ্বিজয়ানা) হায়রকখি—ঐনা হায়খ্রিবসিমক বেদগী রা মচা ওাক্লী। ব্যাকরণতমক নৈনবা নহাক্নী, অলঙ্কার-শাস্ত্রস্থু তম্মুদে। অদুনদি নঙনা করম্না কবিত্বগী মথীবো, করিনা হায়না খঙগনী?

মূল ৫২-৫৩

প্রভু কহেন—অতএব পুছিয়ে তোমারে।
বিচারিয়া গুণ দোষ বুঝাহ আমারে ॥ ৫২ ॥
নাহি পটি অলঙ্কার—করিয়াছি শ্রবণ।
তাতে এই শ্লোকে দেখি বহুদোষগুণ ॥ ৫৩ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহেন—প্রভুনা হায়; অতএব—মরমথুনা পুছিয়ে—হংগে, তোমারে—নঙোন্দা, বিচারিয়া—বিচার তৌদুনা, গুণদোষ—শ্লোকো দোষগুণ, বুঝাহ—তাকপীয়ু, আমারে—ঐঙোন্দা, না পটি—তম্মুদে,

অলঙ্কার—অলঙ্কার শাস্ত্র , করিযাছি শ্রবণ—নাকোঙনদি তারুরে , তাতে —মরমতুনা ; এই শ্লোকে—শ্লোকসিদা ; দেখি—উরে , বহু—য়াম্না , দোষগুণ—দোষগুণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হাযরকয়ি—মরমতুনা ( অলঙ্কার তম্লক্তবা মরম্না ) নঙোন্দা হংলি। বিচার তৌতুনা গুণ-দোষ ঐঙোন্দা তাকপিয়ু। অলঙ্কারগী শাস্ত্রচু ঐ তম্লক্লে। অদুবু নাকোঙনদি মীঙোন্দগী তারে। মরমতুনা শ্লোকসিদা দোষগুণ যাম্না উরে ( ঐহাক )।

## মূল ৫৪

কবি কহে—কহ দেখি কোন্ গুণ দোষ।

প্রভু কহেন—কহি শুন, না করিহ রোষ ॥ ৫৪ ॥

### শব্দার্থ

কবি কহে—কবিনা হায , কহ—হাযযু , দেখি - য়েংগে , কোন—কবম্বা , গুণ দোষ—গুণ দোষ , প্রভু কহেন—প্রভুনা হায , কহি—হাযগে শুন—তাও , না করিহ—তৌগনু , রোষ- শাউবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দিগ্বিজয়ী কবিনা হায—হাযযু য়েংগে কবি গুণ-দোষনো। প্রভুনা হায—হাযগে তাবিযু, শাউবিগনুকো।

## মূল ৫৫

পঞ্চদোষ এই শ্লোকে, পঞ্চ অলঙ্কার।

ক্রমে আমি কহি শুন, করহ বিচার ॥ ৫৫ ॥

### শব্দার্থ

পঞ্চদোষ—দোষ মঙা , এই শ্লোক—শ্লোকসিদা , পঞ্চ অলঙ্কার - অলঙ্কার মঙা , ক্রমে—মথং মথং ; আমি কহি—ঐ হাযগে , শুন—তাবিযু , করহ বিচার—থন্তুনা য়েংবিযু।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শ্লোকাসদা দোষ মতৌ অহুমা অলঙ্কার মতা মাঙরি। ময়ামতু শ্রী অথং মথং হায়রক্কে, মুন্না তাবিয়ু অমম্বুং থম্বহুনা য়েংবিয়ু।

মূল ৫৬

অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ দুই ঠাঁই চিহ্ন।
বিরুদ্ধমতি ভগ্নক্রম পুনরাত্ত দোষ তিন॥ ৫৬

শব্দার্থ

অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ—দোষ অমগী মিং, দুই ঠাঁই—মফম অনীদা, চিহ্ন—খূদম, বিরুদ্ধমতি—দোষ অমগী মিং, ভগ্নক্রম—দোষ অমগী মিং, পুনরাত্ত দোষ অমগী মিং, দোষ তিন—দোষ অহুম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ হায়বা দোষসু মফম অনীনা খূদম এই। দোষ অহুমদি বিরুদ্ধমতি, ভগ্নক্রম, পুনরাত্ত অসিনী।

টৈকনবোল

মহত্ত্ব গঙ্গায়াঃ ইদম্ হায়বসিদা অবিমৃষ্টবিধেযাংশ দোষ অমা লৈরে, দ্বিতীয শ্রীলক্ষ্মীঃ হায়বসিদা অবিমৃষ্টবিধেযাংশ দোষ অমা লৈবে। ভবানীভর্ত্তু"—হায়বসিদা বিরুদ্ধমতিদোষ যদেষা—নচি বসিদা ভগ্নক্রম অমুগা অদ্ভুতগুণা হায়বসিদা পুনরাত্ত দোষ লৈবে।

মূল ৫৭-৫৮

'গঙ্গার মহত্ত্ব' শ্লোকে মূল বিধেয়।
'ইদং' শব্দে অনুবাদ পাছে অবিধেয়॥ ৫৭॥
বিধেয় আগে কহি, পাছে কহিলে অনুবাদ।
এই লাগি শ্লোকের অর্থ করিয়াছে বাদ। ৫৮॥

শব্দার্থ

গঙ্গার মহত্ত্ব—গঙ্গাগী মতীক মথাই, মঙ্গল, শ্লোকে—শ্লোকতা, মূল—মরুওইবা, বিধেয়-বিধেয়, ইদং শব্দে—ইদং (অসি) শব্দনা,

অনুবাদ , পাছে — তুংদা , অবিধেয় — চুমদবনী , বিধেয — বিধেয়বু , আগে — হান্না , কহি — হায়বগা , পাছে — তুংদা , কহিলে — হায়বে , অনুবাদ — অনুবাদ , এই লাগি — মবমসিনা , শ্লোকেব অর্থ — শ্লোকী অর্থ , করিয়াছে — তৌরে , বাদ — বিঘ্ন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোক্তা গঙ্গাগী মহত্বনা মক-ওইবা বিধেয়নী অদুগা ইদং ( মসি ) হায়বা শব্দনা অনুবাদনী, অনুবাদসিনা তুংদা লৈবদি চুমদবনী। বিধেযবু হান্নবা হায়রগা তুংদা অনুবাদ হাযবে। মরমসিনা শ্লোকী অর্থ কাযহল্লে।

## লৈনরোল

মহত্ত্বংগঙ্গায়াং ইদং—মহত্ত্ব গঙ্গাগী মসি বাক্যসিদা অবিমৃষ্ট-বিধেযাংশ দোষ উংলি।

হান্নবা খঙলবা পোৎপু **অনুবাদ** অদুগা খঙদবা পোৎপু **বিধেয** কৌই। বাক্য শেম্বা মতমদা অলঙ্কাব শাস্ত্রগী মতুং ইন্না অহানবদা অনুবাদ ( অখঙবা পোৎপু তাক্লিবা শব্দ ) থমগদবনী, মতুগী তুংদা বিধেয ( অখঙবা পোৎকী মরীদা খঙদ্রিবা পোৎপু তাক্লিবা শব্দতু ) থমগদবনি। নিযনসি কাযববদি ( হাযবদি হান্নবা বিধেয়, মতুগী তুংদা অনুবাদ থম্লবদি ) অবিমৃষ্ট-বিধেযাংশ হাযবা দোষতু ওই।

**মহত্ত্বং গঙ্গাযাঃ**—নচিংবা শ্লোক্তা দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা গঙ্গাগী মাহাত্ম্য বর্ণন তৌবি। শ্লোক লোইনমকী মর্ম্মার্থতু খঙলবদি বর্ণন্-তৌগ-দৌরিবা মাহাত্ম্যতু কবিনো হাযবা খঙবা ঙমদে, মরমসিনা হোগৎলকপা চৈকোক্তা গঙ্গাগী মাহাত্ম্যাদি খঙবা ঙমদ্রি, মবমতুনা শ্লোকী মবোক্তা মহত্ত্ব-শব্দ লৈবদো খঙদ্রিবা পোৎ-তাক্লবা শব্দনী— বিধেযনী। মরমসিনা হাযবিবনী মতুদি—“গঙ্গার মহত্ত্ব শ্লোকে মূল বিধেয” হায়বদি শ্লোক্তা য়াওরিবা “মহত্ত্বং গঙ্গাযাঃ—গঙ্গাগী মহত্ত্ব” হায়বা পদসিনা মূল বিধেয হায়বা মক-ওইবা খঙদবা পোৎপু আক্লিবনী।

ইদং—শ্লোক্তা যাওবা ইদং শব্দনী। ইদং শব্দগী অর্থদি মসি হায়বনী। ইদং-শব্দনা অনুবাদ-নী—অখঙবা-পোৎপু তাক্লবা শব্দনী। মবমতুনা বাক্য শেম্বগী নিযম মতু, ইন্না ইদং-শব্দনা অহাঙ থাগদবনী।

অনুবাদ ইদং—শব্দনা বিধেয় মহত্ত্ব—শব্দগী সমাপ্ত থাবা চুম্মী, অতুবু দিগ্বিজয়ীনা মহাকী শ্লোকসিদা হায়না মহত্ত্বং অতুগী তুংদা ইদং হায়বা হায়রে—মসি নিয়ম—কায়বা ওইরে।

মূল ৫৯

অনুবাদমনুক্ত্বা তু ন বিধেয়মুদীরয়েৎ ।
নহ্যলব্ধাস্পদং কিঞ্চিৎ কুত্রচিৎ প্রতিতিষ্ঠতি ॥ ৫৯ ॥

মসিগী শব্দার্থনচিংবদি ১/২/৭৪ শুবা মূল—দা য়েংবিয়ু।

মূল ৬০-৬১

'দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মী' ইহাঁ দ্বিতীয় বিধেয় ।
সমাসে গৌণ হইল, শব্দার্থ গেল ক্ষয় ॥ ৬০ ॥
দ্বিতীয় শব্দ বিধেয়, তাহা পড়িল সমাসে ।
'লক্ষ্মীর সমতা' অর্থ করিল বিনাশে ॥ ৬১ ॥

শব্দার্থ

দ্বিতীয়-লক্ষ্মী—অনীশুবী শ্রীলক্ষ্মী, ইহাঁ—মফমসিদা, দ্বিতীয় বিধেয়—দ্বিতীয় শব্দসি বিধেয়নী, সমাসে—সমাস তৌবদা, গৌণ—মুখ্য-নত্তবা, তুংইনবা, হইল—ওইরে, শব্দার্থ—শব্দগী অর্থ, গেল ক্ষয়—মাংখাব, দ্বিতীয় শব্দ বিধেয়—দ্বিতীয় শব্দদি বিধেয়নী, তাহা—মদু, পড়িল সমাসে—সমাসদা হাপখবে লক্ষ্মীর সমতা—লক্ষ্মীগা মান্নবা, অর্থ—অর্থ, করিল বিনাশে—মাংহল্লে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মী হায়বসিদা দ্বিতীয়সি বিধেয়নী, সমাস তৌবনা গৌণ ওইরে, শব্দার্থ মাংখরে। দ্বিতীয় শব্দ বিধেয়নী, অদুগা মাদি সমাসদা যাওখ্রে। (মরমদুনা) লক্ষ্মীগা মান্নবা হায়বা অর্থদু মাংহন্খরে।

টীকাতরোল

দ্বিতীয়-শ্রীলক্ষ্মীরিব হায়বা বাক্যনা অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ হায়বা দোষ লৈবগী অনীশুবা খুদম্নী।

শ্রীলক্ষ্মীদেবীদি শ্রীনারায়ণগী মতম্বাক ওনুবী লক্ষ্মীনী অদুগা লাই-শিংনস্থু মীওইবশিংনসু পূজা তৌনৈ হায়বসি খ্বাই-পুম্বনা খঙনৈ, মরমদুনা শ্রীলক্ষ্মী শব্দসি অনুবাদনী, তৌইগুম্বস্থুং দ্বিতীয় হায়বা শব্দনা করি খঙহল্লিবনো হায়বদুদি খঙনদে, মরমদুনা দ্বিতীয় শব্দনা বিধেয় ওইরে। মরমসিনা শ্রীলক্ষ্মীঃ দ্বিতীয়া ইব হায়রম্ববদি চুমগদবনী, মদুদি হায়দদুনা দ্বিতীয়-শ্রীলক্ষ্মীঃ ইব হায়বনীনা (অনুবাদপু হান্না হায়দদুনা বিধেয়বু হান্না হায়বনীনা) অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ-দোষ লৈরে।

- মখমদি দ্বিতীয়-শব্দগা লক্ষ্মী-শব্দগা সমাস তৌবনা দ্বিতীয়-শব্দসি মাঙদা থম্লিবনী। মসিনা অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ দোষস্থু ওইরে, অদুদগী হেন্দোক্লদুনা লক্ষ্মীগা ম'নবা হায়বা অর্থস্থু মাঙখরে। দিগ্বিজয়ীনা ওই-হন্নীংবা অর্থদি গঙ্গাদেবীদু শ্রীলক্ষ্মীদেবীগা পাংখক্কী হায়বা অর্থসিনী। শ্রীলক্ষ্মীঃ দ্বিতীয়া ইব হায়না মহাক্কা হায়বম্ববদি মহাক্কা ওইহন্নী লম্বা অর্থদো ওইবমগদবনী, গঙ্গাদি লক্ষ্মীগা মান্নে হায়বসি ফোঙদোক্লমগদবনী। (মদু ওইববদি অবিমৃষ্ট-বিধেয়াংশ-দোষ স্থু ওইংবায়দোবনী)। অদু হায়দদুনা দ্বিতীয়-শ্রীলক্ষ্মীঃ ইব হায়বনা গঙ্গাদো লক্ষ্মীগা মান্নে হায়বদু ফোঙদোক্কে—গঙ্গাদো অনীগুম্বী লক্ষ্মীগা মান্নে হায়না ফোঙ-দোক্লে। দ্বিতীয় লক্ষ্মী হায়বা শব্দনদি লক্ষ্মীবু খঙহনদে, লক্ষ্মীগুম্বী স্বরূপ অমবু খঙহল্লে, মরমদুনা লক্ষ্মীদগী দ্বিতীয় লক্ষ্মীনা হন্থযম থোকযি, মখম-দুনা দ্বিতীয়-লক্ষ্মীগা মান্নে হায়ববদি লক্ষ্মীগা মান্নে হায়বা নত্রে, লক্ষ্মীগা মান্নবদগী হন্থবে। মখমদুনা দ্বিতীয় শব্দগা লোয়ননা শ্রীলক্ষ্মী শব্দগা সমাস তৌখিবনা লক্ষ্মীগা মান্নে হায়বা অর্থদু মাঙখরে। লক্ষ্মীগী গুণ খবমখে চেন্বী দ্বিতীয়লক্ষ্মীগা মান্নে হায়বা ওইনা থোক্লবনীনা শব্দার্থস্থু গৌণ ওইবে।

## মুল ৬২–৬৩

'অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ' এই দোষের নাম।
আর এক দোষ আছে শুন সাবধান ॥ ৬২ ॥
'ভবানীভর্তৃ'-শব্দ দিলে পাইয়া সন্তোষ।
'বিরুদ্ধমতিকৃৎ' নাম এই মহা দোষ ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ—অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ, এই দোষের—দোষসিগী,

নাম—মিং, আর—অতোপ্পা, এক অমা, দোষ—অকাযবা, আছে—লৈবি গুণ—তাবিয়ু, সাবধান—পুক্কীং চংনা ভবানী (মহাদেবগী) মুপী, ভর্ত্তৃ—মপুবোইবা, ভবানীভর্ত্তৃশব্দ—ভবগী মুপীগী মপুবোইবা হাযবা শব্দ দিলে—ইাপ চল্লে, পাইযা—ফংত্রনা, সন্তোষ—অপেনবা, বিরুদ্ধমতিকৃৎ—বিরুদ্ধমতিকৃৎ, নাম—কৌযি, এই—মসি; মহাদোষ—দোষ অচৌবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দোষসিংগী মহিমা অবিমৃষ্টবিধেয়াংশ কৌয়ি। অতোপ্পা দোষ অমসু যাওয়ি, পুক্কীং চংনা তাবিয়ু নংহবাওবিয়রুনা ভবানীভর্ত্তৃ হায়বা শব্দমসু হাপ চল্লে। মসি বিরুদ্ধমতিকৃৎ কৌবা মহাদোষ অমনী।

## মূল ৬৪-৬৫

ভবানী শব্দে কহে মহাদেবের গৃহিণী।
তার ভর্ত্তা কহিলে—দ্বিতীয়ভর্ত্তা জানি ॥ ৬৪ ॥
শিবপত্নীর ভর্ত্তা – ইহা শুনিতে বিরুদ্ধ।
বিরুদ্ধমতিকৃৎ শব্দ শাস্ত্রে নহে শুদ্ধ ॥ ৬৫ ॥

শব্দার্থ

ভবানী-শব্দে—ভবানী-শব্দনা, কহে—হায়, খঙহল্লী, মহাদেবের—মহাদেবগী, গৃহিণী—মুপী, তার মাগী (ভবানীগী), ভর্ত্তা—মরা, কহিলে—হাযরগদি, দ্বিতীয়ভর্ত্তা—অনীশুবা মরা (হায়বনা), জানি—খঙঙী, শিবপত্নীর ভর্ত্তা—শিবগী মুপীগী মরা, ইহা—মসি, শুনিতে—নাকোঙনা তাবদা, বিরুদ্ধ—যেখাযবা (ওই), বিরুদ্ধমতিকৃৎ শব্দ—বিরুদ্ধ-মতিকৃৎ শব্দদি, শাস্ত্রে—শাস্ত্রদা, নহে—ওইদে, শুদ্ধ—অশেংবা, অচুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভবানী শব্দনা খঙহল্লিবদি মহাদেবগী গৃহিণীবুনী। অদুগুম্বী মহাক্কী মরা হাযরগদি মাগী অনীশুবা মপুরোইবা হাযনা খঙঙী (হায়বদি মহাক মুপা অনী লোনবী মুপীনী হাযবা তাবে। শিবগী মুপীগী মরা—হাযবসি নাকোঙনা তাবদা নাতৈ চাদবা ওইনা তায়। (অসিগুম্বা) বিরুদ্ধমতিকৃৎ শব্দদি শাস্ত্রনা শুদ্ধ শব্দনী হায়দে।

### মৈতৈলোল

ভবানীশব্দগী অর্থদি মহাদেবগী ( ভবগী ) মুপী হায়বনী। ভবানীগী ভর্ত্তা হায়বদি অনীশুবা ভর্ত্তা ( মপুরোইবা ) হায়না লৌবা তারে। মসি বিরুদ্ধমতিকৃৎ শব্দ কৌই।

বিরুদ্ধমতিকৃৎ শব্দ—বিরুদ্ধমতি ( অকাযবা অর্থ ) + কৃৎ ( ওইহনবা ) শব্দ হায়বনী। শব্দতু নাকোঙদা হেক চঙবদা ওইযম থোকপা ( প্রকৃত ) অর্থগী বিরুদ্ধ ( অথীঙবা, অকাযবা ) অর্থ অমা বাখন্দা পোল্লকথি, মতু বিরুদ্ধমতিকৃৎ শব্দনী, বিরুদ্ধ মত্রগা প্রতিকূল ( হায়বদি অথীঙবা ) মতিগী ( হায়বদি বুদ্ধিগী ) কৃৎ ( হায়বদি থোকহনবা ) শব্দ হায়বনী।

যেংসি—ভবানীভর্ত্তা হায়বদি শিবগী মুপী-গী মরা হায়বনী। শিবপত্নীভর্ত্তা হায়বসি নাকোঙনা হেক তাবদা কবি থল্লকপগে হায়বব্-- শিবপত্নীগী মপুবোইবা শিব-নত্তবা অতোপ্পা অমা লৈ—হায়বসিনী। অর্থসিদি দিগ্বিজয়ীনা হায়নীঙবা অশেংবা অর্থতু ফোঙদোক্তরে। অতুনা ভবানী শব্দগা লোয়ননা ভর্ত্তা শব্দগা অন্বয় তৌরগদি বিরুদ্ধ অর্থ ওইবগী ইঙ্গিত অমা তাবি, মরমতুনা অন্বয় মতাসিনা বিরুদ্ধমতিকৃৎ-দোষ ওইহল্লে।

অসিগুম্বা দোষসি অলঙ্কার শাস্ত্রনা মহাদোষ অমনী হায।

### মূল ৬৬

'ব্রাহ্মণ-পত্নীর ভর্ত্তার হস্তে দেহ দান।"
শব্দ শুনিতেই হয় দ্বিতীয়-ভর্ত্তা জ্ঞান॥ ৬৬॥

### শব্দার্থ

ব্রাহ্মণপত্নীর—ব্রাহ্মণগী মুপীগী, ভর্ত্তার—মবাগী, হস্তে মখুত্তা দেহ—পীযু, দান—দান ( পীগদবা পোৎ ), শব্দ—বাহৈ, শুনিতেই—নাকোঙনা তাবদা, হয়—ওই, দ্বিতীযভর্ত্তা—অনীশুবা মরা, জ্ঞান—খঙবা, রাখল।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণগী মতূগী মবাগী মখুত্তা দান পীযু। বাহৈশিংসি নাকোঙদা হেক চঙবদা অনীশুবা মরা লৈ হায়বা রাখল পোকয়ি।

## তৈনরোল

ব্রাহ্মণগী মতুগী হাযরগদি ব্রাহ্মণচুদগী হেন্দোকপা মবা অমস্ত লৈ হাযবা নাখল পোকহল্লী, তশেংবদি মতু নত্তে। মতৌ অতুহল্লা ভবানীভর্ত্তা হাযবগদি ভব ( হাযবদি মহাদেব ) নত্তবা অমসু ভবানীগী মপুরোইবা লৈব। ওইনা খল্লী, তৌরবীদি মতুমক্তি নত্তে।

## মূল ৬৭

'বিভবতি' ক্রিয়ায় বাক্যসাঙ্গ, পুন বিশেষণ—

'অদ্ভুতগুণা' এই পুনবাত্ত-দূষণ ॥ ৬৭ ॥

### শব্দার্থ

বিভবতি—ঙান্থোইবি , ক্রিযায—ক্রিযাদা , বাক্যসাঙ্গ—বাক্য লোযববনী , পুন—অমূক হন্না , বিশেষন—বিশেষন , অদ্ভুতগুণা—অঙকপা গুণা লৈতেংবী , এই—মসি , পুনবাত্ত-দূষণ—পুনবাত্ত বৌবা দোয-নী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'ঙান্থোইবি' হাযবা ক্রিযাসিনা বাক্য শন্নবনী। অতুবু অমূক হনা 'অঙকপা গুণ-চেনবী' হাযবা বিশেষণসিমা হাপ চল্লে। মসিদি পুনবাত্ত দোষ কৌযি।

## তৈনরোল

বিভবত্যদ্ভুতগুণা = বিভবতি + অদ্ভুতগুণা। বিভবতি ক্রিযাপদনী শ্লোক্কী মনঙদা যাংরিবা ভবানীভর্ত্তু যা শিবসি হাযবসিদা যাওবিবা যা ( মহাক ) পদগা লোয়ননা বিভবতি ক্রিযাগা অন্বয তৌগদবনী, "যা ভবানীভর্ত্তু শিরসি বিভবতি—মহাদেবগী কোক্কোন্দা মহাক ঙাল্লি।" মরমসিনা তশেংনা উবে মতুদি বিভবতি—ক্রিযাসি পল্লগনা বাক্য-সমাপ্তি ওইবে, মতুগী তুংদা অমূক অদ্ভুতগুণা হাযবা বিশেষণ পদ হাপচল্লে, মসিদি হান্না হাযথিবা "যা-ভবানীভর্ত্তু শিবসি বিভবতি" হাযবা বাক্যদা য়াওরিবা যা-পদগী বিশেষননী। বাক্য-সমাপ্তিগী মতুঙদা বিশেষণসি শীজন্নবনা পুনরাত্ত-দোষ পোক্লে।

### মূল ৬৮

তিনপাদে অনুপ্রাস দেখি অনুপম ।

একপাদে নাহি - এই দোষ ভগ্নক্রম ॥ ৬৮ ॥

### শব্দার্থ

তিনপাদে—পাদ ( খোঙ ) অহুমদা , অনুপ্রাস—অনুপ্রাস অলঙ্কার , দেখি—উই , অনুপম চাংদমন্নাই-লৈতবা , একপাদে—পাদ অমদদি নাহি- য়াওদ্রে , এই দোষ—দোষ অসি , ভগ্নক্রম—ভগ্নক্রম ( মথং-মনাও কাযবা ) দোষনী ।

মৈশ্লোন্দা হন্দোকপা

( শোক্কী ) পাদ ( পরেং ) অহুমদা চাংদম্নাই লৈতবমখৈ ফজববা অনুপ্রাস অলঙ্কার যাংরি , পাদ অমখক্ত দি যাওদে । যাংদবসিনা ভগ্নক্রম হাযবা দোষতু ওইরে ।

### মৈনববোল

শ্লোক খুদিংদা পাদ ( পরেং ) মরি মরি যাওরি । মহত্ত্বং গঙ্গাযাঃ শ্লোকসিদা মহত্ত্বংগঙ্গাযাং দগী নিতবাং ফাংরেসি অহানবা পাদ-নী যদেষ-দগী সুভগা-ফাওবা অনীশুবা পাদ-নী দ্বিতীয়-দগী চরণা-ফাংবা অহুমশুবা পাদনী, অদুগা ভবানীভর্তু-দগী অদ্ভুতগুণা-ফাংবা মরিশুবা পাদনী । শ্লোকসিদা অহানবা পাদদা ত-গী অনুপ্রাস, অহুমশুবা পাদদা ব গী অনুপ্রাস অমসুং মরিশুবা পাদদা ভ-গী অনুপ্রাস যাংরি । অদুগা অনীশুবা পাদদদি অনুপ্রাস যাওদে । পাদ অহুমদা অনুপ্রাস যাওবগা পাদ অমখক্তা যাংদবসিনা শোকী উপক্রম-উপস হাব—আহৌবা-অরোযবা মশক অমতগী ওইবা হাযবদু ওইদ্রে । তৌশগা লোযবগা মতং অমগী নত্রবনিনা ভগ্নক্রম-দোষ ওইরে । অনীশুবা পাদদসু অনুপ্রাস লৈবম্লবোইদি, নত্রগা পাদ অমতদসু অনুপ্রাস যাওবমদ্রবোইদি অনুপ্রাসগী দোষ ওইবম্লোইদোবনী ।

### মূল ৬৯

যদ্যপি এই শ্লোকে আছে পঞ্চ অলঙ্কার ।

এই পঞ্চ দোষে শ্লোকে কৈল ছারখার ॥ ৬৯ ॥

## শব্দার্থ

যদ্যপি—বস্ম , এইশ্লোকে—শ্লোক অসিদা , আছে - লৈ , পঞ্চ—মঙা , অলঙ্কাব—অলঙ্কার , এই পঞ্চদোষে—দোষ মঙাসিনা , শ্লোকে—শ্লোক-তা , কৈল ছারখার—মাঙহল্লে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোকসিদা অলঙ্কাব মঙা য়াংবেবস্ম শ্লোক-তা য়াংহরিবা দোষ মঙাসিনা পুম্নাঙ মাঙহল্লে।

## মূল ৭০-৭১

দশ অলঙ্কাব যদি এক শ্লোক হয়।
এক দোষে সব অলঙ্কাব হয় ক্ষয় ॥ ৭০ ॥
সুন্দব শরীব যেছে ভূষিত।
এক শ্বেত কুষ্ঠে যৈছে করয়ে বিগীত ॥ ৭১

## শব্দার্থ

দশ অলঙ্কাব—অলঙ্কাব তরানা , যদি—বদি , একশ্লোক—শ্লোক অমা , হয—ওই , এক দোষ—দোষ অমনা , সব অলঙ্কাব—অলঙ্কার পুম্বা , হয—ওই , ক্ষয—মাঙবা , সুন্দর—ফজবা , শবীব—হকচাঙ , যৈছে—গুম্না ; ভূষনে—লৈতেংনা, লীক কোম্না , ভূষিত—লৈতেংলবা , এক—অমা , শ্বেতকুষ্ঠে—কুষ্ঠ অঙোবনা , যৈছে—গুম্না , করযে—ওইহল্লী , বিগীত—থীনা ভাঙনডাই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লীক-কোম্না লৈতেংহুনা ফজরবা হকচাঙদো অঙোবা মচেং অমা পঙ্কপদা মাঙবগুম্না শ্লোক অমদা অলঙ্কার তরা য়াওরবস্ম দোষ অমখক্তং য়াওহন্নবদি অলঙ্কার পুম্নমক মাঙঙী।

## মূল ৭২

বসালঙ্কাববৎ কাব্যং দোষযুক চেদ বিভূষিতম্।
স্যাদবপুঃ সুন্দবমপি শ্বিত্রেণৈকেন দুর্ভগম্ ॥ ৭২ ॥

### শব্দার্থ

রস অলঙ্কারবৎ—রসগা অলঙ্কারগনা তিল্লগা , কাব্যম—কাব্য , দোষযুক্—দোষ চেনবা , চেদ—বদি , বিভূষিতম- লৈতেংলবা , স্যাৎ—বপু - হকচাঙ , সুন্দরম অপি—ফজরবস্থ , শ্বিত্রেণ—অঙৌবা কুষ্ঠনা , একেন—অমনা ( খজিক্তনা ) , দুর্ভগম্—থীনা ঙাঙবীবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লীক-কোন্না লৈতেংলবা ফজরবা হকচাঙবু অঙৌবা কুষ্ঠ মচেৎ অমা পকপদগী নিন্দা তৌনবস্থম বসালঙ্কার-না তিল্লবা কাব্যস্থ দোষ চেল্লবদি নিন্দা তৌনৈ ।

### নৈনরোল

শ্লোক অসি ভবতমুনিগী বাক্যনী । পযাব ৭০ ৭১-দা হাযবিবা বাগী প্রমাণ এইনা পল্লিবনী ।

## মুল ৭৩

পঞ্চ অলঙ্কাবেব এবে শুনহ বিচার ।

দুই শব্দালঙ্কার, তিন অর্থ-অলঙ্কাব ।। ৭৩ ।।

### শব্দার্থ

পঞ্চ অলঙ্কারের—অলঙ্কার মঙাগী , এবে—হৌজিক , শুনহ—নাকোঙনা তাবিয় বিচার—বিচাব (নৈনবা) , দুই—অনী , শব্দ-অলঙ্কার—শব্দগী অলঙ্কাব , তিন—অহুম , অর্থ অলঙ্কাব—অর্থগী অলঙ্কাব ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌজিক অলঙ্কাব মঙাগী বিচাব নাকোঙনা তাবিযু । শব্দগী অলঙ্কার অনীনী, অদুগা অর্থগী অলঙ্কাব অহুমনী ।

## মুল ৭৪

শব্দালঙ্কাব—তিন পাদে আছে অনুপ্রাস ।

শ্রীলক্ষ্মী-শব্দে—'পুনরুক্তবদভাস' ।। ৭৪ ।।

### শব্দার্থ

শব্দ অলঙ্কাব—শব্দগী অলঙ্কার , তিন পাদে—পাদ অহুমদা,

আছে—লৈ , অনুপ্রাস—অনুপ্রাস , শ্রীলক্ষ্মী শব্দ—শ্রীলক্ষ্মী হায়বা শব্দসিদা , পুনরুক্তবদাভাস—অমূক হন্না হায়বগী ইঙ্গিত।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্লোকসিদা যাওবিবা ) শব্দালঙ্কারবদি পাদ অহুমদা অনুপ্রাস য়াও-বিবসিনী অদুগা শ্রীলক্ষ্মী শব্দদা পুনরুক্তবদাভাস লৈবে।

## মূল ৭৫-৭৬

প্রথম-চরণে পঞ্চ তকারের পাঁতি।
তৃতীয চরণে হয পঞ্চ রেফ-স্থিতি ॥ ৭৫ ॥
চতুর্থ চরণে চারি ভকার প্রকাশ।
অতএব শব্দ অলঙ্কার অনুপ্রাস । ৭৬ ॥

শব্দার্থ

প্রথম চরণে- অহানবা পাদদা , পঞ্চ তকারের—তকার মঙাগী পাঁতি—পংতি, পরে , তৃতীয চরণে- অহুমশুবা পাদদা , হয—ওই পঞ্চ-রেফ—র-কার মঙাগী , স্থিতি—লেবা , চতুর্থ চরণে মরিশুবা পাদদা , চারি ভকার—ভকার মরি , প্রকাশ ঙানবা, ফোঙবা , অত-এব মরমদুনা , শব্দ-অলঙ্কার—শব্দগী অলঙ্কারবদি , অনুপ্রাস—অনু-প্রাসনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবা পাদদা তকার মঙাগী পরে অমা লৈবে , অহুমশুবা পাদদা রেফ ( হায়বদি র-কার ) মঙামা লৈবে , মরিশুবা পাদদা ভকার মরি লৈরে , মরমদুনা শব্দ-অলঙ্কার যাংরিবসি অনুপ্রাসনী।

## মূল ৭৭-৭৮

শ্রীশাব্দ লক্ষ্মী শব্দে এক বস্তু উক্ত।
পুনরুক্তপ্রায় ভাসে, নহে পুনরুক্ত ॥ ৭৭ ॥
শ্রীযুক্তলক্ষ্মী অর্থে-অর্থের বিভেদ।
পুনরুক্তবদাভাস শব্দালঙ্কারভেদ ॥ ৭৮ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীশব্দে শ্রীশব্দগা, লক্ষ্মী শব্দে- লক্ষ্মী শব্দগা, একবস্তু—পোৎ অমতনী, উক্ত—হায়, পুনরুক্ত- অমুক হন্না হায়বা, প্রায—গুম্, ভাসে—মাল্লি, নহে নত্তে, পুনরুক্ত অমুক হন্না হাযবা, শ্রীযুক্ত—যজবা, লক্ষ্মী—লক্ষ্মী, অর্থে—অর্থদা, অর্থের—অর্থগী বিভেদ খেন্নবা (লৈ), পুনরুক্তবৎ আভাস—অমুক হন্না হাযবা মানবা শব্দ অলঙ্কার ভেদ—শব্দ-অলঙ্কার মখল অমনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপ

শ্রীহাযবা শব্দগা লক্ষ্মী কৌবা শব্দগা পোৎ অমতনী হায (হাযবদি শ্রী-গী অর্থ অমদি লক্ষ্মী হাযবনী), শ্রীলক্ষ্মী হাযনা পুল্লপ হাযবগদি অর্থ অমতগী পোৎ অমুক হনজন্না হাযবা মাল্লি, তামশংবদি হনজন্না হাযবা নত্তে। শ্রীযুক্ত (যজবা) লক্ষ্মী হাযরগদি শ্রীগা লক্ষ্মীগা অনীগী অর্থদা খেন্নবা লৈবে। অস্রুন্না হনজন্না হাযবা মানবা (পুনরুক্তবৎ + আভাস) হাযবসি শব্দালঙ্কার মখল অমনী।

## মূল ৭৯

লক্ষ্মীবিব' অর্থালঙ্কার 'উপমা' প্রকাশ।

অার অর্থালঙ্কার আছে, নাম বিরোধাভাস ॥ ৭৯ ॥

## শব্দার্থ

লক্ষ্মী ইব লক্ষ্মীগুন্না, অর্থ-অলঙ্কার—অর্থগী ওইবা অলঙ্কার, উপমা—উপমা (চাংদনবা) প্রকাশ—ফোঙবা, উৎপা আর—অতোপ্পা, অর্থালঙ্কার আছে—অর্থালঙ্কার লে, নাম—মিংদি, বিরোধাভাস—অযেৎপা মানবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'লক্ষ্মীবিব' (লগমীগুন্না) হাযবা অর্থালঙ্কার উপমা (চাংদনবা) ওইরে। অতোপ্পা অর্থালঙ্কার অমস্রু লৈবি, মমিংদি বিরোধ-আভাস (অযেৎপা মানবা) কৌযি।

## টৈনন্নোল

সমান ধর্ম্ম (মান্নবা মতৌ) লেবা মতাঙদা উপমালঙ্কার ওই।

লক্ষ্মীরিব সুবনবৈবর্চ্চ্যচবণা হায়বা বাক্যদগী থওবা ওম্মী মতুদি—মী-লাই অনীমক্কী লাংনঙাই খোঙহু মহাক্কী ওইরিবা। করনাগী মতৌঙুম্না ? লক্ষ্মীগী খোঙনা লাংনঙাই ওইবগুম্না। মরমসিনা লাংনঙাই ওইবগী মতাংদা লক্ষ্মীগা গঙ্গাগা অনীসি মান্নৈ হায়বা মান্নবা-মতৌ ( সমানধর্ম্ম ) লৈবা মরম্না লক্ষ্মীরিব হায়বা পদসি উপমালঙ্কার ওইরে।

## মূল ৮০

গঙ্গাতে কমল জন্মে—সভার সুবোধ।

কমলে গঙ্গার জন্ম—অত্যন্ত বিরোধ ॥ ৮০ ॥

## শব্দার্থ

গঙ্গাতে—গঙ্গাদা, কমল—থম্বাল, জন্মে—হৌয়ি, পোকয়ি, সভার—খ্বাই পুম্বগী, সুবোধ—ফজনা খঙনরবা বানী, কমলে—থম্বান্দা, গঙ্গার জন্ম—গঙ্গা পোকয়ি ( ঈশীংগী মশক ওইবী গঙ্গা থোবকপনী ), অত্যন্ত—য়াম্না যৌরবা, বিরোধ—অকায়বা, অযেৎপা ( অমনী )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ঈশীংগী মশক ওইবী ) গঙ্গাদা থম্বাল হৌযি হায়বসি খ্বাই পুম্বনা মুন্না খঙলবা বানী। থম্বান্দা ( ঈশীংগী মশক ওইবী ) গঙ্গা পোকয়ি হায়বসি যাম্না কায়রবা বানী ( বিরোধ অমনী )।

## টৈনরোল

অশেংবা বিরোধ মক্তি লৈতবা অদুগা যেংবদদি বিরোধ লৈবা মানবা মতাংদা বিরোধ-আভাস অলঙ্কার ওই। বিরোধ স বিরোধাভঃ। বিরোধাভঃ ইতি বস্তুতো ন বিরোধ বিরোধ ইব ভাসত ইত্যর্থঃ—অলঙ্কার কৌমুদী /৮/২৬ ॥

শ্লোক অসিদা য়াওরিবা এষা শ্রীবিষ্ণোশ্চরণকমলোৎপত্তি সুভগা—শ্রীবিষ্ণুগী খোঙ-থম্বান্দগী পোকপনা লাইবকফবী—হায়না বাক্যসিগী মনুং চল্লিবা কমলোৎপত্তি পদসিনা বিরোধাভাস অলঙ্কার ওইরে। বাক্যসিদা হায়রি—( বিষ্ণুগী খোঙগী মশক ওইবা ) থম্বান্দগী ( ঈশীংগী মশক ওইবী ) গঙ্গা পোকয়ি, অদুবু খ্বাইনা খঙনবদি গঙ্গাদা ( ঈশীংদা ) থম্বাল হৌযি,

কাদোইঁওদস্তু থম্বান্দা গঙ্গা ( ঈশীঙ ) পোক্কে হাযবসিনী। মরমতুনা থম্বান্দা গঙ্গা ( ঈশীঙ ) পোকযি হাযবগদি মী খাইনা খণ্ডনবিবা সত্যগা যেংনবা ( বিবোধ ) ওইনা উবে। অতুবু তশেংবদি বিবোধ কল্পিমতা লৈতে, মবমদি চুম্নগী থম্বান্দা চুম্নগী ঈশীঙ পোকপা যাওক্রবস্তু ঈশ্বরগী অচিন্ত্য-শক্তিগী মযাইনা শ্রীবিষ্ণুগী খোঙগী মশক ওইবা থম্বান্দা ঈশীঙগী অধিষ্ঠাত্রী-দেবী ( ঈবৈমা ) গঙ্গা পোকপদি ওইখোক্কনি, মরমতুনা শ্লোক-তা যাওবীবা বাক্যদা খাইনা খণ্ডনবিবা সত্যগা বিরোধ লৈরে হাযবা মাল্লবস্তু তশেংবদি বিরোধ অদুতা ওইদে, মরমসিনা মতাঙসিদা বিরোধাভাস অলঙ্কার ওইরিবনী।

## মূল ৮১-৮২

ইহাঁ বিষ্ণুপাদপদ্মে গঙ্গার উৎপত্তি।
বিবোধালঙ্কাব ইহা মহা চমৎকৃতি ॥ ৮১ ॥
ঈশ্বর—অচিন্ত্যশক্ত্যে গঙ্গাব প্রকাশ।
ইহাতে বিবোধ নাহি বিরোধ আভাস ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

ইহাঁ—অসিদা, (বাক্যসিদা), বিষ্ণুপাদপদ্মে—বিষ্ণুগী খোঙগী মশক ওইবা থম্বান্দা, গঙ্গার—ঈশীঙগী, উৎপত্তি পোকপা, বিবোধালঙ্কার—বিবোধ-মানবা অলঙ্কাব, ইহা—মসি, মহাচমৎকৃতি অচৌবা অঙকপনী, ঈশ্বর-অচিন্ত্যশক্ত্যে- ঈশ্বরগী অচিন্ত্য ( মী ওইবগী বুদ্ধিনা লাম্ব-ফংদ্রবা ) শক্তিনা গঙ্গার প্রকাশ—গঙ্গানা থোবকপা, ইহাতে মসিদা বিরোধ নাহি—য়েৎনঙাই লৈতে, বিরোধ-আভাস বিবোধগী মমি তাবজনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্লোক বাক্য ) অসিদা শ্রীবিষ্ণুগী খোঙগী মশক ওইবা থম্বান্দা গঙ্গা ( ঈশীঙ ) পোকখি হায়বি। মসি বিবোধধদাভাস অলঙ্কাবনী, অঙকপা ফজবা অমনী। ঈশ্বরগী অচিন্ত্যশক্তিগী মযাইনা গঙ্গা পোকপনী, মসিদা বিরোধ লৈতে, বিরোধাভাস হায়বা অলঙ্কার য়াওরে।

মূল ৮৩

অম্বুজমম্বুনি জাতং ক্বচিদপি ন জাতমম্বুজাদম্বু।

মুরভিদি তদ্বিপরীতং পাদাম্ভোজান্মহানদী জাতা ॥ ৮৩ ॥

শব্দার্থ

অম্বুজম—থম্বাল, অম্বুনি—ঈশীঙদা জাতম—পোকখি, ক্বচিদপি—কদাযদম্মু, ন জাতম পোক্তে, অম্বুজাৎ—থম্বান্দগী, অম্বু—ঈশীঙ, মুরভিদি—মুবারিদা (শ্রীবিষ্ণুদা), তৎ-বিপবীতম্—মহুগী ওন্নতৈনবা, পাদাম্ভোজাৎ খোঙ থম্বান্দগী, মহানদী—তুরেল-অচোবা (গঙ্গা), জাতা—পোকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশীঙদা থম্বাল হৌযি, কদৌঙৈদম্মু থম্বান্দগী ঈশীঙ পোক্তে। অদুবু মহুগী ওন্নতৈনবদি মুবাবি শ্রীবিষ্ণুগীদদি ওই, মরমদুনা (শ্রীবিষ্ণুগী) খোঙ-থম্বান্দগী মহানদী (গঙ্গা তুরেল) পোকখি।

মূল ৮৪

গঙ্গাব মহত্ত্ব সাধ্য, সাধন তাহাব।

বিষ্ণুপাদোৎপত্তি—অনুমান অলঙ্কাব ॥ ৮৪ ॥

শব্দার্থ

গঙ্গাব—গঙ্গাগী, মহত্ত্ব—মতীক মযাই সাধ্য—প্রমাণ তৌগদবা বিষযনী, সাধন—মরম (হেতু), কাবণ, তাহাব—মহুগী, বিষ্ণুপাদ-উৎপত্তি—শ্রীবিষ্ণুগী খোঙদগী পোকপা, অনুমান অলঙ্কাব—অলঙ্কাব মখল অমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গঙ্গাগী মহত্ত্ব সাধ্যনী (প্রমাণ তৌগদবা বিষয়নী), মহুগী সাধনা (খোয়রকফম মবমা) বিষ্ণুগী খোঙদগী পোকপা হায়বসিনী। (সাধ্যগা সাধনগা) অনীমক পল্লবনীনা অনুমান-অলঙ্কার হায়বছু ওইরে।

## নৈনরোল

শ্রীবিষ্ণুগী খোঙদগী পোল্লকপনী হায়বগিদমক গঙ্গাগী মহত্ত্ব ( মতীক-মযাই ) লৈবিবনী। শ্লোকসিদা গঙ্গাগী মহত্ত্বস্থ ( সাধ্যস্থ ) পল্লে অতুগা করি মবমদগী মহত্ত্ব ওইবিবনো হায়বত্তস্থ ( সাধন স্থ ) পল্লে, মরমতুনা মতাওসিদা অনুমান অলঙ্কার হায়বতু লৈরে।

### মূল ৮৫

স্থূল এই পঞ্চ দোষ, পঞ্চ অলঙ্কাব।
সূক্ষ্ম বিচারিযে যদি - আছযে অপার ॥ ৮৫ ॥

#### শব্দার্থ

স্থূল—পৌনা চাউবাক্লা, এই— মসি, পঞ্চদোষ—দোষ মঙা, পঞ্চ অলঙ্কাব - অলঙ্কার মঙা, সূক্ষ্ম—কূপথনা, বিচাবিয়ে যদি—থিজল্লগদি, খন্থবগদি, আছযে—লৈ, অপার—মশীঙ লাকওমদবমথৈ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চাউবাক্লা যেংলগা দোষ মঙাগা অলঙ্কাব মঙাগা অসিতনী উবিবা। কূপ্না যেংশল্লগদি যাম্না চোংথোবক্কনী।

### মূল ৮৬

প্রতিভা-কবিত্ব তোমাব দেবপ্রসাদে।
অবিচাব কবিত্বে অবশ্য পড়ে দোষ-বাদে ॥ ৮৬ ॥

#### শব্দার্থ

প্রতিভা—অনৌ অনৌবা বিষযগী ল্লা পুথোল্লবা শক্তি, প্রতিভা-কবিত্ব—প্রতিভা লৈবদগী থোবকপা কবিত্বনী, তোমাব—নহাক্কী, দেব-প্রসাদ—লাইনা চানবিবনা, অবিচার—খন্থবা লৈতনা লেংবা, কবিত্বে—কবিতাদদি, অবশ্য—শোয়দনমক, পড়ে—যাওগনী, দোষ-বাদে—দোষগী মশক ওইবা বাদ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইগী কৃপাদগী প্রতিভা লৈহনা নহাক্কা কবিতা রচনা তৌবিবনী।

অতুবু করিমতা খন্থদবমখৈ অপন্বা লৈতনা কবিতা লেংলবদি দোষ অমা-অনীদি য়াওক্তম থোকয়ি।

## মূল ৮৭

বিচারি কবিত্ব কৈলে হয় সুনির্ম্মল।

সালঙ্কার হৈলে অর্থ করে ঝলমল ।। ৮৭ ।।

### শব্দার্থ

বিচার—খন্থ খন্থনা, কবিত্ব কৈলে—কবিতা লেংলগদি, হয—এই, সুনির্ম্মল—দোষ-চেন্দবা, সালঙ্কার—অলঙ্কাব যাওবা, হৈলে—ওইরগদি অর্থ করে— অর্থতুবু ওইহল্লী, ঝলমল— জংত্রিক-লংবা হায়বদি তক তকরে অতুগা ফজবসু ফজরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিচাব তৌনা তৌনা কবিতা লেংলবদি কবিতাদু দোষ-চেন্দবা ওই। অতুগী মথক্তা অলঙ্কারগা হাপ্লবদি অর্থদু তর, তর, ফজবগা লোয়ননা চোংথোরকয়ি।

## মূল ৮৮

শুনিঞা প্রভুর ব্যাখ্যা দিগ্বিজয়ী বিস্মিত।

মুখে না নিঃসরে বাক্য, প্রতিভা স্তম্ভিত ।। ৮৮ ।।

### শব্দার্থ

শুনিঞা—নাকোঙনা তাদুনা, প্রভুর ব্যাখ্যা—মহাপ্রভুগী ব্যাখ্যা, দিগ্বিজয়ী— দিগ্বিজয়ী পণ্ডিত বিস্মিত—ঙক্লম্মী, মুখে—মচীন্দা, না নি-সরে—থোক্লমদ্রে, বাক্য রা ঙাঙবা, প্রতিভা— অনৌবা পুথোকপ্পা শক্তি, স্তম্ভিত—উখোঙওম চপ্লেপ্লম্লে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ব্যাখ্যা তারদা দিগ্বিজয়ীদু পুঙওক ঙক্লম্মী। রা ঙাঙলমদরে মাঙ্গী প্রতিভাদু উখোঙওম্না চপ্লেপখ্রে।

মূল ৮৯

কহিতে চাহয়ে কিছু, না আইসে উত্তর ।
তবে মনে বিচারয়ে হইয়া ফাঁফর ॥ ৮৯ ॥

শব্দার্থ

কহিতে—হায়বা , চাহয়ে—পাম্মী , কিছু—খিত্তং , না আইসে—লাক্তে , উত্তর—পাউখুম , তব—অতুদগী মনে—পুন্নদা , বিচারয়ে—খল্লী , হইয়া—ওইদুনা , ফাঁফর—কবি-তৌগনী-হায়বা-খঙদবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপ

কবিনো অমা খুম্নীংবনী অতুবু পাউখুম অমতা থোকখিদরে । অতুদগীদি দিগ্বিজয়ীদো তৌকম খঙদ্রদুনা মপুন্নীঙদা খল্লম্মী ।

মূল ৯০

পঢ়ুয়া বালক কৈল মোর বুদ্ধিলোপ ।
জানি সরস্বতী মোরে করিযাছেন কোপ ॥ ৯০ ॥

শব্দার্থ

পঢ়ুয়া—পড়োবান্ , বালক—নীপামচানা , কৈল—ওইহল্লে , মোর—ঐগী , বুদ্ধিলোপ—বুদ্ধি মাঙবা , জানি—খঙলে , সরস্বতী—সরস্বতীনা , মোরে—ঐব করিযাছেন—তৌরে , কোপ—শাউবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ছাত্র ওইবিবা নিপামচা অমনা ঐগী বুদ্ধি মাঙহল্লে । খঙলে সরস্বতী দেবীনা ঐবু শাউরবনী ।

মূল ৯১

যে ব্যাখ্যা করিল, সে মনুষ্যের নহে শক্তি ।
নিমাইর মুখে রহি বোলে আপনে সরস্বতী ৯১ ॥

শব্দার্থ

যে অতু , ব্যাখ্যা—ব্যাখ্যা , করিল—তৌরে , সে—মতু , মনুষ্যের—মীওইবগী , নহে—নত্তে , শক্তি ঙম্বা , নিমাইর—নিমাইগী , মুখে —

চীন্দা , ব্রহি—লৈবগা , বোলে—হায়বনী , আপনে—মছামক্কা , সরস্বতী —শ্রীসবস্বতী দেবীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তৌবিবা ব্যাখ্যাসি মীন। তৌবা ঙম্বা নত্তে। নিমাইগী মচীন্দা তোংলগা সরস্বতী মছামক্কা হায়বনী।

মূল ৯২-৯৩

এত ভাবি কহে শুন নিমাই পণ্ডিত।
তোমার ব্যাখ্যা শুনি আমি হইলাঙ বিস্মিত ॥ ৯২ ॥
অলঙ্কার নাহি পড়, নাহি শাস্ত্রাভ্যাস।
কেমনে এ সব অর্থ কবিলে প্রকাশ ॥ ৯৩ ॥

শব্দার্থ

এত- অসূক , ভাবি—খল্লগা , কহে—হায শুন—নাকোঙনা তাও , নিমাই পণ্ডিত – হে নিমাই পণ্ডিত , তোমাব ব্যাখ্যা – নঙগী ব্যাখ্যা শুনি—তাবগা , আমি—ঐহাক , হইলাঙ – ওইবে , বিস্মিত— ঙকপা , অলঙ্কার—অলঙ্কাব-শাস্ত্র , নাহি পড – তমদে , নাহি – লৈতে , শাস্ত্র-অভ্যাস—( অত্তোপ্পা ) শাস্ত্র নৈনবা , কেমনে – কবম্না , এ সব— অসি পূম্নমক , অর্থ – অর্থ, ব্যাখ্যা ( দোষ মঙা অমসুং অলঙ্কার মঙা ), কবিলে প্রকাশ – ফোঙদোকলিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুকথক খল্লুবগা দিগ্বিজযীনা হায়বকযি – নিমাই পণ্ডিত, তাও। নহাক্কী ব্যাখ্যা তাবগা ঐহাক ঙক্লে। নঙদি অলঙ্কার-শাস্ত্রসু তমদে অদুগা অতৈ শাস্ত্রসু নৈনবা নত্তে , অদুগা করম তৌনা অর্থ পূম্নমকসি পুথোরক্লিবনো ?

মূল ৯৪-৯৫

ইহা শুনি মহাপ্রভু বড় রঙ্গী।
তাঁহার হৃদয় জানি কহে করি ভঙ্গী ॥ ৯৪ ॥
শাস্ত্রের বিচার ভাল মন্দ নাহি জানি।
সরস্বতী যে বোলায়, বলি সেই বাণী ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

ইহা—মসি, শুনি—তাবগা, মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা, বড—য়াম্না, রঙ্গী—নোক্নীংলম্মী, তাঁহার—মহাক্কী (দিগ্বিজয়ীগী), হৃদয—থম্মোই, পূক্নীঙগী রা, জানি—খঙহনা, কহে—হায়, করি ভঙ্গী—তাং তৌহনা, শাস্ত্রের বিচার—শাস্ত্রগী বিচার, ভাল মন্দ—গুণ অমসুং দোষ, নাহি জানি—খঙদে, সরস্বতী—সরস্বতীনা, যে বোলায—হায়হনবহু, বলি—হায়বনী, সে বাণী—রাহু।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দিগ্বিজয়ীগী বাসি তাবগা নোকনীংলম্মী। মাগী মপূক্নীঙগী রাহু খঙলহনা মহাপ্রভুনা তাং তৌহনা হায়রম্মী - "শাস্ত্রবিচার খঙদে, দোষ অমসুং গুণগী বিচারসু খঙদে, সরস্বতীনা হায়হনবা অহুদা ঐহাক্না হায়দোকপনী।"

## মূল ৯৬

ইহা শুনি দিগ্বিজযী কহিল নিশ্চয—।

শিশুদ্বারে দেবী মোরে কৈল পরাজয ॥ ৯৬ ॥

### শব্দার্থ

ইহা—মসি, শুনি—তাবগা, দিগ্বিজযী—দিগ্বিজয়ী, কহিল নিশ্চয—অবেপ্পনী হায়না লৌরম্মী, শিশুদ্বারে—অঙাঙ থাজন্দুনা, দেবী—সরস্বতী দেবীনা, মোরে—ঐবু, কৈল পরাজয—মায়থীহনবনী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী বাসি তাবগা দিগ্বিজয়ীনা লেপ্লমক থাজরম্মী মহুদি—স্বয়ং সরস্বতীমক্না অঙাঙ সি থাজন্দুনা ঐবু মায়থীবা পীরনী।

## মূল ৯৭

আজি তাঁরে নিবেদিব করি জপধ্যান।

শিশুদ্বারে কৈল মোর এত অপমান ॥ ৯৭ ॥

### শব্দার্থ

আজি—ঙসি, তাঁরে—মঙোন্দা (সরস্বতীদা), নিবেদিব—হঙৎকনী; করি—তৌহনা, জপধ্যান—মন্ত্র পোম্না অমসুং ধ্যান, শিশুদ্বারে

—অশুদ্ধ থাজন্দুনা , কৈল—তৌরে , মোরে—ঐবু , এত—অমূক , অপমান—ইকাযবা পীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওসিদি জপ অমসুং ধ্যান তৌদুনা সরস্বতীদা "অশুদ্ধ থাজন্দুনা ঐবু অমূক ইকায়বা নংহল্লে' হায়না হঙ্গৎকনী।

মূল ৯৮

বস্তুতঃ সরস্বতী অশুদ্ধ শ্লোক করাইল।

বিচারসময়ে তাঁর বুদ্ধি আচ্ছাদিল ॥ ৯৮ ॥

শব্দার্থ

বস্তুত—তশেংবমক সরস্বতী—সরস্বতীনা , অশুদ্ধ—অরাণবা , শ্লোক করাইল—শ্লোক লেংহনবনী , বিচার-সময়ে—( শ্লোক ) নৈনবা মতমদা , তাঁর—মহাক্কী ( দিগ্বিজয়ীগী ), বুদ্ধি—বুদ্ধিবু , আচ্ছাদিল—কুপশনবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অশেংবমক্তি সরস্বতীনা দিগ্বিজয়ীবু অরানবা শ্লোক লেংহনবনী অদুগা বিচারগী মতমদসু মহাক্কী বুদ্ধি ফকুচল্‌হনবনী।

নৈনরোল

ভগবানগী চরণ-খাদা মছাবু মপূডফানা কৎপা তাররদি নাপল চঙবা যাদে। দিগ্বিজয়ী পণ্ডিত অদু মায়কৈ পুম্নমক্কী পণ্ডিতশিংবু জয় তৌদুনা নাপলক রক্লবনী, মাক্কী নাপল মাঙহন্দুনা ভগবানগী চরণ-খাদা চঙবগী মতীক চাবা অমা ওইহল্লগে হায়রগীদমক সরস্বতী দেবীনা তশেংনমক অরাণবা শ্লোক শেমহনবনী অদুগা বিচারগী মতমদা মাগী বুদ্ধিসু থোকহন্দবনী।

মূল ৯৯

তবে শিষ্যগণ সব হাসিতে লাগিল।

তা-সভা নিষেধি প্রভু কবিরে কহিল ॥ ৯৯ ॥

শব্দার্থ

তবে—অদুদগী , শিষ্যগণ—মহাপ্রভুগী শিষ্যশিং , সব—পুম্নমক ,

হাসিতে লাগিল—নোকপা হৌথি, তা-সভা—মখোয় পুম্নমক্, নিষেধি—খাম্লগা, প্রভু—মহাপ্রভুনা, কহিবে—দিগ্বিজয়ীদা, কহিল—হায়রম্মী।

[illegible]

অতুদগী (দিগ্বিজয়ীগী মায়থীবতু উবদা) প্রভুগী শিষ্য পুম্নমক্না নোকপা হৌথি। প্রভুনা অখোয়বু খল্লগা কবিদা ("দিগ্বিজয়ীদা") হায়খি।

সূত্র ১০০—১০৫

তুমি বড় পণ্ডিত মহাকবি শিরোমণি।
যার মুখে বাহিরায় ঐছে কাব্যবাণী ॥ ১০০ ॥
তোমার কবিত্ব যৈছে গঙ্গাজলধার।
তোমার সম কবি কোথা নাহি দেখি আর ॥ ১০১ ॥
ভবভূতি জয়দেব আর কালিদাস।
তা-সভার কবিত্বে আছে দোষের প্রকাশ ॥ ১০২ ॥
দোষ-গুণ-বিচার এই 'অল্প' করি মানি।
কবিত্বকরণে শক্তি—তাহা যে বাখানি ॥ ১০৩ ॥
শৈশব-চাঞ্চল্য কিছু না লবে আমার।
শিষ্যের সমান মুঞি না হই তোমার ॥ ১০৪ ॥
আজি বাসা যাহ, কালি মিলিব আবার।
শুনিব তোমার মুখে শাস্ত্রের বিচার ॥ ১০৫ ॥

শব্দার্থ

তুমি—নহাক, বড়—অচৌবা, পণ্ডিত—পণ্ডিত, মহাকবি—অচৌবা কবি, শিরোমণি—কোক্কী মণি, যার—মহাক্কী, মুখে—চীন্দা, বাহিরায়—থোকখি, ঐছে—অসুম্বা, কাব্যবাণী—শৈরেংগী ৱাহৈ, তোমার কবিত্ব—নহাক্কী শ্লোকশিংদি, যৈছে—গুম্না, গঙ্গাজলধার—গঙ্গাগী ঈচেল্লী, তোমা সম—নহাক্কা মান্নবা, কবি—কবি, কোথা—কদায়দসু, নাহি দেখি—উদে, আর—অতোপ্পা; ভবভূতি, জয়দেব, আর কালিদাস—ভবভূতি, জয়দেব অমসুং কালিদাস; তা-সভার—মখোয়

পুন্নমক্কী, কবিত্বে কবিত্বদা, আছে—য়াওরি, দোষের প্রকাশ—দোষগী শকউৎ, দোষগুণ বিচাব—দোষগুণগী বিচাবদি, এই অল্প—কবিস্ন্ ল্লৈতবা পোৎনী, কবি—হায়না, মানি—লৌয়ি, কবিত্ব-কবণে শক্তি—কবিতা লেংবা ঙম্বদো, তাহা যে বাখানি—অত্নুনী থাগৎলিবদি, শৈশব—অঙাঙ ওইবগী হৌনবা; চাঞ্চল্য—তযাং তায়াংবা মতৌ, কিছু না লবে—খিত্তফাওবা য়াবৌবিগনু, আমার—ঐগী, শিষ্যের সমান—শিষ্যগা মান্নবা, মুঞি ঐ, না হই—ওইদে, তোমাব নঙগী, আজি ঙসি, বাসা যুম, যাহ হনবিবো, কালি হয়েং, মিলিব—উন্নসি, আবাব অমূক, শুনিব তাগনী, তোমার মুখে নঙগী চীন্দা, শাস্ত্রের বিচার শাস্ত্রগী য়া নৈনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হায়বকয়ি—মহাক্তি পণ্ডিত অচৌবনী, মহাকবিলক্কী কোক্তোন-মণি-নী। অত্নুনা নহাক্কী চীন্দগী অত্নুগুম্বা শৈবেংগী বাহৈ থোক্লি-বনী। নঙগী শৈবেংদি গঙ্গাগী লাইজনা চেনবগুম্বনী, নহাক্কী মান্নবা কবিদি কদাযদস্ম উখিদ্রি। ভবভূতি, জয়দেব অমস্তুং কালিদাস-নচিংবা মখোয পুন্নমক্কী শৈবেংদা দোষ যাওবা উই। দোষ-গুণ বিচাব অবায়বা য়ানী, মীনা থাগৎনখিবদি শৈরেং লেংবগী শক্তিত্থবুনি। ঐনা অঙাঙ নীনা অঙাঙগী হৌনশা তযাং-তশোক্ট উৎপদ্দি থোইনা য়াবৌবিগনু, ঐদি নঙগী শিষ্যগা মান্নবা অমা ফাওবা নত্তবনী। ঙসিদি শঙ্গাইদা হনবিবো, হযেং অমূক উন্নসি। অত্নুগা নঙগী চীন্দা শাস্ত্রগী বিচাব অমূক তাজগে।

মূল ১০৬-১০৭

এই মতে নিজঘরে গেলা দুইজন।
কবি রাত্রে কৈল সরস্বতী আরাধন ॥ ১০৬ ॥
সরস্বতী স্বপ্নে তারে উপদেশ কৈল।
সাক্ষাৎ ঈশ্বর করি প্রভুরে জানিল ॥ ১০৭ ॥

শব্দার্থ

এই মতে—মতৌ অসুমনা, নিজ ঘরে—মশা মশাগী য়ুমদা, গেলা—চংলে; দুইজন—মখোয়নীদো, কবি—দিগ্বিজয়ী কবি, রাত্রে—অহিংদা;

কৈল—তৌবম্মী, সরস্বতী আরাধন—সরস্বতীবু খুরুম্বা, সরস্বতী—সরস্বতীনা, স্বপ্নে—মঙদা, তাবে—মঙোন্দা, উপদেশ—পাউতাক, কৈল—পীবম্মী, সাক্ষাৎ ঈশ্বর—চংচংবা ভগবান্, কহি—হায়না, প্রভু—মহাপ্রভুবু, জানিল—খঙখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মখোয অনৌমক মাগী মাগী মুমদা হন্নখি। অহিংদা দিগ্বিজয়ী কবিনা সরস্বতীবু খুরুমজখি। মমঙদা সরস্বতীনা পাউতাক পীবিখি, অতুদগী কবিনা মহাপ্রভুবু সাক্ষাৎ চংচংবা ঈশ্বরনি হায়বহু খঙজখি।

মূল ১০৮

প্রাতে আসি প্রভুপদে লইল শরণ।

প্রভু কৃপা কৈল, তাঁর খণ্ডিল বন্ধন ॥ ১০৮ ॥

শব্দার্থ

প্রাতে—নোংঙানবগা, আসি—লাকুনা, প্রভুপদে—প্রভুগী খুযাদা, লইল—লৌখি, শরণ—চঙজবা, প্রভু—মহাপ্রভুনা, কৃপা কৈল—কৃপা তৌখি, তাঁর—মহাক্কী, দিগ্বিজয়ীগী, খণ্ডিল—কক্খি, বন্ধন—মায়া-লাং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুংগী নোংঙাল্লকপদা কবিনা লাক্লগা প্রভুগী খুযাখাদা চংজখি। প্রভুনা থৌজানবিখি, মহাক্কী সংসার-লাং অহু তংখি।

মূল ১০৯

ভাগ্যবন্ত দিগ্বিজয়ী সফল-জীবন।

বিদ্যাবলে পাইল মহাপ্রভুর চরণ ॥ ১০৯ ॥

শব্দার্থ

ভাগ্যবন্ত—লাইবকফবা, দিগ্বিজয়ী—দিগ্বিজয়ী ব্রাহ্মণ, সফল-জীবন—পুন্সী-মহৈ-যানবা (ওইখি), বিদ্যাবলে—বিদ্যাগী মতেঙনা, পাইল—ফংখি, মহাপ্রভুর চরণ—মহাপ্রভুগী চরণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দিগ্বিজয়ী ব্রাহ্মণ লাইবুকফবনী অদুগা পুন্সীমহৈ য়ানবা হায়রদুনু ওইরে। বিদ্যাগী মতেংনা শ্রীমন মহাপ্রভুগী চবণ ফংজখি।

মূল ১১০

এই সব লীলা বর্ণিয়াছেন বৃন্দাবন দাস।

যে কিছু বিশেষ ইহাঁ করিল প্রকাশ ॥ ১১০ ॥

শব্দার্থ

এই সব লীলা- লীলা পুম্বসি, বর্ণিয়াছেন—লীবিবয়ে, বৃন্দাবন দাস—শ্রীল বৃন্দাবন দাসনা, যে কিছু বিশেষ—থোইদোকপা মতেক অমতং, ইহাঁ—মফমসিদা, করিল প্রকাশ—ঐনা উৎচবদনী।

তৈনবোল

থোইদোকপা মতেক অমতং শ্রীল কৃষ্ণদাস কবিরাজনা উৎপনী হায়বগী মরমদি অসিনী, অদুদি—দিগ্বিজয়ীগী গঙ্গাস্তোত্রদগী করম্না লৌখৎলগা প্রভুনা মদুগী দোষ গুণ বিচার তৌরবগে অদুগা শিচাবদু করম্না তৌবখগে হায়বদু বৃন্দাবনদাস-ঠাকুরনা বর্ণন তৌবমদে; মদু কবিরাজ গোস্বামীনা বর্ণন তৌবখী।

মূল ১১১

চৈতন্যগোসাঞির লীলা অমৃতের ধার।

সর্বেন্দ্রিয়তৃপ্ত হয় শ্রবণে যাহার ॥ ১১১ ॥

শব্দার্থ

চৈতন্যগোসাঞির—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী, লীলা—লীলা, থোদো, অমৃতের—অমৃতগী, ধার—ইচেল, সর্বেন্দ্রিয়—ইন্দ্রি (জ্ঞানগী অমসুং কর্ম্মগী ইন্দ্রি) পুম্নমক, তৃপ্ত হয়—পেল্লী, শ্রবণে—মাকোল্লা তাবদা, যাহার—মদুগী, লীলাগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী লীলাদি অমৃতগী ইচেল্লী। মদু নাকোল্লা তাবদা জ্ঞানগী (পোংশক্ক বরনবা) অমত্তগা কর্ম্মগী (থবক তৌনবগী) ইন্দ্রি পম্মক পেল্লিবনী।

## সূত্র ১১২

শ্রীরূপরঘুনাথ পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ১১২ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীরূপরঘুনাথপদে —শ্রীরূপগোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামী অনীগী খুযাদা, যার—মহাক্কী, আশ—আশা, চৈতন্যচরিতামৃত—চৈতন্য-চরিতামৃত, কহে—লীজৈ, হৈজৈ কৃষ্ণদাস— শ্রীকৃষ্ণদাস গোস্বামীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ গোস্বামীগা শ্রীরঘুনাথ গোস্বামীগা অনীগী খুযাবু খংবগে হায়না আশা তৌজরিবা শ্রীকৃষ্ণদাস গোস্বামীনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত হৈজৈ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদি খণ্ডে কৈশোর-লীলাসূত্রবর্ণনং নাম ষোড়শপরিচ্ছেদ।



# আদিলীলা

## তরাতরেৎশুবা পরিচ্ছেদ

### মূল ১

বন্দে স্বৈরাদ্ভুতেহং তং চৈতন্যং যৎপ্রসাদতঃ।
যবনাঃ সুমনায়ন্তে কৃষ্ণনামপ্রজল্পকাঃ ॥ ১ ॥

**শব্দার্থ**

বন্দে—এরনা খুরুমজে, স্বৈর—নীঙতম্বা, অদ্ভুত—অঙকপা মীনা ঙমদবা, ঈহ—তৌবিবা, তম—মহাকপু, চৈতন্যম—শ্রীচৈতন্যবু, যৎপ্রসাদতঃ—মহাক্কী চানবিবদগী, যবনাঃ—যবনশিংনা, সুমনায়ন্তে—চিত্তশেংবনী হায়না শীঙথানখিবা ওইখি, কৃষ্ণনামপ্রজল্পকা—কৃষ্ণনাম-শোনবা (ওইখি)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী চানবিবদগী যবনশিংসু কৃষ্ণনাম শান-শোন্দুনা চিত্তশেংবা ওইখিবা, অতুঙঙম্বা মনীঙতম্বা অমদি অঙকপা থৌদৌন। মাগী ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেববু এরনা খুরুমজবি।

## মৈনরোল

স্বৈরাদ্ভুতেহং—স্বৈরা (নীঙখাতম্বা), অমসুং অদ্ভুতা (ঙৱাঙাই ওইবা) ঈহা (হোৎনবা, থবক) মহাক্কী ওইবা, মসী চৈতন্যগী বিশেষণনী। শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি নীঙখাতম্বনী—মহাক্কী অনীঙবা মতু ইনবনী, অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা তৌহনবা নত্তে, মহাক্কী লীলাদি মীরয়ৈনগী নত্তে—মীবয়ৈনসীদা কনাগুম্বা মী অমত্তনা মহাক্কুম্না থবক তৌবা ঙমদে। কাজিবু-দমন (লাকথুবা) তৌবা লীলানচিংবদা মহাক্কী খ্বাযগা মান্নদবা নাওংসী কোঙ দোকখি, কাজিগী মমঙদা নৃসিংহদেবনা মথবাক শেগাযবা, যাহৌরবা মতুংদগী শেগাযবগী খুদম লৈবা, কীর্তন-থুগাইবা কাজি-মন্নাইগী মথাদা উল্কা-তারা অহুগা মথোযগী মকোয়-মবাং চাক্থেকপা, যবনগী মচীন্দা হরিনাম থোকহনবা অসিনচিংবসী প্রভুগী মনীঙতম্বা অমসুং অঙকপা,

মীবম্লেনগী নত্তবা থোঁদোঙাক্লী। **যবনাঃ**—ম্লেচ্ছশিং। ম্লেচ্ছশিংদি সাধাব। ওইনা ভাগবতধর্ম্মবু যেংগীবনী, মখোযদি কীর্ত্তন মনাকোঙনা তাবা ঙমদবনী, পুঙ থুগাযত্নুনা নামকীর্ত্তন তৌবগাবু থিংলম্মী। অত্নবু শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপানা মখোযস্থু **কৃষ্ণনামপ্রজল্পকাঃ**—কৃষ্ণনাম শোনখি। মখোযগী মন অত্নু যাম্না মোৎলম্মী, মবমত্নুনা মখোয়না মীগী কীর্ত্তন তৌবদা যৈখায-থিঙ্গাযবস্বনী, অত্নবু মহাপ্রভুনা কৃপা তৌবদগী কৃষ্ণনাম কীর্ত্তন তৌবগী ফল ওইনা মখোয **সুমনাযন্তে**—সুমনা—পুকচেল-শেংবা ওইখি, ভক্তলক্লা চনখি।

## মূল ২

জয জয শ্রীচৈতন্য জয নিত্যানন্দ।
জযাদ্বৈতচন্দ্র জয গৌবভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

### শব্দার্থ

জয জয শ্রীচৈতন্য শ্রীচৈতন্যনা জয ওইবি, জয নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা জয ওইবি, জয অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রনা জয ওইবি, জয গৌবভক্তবৃন্দ—শ্রীগৌবচন্দ্রগী ভক্তশিংনা জয ওইবি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দাকপা

শ্রীচৈতন্য প্রভুগী জয, শ্রীনিত্যানন্দগী জয, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রগী জয, গৌরভক্তগী জয। নত্রগা শ্রীচৈতন্যবু শ্রীনিত্যানন্দবু, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু অমস্থুং শ্রীগৌবভক্ত পুম্নবু খুকমজবি।

## মূল ৩

কৈশোবলীলাব সূত্র করিল গণন।
যৌবন লীলাব সূত্র কবি অনুক্রম ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

কৈশোবলীলাব—প্রভুনা কিশোর ওইরিঙৈগী মতমদা তৌখিবা লীলাগী, সূত্র—সূত্র (লংলা লংজীন্), কবিল গণন—মপীও থীজথ্রে, যৌবন লীলার—মথোক কারকপা মতমদা শান্নখিবা লীলাগী, সূত্র—সূত্র, করি—তৌবগে, অনুক্রম—হৌবা, আরম্ভ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা কৈশোরগী মতাংদা শান্নখিবা লীলাগী সূত্র মশীং থীজগে। (হৌজিক) যৌবন-লীলাগী সূত্র হৌজবগে।

## মূল ৪

বিদ্যাসৌন্দর্য্যসদ্বেশ-সম্ভোগনৃত্যকীর্ত্তনৈঃ ।
প্রেমনামপ্রদানৈশ্চ গৌরো দিব্যতি যৌবনে ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

বিদ্যা-বিদ্যা সৌন্দর্য্য ফজবা, সৎ-বেশ -ফজবা বেশ সম্ভোগ —বিষয চাবা, নৃত্য-জগোই, কীর্ত্তনৈঃ—নাম শোন্দুনা, প্রেম-নাম-প্রদানৈ—কৃষ্ণপ্রেম, কৃষ্ণনাম পীদুনা, গৌর—শ্রীমন গৌরহরিনা, দিব্যতি—শান্নে, যৌবনে-মথোক-কাবা মতাংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিদ্যা, সৌন্দর্য্য, ফজবা বেশনচিংবা বিষয-ভোগ, জগোই, কীর্ত্তন, প্রেম নাম পীদুনা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা যৌবনগী মতাংদা শান্নখি।

## মূল ৫

যৌবনপ্রবেশে অঙ্গে অঙ্গ বিভূষণ।
দিব্যবস্ত্র দিব্য-বেশ মাল্য চন্দন ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

যৌবন প্রবেশে যৌবন চঙলবদা অঙ্গে-হকচাঙনা অঙ্গ বিভূষণ —অঙ্গনা লৈতেংনী (হায়বদি প্রভুগী হকচাঙ-কায়াংশিংদু কযামুক ফজবগে হায়বরু মাগী অঙ্গনা, অঙ্গগী লৈতেং ওইরে), দিব্যবস্ত্র য়াম্না ফজবা ফিজোল, দিব্যবেশ—পুন্নী-হুনগাই ফিজেৎ-লাকশেৎ, মাল্য-চন্দন—লৈপরেং অমস্তুং চন্দন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যৌবন চঙলবদা প্রভুগী কীভম কয়ামুক ফজরম্বগে হায়বরু মাগী অঙ্গ মছামক্না অঙ্গগী লৈতেং ওইনা থোকখি। য়াম্না ফজরবা ফিজোল্লী, অদুগী মথক্তা পুন্নীগা হুনগাই ওইবা ফি-মথোল্লী, অদুগা মালা অমস্তুং চন্দন থোল্লম্মী।

## মূল ৬

বিদ্যৌদ্ধত্যে কাহাকেও না করে গণন।
সকল পণ্ডিত জিনি করে অধ্যাপন ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

বিদ্যা-ঔদ্ধত্যে—বিদ্যা লৈবগী মথোই ক'না, কাহাকে—কনাবস্থ, না করে—তৌদে, গণন—শীঙথাবা, সকল পণ্ডিত—পণ্ডিত পুম্নমক, জিনি—জয় তৌদুনা, করে—তৌই, অধ্যাপন—লাইরীক তম্বীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিদ্যা লৈবগী মথোই-কাখিবনা প্রভুনা কনামতা শী থাবমদে। পণ্ডিত পুম্নমক্পু মাযথীবা পীবগা ওন্না ওইদুনা লাইরীক তম্বিবম্মী।

### নৈনরোল

বিদ্যাগী নাপন মীংইবনা কযামুক উদ্ধত ( লমকেৎ লমহাইবা, মথোইকাবা ) ওইবগে হাযবদু মযাম্না খঙজহৌশন্নু হাযবদু তাকপীগে হাযবগীদমক প্রভুনা মথোই কাবম্মী। প্রভুনা শাস্ত্র ব্যাখ্যা তৌদুনা পাডোবানশিংদা কযা যজনা তাকপীবম্বগে হাযবদু প্রভুগুম্না কনাহম্বা ওন্না অতৈমনা তাকপীবা ঙম্মদে। অদুনদী সকল পণ্ডিত জিনি হাযকবগী মরমনি।

## মূল ৭

বায়ুব্যাধি ছলে হৈল প্রেম পরকাশ।
ভক্তগণ লৈঞা কৈল বিবিধ বিলাস ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

বায়ুব্যাধি—মুংলীং তেকখদবগী ওইবা বোগ, বায়ুব্যাধি-ছলে—বায়ুব্যাধি লৈরে হাযজনদুনা, হৈল—ওইখি, প্রেম-পরকাশ—কৃষ্ণ প্রেম লৈববগী মপান্থোংদা উৎপা থুদম, ভক্তগণ—ভক্তশিংগা, লৈঞা—লোয়নননা, কৈল তৌখি, বিবিধ—মখল মখাগী, বিলাস—শান্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বায়ুরোগ লৌব হাযজনদুনা কৃষ্ণপ্রেম শোক্পগী মপান্থোংগী মওং ( বিকার ) উথখি। ভক্তশিংগা লোয়ননা লীলা মখল মাখল শান্নখি।

## নৈনরোল

ভক্তগী চিত্তদা কৃষ্ণপ্রেম পোক্লকপদা মীনা কবি হায়নী হায়বা খন্দ। প্রেমমতুনা লাকপা মতমদা কবিত্বশ্বদা খোন হৌনা নোকযি, অমূকস্তু মকপ-থোকযি, কবিত্বশ্বদা কোযলাউ লাউযি কবিত্বশ্বা মতমদা জাগোই শাই। মী লৈ-লৈতে যেংদবা মখে অঙাংবেদৌনা আচবা তৌযি। যৌবন কালদা গৃহস্থ ওইববা মতুংদা প্রভুগী অসিগুম্বা থৌজমসি নোংমা তৌযি। ভক্তশিংগা লোযননা ফাগি কযা তৌদুনা শান্নখি। অদুগা মখোযগী মপোৎ লৌবিবগা মখোযবু চানবিখি। নগর কোযবা মতমদা নোংমা ফিশাবা অমগী যুমদা চঙলগা হায়বই—ফি অফবা অমা পুথোরকউ। ফিশাবনা ফি পুথোক্লগা মমল তৃপববা মতুংদা প্রভুনা হায়রকখি—হৌজিক শেল লৈতে। ফিশাবনা হায়বম্মী—ফিসি পুবিদুনা পূরীগী লোন্না থোনদির। শেল ক্লোম্না পীবা যাগনী। অদুগী মতুংদা গোযালাগী যুমদা চঙলগা প্রভুনা হায়বম্মী—শাঙ্গাম অফম্বা অনৌবা পুথোবকউ। ওসিদি নঙোন্দগী মহাদান লোগনী।

মতৌ অম্মা গন্ধবণিক কী যুমদা চঙলগা গন্ধদ্রব্য (মনম নুংশিবা পোৎ) মালাকারগী যুমদা চংলগা ফজবা মালা (লৈপাক), তাম্বুলীগী যমদা তাম্বুল-গুযা (পানা-কৱা), শঙ্খবণিক কী যুমদা চঙলগা শঙ্খ লৌযি। অদুদগী শ্রীধরগী যমদা চঙলগা প্রেমগী খৎনবা হৌখি। প্রভুনা হায়বম্মী—শ্রীধর নঙ মতম পুম্বদা হরি হরি শোন্নী, লক্ষ্মীকান্তগী সেবা তৌযি, অদুম ওইনমক নহাক অস্তুক যাম্না অথা-অনং ফংলিবা করিগীনো? শ্রীধরনা খুম্লকযি—চাবাদি হেন্দেদনা, তেল্লবস্তু শাংলবস্তু কি মশেংলি। প্রভুনা হায়বম্মী—শেংলিবা ফিতুবু মযম তবাক্লক শেগাযবনী, কিশি কিবিনে। নযুমস্তু ই লৈতে। অতুগা যেঙ্লু, চণ্ডী বিষহরি পূজা তৌবা কাঙবুদি কযান্ন ঙাইনা চা-শেংতুনা প লিদো। অম্মা খৎনবমখে খৎনবা শ্রীধরনা হায়বম্মী—যুম হল্লো পণ্ডিত, নঙগা ঐগা খৎনবা চুমদে। প্রভুনা হায়রকযি—ঐঙোন্দা কবি পীদৌবি হায়যু। নত্রবদি ঐদি চংলোই। নঙগী ফুমদুনা লোংলিবা লন্দূদি লৈখিসন্থ হৌজিক, মহু তুংদা ফংগনী। হৌজিক লফূ-পূঙগ্রী লফু-মক পীযু শেলদি পীবোই। হায়বিবসি পীরবাইদি নঙগা খৎনবসি তেংক্লনী। বাখল তৌবগা শ্রীধরনা হায়বম্মী—তাউ গোসাঞি, শেলগী বা কবিসু লৈতে, ঐগা খৎনবিবদনবা লফু-পূঙগ্রী লফু-মকা পীগে। খৎনব্রবা মতুংদা ইঙ্গিত তৌদুনা প্রভুনা অস্থগী-তত্ত্ব শ্রীধরদা উৎপীরম্মী।

মতৌ অম্মা ভক্তশিংগা লোযননা বিলাস কযা তৌখি।

## মূল ৮

তবেত করিলা প্রভু গয়াতে গমন।
ঈশ্বরপুরীর সঙ্গে তথাই মিলন ॥ ৮ ॥

### শব্দার্থ

তবেত—অতুদগীদি, করিল—তৌখি, প্রভু প্রভুনা, গয়াতে—গযাদা, গমন—লেঙবা, ঈশ্বরপুরীর সঙ্গে—ঈশ্বরপুরীগা লোয়ননা, তথাই—মফমতুদা ( গযাদা ), মিলন—উনবা ( এইখি )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগীদি প্রভু গয়াদা লেঙই। মফমতুদা ঈশ্বরপুরীগা লোয়ননা উনখি।

## মূল ৯

দীক্ষা-অনন্তরে কৈল প্রেম পরকাশ।
দেশে আগমন পুন প্রেমের মিলন ॥ ৯ ॥

### শব্দার্থ

দীক্ষা-অনন্তরে—দীক্ষা লৌরবা মতুংডা, কৈল—তৌখি, প্রেম পরকাশ—কৃষ্ণপ্রেম পোক্‌না ওইবা মপান্থোংগী বিকার, দেশে—মবৈবাক্তা, আগমন—হল্লকপা, পুন—অমুক প্রেমের মিলন—প্রেম তৌমিন্নহুনা তিন্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( গয়াদা ) দীক্ষা লৌরবা তুংদা প্রেমবিকার উৎখি। ( গয়াদগী ) দেশদা হল্লক্লে। অতুদা অমূক প্রেম তৌমিন্নহুনা ( মযামগা ) তিন্নখি।

## মূল ১০

শচীকে প্রেমদান তবে অদ্বৈতমিলন।
অদ্বৈত পাইল বিশ্বরূপ দরশন ॥ ১০ ॥

### শব্দার্থ

শচীকে প্রেমদান—শচীদেবীদা কৃষ্ণপ্রেম পীবা; তবে—অতুদগী,

অদ্বৈতমিলন—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগা উনবা, অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতনা, পাইল—ফংখি, বিশ্বরূপ মহাপ্রভুগী বিশ্বরূপ হায়বা শক্তম, দরশন—উবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাবেন্মা শচীদা কৃষ্ণপ্রেম পীখি অদুদগী শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগা উনৈ। শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা মহাপ্রভুগী বিশ্বরূপ মূর্ত্তি দর্শন তৌজখি।

মূল ১১

প্রভুর অভিষেক তবে করিলা শ্রীবাস।
খাটে বসি প্রভু কৈলা ঐশ্বর্য্য প্রকাশ ॥ ১১ ॥

শব্দার্থ

প্রভুর অভিষেক—প্রভুগী অভিষেক, তবে—অদুদগী, করিলা—তৌখি, শ্রীবাস—শ্রীবাসনা, খাটে—কাংথোন্দা, বসি—ফমদুনা, প্রভু প্রভুনা কৈলা—তৌখি, ঐশ্বর্য্যপ্রকাশ—ঐশ্বর্য্য উৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী শ্রীবাসনা প্রভুগী (রাজরাজেশ্বরদা তৌফম থোকপা) অভিষেক তৌখি। (মতমদুদা) প্রভুনা (শ্রীবিষ্ণুগী) খাট্টা ফম্লগা ঐশ্বর্য্য (ঈশ্বর ওইবগী ভাব) উংখি।

মূল ১২

তবে নিত্যানন্দ স্বরূপের আগমন।
প্রভুকে মিলিয়া পাইল ষড়ভুজ দর্শন ॥ ১২ ॥

শব্দার্থ

তবে অদুদগী, নিত্যানন্দ স্বরূপের—শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী, আগমন—লেঙলকপা, প্রভুকে মিলিয়া—প্রভু থেংনরগা, পাইল—ফংখি, ষড়ভুজ—খুৎতরাক-লোণুবা মূর্ত্তি, দর্শন—উবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভু লেঙলকখি। মহাপ্রভুগা থেংনরগা শ্রীমন্নিত্যানন্দনা মহাপ্রভুগী ষড়ভুজমূর্ত্তি দর্শন তৌখি।

## মূল ১৩

প্রথমে ষড়ভূজ তাঁরে দেখাইল ঈশ্বর।
শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম-শার্ঙ্গ-বেণধর ॥ ১৩ ॥

### শব্দার্থ

প্রথমে—অহানবদা ষড়ভুজ—খুৎ তরুক লোংবা মূর্ত্তি, তাঁরে—মঙোন্দা (শ্রীমন নিত্যানন্দদা), দেখাইল—উহনখি, ঈশ্বর—শ্রীগৌরাঙ্গ ঈশ্বরনা, শঙ্খ—মোইবুং, চক্র—কাংখাও, গদা—চৈতুপ, পদ্ম—থম্বাল, শার্ঙ্গ—লীরু তেন, বেণু—বাঁশী, ধর—পাযবা মূর্ত্তি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবদা (শ্রীগৌরাঙ্গ) ঈশ্বরনা শ্রীনিত্যানন্দদা শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম শার্ঙ্গ-বেণধর ওইবা পাস্বোম-তরুক্কী মূর্তিদু উৎখি।

## মূল ১৪

তবে চতুর্ভুজ হৈলা তিন অঙ্গ বক্র।
দুই হস্তে বেণু বাজায় দুইয়ে শঙ্খ-চক্র ॥ ১৪ ॥

### শব্দার্থ

তবে অদুদগী, চতুর্ভুজ—পাস্বোম-মরি-লোওবা মূর্ত্তি, হৈলা—ওইখি, তিন অঙ্গ অঙ্গ অহুম, বক্র—খোযবা, দুই হস্তে—খুৎ অনীনা, বেণু বাজায় বেণু খোঙউী, দুইয়ে - অনীমদা, শঙ্খ-চক্র—শঙ্খগা চক্রগা পায।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী শাথেক অহুম থেক্তুনা চতুর্ভুজ মূর্ত্তি ওইখি। (মতমদুদা) খুৎ অনীনা বেণু খোঙউী অদুগা খুৎ অনীমনা শঙ্খগা চক্রগা পায়।

## মূল ১৫

তবে ত দ্বিভুজ কেবল বংশীবদন।
শ্যাম-অঙ্গ পীত-বস্ত্র ব্রজেন্দ্রনন্দন ॥ ১৫ ॥

## শব্দার্থ

তবে ত—অতুদগী, দ্বিভুজ—পাম্বাম-অনী-লোঙবা মূর্ত্তি, কেবল -অতুমক্তা, বংশীবদন—চীনুবান্দা বাঁশী খোংবা, শ্যাম-অঙ্গ—শংবানবা মচুগী হকচাঙনা মাগী ওইবা, পীতবস্ত্র—সনাফীগে থোনবা, ব্রাজেন্দ্র-নন্দন ব্রজনিংথৌ-মপাবি।

মৌতলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী পাম্বাম অনী-লোংবা, বাঁশী-খোংবা, শংবানবা-কুচুগী ওইবা, সনাফীগে-থোনবা ব্রজনিংথৌ-মপাবিগী মূর্ত্তিচুদা উৎখি।

## নৈনরোল

ইকান কোনবা ব্রজেন্দ্র-নন্দনগী শক্ উৎপনা তাকপদি ব্রজেন্দ্র-নন্দনগী ঙৈবা ভাব-তমক শ্রীমন্মহাপ্রভুদা মকওইনা উৎকনী হায়বসি ঙৈবা যাই।

## মল ১৬

তবে নিত্যানন্দ গোসাঞির ব্যাসপূজন।
নিত্যানন্দাবেশে কৈল মুষল ধারণ॥ ১৬॥

## শব্দার্থ

তবে—অতুদগী, নিত্যানন্দ-গোসাঞির—শ্রীনিত্যানন্দ-প্রভুগী ব্যাস—ব্যাসদেব পূজা, নিত্যানন্দ-আবেশে—নিত্যানন্দগী আবেশদা, কৈল—তৌখি, মুষল ধারণ—মুষল পাযবা। ( মুষল—খদিব-কৌবা উনা শাবা উভুপ। )

মৌতলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী শ্রীপাদনিত্যানন্দনা ব্যাস-পূজা তৌখি। নিত্যানন্দগী আবেশদা হায়বদি শ্রীবলরামগী আবেশদা মুষল পাযখি।

## নৈনরোল

আষাঢ মাসকী পূর্ণিমাদা সন্ন্যাসীশিংনা ব্যাস পূজা তৌনি, শ্রীপাদ নিত্যানন্দনা শ্রীবাসগী শঙ্গাযদা ব্যাস-পূজা তৌবনী।

**নিত্যানন্দাবেশ**—ব্রজগী শ্রীবলরামত্বমক নবদ্বীপতা শ্রীনিত্যানন্দ ওইনা অবতার তৌবনী। মফমসিদা নিত্যানন্দাবেশ হায়রগা নিত্যানন্দগা খেন্নদবা বলরামগী আবেশবু খঙহল্লে। বলরামগী খুৎলাইদি মুষল-নী, বলরামগী ভাব-তা আবেশ ওইবা ( চঙবা ) মতম্তা নিতানন্দ প্রভুগী খুত্তা মুষল পাযবম্বনী।

**মূল ১৭**

ভাবে শচী দেখিল রাম-কৃষ্ণ দুই ভাই।

তবে নিস্তারিল প্রভু জগাই-মাধাই ॥ ১৭ ॥

**শব্দার্থ**

তবে—অতুদগী, শচী—শ্রীশচীদেবীনা, দেখিল—উখি, রাম-কৃষ্ণ—বলরামগা কৃষ্ণগা, দুইভাই—মচিন্নানাও অনী, তবে—অতুদগী, নিস্তারিল—লানবিবম্মী, প্রভু - মহাপ্রভুনা, জগাই-মধাই—জগাই-মাধাইবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী শ্রীশচীদেবীনা বলরামগা কৃষ্ণগা মচিন্নাও অনীবু উখি। অতুদগী প্রভুনা জগাই-মাধাইবু লানবিখি।

**তৈনরোল**

নোংমা অহিংদা শচীমাতানা মঙ অমা মঙখি, মতুদা উখিবদি অসিনী—মখোয়গী শ্রীমন্দিরগী কৃষ্ণগা বলরামগা অমসুং নিমাইগা নিত্যানন্দগা মখোয় মরিনা নৈবেদ্য মুন্নরম্মী। নোংঙাল্লগা শচীমাতানা প্রভুদা মঙগী বারু লীখি। মুমীৎ অতুমক্তুদা নিত্যানন্দবু লুক হাবনবগীদমক বার্ত্তোন তৌ হায়না প্রভুনা মমাবেম্মদা হাযখি। মধ্যানদা মহাপ্রভুগা নিত্যানন্দ প্রভুগা কমতুনা লূক খুল্লিউদা কৃষ্ণগা বলরামগা ভোজন তৌবা ওইনা শচীনা উখি।

**মূল ১৮**

তবে সপ্তপ্রহর প্রভু ছিলা ভাবাবেশে।

যথা তথা ভক্তগণ দেখিল বিশেষে ॥ ১৮ ॥

**শব্দার্থ**

তবে—অতুদগী, সপ্তপ্রহর—প্রহর তরেৎ, প্রভু ছিলা—প্রভুনা লৈরম্মী,

ভাবাবেশে—ভাব-তা চঙহুনা , যথা-তথা—অমদা অমদা , ভক্তগণ—ভক্ত শিংনা , দেখিল—উখি , বিশেষে—থোইদোকপা ওইনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী প্রভুর তবেং চুপ্পা প্রভুগী ভাবাবেশ ওইখি । মতুদা ভক্তশিংনা থোইদোকপা অমা ঙৈনা উখি ।

মূল ১৯

বরাহ-আবেশ হৈলা মুরারি ভবনে ।

তার স্কন্ধে চড়ি প্রভু নাচিলা অঙ্গনে ॥ ১৯ ॥

শব্দার্থ

বরাহ-আবেশ—বরাহগী ভাব-তা চঙবা , হৈলা—ওইখি , মুরারি-ভবনে—মুরারিগী যুমদা , তার—মহাক্কী , স্কন্ধে—লেংবান্দা , চড়ি—তোংদুনা , প্রভু—মহাপ্রভুনা , নাচিলা—জগোই শাখি , অঙ্গনে—মাঙ্গোন্দা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( নোংমা ) মুরারিগী যুমদা প্রভুনা বরাহগী ( ওক্কী ) ভাব-তা চঙখি । মতুদা মুরারিগী লেংবান্দা তোংলগা মাগী মাঙ্গোন্দা জগোই শাখি ,

মূল ২০

তার শুক্লাম্বরের কৈল তণ্ডুল ভক্ষণ ।

হরের্নাম—শ্লোকের কৈল অর্থ বিবরণ ॥ ২০ ॥

শব্দার্থ

তার—অদুদগী , শুক্লাম্বরের—শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারীগী , কৈল—তৌখি , তণ্ডুল—চেঙ , ভক্ষণ—চাবা , হরের্নাম-শ্লোকের—হরের্নাম-শ্লোক্কী , কৈল—তৌখি , অর্থ-বিবরণ—মরোল হন্দোকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী প্রভুনা শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারীগী চেঙ হাখি । হরের্নাম-শ্লোক্কী মরোল হন্নখি ।

লৈনরোল

শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারী নবদ্বীপ-তা লৈরম্নী । প্রভুগী ভক্ত অমনী ,

লৈতবগী মংবদি থম্মথেংলম্মী, ভিক্ষা নিরগা শ্রীকৃষ্ণগী ভোগ কংলগা প্রসাদ ফংবা মীত্রানী। মোংম্মা প্রভুনা জগ্গোই শাখিঁদা-চক্লম্রবনা ভিক্ষাগী খাওতু মরেংবান্দা যাল্লগা জগ্গোই শাবম্মী, মতমচুদা ভক্তনীঁভা শ্রীমন মহাপ্রভুনা মাগী ভিক্ষা-খাদেগী চেঙ লৌবগা হাখি।

## মূল ২১

হরেনাম হরের্নাম হরেনামৈব কেবলম।

কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা ॥ ২১ ॥

আদি লীলাগী সপ্তম পরিচ্ছেদদা যাওবা তৃতীয় শ্লোক অতু যেংলগা অন্বয়নচি বা খঙবিগনী।

## মূল ২২

কলিকালে নামরূপে কৃষ্ণ অবতার।

নাম হৈতে হয় সর্ব্ব জগত-নিস্তার ॥ ২২ ॥

### শব্দার্থ

কলিকালে—কলিকালদা, নাম রূপে- মিংঙইনা কৃষ্ণ অবতার—কৃষ্ণগী অবতারনী, নাম হৈতে—কৃষ্ণ নাম দগী, হয় ওই, সর্ব্বজগত নিস্তার—জগৎপুম্বা লানবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কলিযুগ অসিদা কৃষ্ণনা নাম (মিং) ওইনা অবতার ওৌযি। কৃষ্ণ-নামদগী জগৎ পুম্বা লানৈ।

### নৈনবোল

শ্রীমদ্‌ভাগবতনা হায—"সত্যযুগ-তা বিষ্ণুবু ধ্যান তৌবগা, ত্রেতা-যুগ-তা যজ্ঞনা, দ্বাপরদা পরিচর্য্যানা (সেবানা) ফংবা ফল অতু কলিদদি নামসঙ্কীর্ত্তন তৌবতনা ফংবা ওম্মী। কৃতে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতো মখৈঃ। দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌ তদ্ধরিকীর্ত্তনাৎ ॥ শ্রীভাগবত/১২/৩/৫২ ॥"

হরিনাম শোনবতনা জগৎ পুম্বা অরান-খুভম ফংঙী হায়বদি অরাবগী মহৈম সংসারসিদা-অমুক হন্না পোক্করে।

## মূল ২৩

দার্ঢ্য লাগি হরের্নাম উক্তি তিনবার।
জড়লোক বুঝাইতে—পুনরেবকার ॥ ২৩ ॥

### শব্দার্থ

দার্ঢ্য লাগি চেংশন্নবগীদমক , হরের্নাম—হরিগী নাম , উক্তি—পল্লিবা , তিনবার—অহুমলক , জড়লোক—খঙদবা মীবু , বুঝাইতে—খঙহন্নবগীদমক , পুনঃ—অমক , এবকার—এব ( লেপ্পমক ) শব্দ শীজন্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরেনাম ( হরিগী মিং ) অসি অহুমলক পল্লিবদি চেংশন্নবগীদমক্নী। খঙদবা মীবু খঙহন্নবগীদমক এব ( লৈপমক ) শব্দ শীজন্নবিবনী।

## মূল ২৪

কেবল-শব্দ পুনরপি নিশ্চয় কারণ।
জ্ঞান-যোগ তপ-কর্ম্ম-আদি নিবারণ ॥ ২৪ ॥

### শব্দার্থ

কেবল-শব্দ—কেবল ( সিতনী ) হায়রবা শব্দ , পুনরপি—অমূকন্দু , নিশ্চয়—অবেপ্পা ওইরবগী , কারণ—মরম , জ্ঞান যোগ-তপ-কর্ম্ম-আদি—জ্ঞানমার্গ, যোগমার্গ তপ, কর্ম্মমার্গ-নচিংবা , নিবারণ—থিংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্লোক মনুংদা যাওবা ) কেবল ( সিতনী ) হায়বা শব্দসি শীজন্নবগী মরমদি অমূক হন্না অবেপ্পনী হায়বা খঙহন্নবগীদমনী। মসিনা জ্ঞান, যোগ, তপ, কর্ম্মনচিংববু থিংলিবনী।

### তৈন্নরোল

কলিদা শ্রীহরিনামতনা অমতা ঙায়রবা গতিনী হায়বা বাফমসি অবেপ্পনী হায়বা এব শব্দনা খঙহল্লবন্দু অবেপ্পনী হায়রবন্থু হেঙ্গৎনবা হায়দুনা কেবল ( সিতনী ) শব্দসি শীজন্নবিবনী। কেবল শব্দনা তাক্লি মত্তুদি—হরিনাম

হায়বা অসিতনা কলিগী সাধন-নী, জ্ঞান, যোগ, তপস্যা অমদি কর্ম্ম-নচিংবসি কলিযুগগী সাধন নত্তে।

### মূল ২৫

অন্যথা যে মানে তার নাহিক নিস্তার।
'নাহি-নাহি নাহি' এ তিন একার॥ ২৫॥

### শব্দার্থ

অন্যথা—অতোপ্পা মওং, যে—মহাক, মানে—লৌয়ি, তার—মহাক্কী, নাহিক—লৈতে, নিস্তার—অবান্-খুভম, নাহি নাহি নাহি—লৈতে লৈতে লৈতে এ-মসি, তিন—অহুম, একার—একার।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আতোপ্পা মওং চৎলিবা মী অহুগী অবান-খুভম লৈত্রে। মবমহুনা লৈতে লৈতে লৈতে' হায়বসি এব (লেপ্পমক) হায়বা শব্দসিস্তু অহুমক হল্লিবনী।

### মৈনক্লোল

হরিনামতনা কলিগী অমতা ওয়াবা (একমাত্র) সাধন-নী, জ্ঞান-যোগ-তপ-কর্ম্মনচিংবসি কলিগীদমক্তি কান্নদে—রাফমসি যাদবা মীতা-শিংদি সংসার-সমুদ্রসি লাম্হোকপা ঙম্মোই। হরিনাম-গী আশ্রয় লৌদ্রবদি (উপলক্ষণ-দা হায়রগা ভক্তিমার্গগী আনুকুল্য লৌদ্রগদি) সংসার-লাংদগী নাম্হোকপা ঙম্মোই, মবমদি ভক্তিশাস্ত্রগী মতু ইন্না ভক্তিমার্গগী মতেঙ নত্তনা জ্ঞানযোগনচিংবা সাধনশিংনা মবন্নাইগী ফল ফাংবা পীবা ঙমদে।

হরিনাম নত্তনা কলিযুগদদি জ্ঞানযোগ কর্ম্মনচিংবা অতোপ্পা সাধন-শিংসে লৈতে হায়বসি থাজদবা মীশিংদি সংসারদগী মুক্তি ফংলোই হায়বসে শোযদনমক চেৎলবা মওংদা কোঙদোক্কে হায়বগীদমক নাস্ত্যের (লৈতবমক্কী) হায়বা শব্দসি অহুমক হন্না হায়রিবনী।

### মূল ২৬

তৃণ হৈতে নীচ হৈয়া সদা লবে নাম।
আপনি নিরভিমানী, অন্যে দিবে মান॥ ২৬॥

## শব্দার্থ

তৃণ—নাপী , তৃণ-হৈতে—নাপীদগী হেন্না , নীচ—তোন্থবা হৈয়া—ওইহুনা , সদা—মতম পুম্বদা , লবে—লৌও ; নাম—হরিনাম , আপনি—নশানা , নিরভিমানী—নাপল য়াওদবা ( ওইয়ু ) , অন্যে—অতোপ্পদা , দিবে—পীয়ু , মান ইকাইখম্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাপীদগীসু হেন্না তোন্থনা হরিনাম মতম পুম্বদা শোনগদবনী। নশাদি নাপল-যাওদবা ওইহুনা অতে শ্লদা মান পীগদবনী।

## নৈনরোল

নাপী মহৌশানা তোন্না লৈ, লৈখাদা তাহুনা লৈ, কনাগুম্বনু আক্রমণ তৌদে। অদুবু কনাগুম্বনা নাপীগী প্রান্ত অমদা খোঙনা নেৎলগা ম,গী প্রান্ত অমনা মবায় হাইগৎলকপা উই , অস্মুন্না মরায় হাইগৎলবদি মাগী তোন্থবা ( নীচতা ) হাযবদু লৈত্রে। হরিনাম রীতিচুম্না শোনগে হায়বা মীদি নাপীগী মতৌসি চংপা যাদ্রে। কনাগুম্বনা মাঙোন্দা খোঙনা কাউবনা, কনাগুম্বনা রাহৈ অকন্বা হাযববা, নত্রগা কনাগুম্বনা মাঙোন্দা আক্রমণ তৌববসু মহাক লোইনমকসি খাওহুনা তুমিন্না লৈবা তাই, নাপীগুম্না মরায কাঙখৎপা তৌবোইদৌবনী, বা খুম্বা যাদে, মীনা তৌবকপা ব্যবহারগী লমন খুম্লোইদৌবনী, লমন খুম্বদি লাযবহুনা খুমগে হাযবফাওবা খনফদ্রে। মহাক কবিগুম্বা মংদা পুন্নী লাঙফদে। মতৌ অসুম্না চংলবদদা নাপীদগীসু হেন্না তোন্থবা যাই , মসুন্না তোন্থবা ভমদ্রবদি নাম শোনবগী মপূঙফাবা ফল ফংবা যাবোই।

নাম শোনগে হায়ববদি **নিরভিমানী** ওইগদবনী, হাযবদি অভিমান ( নাপল ) তৌফদে, অদুগা কবিগুম্বা মতমদসু অতোপ্পদগী সম্মান ফংগে হাযনা আশা তৌফদে . কবি হাযনী, মযামগী মিত্তা য়াম্না তোল্লবনী হাযবা মীতাহুদগী ফাওবা সম্মান ফংগে নীংলোইদৌবনী। অদুনা মহাক্তি মী অতৈবু কবি হাযনী খ্বাইনা মাবু তোল্লবা ভূকচনাই ওইরবনি হায়না খল্লিবা অদুবুসু সম্মান তৌগদৌবনী। জীব খুদিংদা কৃষ্ণ লৈবনী হায়বসি খঙহুনা জীব খুদিংবু সম্মান তৌগদবনী।

## মূল ২৭-২৯

তরুসম সহিষ্ণুতা বৈষ্ণব করিবে।
ভৎর্সন-তাড়নে কারে কিছু না বলিব ॥ ২৭ ॥
কাটিলেহ তরু যেন কিছু না বোলয়।
শুকাইয়া মৈলে তবু জল না মাগয় ॥ ২৮ ॥
এইমত বৈষ্ণব কারে কিছু না মাগিব।
অযাচিতবৃত্তি কিম্বা শাক-ফল খাইব ॥ ২৯ ॥

### শব্দার্থ

তরু—উগা, সম—মান্নবা, সহিষ্ণুতা—অখাঙ কনবা, বৈষ্ণব—বৈষ্ণবনা, করিবে—তৌগদবনী, ভৎর্সন—চৈবা, তাড়নে যৈবা, ফুবা, ( ভর্ৎসন-তাড়নে—যৈ-চৈবকপদা ), কারে—কনাদা কিছু—করিমতা না বলিবে—হায়বোইদৌরনী, কাটিলেহ—( থাওনা, শীংজওনা ) যাল্লগসু, তরু—উ, যেন—শুন্না, কিছু—করিমতা, না বোলয—হায়দে, শুকাইয়া—কংহুনা, মৈলে—শিদোবগা, তবু—অদুবু, জল—ঈশীঙ, না মাগয—নিদে, এইমত—মতৌ অসুম্না, বৈষ্ণব—বৈষ্ণবনা, কারে—কনাদা, কিছু—করিমতা, না মাগিব—নিবোই, অযাচিতবৃত্তি—মীঙোন্দগী নিকদবা, কনাগুম্বনা পীবগনী হায়বগী আশা ফাওবা থমদবা, মশা মথন্তা লাকচবগা ফংবহু চাবা, কিম্বা—নত্রগা, শাক-ফল—মনামশিং-উহৈ, খাইব—চাগদবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণবতি উগা মান্নবা অখাঙ কনগদবনী। মীনা যু-চৈবকপদা মীহুদা করিমতা ঙাওলোইদৌরনী। উনা মাবু কনাগুম্বনা ( শীওজংনা থাহুনা ) যাল্লরবসু করিমতা ঙাওদে। কংহুনা শিগদৌরবা ফাওবদা ঈশীঙ নিদে। মতৌ অসুম্না বৈষ্ণবসু কনামতদগী করিমতা নিবোইদবনী। মীঙোন্দগী নিরুদবা অহুগা অতোপ্পা কনাদগী ফংগনী হায়বগী বাখলসু লৈতবা অফংবা চারগা অমদি মনামশিং অমদি ফলমূল যংবনা লেন্গদবনী।

## মূল ৩০

সদা নাম লইব যথা-লাভেতে সন্তোষ।
এইত আচার কার ভক্তি-ধর্ম্ম-পোষ ॥ ৩০ ॥

### শব্দার্থ

সদা—মতমপুম্বদা, নাম—হবিনাম, লইব—লৌগদবনী, যথা—লাভতে—কৈনো মওং অমদা ফংবতুদা সন্তোষ—পেনবা ( গুইগদবনী ), এইত - অসি, আচাব—আচাব, কবে—তৌযি, ভক্তি-ধর্ম্ম—ভক্তি-ধর্ম্মবু, পোয—যোক্পা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপ

মতম্ পুম্বদা হবিনাম শোনগদবনী, ( চান-শেংনবগীদমক্তি ) অযং-অযংবতুনা পেনগদবনি। অসিগুম্বা শাজংতনা ভক্তি ধর্ম্ম যোক্কদৌবিবনী।

### মূল ৩১

তৃণাদপি সুনীচেন তবোবিব সহিষ্ণুনা।

অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয় সদা হবি ॥ ৩১ ॥

### শব্দার্থ

তৃণাৎ-অপি—নাপীদগীসু, সুনীচেন—ফজনা তোম্থনা, তবো-ইব—উগুম্না সহিষ্ণুনা—অখাঙ কদনা অমানিনা—মানী ঔইদতুনা মানদেন—মীওোন্দা মান পীবদি ঔইতুনা, কীর্ত্তনীয়ং—শোনগদবনী, সদা—মতম পুম্বদা হবিং—শ্রীহবি হাযবদি শ্রীহবিগী নাম।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাপীদগীসু হেন্না ফজনা তোম্থনা, উ-পাম্বীগুম্না, অখাঙ কন্দুনা, মানী ওইবা তোতনা অতুগা মান-তৌগনবা ওইতুনা মতম পুম্বদা হবিবু কীর্ত্তন তৌগদবনী।

### মূল ৩২

উৰ্দ্ধবাহু কবি কহি শুন সর্ব্বলোক।

নামসূত্রে গাঁথি পব কণ্ঠে এই শ্লোক ॥ ৩২ ॥

### শব্দার্থ

উৰ্দ্ধবাহু কবি—পাম্বোম বাংনা থাঙ্গৎতুনা, কহি—হাযজবি, শুন—নাকোঙনা তাবিযু, সর্ব্বলোক—মী পুম্নমক, নামসূত্রে—হবিনামগী লংদা, গাঁথি লেংতুনা, পব—শিউ, কণ্ঠে—উক্তা, এই শ্লোক—শ্লোক অসি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাম্বম বাংনা থাঙ্গৎতূনা ঐনা হায়জবি, তাবিয়ু মী পূম্নমক—হরিনাম-না লং ওইবগা 'তৃণাদপি' হাযবা শ্লোকসি ( মালা লেংবগুম ) লেংলগা ঙক্না থোনবিয়ু।

## মৈনরোল

তৃণাদপি—হায়বা শ্লোকসিদা তাক্লিবা পূকচেল অসি নামশোনবা মতমদা কাউবিগনু হায়না গ্রন্থকার কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা মীপুম খুদিংদা হাযজবি। মরমদি হাযবিবা পূকচেলসি চেন্দ্রবদি নাম শোনবগী ফল মপুঙ ফানা ফংলোই।

## মূল ৩৩

প্রভুর আজ্ঞায় কর এই শ্লোক আচর।
অবশ্য পাইবে তবে শ্রীকৃষ্ণ চরণ ॥ ৩৩ ॥

## শব্দার্থ

প্রভুর—শ্রীমন্মহাপ্রভুগী, আজ্ঞায় যাথংনা, কর—তৌ, এই শ্লোকের—শ্লোকসিগী, আচরণ—চৎপা, অবশ্য—শোযদনমক, পাইবে—ফংগনী, তবে—অদু ওইররদি, শ্রীকৃষ্ণচরণ-শ্রীকৃষ্ণগী চরণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভুগী য়াথংনা শ্লোক অসিদা হাযবিবা পাউতাক ইন্দুনা চৎলু, অদু ওইররদি শ্রীকৃষ্ণগী খুযা শোযদনা ফংগনী।

## মৈনরোল

তৃণাদপি হাযবা শ্লোকসি শ্রীমনমহাপ্রভুনা লেংলম্বা শিক্ষা শ্লোকনী, অদুনা মসিদা হাযবিবসি প্রভুগী য়াথংনী। মরমঅদুনা কবিরাজ গোস্বামীনা শ্লোকতা য়াওবিবা রাসে প্রভুগী যাথংনী হাযবিবনী।

## মূল ৩৪

তবে প্রভু শ্রীবাসের গৃহে নিরন্তর।
রাত্রে সঙ্কীর্ত্তন কৈল এক সংবৎসর ॥ ৩৪ ॥

**শব্দার্থ**

তবে—অদুদগী, প্রভু—শ্রীমনমহাপ্রভুনা , শ্রীবাসের—শ্রীবাসগী , গৃহে—যুমদা , নিরন্তর—অভৎ-অখম নাইদবমখৈ ; রাত্রে—হুংদাংদা , সঙ্কীর্ত্তন কৈল—সঙ্কীর্ত্তন তৌয়ি , এক সংবৎসর—চহী অমা চুপ্পা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অদুদগী প্রভুনা শ্রীবাসগী শঙ্গাদা হুংদাংদা চহী অমা চুপ্পা অভৎপা নৈতনা সঙ্কীর্ত্তন তৌখি ।

**মূল ৩৫**

কবাট দিয়া কীর্ত্তন করে পরম আবেশে ।
পাষণ্ডী হাসিতে আইসে না পায় প্রবেশে ॥ ৩৫ ॥

**শব্দার্থ**

কবাট দিয়া—থোঙলোন্দুনা , কীর্ত্তন করে—কীর্ত্তন তৌযি , পরম আবেশে—পুক্নীঙ পুঙচঙ চঙনা , পাষণ্ডী—কীর্ত্তন-যেংথীবা মী , হাসিতে—নোক্নগে হায়দুনা আইসে - লাকযি , না পায়—ফংদে , প্রবেশে—চঙবা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

থোঙদা পৌবোন থাবগা পুক্নীঙ পুঙলুপ লুপ্পগা কীর্ত্তন তৌরম্মী । কীর্ত্তন যেংথীবা মীনা নোক্নগে হায়দুনা লাকুয়ি, চঙবদি ফংদে ।

**মূল ৩৬**

কীর্ত্তন শুনি বাহিরে তারা জ্বলি-পুড়ি মরে ।
শ্রীবাসেরে দুঃখ দিতে নানা যুক্তি করে ॥ ৩৬ ॥

**শব্দার্থ**

কীর্ত্তন শুনি—কীর্ত্তন তারগা , বাহিরে—মাপান্দা , তারা—মখোয়না , জ্বলি-পুড়ি—প্রোক্ প্রোক্ চাকুনা , মরে—শি , শ্রীবাসেরে—শ্রীবাসদা , দুঃখ দিতে—অৱাবা পীগদৌরম্মী , নানা যুক্তি করে—মশ মথল মথল তানরম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়গী মাপান্দা কীর্তন তাবগা মথয়াই প্রেম প্রেম চাক্লম্মী। শ্রীবাসগী হুংঙাইতনবা কবি তৌমিংগে হায়দুনা রা মখল মখল পুথোরকখি।

## মূল ২৪

একদিন বিপ্র—নাম গোপাল চাপাল।
পাষণ্ডী প্রধান সেই দুর্ম্মুখ বাচাল॥ ৩৭॥
ভবানী পূজার সব সামগ্রী লইয়া।
রাত্রে শ্রীবাসের দ্বারে স্থান লেপাইয়া॥ ৩৮॥
কলার পাত—উপরে থুইল ওড়ফুল॥
হরিদ্রা—সিন্দুর আর রক্তচন্দন তণ্ডুল॥ ৩৯॥
মদ্যভাণ্ড পাশে ধরি নিজঘর গেলা।
প্রাতঃকালে শ্রীনিবাস তাহাত দেখিলা॥ ৪০॥

### শব্দার্থ

একদিন - নোংমা, বিপ্র—ব্রাহ্মণ, নাম —মিং গোপাল চাপাল —গোপাল চাপাল, পাষণ্ডী প্রধান—কীর্ত্তন-তাথীবা মাবাক, সেই—মহাক, দুর্ম্মুখ খোন্দাথী, বাচাল—চিন্থীবাক, বা ঙাঙগনবা ভবানী - শিবগী পত্নী, ভগবতী, পূজার—পূজাগী, সব—পুম্বা সামগ্রী —পোৎ লইয়া পুবদুনা, রাত্রে—অহিংদা, শ্রীবাসের - শ্রীবাসগী, দ্বারে—থোঙদা স্থান—ময়ম, লেপাইয়া বাক্ত হৈরগা, কলার লফূগী, পাত উপারে—লাথক্তা, থুইল- থম্মখি ওড়ফল—জবাকুসুম, হরিদ্রা —যাঙ সিন্দুর—সিন্দুর, আর- অদুগা, রক্তচন্দন—রক্ত চন্দন, তণ্ডুল —চেঙ, মদ্য—যু, ভাণ্ড—চফূ, পাশে—নাকন্দা, ধরি—থম্মগা, নিজঘর মযুমদা, গেলা—চংখি, প্রাতঃ কালে—অয়ুক্তা, শ্রীনিবাস— শ্রীবাসনা, তাহাত—মতুমক, দেখিলা—উখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা অহিংদা—গোপাল চাপাল কৌবা ব্রাহ্মণ, কীর্ত্তন য়েংথীবক্তা মাবাক অদুগা খোন্দাথী চীন্থীবাক অদুনা ভগবতী ভবানী পূজাগী পোৎলম

পূম্নমক পুবরক্লগা শ্রীবাসগী থোঙজীন্দা মফম অমা বাই তৈথোক্লগা লফু-বা মথক্তা জবাকুসুম, মাঙং, সিন্দুর, রক্তচন্দন অতুগা চেঙ হাপ্পুনা থনম্মী। মনাক্তা যু-চফু অমা থনম্লগা ময়ুম হনখি। নোংঙাম্লকপদা শ্রীবাসনা মতু উরম্লে।

## তৈনবোল

শিবগী পত্নী ভবানীদি বৈষ্ণবী-নী, যদি মগী পূজাগী পোৎলম কাদোইঙেদম্তু ওইবা যাবোই। গোপাল চাপালদি পাষণ্ডী মকোক্লীনা পূজাগী পোৎলম মরক্তা যু হাপচল্লম্মীবনী। মানা তৌবম্বসিগী পূকচল-পীকপা মবম অমা লৈবম্বা তাই হাযনা খনবা যাই। গোপাল-চাপাল-না পোংচৈ থনম্বসি অহিংদনী মতু থম্বা মতমদা কনামতনা মাবু উবম্লোই, মানা অমশা তৌজবম্বদি অযুক্তা যু-চফুগা লোযননা পূজাগী পোৎলম উবা মীশিংনা শোযদনা খনগনি পোৎলমশিংসি শ্রীবাসনা লেংতুনা থনম-গনী, শ্রীবাস যু-থকপা মী অমা ওইববোইবে, মবমতুনা ভবানীগী পূজাদা যু-চফু হাপ্লিবনী, ভবানী পূজাগীনী হাযশম্লতুনা শ্রীবাসনা যু থক্কে তৌবম্বা তাই। শ্রীবাসনা মথম্তা নংতৎ, মাগা লোযনবা মীশিংস্তু থোঙ লোম্লগা কীর্ত্তন তৌবিবতু যু থকপা যানবা তৌবিবাইবে হাযনা মযাম্না খনসন্তু হাযরসিস্তু গোপাল-চাপাল পাষণ্ডীতুগী বাখল ঙৈবম্বা য়াই।

## মূল ৪১-৪২

বড় বড় লোক সব আনিল ডাকিয়া।
সভারে কহে শ্রীবাস হাসিয়া হাসিয়া ।। ৪১ ।।
নিত্য রাত্রে করি আমি ভবানী পূজন।
আমার মহিমা দেখ ব্রাহ্মণ-সজ্জন ।। ৪২ ।।

## শব্দার্থ

বড় বড়—অচৌ অচৌবা, লোক—মী, সব—পুম্বা, আনিল—পুবকখি, ডাকিয়া—কৌতুনা, সভারে—পুম্নমক্কী মফমদা, কহে—হায, শ্রীবাস—শ্রীবাসনা, হাসিয়া হাসিয়া—নোক্-নোক্লুনা, নিত্য—নিতিগী, রাত্রে—হুংদাংদা, করি—তৌযি, আমি—ঐ, ভবানী পূজন—ভবানী পূজা, আমার মহিমা—ঐগী মহিমা ( ইত্তিক ইগুণ ), দেখ—যেংঙু, ব্রাহ্মণ-সজ্জন—ব্রাহ্মণ-সাধুজনশিং।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীবাসনা অচৌ অচৌবা মী পুম্ববু বৌরূবে অত্তুগা মখোযদা নোক্-নোক্তুনা হায়রম্মী—নিত্তিগী অহিংদা ঐহাক ভবানী পূজা তৌযি। ব্রাহ্মণ সাধুজন পুম্নমক, ঐগী মহিমাসি যেংবিযু।

## মূল ৪৩-৪৪

তবে সব শিষ্ট লোক করে হাহাকার।
ঐছে কর্ম্ম এথা কৈল কোন দুরাচার॥ ৪৩॥
হাড়ি আনাইয়া সব দূর করাইল।
জল-গোময় দিয়া সেই স্থান লেপাইল॥ ৪৪॥

**শব্দার্থ**

তবে—অদুদগী, সব—পুম্বা, শিষ্টলোক—সজ্জনশিংনা, করে হাহাকার—ওক্লদুনা হাই হাই হাযবম্মী, ঐছে কর্ম্ম—অদুগুম্বা থবকপু, এথা মফমসিদা, কৈল—তৌরম্লিবা, কোন—কনা, দুরাচার—লমচৎ-নাইদবনা, হাড়ি—হাড়ি জাৎকী মী, আনাইয়া—লৌহল্লুবগা, সব—পোইনমক, দূর করিল—লাপ্পা লংথোকহল্লুবে, জল-গোময় দিযা—ঈশিংগা শম্নীগা থীৎলগা, সেই স্থান—মফমদু, লেপাইল—তৈথোকহল্লে।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অদুদগীদি সৎজনশিংনা ওক্লদুনা হাই হাই ওস্লোকপনী হাযবম্মী—অদুগুম্বা থবকপু লমচৎ-নাইদবা কনানা তৌরিবনো? অদুদগী হাড়ি কৌহল্লুরগা পোৎচৈশিংদু হুন্দোকহল্লুরে অদুগা ঈশিংদা শম্নী থীৎলগা মফমদু ভৈথোকহনখি।

## মূল ৪৫-৪৬

তিনদিন বই সেই গোপাল চাপাল।
সর্ব্বাঙ্গে হইল কুষ্ঠ—বহে রক্তধার॥ ৪৫॥
সর্ব্বাঙ্গে বেড়িল কীটে—কাটে নিরন্তর।
অসহ্য বেদনা দুঃখে জ্বলয়ে অন্তর॥ ৪৬॥

**শব্দার্থ**

তিন্নদিন বই—নুমীৎ হুম্নিগী মনূঙদা , সেই গোপাল-চাপাল—গোপাল-চাপাল অহু , সর্ব্বাঙ্গে—হকচাঙ পূম্বদা , হইল ওইখি, থুংখি , কুষ্ঠ—কুষ্ঠি , বহে—চেম্বে , রক্তধাব—ঈচেল , সর্ব্বাঙ্গে হকচাঙ-পূম্বহু , বেড়িল—কোয়শনখি , কীটে— তীন্না , কাটে—কক্ কক্ চীক্‌খি , নিবন্তব—অতৎ-অখম নৈতনা , অসহ্য—খাঙঙমদবা , বেদনা—চৈনা , দুঃখে—বাবনা , জ্বলযে—চাকযি , অন্তব—থম্মোই মন্নুং ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ হুন্নীগী মন্নুঙদা গোপাল-চাপালগী মছা-পূম্বদা কুষ্ঠি থুংখি, ঈ ৎবো-ৎবো চেন্থখি । মছাপূম্বহু তীন্না কুপখি অহুগা অতৎ অখম নৈতনা চীকখি । চীকপগী চৈনাহু খাঙমদবা ওইখি, অহুনা বাখিবনা থম্মোইন্নহু প্রোক প্রোক চাকখি ।

মূল ৪৭-৪৯

গঙ্গা ঘাটে বৃক্ষতলে বহে ত বসিযা ।
একদিন বোলে কিছু প্রভুবে দেখিযা ॥ ৪৭ ॥
গ্রাম সম্বন্ধে আমি তোমাব মাতুল ।
ভাগিনা, মুঞি কুষ্ঠব্যাধে হইয়াছোঁ ব্যাকুল ॥ ৪৮ ॥
লোক সব উদ্ধাবিতে তোমাব অবতাব ।
মুঞি বড দুখী মোরে কবহ উদ্ধার ॥ ৪৯ ॥

**শব্দার্থ**

গঙ্গাঘাটে গঙ্গাগী হীদেন-তাকমদা (ঘাট্টা) , বৃক্ষতলে—উখোঙদা , বহে ত লৈদো , বসিযা ফমহুনা , একদিন—নোংমদি , বোলে—হায়খি , কিছু—খরদং , প্রভুবে—প্রভুবু , দেখিযা—উহুনা , গ্রাম-সম্বন্ধে - কৈবোয-লৈকাইগী সম্বন্ধদা , আমি—ঐহাক , তোমাব—নহাক্কী , মাতুল—মামানী , ভাগিনা - ইমছাক , মুঞি—ঐহাক , কুষ্ঠব্যাধে—কুষ্ঠি কৌবা ব্যাধিনা , হইয়াছোঁ—ওইরে , ব্যাকুল—য়াবা , লোক সব মী পূম্ববু , উদ্ধারিতে—লান্‌বিন্নবা , তোমার অবতার—নঙগী অবতাবনী , মুঞি—ঐহাক , বড দুঃখী—য়াম্না বারে , মোবে—ঐবু , করহ উদ্ধাব—লান্‌বিরো ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গঙ্গাগী ঘাট্টা উ-মখোঙদা ফমহুনা (গোপাল-চাপাল) লৈদো। নোংমদি প্রভুবু উহুনা মহাক্না বা খরা হায়জখি—গ্রাম-সম্বন্ধগী হায়রুববদি ঐসে নহাক্কী মামা থোকয়ি। ইম্মাক ইবুংঙো, ঐসে কুষ্ঠ কৌবা ব্যাধিনা য়ারে। মী পুম্মমকপু উদ্ধাব তৌগে হায়বগীদমক নহাক মর্ত্যদা কুম্লকপনী। ঐ যাম্না য়াবে, ঐবু নাম্থোকপীরো।

## মূল ৫০

এত শুনি মহাপ্রভু হৈলা ক্রোধমন।

ক্রোধাবেশে কহে তাবে তর্জ্জন বচন ॥ ৫০ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসুক্, শুনি—নাকোঙনা তাবগা মহাপ্রভু—মহাপ্রভু, হৈলা—ওইখি, ক্রোধমন—অশাউবগী পূক্নীঙ-চেনবা, ক্রোধাবেশে—অশাউবনা নাকহংতুনা, কহে—হায, তাবে—মঙোন্দা, তর্জ্জন-বচন—চৈবগী য়াহৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপাল-চাপালগী বা থবসি তাবদা মহাপ্রভুগী পূক্নীঙতু অশাউবনা থনখি। শাউবনা থুমখিহুনা মঙোন্দা প্রভুনা চৈবহুনা হায়বম্মী।

## নৈনবোল

মপানা মচাগী মফমদা দযা তৌবগুম মহাপ্রভুস্তু গোপাল-চাপালগী মফমদা দযা তৌবম্বনী। মবমহুনা প্রভুনা গোপালবু শাউবম্বনী। হন্দক্কী অশাউবসি দযাদগী পোকপনী, তশেংবা অশাউবা হায়বহু নত্তে। মপা অমনা দযা লৈবদগী মচাগী মঙ্গলগীদমক শাউই। মহাপ্রভুস্তু গোপালবু কৃপা তৌবিনবা শ্রীবাসদা হায়জৌ হায়বিখি।

## মূল ৫১-৫২

আরে পাপী ভক্ত-দ্বেষী তোরে না উদ্ধারিমু।

কোটিজন্ম এই মত কীড়ায খাওয়াইমু ॥ ৫১ ॥

শ্রীবাসে করাইলি তুই ভবানী-পূজন।

কোটিজন্ম হবে তোর রৌরবে পতন ॥ ৫২ ॥

**শব্দার্থ**

আরে পাপী—হায় পাপী, ভক্তদ্বেষী—কৃষ্ণভক্তবু যেংথীবা মী, তোরে—নঙবু, না উদ্ধারিমু—উদ্ধার তৌরোই, কোটিজন্ম—নপোক কোটিবক, এইমত—মতৌ অসুম্না, কীডায—তীন্দা, খাওয়াইমু—পীজগনী, শ্রীবাসে—শ্রীবাসবু, করাইলি—তৌহনখি, তুই—নঙনা, ভবানীপূজন—ভবানী পূজা, কোটিজন্ম—নপোক কোটিবক, হবে—ওইগনী, তোর—নঙগী, রৌরবে—রৌরব কৌবা নরক-কোমদা, পতন—তাবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কৃষ্ণভক্তবু যেংথীবা হায পাপী। নঙবু এহাক উদ্ধার তৌরোই। নপোক কোটিবক মতৌ অসুম্না তীন্দা পীজগনী। নঙনা শ্রীবাসবু ভবানী পূজা তৌহনখি। নপোক কোটিবক হন্না রৌরব কৌবা নরক-কোমদা তবা ওইসনু।

**নৈনরোল**

লিন্দগীসু হেন্না শাথিবা কৃ কৃ কৌবা জন্তু অমা লৈ। কৃ কৃ-লৈবা নরক অমুবু রৌরব কৌযি।

## মূল ৫৩

এত বলি গেলা প্রভু করিতে গঙ্গাস্নান।
সেই পাপী দুঃখ ভোগে, না যায পরাণ ॥ ৫৩ ॥

**শব্দার্থ**

এত—অসিথক, বলি—হায়রগা, গেলা—লেংখি, প্রভু—মহাপ্রভু, করিতে—তৌবা, গঙ্গাস্নান—গঙ্গাদা চাইথবা, সেই পাপী—পাপীদুনা, দুঃখ—অবাবা, ভোগে—ফংঙী, না যায—চৎতে, পরাণ—থবাই।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

প্রভুনা রা অসিথক হায়রগা গঙ্গাদা চাইথবা লেংখি। পাপী গোপাল অদুনা অরাবদু অমুম ব্রাজে, মথন্নাইদি থাদে।

## মূল ৫৪-৫৫

সন্ন্যাস করি প্রভু যদি নীলাচলে গেলা।
তথা হইতে যবে কুলিযা গ্রামেতে আইলা ।। ৫৪ ।।
তবে সেই পাপী লইল প্রভুব শবণ।
হিতোপদেশ কৈল প্রভু হঞা সকরুণ ।। ৫৫ ।।

### শব্দার্থ

সন্ন্যাস কবি - সন্ন্যাস লৌহুনা, প্রভু - প্রভুনা, যদি নীলাচলে গেলা নীলাচলদা লেংখ্রবদা, তথা হইতে—মফমতুদগী যবে—মতমদা, কুলিয়াগ্রামে—কুলিযাগ্রামদা, আইলা— লেংলকযি, তবে—মতমতুদা সেই পাপী—পাপীতুনা, লইল লৌযি, প্রভুব শবণ—প্রভুদা চঙজবা, হিতোপদেশ—কান্নগদবা পাউতাক, কৈল- তৌখি, প্রভু—প্রভুনা, হঞা সককণ—নুংশিবিতুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস লৌবগা নীলাচলদা লেঙখ্রে, অতুদগী কুলিযা-গ্রামদা লেঙলক্লম্বা মতমদা পাপীতুনা প্রভুদা চঙজবখ্মী। প্রভুনা নুংশিবিবতুনা কান্নগদবা পাউতাক পীবিখি।

## মূল ৫৬-৫৭

শ্রীবাসপণ্ডিতস্থানে হইযাছে অপবাধ।
তাহাঁ যাহ, তেঁহ যদি কবেন প্রসাদ ।। ৫৬ ।।
তবে তোব হবে এই পাপবিমোচন।
যদি পুন ঐছে নাহি কব আচবণ ।। ৫৭ ।।

### শব্দার্থ

শ্রীবাস পণ্ডিত স্থানে - শ্রীবাসপণ্ডিতকী মফমদা, হইযাছে—ওইবনী, অপবাধ—অযোল-অরাল, তাহাঁ - মফমতুদা, যাহ - চৎলু, তেঁহ—মহাক্না, যদি—বদি, করেন—তৌম্নি, (যদি কবেন—তৌববদি), প্রসাদ—চান্‌বিবা, তবে—অতু ওইববদি, তোব—নঙগী, হবে—ওইগনী,

এই—মসি , পাপ—পাপ , লিমোচন—কোকপা , যদি—বদি , পুন—অমূক হন্না , ঐসে—অদুগুম্না , নাহি কর— তৌদ্রবা , আচরণ—শাজৎ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভূনা হাযবম্মী)—"শ্রীবাস পণ্ডিতকী মফমদা তৌখিবা অপবাধ নী । মাগী মফমদা চৎলু , মহাক্না চানবিববদি নঙগী পাপ-সি কোকনী , অদুগা অমূক হন্না অদূম্না খক তৌদ্রবদি ।"

## মূল ৫৮

তবে বিপ্র লেল আসি শ্রীবাস-শবণ ।
তাঁব কৃপায পাপ তাব হৈল বিমোচন ॥ ৫৮ ॥

## শব্দার্থ

তাব অদুদগী বিপ্র—ব্রাহ্মণ (গোপাল) , লৈল—লৌখি , আসি—লাকুনা , শ্রীবাস-শবণ—শ্রীবাসদা চঙজবা , তাঁব— মহাক্কী , কৃপায কৃপানা , পাপ—পাপ , তাব - মহাক্কী , হৈল—ওইখি , বিমোচন—কোকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী ব্রাহ্মণহুনা ( গোপাল চাপালহুনা ) লাক্লগা শ্রীবাসগী মফমদা চঙজখি । মাগী ( শ্রীবাসগী ) কৃপানা গোপালগী পাপ কোকখি ।

## মূল ৫৯-৬০

আর এক বিপ্র আইল কীর্ত্তন দেখিতে ।
দ্বাবে কবাট, না পাইল ভিতবে যাইতে ॥ ৫৯ ॥
ফিবি গেলা ঘব বিপ্র মনে দুঃখ পাঞা ।
আবদিন প্রভুবে কহে গঙ্গায লাগ পাঞা ৬০ ॥

## শব্দার্থ

আব—অতোপ্পা , একবিপ্র—ব্রাহ্মণ অমা , আইল—লাকখি , কীর্ত্তন দেখিতে—কীর্ত্তন যেংবা , দ্বাবে—থোঙদা , কবাট—থোংনা ( ঙাশল্লম্মী ) , না পাইল—ফংখিদে , ভিতবে—মনুংদা , যাইতে—চঙবা , ফিরি—হন্দুনা ,

গেলা—চৎখ্রে , ঘর—যূম , বিপ্র—ব্রাহ্মণত্থু , মনে—মপুক্তা , দুঃখ—নুংঙাইতবা , পাঞা—ফংত্থনা , আবদিন—অতোপ্পা নুমিৎ অমদা , প্রভুবে—প্রভুদা , কহে—হাযখি , গঙ্গায—গঙ্গাদা , লাগ—উনবা , পাঞা—ফংত্থনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পা ব্রাহ্মণ অমনা কীর্ত্তন যেংগে লাক্লম্মী । থোঙ থিংবা মরম্না মন্নঙদা চঙবা ফংখিদে । ব্রাহ্মণত্থু মপুক্তা নুংঙাইত-নুংঙাইতনা মযুম হনখি । মতুং নোংমা গঙ্গাদা প্রভুগা থেংনবদগী ব্রাহ্মণত্থনা প্রভুদা হাযখি ।

## মূল ৬১-৬২

শাপিব তোমারে মুঞি পাঞাছি মনোদুঃখ ।
পৈতা ছিণ্ডিযা শাপে প্রচণ্ড দুর্ম্মুখ ॥ ৬১ ॥
সংসার সুখ তোমার হউক বিনাশ ।
শাপ শুনি প্রভুর চিত্তে হইল উল্লাস ॥ ৬২ ॥

শব্দার্থ

শাপিব—শিবাপ তৌগনী , তোমারে—নঙোন্দা , মুঞি—ঐ , পাঞাছি—ফংলে , মনোদুঃখ—পুক্কীং-নুংঙাইতবা , পৈতা—লুগুণ , ছিণ্ডিযা থদৎতুনা , শাপে—শিবাপ তৌযি , প্রচণ্ড—শাউগনবা , দুর্ম্মুখ থোন্দাথীত্তনা , সংসারসুখ—যুম্নানবগী নুংঙাইবা , তোমার—নহাক্কী , হউক—ওইসনু , বিনাশ—মাঙবা , শাপ—শিবাপ , শুনি—নাকোঙনা তাবগা , প্রভুর—মহাপ্রভুগী , চিত্তে—থম্মোইদা , হইল—ওইখি , উল্লাস—হরাউবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রাহ্মণত্থনা প্রভুদা হাযখি )—"নঙবু শিবাপ তৌগনি ঐহাক পুক্কীঙদা নুংঙাইতে ।" অত্থন্দগী শাউগনবা থোন্দাথী ব্রাহ্মণত্থনা লুগুণ থদৎলগা শাপ তৌখি—"নহাক্কী যুম্নাল পুন্সীগী নুংঙাইবত্থু মাঙবা ওইসনু ।" মহাক্কী শাপ অত্থু নাকোঙনা তাবদা প্রভুগী থম্মোইদা হরাওখি ।

## চৈমরোল

ফনাগুম্বনা মরল মথুম পুম্নমক মাংথ্রবদি, অত্থুগা শেল ভাম্ববগী পাঙ্গলম্ভু

মাঙথ্রবদি, অতুগা মুপী অঙা, লৈজবা পুন্নমক্না অনা—আযেক তৌত্নুনা শেল-তানবা ঙমদ্রবদি নত্রগা শিথ্রবদি- মীতুগী সংসাব সুখ ভোগ তৌবদি ওইথোক্করে, অত্নুনা মহাক্কী হবাউনবগী মবম লৈত্রে। অতুবু মহাপ্রভুদি সংসাব সুখ ফংলবোই তাবদা হবাউরম্মী। মবমদি সংসাব-সুখ হাযবত্নুনা প্রভুগী মন চি বা ঙমদ্রবদি চিন্তা লৈতনা পুন্নী, লোইনা থিংজন্নুনা ভগবদ-ভজন তৌবা ঙম্লগনী। বাখলসি খনবা মবম্না ব্রাহ্মণগী শাপ তাবগা মহাপ্রভু যৌনা হবাউখি।

## মূল ৬৩

প্রভুব শাপবার্ত্তা যেই শুনে শ্রদ্ধাবান।

ব্রহ্মশাপ হৈতে তাব হয পবিত্রাণ ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুব—প্রভুগী, শাপবার্ত্তা—শাপকী বাসি, যেই—কনানো অমনা, শুনে—তাববা, শ্রদ্ধাবান—থাজবা যাওনা, ব্রহ্মশাপ হৈতে—ব্রাহ্মণা তৌবকপা শাপ্তগী, তাব—মাগী, হয়—ওই, পবিত্রাণ—লান্থোকপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুদা শাপ তৌখিবগী বাসি কনাগুম্বনা থাজবগা লোযননা শ্রবণ তৌববা, অদু ওইববদি মঙোন্দা ব্রহ্মশাপ চঙদ্রে।

## মূল ৬৪

মুকুন্দদত্তে কৈল দণ্ডপবসাদ।

খণ্ডিল তাহাব চিত্তেব সব অবসাদ ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

মুকুন্দদত্তে—শ্রীমুকুন্দদত্তদা, কৈল—তৌবিখি, দণ্ডপবসাদ—দণ্ড পীত্নুনা চানবীবা, খণ্ডিল—কোকহনখি, তাহাব—মহাক্কী, চিত্তেব—পুক্নীঙগী, সব পুম্বা, অবসাদ—অমকপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মুকুন্দদত্তদা দণ্ড পীত্নুনা চানবিখি। অত্নুদা মুকুন্দগী মপুক্নীংগী অমকপা পুন্নমক কোকখি।

### মৈনববোল

মুকুন্দদত্তদা প্রভুনা তৌবা দণ্ডগী বাদি ১/১২/৪১ পয়াবগী টীকাদা য়েংবিগদবা ওই।

### ম্য ৬৫—৬৭

আচার্য্য গোসাঞিরে প্রভু করে গুরুভক্তি।
তাহাতে আচার্য্য বড় হয় দুঃখ-মতি॥ ৬৫॥
ভঙ্গী করি জ্ঞান মার্গ করিল ব্যাখ্যান।
ক্রোধাবেশে প্রভু তারে কৈল অবজ্ঞান॥ ৬৬॥
তবে আচার্য্য গোসাঞির আনন্দ হইল।
লজ্জিত হইয়া প্রভু প্রসাদ করিল॥ ৬৭॥

### শব্দার্থ

আচার্য্য গোসাঞিরে—শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্যবু, প্রভু—প্রভুনা, করে—তৌযি, গুরুভক্তি—গুরুদা তৌগদবা ভক্তিদু তাহাতে—মতুদা, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা, বড় যাম্ন, হয়- ওই দুঃখ মতি—নুংঙাইতবা-বাখল-চেনবা, ভঙ্গী—তাং, করি—তৌদুনা, জ্ঞানমার্গ (নির্ব্বিশেষ বাদ), করিল ব্যাখ্যান- ব্যাখ্যা তৌখি, ক্রোধ আবেশে—শাউদুনা, প্রভু প্রভুনা, তারে—শ্রীঅদ্বৈতবু, কৈল অবজ্ঞান- শাস্তি পীখি, তবে—অদুদা, আচার্য্য গোসাঞির—শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুগী, আনন্দ—নুংঙাইবা, হইল—ওইখি, লজ্জিত—ঈকাইবা হইয়া—ওইদুনা, প্রভু—প্রভুনা, প্রসাদ করিল—চানবিখি।

### মৈতৈলোনদা ওন্দোকপা

প্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু গুরুজনগী মফমদা তৌবগুম ভক্তি তৌযি। মতুদা শ্রীঅদ্বৈতনা মপুক্কীওদা নুংঙাইতে। অদুনা তাং তৌদুনা আচায্যনা জ্ঞানমার্গ ব্যাখ্যা তৌদুনা (শিষ্যশিংদা তম্বাখি)। মতুদা প্রভুনা শাউরদুনা আচার্য্যবু শাস্তি পীখি। অদুদা আচার্য্য গোস্বামীনা হরাওজখি। মতৌদু উবদা প্রভুনা ঈকাইবদুনা অদ্বৈতবু চানবিখি।

### মৈনবোল

শ্রীঅদ্বৈতনা মপুক্কীওদা থল্লম্মী—প্রভুনা মপুক্কীওদা অদ্বৈতবু মনাইনী

হাযনা খল্লবদি অদ্বৈতনা অপবাধ তৌবা মতমদা প্রভুনা মঙোন্দা শাস্তি পীগনী। মতৌ অসুম্না খল্লগা প্রভুবু শাউহন্নবা হাযদুনা নোংমা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা মাগী শিষ্যশিংদা যোগ বাশিষ্ঠগী ব্যাখ্যা তৌবগা জ্ঞানমার্গনা অথোইবা মার্গনী হায়না তাক্লম্মী। ভক্তিনা অথোইবনী হাযবসি তাক্লগা ভক্তিধর্ম্ম প্রচাবগীদমক শ্রীঅদ্বৈতনা কৌবদগী প্রভুনা অবতাব তৌবকপনী। ভক্তি প্রচাব তৌনসিদা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুদি অথোইবা সহাযনী। অদুগুম্বা মহাত্মা ভক্তিমার্গদগী জ্ঞানমার্গনা হেন্না হাযবস্বদুদা প্রভু শাউখি। শাউমনখিদুনা জ্ঞানমার্গ ব্যাখ্যা তৌবিংঙেদুদা অদ্বৈতাচার্য্যবু প্রভুনা মতীক চাবা শাস্তি পীখি। প্রভুনা কিল থিন থিন্দনা আচার্য্যবু ইন্থুবম্মী। মদু উবদা অদ্বৈতগী গৃহিনী শ্রীসীতা ঠাকুবাণী ফাওবা কপ্পম্মী। অদ্বৈতাচার্য্যদি প্রভুগী মখুৎমকা শাস্তি পীবদা নুংঙাইখিবনা জগোই শ বম্মী। মদু প্রভুনা শাউবা হুন্থববা মতমদা উবন্দগী প্রভু ঈকাযবমখি। অদুদগী প্রভুনা তাক্পীখি, তিলার্দ্ধগী মতমদ লৈবস্তু অদ্বৈতদা চঙজববা জীবদুনা তীন-কাঙ, উচেক-বাইযা ওইববা ফাওবদা—মহাপ্রভুদা অপবাধ চামবক হন্না তৌববা যাওবদা জীবত্তবু প্রভু। চানবিগনী হাযবনিনী।

মূল ৬৮

মুবাবিগুপ্তমুখে শুনি বামগুণগ্রাম।
ললাটে লিখিল তাব বামদাস নাম ॥ ৬৮ ॥

**শব্দার্থ**

মুবাবিগুপ্তমুখে মুবাবিগুপ্তগী মচীন্দা, শুনি—নাকোঙনা তাদুনা, বামগুণগ্রাম—শ্রীবামচন্দ্রগী গুণ খিবিক, ললাটে—লাইবক্তা, লিখিল—ইবিখি, তাব—মাগী, রামদাস নাম—রামদাস ( বামগী মনাই ) হাযবা মিং।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীমুবাবিগুপ্তগী মচীন্দা শ্রীবামচন্দ্রগী গুণখিবিক তাবদগী প্রভুনা মবাইবক্তা বামদাস হাযনা মিং ইবিখি।

## ৌৈনমল্লোল

মমাঙগী লীলাদা শ্রীমুবারিগুপ্তসি হনুমান ওইবমী । অতুনা রামদাস—রামগী মনাই—হাযবদি হনুমানবু হাযবনী ।

## মূল ৬৯

শ্রীধবের লৌহপাত্রে কৈল জল পান ।

সমস্ত ভাক্তেরে দিল ইষ্টবরদান ।। ৬৯ ।।

## শব্দার্থ

শ্রীধবের—শ্রীধবগী , লৌহপাত্রে— যোংকী পাত্রদা , কৈল—তৌযি , জল পান—ঈশীঙ ফানবা , সমস্ত ভক্তেরে—ভক্তপুম্বদা দিল—পীখি , ইষ্টবর - অপাম্বা বর , দান—দান ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীধবগী যোংকী পাত্রদা হাপ্পা ঈশীঙ প্রভুনা ফানখি । ভক্ত পুম্নমক্না মানা মানা পামজবা বর পীনবিখি ।

## মূল ৭০

হবিদাস ঠাকুবেরে কবিল প্রসাদ ।

আচার্য্য-স্থানে মাতার খণ্ডাইল অপবাধ ।। ৭০ ।।

## শব্দার্থ

হবিদাস ঠাকুবেরে—হবিদাস ঠাকুববু , কবিল প্রসাদ—চানবিখি , আচার্য্য-স্থানে—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মফমদা , মাতার—মমা শচীদেবীগী , খণ্ডাইল—কোকপিখি , অপবাধ—মবাল ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীহবিদাস ঠাকুববু চান্‌বিখি । শচীমাতানা অদ্বৈতাচার্যদা তৌখিবা অপরাধ কোকপিখি ।

## ৌৈনমল্লোল

মহাপ্রকাশগী মতমদা প্রভুনা কৌবগা হায়বমী—"হরিদাস, ঐবু

যেংঙঙু । ঐগী হকচাঙদগী নঙনা গুণ লৈবা তেল্লী । যবনশিংনা নঙবু চৈথাহনা ফুবা মতমদা মখোয় লোইনমকপু লোইশল্লগে হাযহনা বৈকুণ্ঠদগী চক্র পাযহনা কুমথবকপনী , অদুবু নঙনা মখোয়গী মঙ্গল ওইনবা থন্দুনা লৈবম্মী, মদুদা ঐনা মখোযবু হাৎপা ঙমখিদে। মতমদুদা ঐনা নঙগী নঙ্গল মথন্দা উপ্তুনা নঙোন্দা ফুবকপা চৈশিংদু ঐগী নঙগন্দা তাহনখি । হৌজিক ফাওবা ঐগী নঙগন্দা চৈফম লৈ । হবিদাস, নঙগী অৱাবদু যেংবদা খাঙঙমক্রদুনা ঐ থুনমক অবতাব তৌবা তাখিবনী ।" প্রভুগী নুংশি-য়ারা তাবদা হবিদাস বাস্তবম্মী, কোন্থংদা প্রভুগী বাহৈনা জ্ঞান তাবক্নবা মতমদা প্রভুগী গুণ নীঙশিং নীঙশিংনা হবিদাস কপ্লম্মী । মমৈদা প্রভুগী খোঙদা মহাক্না প্রার্থনা তৌজখি—"শচীনন্দন বাপ । কৃপা কব মোবে। কুকুব কবিযা মোবে বাখ ভক্তঘাবে । —শচীগী মচাবুঙো, ঐবু চানবিযু । ঐবু হূই ওইনা ভক্তগী মযুমদা থম্বিযু ।" প্রভুনা পেল্লদুনা হাযখিখি— 'হবিদাস, তিলার্দ্ধমতমদং নঙগা বাঙাংনবা মী, নোংমতং নহাক্কা লৈমিন্নবা মী, মখোযদু, লেপ্পমক ঐবু যংগনী । ঐগী অমদি বৈষ্ণব পূম্বগী মফমদা অপরাধ তৌদবা মবন্না নঙোন্দা ঐনা ভক্তি দান তৌববনী ।" মতৌ অসুম্না প্রভুনা হবিদাস ঠাকুববু চানবিখি ।

মহাপ্রভুগী মহাপ্রকাশ ঙৈবা নুমিত্তা প্রভুনা শচীমাতাদা কৃষ্ণপ্রেম পীবমদে, মবমদি শচীমাতানা শ্রীঅদ্বৈতগী মফমদা অপবাধ তৌবম্মী। মহাপ্রভুগী মযাম্বং বিশ্বৰূপতু মতম পূম্বদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মনাক্তা হেক হেক চৎলী । বিশ্বৰূপ-না সন্ন্যাস লৌবা মতমদা শচীমাতানা খনখি, মচানুপানা লম্বোইবদু শ্রীঅদ্বৈতগী পাউতাক্তা ওইবমগনী । অদুদগী মহাপ্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতগা তিন্নবম্বদুদা নিমাইসু বিশ্বৰূপকুম লম্বোইগে হাযববনী হাযনা শচীমাতানা শ্রীঅদ্বৈতবু চিংনখি অমসুং নুঙাইবমদে। মসিনী শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মফমদা শচীমাতানা তৌরম্বা অপবাধদি । অদুনা মহাপ্রভুনা হাযখি—শচীমাতানা শ্রীঅদ্বৈতগী পদধূলি লৌরগদি মরাল কোক্লনী অদুগা মহাক প্রেম যংগনী। শচীমাতানা পদধুলি লৌবা লেঙখিবদা শ্রীঅদ্বৈতনা পীদে । শচীমাতা কন্নানো হায়বা মগুণ কবিনো হায়বদু অসুম হাযথবকপদা শ্রীঅদ্বৈত আবেশদা জ্ঞান মাঙখিবম্মী, মতম অদুদা মহাকপু খঙহন্দনা শচীমাতানা পদধূলি লৌখি । মতৌ অসুম্না অপবাধ কোক্লবদা শচীমাতাগী দেহদা শ্রীকৃষ্ণপ্রেমগী খুদম পূন্নমক ফাউরকখি ।

## মূল ৭১

ভক্তগণে প্রভু নাম মহিমা কহিল।
শুনি এক পঢ়ুয়া তাহা অর্থবাদ কৈল ॥ ৭২ ॥

### শব্দার্থ

ভক্তগণে—ভক্তশিংদা, প্রভু—প্রভুনা, নাম—হরিনামগী, মহিমা—মতীক্ মঙ্গল, কহিল—তাক্লম্মী, শুনি—নাকোঙনা তারগা, এক পঢ়ুয়া—পডোৱান অমনা, তাহা—মত্থু, অর্থবাদ—হেনজন্না থাগৎপা ৱানী, কৈল—হাযবম্মী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগী মফমদা হরিনামগী মহিমা তাক্লম্মী। মত্থু তারগা পডোৱান অমনা মহিমাত্থু হেনজনা হাযজিন্বা থাগৎপনী হাযবম্মী।

### নৈনরোল

অর্থবাদ—যাম্না হেনজন্না থাগৎপগী বা। হরিনামগী মহিমাগী মতাঙদা প্রভুনা হাযবম্বদো যাম্না হেঙ্গৎনা থাগৎলগা হাযবা বানী—তশেংবা হাযবা তাববদি মহিমা অত্থুক যৌবদি ঙম্মোই—অসুন্না হাযবা বাহৈবু অর্থবাদ কৌযি। হরিনামদা অর্থবাদ শাগৎপদি নামাপরাধ অমনী।

## মূল ৭২

নামে স্তুতিবাদ শুনি প্রভুর হৈল দুঃখ।
সভে নিষেধিল—ইহার না দেখিহ মুখ ॥ ৭২ ॥

### শব্দার্থ

নামে—হরিনামদা, স্তুতিবাদ—অর্থবাদ, নাম-মাহাত্ম্যবু কা-হেন্বা মথাগৎনী হাযবা পুক্লুংদা খনবগী বা, শুনি—তাবগা, প্রভুর—প্রভুগী হৈল—ওইখি, দুঃখ—ৱাবা, সভে—মী পুম্নমক্তা, নিষেধিল—থিংখী, ইহার—মহাক্কী (পডোৱান্দুগী), না দেখিহ—যেংগনু, মুখ—মশক।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরি নামগী মাহাত্ম্যবু কাহেন্জনবা মথাগৎনী হাযবা (পডোৱান

অমগী ) রাহু তাবগা প্রভুগী পুক্নীঙ ঙ্গুংঙাইরমদে। অহুনা প্রভুনা খ্বায-পূম্বদা হাযখিরম্মী—"মাগী ( পডোবানহুগী ) মশক যেংগনু।"

**মূল ৭৩**

সগণে সচেলে যাঞা কৈল গঙ্গাস্নান।
ভক্তির মহিমা তাহাঁ কবিল ব্যাখ্যান॥ ৭৩॥

**শব্দার্থ**

সগণে—গণগা ( লোযনবা মীশিংগা ) লোযননা, সচেলে—চেলা-শিংগা ( পডোবানশিংগা ) লোযননা, যাঞা—লেঙহুনা, কৈল—তৌখি, গঙ্গাস্নান—গঙ্গাদা চাইথবা, ভক্তির মহিমা—ভক্তিগী মহিমা, তাহাঁ—মফমদা　কবিল ব্যাখ্যান— ব্যাখ্যা তৌখি।

**নৈনরোল**

নাম-মাহাত্ম্যদা অর্থবাদ কল্পনা তৌবদি অপবাধ ওই মহু কযামুক চাউবা অপবাধনো হাযবহু উৎকে হাযবগীদমক প্রভুনা মযামদা নাম-অপবাধীগী মশক যেংইহেদে হাযবম্মী, অহুগা নামাপবাধীগী মশক যেংলুববদি শেংলম্বা ফিহু হোংদোক্তবমখৈ গঙ্গাস্নান তৌহুনা শেংদোকদবনী ( পবিত্র ওইগদবনী ) হাযনা ব্যবস্থা তৌখি।

**মূল ৭৪**

জ্ঞান কর্ম্ম যোগ ধর্ম্মে নহে বশ।
কৃষ্ণবশ-হেতু এক প্রেমভক্তি বস॥ ৭৪॥

**শব্দার্থ**

জ্ঞান কর্ম্ম যোগ ধর্ম্মে—জ্ঞানমার্গ, কর্ম্মমার্গ, যোগমার্গ সাধন তৌবনা, নহে—ওইদে, কৃষ্ণবশ—কৃষ্ণবু যাহনবা, কৃষ্ণ ফংবা, কৃষ্ণবশ-হেতু—কৃষ্ণবশ ওইনবা মবমদি, এক—অমতা-ঙায়বা, প্রেমভক্তিবস—প্রেম-ভক্তিগী ( নুংশিনা ভক্তি তৌবগী ) মশক ওইবা বস।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

জ্ঞানমার্গ, কর্ম্মমার্গ, অমদি যোগমার্গগী সাধনধর্ম্মনা কৃষ্ণ ফংবগী উপায় নত্তে। কৃষ্ণবু বশ তৌগে হায়বগী উপাযদি প্রেমভক্তিবস অসিতনী।

### শৈনৱোল

শ্রীকৃষ্ণদি রসিক মকোক্নী, ভক্তগী প্রেমরসকী মচিত্থু মহাও তংনিংবনা খোযরাংত্থনা লৈ, প্রেমরসগী মচিত্থুতনা কৃষ্ণবু বশ তৌবা ঙম্মী, ভক্তিমার্গ-তনা শ্রীকৃষ্ণবু বশ তৌবগী মতীকচাবা প্রেমভক্তি হাযবত্থু ফংননবা অমতা ঙাযবা সাধন-নী। জ্ঞানমার্গ, কর্ম্মমার্গ, অত্থুগা যোগমার্গনা প্রেমভক্তি অত্থু ফংবা য়াদে, মরমত্থুনা শ্রীকৃষ্ণবু বশ তৌবা (খুত্থুম চনবা) ঙমদে। কনাগুম্বনা মছাগী ইচ্ছা মতৃং ইন্না শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌত্থুনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা তৌবতনা শ্রীকৃষ্ণবু বশ তৌবগী পান্দম্নী।

### মূল ৭৫

ন সাধযতি মাং যোগো ন সাঙ্খ্যং ধর্ম্ম উদ্ধব।
ন স্বাধ্যাযস্তপস্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জ্জিতা ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

ন সাধযতি—পাঙথোক্লে, বশ তৌবা ঙমদে, মাম—ঐবু, যোগঃ—যোগনা, ন সাঙ্খ্যং—সাংখ্যনা ঙমদে, (ন) ধর্ম্মং—ধর্ম্মনস্থু (ঙমদে), উদ্ধব—হে উদ্ধব, ন স্বাধ্যাযঃ—বেদ হৈবনস্থু ঙমদে, (ন) তপ—তপ তৌবনস্থু ঙমদে, (ন) ত্যাগ—সন্ন্যাস-নস্থু ঙমদে, যথা—মওংদা, গুম্না, ভক্তি—ভক্তিনা, মম—ঐগী, উর্জ্জিতা—অচেৎপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে উদ্ধব, ঐগী ইযমদা তৌবা অচেৎপা ভক্তিগুম্না যোগ, সাংখ্য ধর্ম্ম বেদ হৈবা, তপ, অমদি সন্ন্যাসনা ঐবু বশ তৌবা ঙমদে।

### শৈনৱোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোকপনী ( ১১/১৪/২০ )।

### মূল ৭৬

মুরারিকে কহে—তুমি কৃষ্ণ বশ কৈলা।
শুনিযা মুরারি শ্লোক পঢ়িতে লাগিলা ॥ ৭৬ ॥

### শব্দার্থ

মুরারিকে—মুরারিদা, কহে—হায, তুমি—নঙদি, কৃষ্ণ—কৃষ্ণবু,

বশ কৈল—ফংলবনী, শুনিয়া—( মহু ) তাৱগা, মুৱারি—মুৱাৱিনা, শ্লোক—শ্লোক, পঢ়িতে—পাবা, থীবা, লাগিলা—হৌখি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মুরারিদা হায়রম্মী—"নঙদি কৃষ্ণবু বশ তৌবরনী।" মহু তাৱদা মুৱারিনা শ্লোক থীবা হৌখি।

### মূল ৭৭

ক্বাহং দরিদ্রঃ পাপীযান ক্ব কৃষ্ণঃ শ্রীনিকেতন।

ব্রহ্মবন্ধুরিতি স্মাহং বাহুভ্যাম্ পরিরম্ভিত ॥ ৭৭ ॥

#### শব্দার্থ

ক্ব—কদায, অহং—ঐ, দরিদ্র—শেল্লৈতবা, লাইংবা, পাপীযান—পাপী, ক্ব—কদায, কৃষ্ণ—কৃষ্ণ, শ্রীনিকেতন—লক্ষ্মীগী তুঙযম, ব্রহ্মবন্ধু—অতোনবা ব্রাহ্মণ, ইতি—মহু, স্ম—অঙকপা ফোঙদোকপগী শব্দ, আঃ, অহং—ঐ, বাহুভ্যাম—পাম্বোম্না, পরিরম্ভিত—কোনবিবা ওইরবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীদাম বিপ্রনা হায়রম্মী—"আ, ঙেস্তোক্লা ঙকযিদা। কদায ঐদি লক্ষ্মী-চেন্দবা লাইরবা পাপীনী অমনা কদায লক্ষ্মীগী তুঙযম ওইবা শ্রীকৃষ্ণনী। ঐবু ব্রহ্মবন্ধুনী হায়দুনা মপাম্বোম্না কোন্বিরি।

#### তৈনবরোল

শ্রীদাম-বিপ্র নহা ওইরিবৈ-দা শ্রীকৃষ্ণগী সখা ওইরম্মী, মখোয়নী লাইরীক তম্মিন্নরপনী, শাস্ত্রমিন্নবকপনী অহুনা মখোয়নী যম্না যাম্না ঙংশিনা চাম্নৈ। তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাগী অধিপতি ওইবা মতমদা শ্রীদামদি লায়রবনা ত্রং-ত্রং চিংশিল্লম্মী। শেল থোকমন্দবনা থাঙবা ঙম্লক্রুহুনা মাগী লুপীনা নোংমা হায়রম্মী—"শ্রীকৃষ্ণহু নহাক্কীদি নহা ওইরিবৈগী মরূপনী, হৌজিক মহাক্তি দ্বারকাগী সিংথৌ ওইবে। নঙ অমুক্ক মহাক্কা উনকদনা, মহাক উনরগদি মতেং শিন্না ওইরগনু তৌবিবকপা য়াই।' লুপীগী রা তাবগা শ্রীদাম দ্বারকাদা পাংথিরম্মী। মরূপ উনবনী হায়দুনা য়াম্না

কুইববা তুংদা চংকদোরিবনী ; মরূপনি হায়রূনা কবি উপহাব ( খুদোন-পোং ) পীকগনী ? যুমদস্তু কবিমতা লৈতে। অতুদা ব্রাহ্মণীনা যুম্মান্নবদগী চেঙ পাক খুবাম মবিদং লৌরুবগা পীববে , শ্রীদাম-বিপ্রনা চেঙপাক্তু ফিডেং অমদা যোমশল্লগা পুবে। দ্বাবকা যৌবগা মফমতুগী ঐশ্বর্য্য উবদা ঙক্লতুনা চেঙপাক মযোমতু শেগ্রাক্তা লোংলম্মী। থরাই তনীক-তনীরা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা থুংলগা উকবে—শ্রীকৃষ্ণ রুক্মিণী-দেবীগী শঙগাইদা ফজবরা ফমুংদা ফমতুনা লৈবম্মী। শ্রীদামবু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙখৎলগা থোবক্তুনা শ্রীদামবু খুৎ-অনীনা কোনখি অতুগা ফমুংদা ফমহনখি। হৌনবী সংকাব তৌবা লোইবগা রুক্মিণী দেবীনা মখোন্দা চামব থৌগন তৌখি। অন্তর্য্যামী শ্রীকৃষ্ণনা চেঙপাক মযোমতুগী বা খঙলম্মা , মবমতুনা শ্রীদামদা হাযখি—“মরূপ, ঐগীদমক কবি পুববযি, পীবাদনা।” শ্রীদামদি ইকাযবনা যামা হঙ্গোইনা তুফক-তুফাই চল্লম্মী। ঐশ্বর্য্য অস্পূক যাম্বগী মপু, লক্ষ্মীদেবীনা মাগী পাদসেবা তৌবিবা, ভাবতকী নিংথৌ পূম্বনা মাগী কৃপা-মিংথেং ঙাইতুনা লৈবিবা, অতুগুম্বা মহাক্কী খুত্তা চিডা খুভাম অমখক্তং কবম হাযনা পীগদগে ? অদুনা মহাক চেঙপাক অতু পুথোকপা ঙমদে, শ্রীকৃষ্ণনা খঙদনবা হাযতুনা চেঙপাক-চপ্পা শেগ্রাক্তু অমূক হেন্না চপশল্লম্মী। কৃষ্ণে-হৈবা শ্রীকৃষ্ণ ব্রাহ্মণগী শেগ্রাক্তগী চেঙপাক মযোমতু চিংথোক্লগা চেঙপাক হাবা হৌখি— ভক্তনা নুংশিনা পুবকপা পোৎপু মহাক্কী মহাও তংদবমথৈ লৈথোকপা ঙম্ববা ? শ্রীদামগী চেঙপাক খুবাম অমগা লোয়নবা প্রীতিতুগা চাংদম্নবদা পৃথিবী পূম্বগী বাজৈশ্বর্য্য ফাওবা কবিস্তু-লৈতবা পোৎনী।

অতুবু শ্রীদামগী প্রেম্না শ্রীকৃষ্ণব বশ তৌখিবা মবম্না শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু আলিঙ্গন তৌবিখি অমস্তুং মাগী চেঙপাক হাবিখি। শ্রীকৃষ্ণদা প্রীতি লৈবা মীগী হৌনবীতু শ্রীদামগীস্তু ঐখি। শ্রীকৃষ্ণপ্রীতি অতুক্কী মতীক লেবগা লোযননা ভক্তনা অতুক্কী মতীক মছাবু দীন-হীন ওই হাযনা খল্লী অমস্তুং অতুক্কী মতীক মছাবু মতীক চাদবনী হাযনা লৌজে। শ্রীদামগীস্তু অতুমক ওইবে , মবমতুনা শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু কোনবীবতুদা মহাক ঙকপনা লোইখি। মহাক্কা মথস্তা মবূক্কুংদা খনখি—“কযাদা ঙকপ্রবনো ? ঐদি লাইরক-থীবা লাযববা অতুগা চবা হেন্দুনতা লৈববা মহাপাপীনী , অমম্মোমদনা শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্নী , কদায় মাগা ঐগা কযাদা থেন্নরবী ।” অতুম ওইমমক মহাক্না ঐবু কোনবী, অশিবু ঙক্লডাই নত্তবা ? মহাক্না ঐবু কোননবিবদি ঐনা ব্রহ্মবন্ধু ওইববস্তু ব্রাহ্মণগী ইমুংদা পোকপনী হাযবগী ওইরবা তাই ।

তশেংবদি ভক্তবু চান্বীহৈবা [illegible] মথা পোনখিবনা শ্রীকৃষ্ণনা পরম-ভক্ত শ্রীদামবু কোয়নবীবনি, অদুবু শ্রীদামদি ভক্তনা হায়না অভিমান তৌদবা মহাক্না দৈন্য ভাবতগী মহাক্না খনখিবদি মহাকপু শ্রীকৃষ্ণনা আলিঙ্গন তৌবগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ত-বৎসল ওইবনা নত্তে মহাক্না ব্রাহ্মণগী ইমুংদা পোক্ল-বনী হায়বা অসিনী।

মুরারিগুপ্তদা শ্রীকৃষ্ণনা 'মুরারি, নঙ শ্রীকৃষ্ণবু বশ তৌরে।" হায়না হায়খিবা মতমদা মুরারিনা নৈনবিবা ভাগবতমগী শ্লোকসি থীখিবনী। মসিনা তাকপদি অসিনী—ভক্তি লৈমনখিবনা দৈন্যভাব পোকপদগী শ্রীদাম বিপ্রনা মছাবু শ্রীকৃষ্ণনা আলিঙ্গন তৌবদা মতৌক-চাদবনী খল্লবগুম মুরারিগুপ্তসু ভক্তিদগী পোকপা দৈন্যভাব লৌখিবা মবন্না মছাবু শ্রীকৃষ্ণবু বশ তৌবদা মতৌক চাবা পোং নত্তে হায়না খনখি।

নৈনবিবা শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগীনী ( ১০/৮১/১৬ )।

## মূল ৭৮

একদিন প্রভু সব ভক্তগণ লৈয়া।
সঙ্কীর্ত্তন করি বৈসে শ্রমযুক্ত হৈয়া ॥ ৭৮ ॥

### শব্দার্থ

একদিন—নোংমা, প্রভু—মহাপ্রভু, সব—লোইনমক, ভক্তগণ—ভক্তশিং, লৈয়া—লোয়ননা, সঙ্কীর্ত্তন করি—সঙ্কীর্ত্তন তৌবগা, বৈসে—ফম্মী, শ্রমযুক্ত হৈয়া—বারহুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা প্রভুনা ভক্তশিং পুম্নমক্কা লোয়ননা সঙ্কীর্ত্তন তৌবগা বারহুনা ফম্মখি।

## মূল ৭৯-৮০

এক আম্রবীজ প্রভু অঙ্গনে রোপিল।
তৎক্ষণে জন্মিল বৃক্ষ বাড়িতে লাগিল ॥ ৭৯ ॥
দেখিতে দেখিতে বৃক্ষ হইল ফলিত।
পাকিল অনেক ফল—সভেই বিস্মিত ॥ ৮০ ॥

## শব্দার্থ

এক—অমা, আম্রবীজ—হৈনৌ মরূ, প্রভু—প্রভুনা, অঙ্গনে—মাঙ্গোন্দা, রোপিল—থাখি, তৎক্ষণে—খুদক্তা, জন্মিল—হৌখি, বৃক্ষ—পাম্বী, বাড়িতে—চাউখৎলকপা, লাগিল—হৌবকখি, দেখিতে দেখিতে—উনা উনা, বৃক্ষ—পাম্বী, ফলিত—মহৈ পানখি, পাকিল—যুল্লম্মী, অনেক-ফল—উহৈ অযাম্বা, সভেই—পুম্নমক, বিস্মিত—ঙকখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ময়াম পোথাবিঙৈদা) প্রভুনা হৈনৌ মরূ অমা মাঙ্গোন্দা ফুমহল্লনা থারম্মী। খুদক্কুন্দা পাম্বী চোংখৎলক্তুনা হয় হয় চাউবম্মী। যেংনা যেংনা পাম্বীদা মহৈ পাল্লক্খি। উহৈ অয়াম্বা মুল্লম্মী। (মতু উবদা) মী পুম্নমক ঙকখি।

## মূল ৮১-৮২

শত দুই ফল প্রভু শীঘ্র পাড়াইল।
প্রক্ষালন করি কৃষ্ণে ভোগ লাগাইল ॥ ৮১ ॥
রক্ত-পীত-বর্ণ, নাহি অষ্ট্যংশ—বল্কল।
একজনের উদর পূরে এক ফল ॥ ৮২ ॥

## শব্দার্থ

শত—চামা, দুই—অনী, (শত দুই—চনী), ফল—হৈ, প্রভু—প্রভুনা, শীঘ্র—থুনমক, পাড়াইল—হেবহনখি, প্রক্ষালন করি—চামথোক্লগা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণদা, ভোগ লাগাইল—হানবা কংখি, রক্ত-পীত-বর্ণ—অঙাঙবা অমসুং নাপূ মচুগী, নাহি—যাওদে, অষ্টি—মরূ, অংশ—মশিং, বল্কল—মকু, একজনের—মী অমগী, উদর—পূক্, পুরে—থল্লী, খাইলে—চারবদি, এক ফল—হৈ অমা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হৈ চনীথক থুনমক হেকহনখি, চাম্থোক্লগা কৃষ্ণদা ভোগ কংখি। হৈশিংদু অঙাঙব-নাপু-মচুগীনী, মরূ, মশিং, মকু য়াওরমদে। হৈ অময়ম চারবদি মী অমগী পূক থল্লী।

## মূল ৮৩

দেখিয়া সন্তুষ্ট হৈল শচীর নন্দন।

সভাকে খাওয়াইল আগে করিয়া ভক্ষণ ॥ ৮৩ ॥

### শব্দার্থ

দেখিয়া—উবগা, সন্তুষ্ট—পেমবা, হৈল—ওইখি, শচীর নন্দন—শচীগী মচাবুংঙো, সভাকে—মী পুম্বদা, খাওয়াইল—পীজখি, আগে—হান্নবা, করিয়া ভক্ষণ—চাবগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উবগা শচীগী মজাবুংঙো পেমখি। প্রভুনা হান্না হাবগা মযাম পুম্বদা শ্রীকৃষ্ণ-প্রসাদী খুলহনখি।

## মূল ৮৪-৮৫

অষ্টাংশ-বল্কল নাহি অমৃতরসময়।

এক ফল খাইলে রসে উদর পূরয় ॥ ৮৪ ॥

এইমত প্রতিদিন ফলে, বারমাস।

বৈষ্ণব খায়েন ফল প্রভুর উল্লাস ॥ ৮৫ ॥

### শব্দার্থ

অষ্টি-অংশ-বল্কল—মরু-মশিং-মকু, নাহি—যাওদে, অমৃতরসময়—অমৃতগুম্বা অহাওবা রস-না থনবা, এক ফল—হৈ অমা, খাইলে—চাববদি, রসে—রসনা, উদর—পূক, পূরয়—থল্লী, এইমত—মতৌ অসুম্না, প্রতিদিন—নুমীৎ খুদিংগী, ফলে—হৈ পাল্লী, বারমাস—থা তরানীথোই, বৈষ্ণবে—বৈষ্ণবনা, খায়েন—চাব, ফল—হৈ, প্রভুর—প্রভুগী, উল্লাস—নুংঙাইবা (ওই)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৈনৌশিংস্তু মরু-মশিং-মকু পাল্লমদে, মহাওনা অমৃতগী রসনা থনবনী। হৈ অমা চাববদি রসহনা পূক থল্লী। মতৌ অসুম নুমীৎ খুদিংগী থা তরানীথোই চুপ্পা হৈ পাল্লী। বৈষ্ণবশিংনা উহৈন্তু খুল্লমী। মসুদা প্রভুনা হরাওখি।

### নৈনরোল

হাযবিবা হৈনৌ পাম্বীসিদা থা-তবানীথোই হাযবদি চহী অমা চূপ্পা মুমীৎ খুদিংগী হৈ পানখি। মুমীৎ খুদিংগী কীর্ত্তন লোইবগা প্রভুনা ভক্ত-শিংগা লোযননা হৈনৌ খূল্লম্মী। অদুবু ভক্তশিং নত্তনা কনামতনা হৈনৌ পাম্বীসু উবমদে, হৈনৌসু চাদে অদুগা মযামগা হৈনৌ চাবগী রাসু খঙ-লমদে। হায়বিবা হৈনৌসে প্রাকৃত নত্তে, অপ্রাকৃতনী। প্রাকৃত হৈনৌদদি মরূ-মশিং-মকু লোইনা পাল্লী। ভক্তশিংদা শুদ্ধসত্ত্ব ওইবরুবা মতমদা মখোযগী ইন্দ্রি পুম্বা শুদ্ধ সত্ত্বনা থল্লী, মবমদুনা মখোযনা শুদ্ধসত্ত্বগী ভগবদ্ধামগী লীলা পুম্বা দর্শন তৌবা ঙম্মী। অতোপ্পা প্রাকৃত ওইবা মিৎকী মতেঙনা লীলাশিংসে উবা ঙমদে।

### মূল ৮৬

এই সব লীলা কারে শচীর নন্দন।
অন্য লোক নাহি জানে—বিনা ভক্তগণ ॥ ৮৬ ॥

### শব্দার্থ

এই সব লীলা—লীলা পুম্বসি, করে—তৌযি, শচীর নন্দন—শচীগী মজাবুঙো, অন্য—অতোপ্পা, লোক—মীনা, নাহি জানে—খঙদে বিনা—নত্তনা, ভক্তগণ—ভক্তশিং।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীগী মজাবুঙো গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা হাযবিবা লীলা পুম্বসি শান্নে। ভক্তশিং নত্তবা অতৈনা লীলা শান্নবসি খঙদে।

### মূল ৮৭

এই মত বারমাস কীর্ত্তন-অবসানে।
আম্র-মহোৎসব প্রভু করে দিনে দিনে ॥ ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না, বারমাস—থা তবানীথোই, কীর্ত্তন-অবসানে—কীর্ত্তন লোয়রগা, আম্র মহোৎসব—হৈনৌগী মহোৎসব, প্রভু—প্রভুনা, করে—তৌযি, দিনে দিনে—মুমিৎ খুদিংগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না থা-তরান্নীথোই চুপ্পা সুমিৎ খুদিংগী কীর্ত্তন লোযবগা হৈনৌগী মহোৎসবসি তৌয়ি।

মূল ৮৮

কীর্ত্তন করিতে প্রভু আইল মেঘগণ।

আপন ইচ্ছায় কৈল মেঘনিবারণ ॥ ৮৮ ॥

শব্দার্থ

কীর্ত্তন করিতে—কীর্ত্তন তৌবি৔দা, প্রভু—প্রভুনা, আইল—লাকৃখি, মেঘগণ—নোংমযাম, আপন ইচ্ছায়—মশামক্কী ইচ্ছানা, কৈল—তৌখি, মেঘ-নিবারণ—নোংবু খাম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা কীর্ত্তন তৌবি৔দা নোংযাম লাকুনা মংখি। প্রভুনা খামগে নীওবগা নো খামখি।

মূল ৮৯-৯০

একদিন প্রভু শ্রীবাসেরে আজ্ঞা দিল।

বৃহৎ সহস্রনাম পড—শুনিতে মন হৈল ॥ ৮৯ ॥

পড়িতে আইল স্তবে নৃসিংহের নাম।

শুনিয়া আবিষ্ট হৈল প্রভু গৌরধাম ॥ ৯০ ॥

শব্দার্থ

একদিন—নোংমা, প্রভু—প্রভুনা, শ্রীবাসেরে—শ্রীবাসদা, আজ্ঞা যাথং, দিল—পীখি, বৃহৎসহস্রনাম—মহাভারতকী মনুংদা য়াওবা বিষ্ণু-সহস্রনাম, পড—পাঠ তৌ, শুনিতে—তাননবা, মন—পুক্নীং, হৈল—ওইরে, পড়িতে—পাঠ তৌবদা, আইল—লাকখি, স্তবে—স্তবতা, নৃসিংহের—নৃসিংহগী, নাম—মিং, শুনিয়া—তাবগা, আবিষ্ট হৈল—(নরসিংহগী ভাব-তা) চংখি, প্রভু গৌরধাম—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লপা

নোংমা প্রভুনা শ্রীবাসদা যাথং তাউথখি—"বিষ্ণুসহস্রনাম পাঠ তৌ, ঐহাক তানীগলে।" পাঠ তৌবকপদা স্তবকী মনুঙদা নরসিংহগী-নাম পল্লকপদা নরসিংহগী ভাব-তা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু চঙখি।

## মুল ৯১

নৃসিংহ-আবেশে প্রভু হাতে গদা লৈয়া।

পাষণ্ডী মারিতে যায় নগরে ধাইয়া॥ ৯১ ॥

### শব্দার্থ

নৃসিংহ-আবেশে—নরসিংহগী ভাব-তা চঙলবদা, প্রভু—প্রভুনা, হাতে—খুত্তা, গদা—গদা, লৈয়া—পাযদুনা, পাষণ্ডী—পাষণ্ডীবু, মারিতে—হাৎপা, যায—চৎলী, নগরে—নগরদা, ধাইয়া—চেন্থাক্লুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নরসিংহগী ভাব-তা চঙখিদুনা প্রভুনা খুত্তা গদা পাযরগা পাষণ্ডীবু হাৎকে হায়না নগর মনুংদা চেন্থোকখি।

## মুল ৯২

নৃসিংহ-আবেশ দেখি মহাতেজোময়।

পথ ছাড়ি ভাগে লোক পাঞা বড ভয়॥ ৯২ ॥

### শব্দার্থ

নৃসিংহ-আবেশ—নরসিংহগী ভাব-তা চঙবদু, দেখি—উরগা, মহা তেজোময়—মঙাল অচৌবা অমগা লোয়নবা, পথ—লম্বেল, ছাড়ি—থাদোক্লুনা, ভাগে—চেল্লী, লোক—মীয়াম্না, পাঞা—ফংদুনা, বড—অচৌবা, ভয়—অকিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অওকপা মঙাল (জ্যোতিঃ) অমগা লোয়নবা নরসিংহ-আবেশ উরদা মীয়াম্না অয়াম্না কিবদুনা লম্বেল থাদোক্লগা চেম্নখী।

মূল ৯৩-৯৪

লোকভয় দেখি প্রভুর বাহ্য হইল ।
শ্রীবাসের গৃহে যাঞা গদা ফেলাইল ॥ ৯৩ ॥
শ্রীবাসেরে কহে প্রভু করিয়া বিষাদ ।
লোক ভয় পাইল, মোর হৈল অপরাধ ॥ ৯৪ ॥

**শব্দার্থ**

লোকভয়—মীয়াম্না কিবা , দেখি—উবদা , প্রভুর—প্রভুগী বাহ্য—মপানগী পোংখঙবা , হৈল—ওইখি , শ্রীবাসের—শ্রীবাসগী , গৃহে—যুমদা , যাঞা—চৎলগা , গদা—গদা , ফেলাইল—লংশেল্লম্মী শ্রীবাসেরে—শ্রীবাসদা , কহে—হায প্রভু—প্রভুনা , করিয়া বিষাদ—নুংঙাইত্রতুনা , লোক—মীনা , ভয় পাইল—কিরে , মোর—ঐগী , হৈল অপরাধ—অপরাধ ওরে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীনা কিনবঙ্গী উবদা প্রভুগী বাহ্য জ্ঞান ওইবম্মী অদুদগী শ্রীবাসগী যুমদা লেঙলগা গদা লংশেল্লুই । অদুগা শ্রীবাসদা প্রভুনা পূর্ণাঙ নুংঙাইতনা হায়বম্মী—মীনা যাম্না কিরবে, মখোয়গী মফমদা ঐগী অপরাধ ওইবেদো ।

মূল ৯৫-৯৬

শ্রীবাস বোলেন—যে তোমার নাম লয় ।
তার কোটি অপরাধ সব ক্ষয় হয় ॥ ৯৫ ॥
অপরাধ নাহি, কৈলে লোকের নিস্তার ।
যে তোমা দেখিল তার ছুটিল সংসার ॥ ৯৬ ॥

**শব্দার্থ**

শ্রীবাস—শ্রীবাসনা , বোলেন—হায , যে—মহাক , তোমার—নঙগী , নাম মিংলেন , লয়—লৌযি , তার—মহাক্কী , কোটি অপরাধ—অপরাধ কোটি , সব পুম্বা , ক্ষয় তুম্বা, কোকপা ; হয়—ওই , অপরাধ নাহি—অপরাধ লৈতে , কৈলে—( নঙনা ) তৌখিবনী , লোকের—মীশিংগী , নিস্তার লানথীবা , যে—মহাক , তোমা নঙবু , দেখিল—উরে , তার—মাগী , ছুটিল—চৈনত্রে , সংসার সংসারনা পুনবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাসনা প্রভুদা খুম্নমী নঙগী মমিং শোনবা মীগী অপরাধ কোটিমা পুম্না কোকখ্রবনী। নঙনা কনাদসু অপরাধ তৌদে, অদুগী মহুত্তা নঙনা মীশিংদুগী মুক্তি ফংহল্লবনী। নঙবু দর্শন তৌখিবা মীদুগী সংসার-বন্ধন চেনখ্রবনী।

মূল ৯৭

এত বলি শ্রীনিবাস করিল সেবন।
তুষ্ট হঞা প্রভু আইলা আপন ভবন ॥ ৯৭ ॥

শব্দার্থ

এত—অসুম্বকথক, বলি—হায়রগা, শ্রীনিবাস—শ্রীবাসনা, করিল—তৌখি, সেবন—সেবা, তুষ্ট হঞা—পেল্লদুনা, প্রভু—প্রভুনা, আইলা—লাকখি, আপন—মহাগী, ভবন—যুম্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসি হায়না হঙ্গংলগা শ্রীবাসনা প্রভুগী সেবা তৌখি। প্রভুসু পেল্লদুনা মহাগী মন্দির তান্না লেঙডকখি।

মূল ৯৮-৯৯

আরদিন শিবভক্ত শিবগুণ গায়।
প্রভুর অঙ্গনে নাচে—ডমরু বাজায় ॥ ৯৮ ॥
মহেশ-আবেশ হৈলা শচীর নন্দন।
তার কান্ধে চড়ি নৃত্য কৈল অনুক্ষণ ॥ ৯৯ ॥

শব্দার্থ

আরদিন—অতোপ্পা নুমিৎ অমদা, শিবভক্ত—শিবগী ভক্ত, শিবগুণ—শিবগী গুণ, গায়—শকয়ি, প্রভুর—প্রভুগী, অঙ্গনে—মাঙ্গোল্দা, নাচে—জগোই শায়, ডমরু বাজায়—ডমরু যৈ, মহেশ-আবেশ—শিবগী ভাব-তা চঙবা, হৈলা—ওইখি, শচীর নন্দন—শচীগী মচানুপা, তার—মাগী (শিবভক্তগী), কান্ধে—লেংবান্দা, চড়ি—তোংলগা, নৃত্য কৈল—জগোই শাখি, অনুক্ষণ—মতম শাংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পা নুমিৎ অমদা শিবগী ভক্ত অমা লাক্লগা শিবগী মঙ্গল শক্লা শক্লা প্রভুগী মাঙ্গোন্দা জগোই শাবৈ অদুগা ডমরুসু যে। মহ উবদা প্রভু শিব মহাদেবগী ভাব তা আবেশ ওইখি অদুগা শিবভক্তগী মবেৎবান্দা তোংলগা মহক্ম শাংনা জগোই শখি।

মূল ১০০—১০১

আরদিন এক ভিক্ষুক আইলা মাগিতে।

প্রভুর নৃত্য দেখি নৃত্য লাগিল করিতে ॥ ১০০ ॥

প্রভু সঙ্গে নৃত্য করে পরম উল্লাসে।

প্রভু তারে প্রেম দিল—প্রেমরসে ভাসে ॥ ১০১ ॥

শব্দার্থ

আরদিন—নোংমা অমসু, এক—অমা, ভিক্ষুক—ভিক্ষারি, আইলা—লাকখি, মাগিতে—নিবা, প্রভুর—প্রভুগী, নৃত্য—জগোই, দেখি—উবগা, নৃত্য—জগোই, লাগিল—হৌখি, করিতে—শাবা, প্রভু সঙ্গে—প্রভুগা লোয়ননা, নৃত্য করে—জগোই শাই, পরম উল্লাসে—যৌনা হবাওনা, প্রভু—প্রভুনা, তারে—মঙোন্দা, প্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবা, দিল—পিবিখি, প্রেমরসে—কৃষ্ণপ্রেম রসদা, ভাসে—তাউখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমসু ভিক্ষারি অমা ভিক্ষা নিবা লাকখি। মানা প্রভুগী জগোই উবদা মাসু জগোই শাবা হৌখি। মহাক প্রভুগা লোয়ননা যাম্না হবাওনা জগোই শাখি। প্রভুনা মঙোন্দা কৃষ্ণপ্রেম পীবিখি, অদুনা মহাক কৃষ্ণ-প্রেমগী রসদা তাউখি।

মূল ১০২—১০৩

আরদিনে জ্যোতিষ-সর্ব্বজ্ঞ এক আইল।

তাহার সম্মান করি প্রভু প্রশ্ন কৈল ॥ ১০২ ॥

কে আছিলাঙ আমি পূর্ব্বজন্মে কহ গণি।

গণিতে লাগিলা সর্ব্বজ্ঞ প্রভুবাক্য শুনি ॥ ১০৩ ॥

### শব্দার্থ

আরদিন—নোংমা অমসু, জোতিষ-সর্ব্বজ্ঞ—জ্যোতিষগী বা লোইনা খঙবা মী (পাঞ্জি-গণক), এক—অমা, আইল—লাকখি; তাহার—মাগী, সম্মান করি—মমাম যেংবিদুনা, প্রভু—প্রভুনা, প্রশ্ন কৈল—বা হংখি, কে—কনা, আছিলাঙ—ওইরম্মী, আমি—ঐহাক, পূর্ব্বজন্মে—নহাল-মুক্কী মপোক্তা, কহ—হায়যু, গণি—হোৎলগা, গণিতে লাগিলা—হোৎপা হৌগংখি, সর্ব্বজ্ঞ—পূণ্ডখঙ-খঙবা গণকা, প্রভুবাক্য—প্রভুগী যাথং, শুনি—তাবগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমন্তু জ্যোতিষ শাস্ত্র লোইনমক খঙবা গণক অমা লাকখি। মাগী মমায ভাকপিদুনা প্রভুনা হংখি—নহাল মুক্কী মপোক্তা ঐহাক কনা ওইবম্মী হায়বতু হোৎলগা হায়যু। গণক-না প্রভুগী যাথং তাবগা হোৎপা হৌখি।

### মূল ১০৪-১০৬

গণি ধ্যানে দেখে সর্ব্বজ্ঞ—মহাজ্যোতির্ম্ময়।

অনন্ত বৈকুণ্ঠ ব্রহ্মাণ্ড সভার আশ্রয় ॥ ১০৪ ॥

পরতত্ত্ব পরব্রহ্ম পরম-ঈশ্বর।

দেখি প্রভুর মূর্ত্তি সর্ব্বজ্ঞ হইল ফাঁফর ॥ ১০৫ ॥

বলিতে না পারে কিছু, মৌন ধরিল।

প্রভু পুন প্রশ্ন কৈল, কহিতে লাগিল— ॥ ১০৬ ॥

### শব্দার্থ

গণি—হোৎলগা ধ্যানে—ধ্যানদা, দেখে—উই, সর্ব্বজ্ঞ—পাঁজি-গণকনা, মহাজ্যোতির্ম্ময়—মঙাল্ল অচৌবা অমগী মূর্ত্তি, অনন্ত—ঙমথে-নাইদবা, বৈকুণ্ঠ—বৈকুণ্ঠ, ব্রহ্মাণ্ড—ব্রহ্মাণ্ড, সভার—পুম্নমক্কী, আশ্রয়—তুঙফম, পরতত্ত্ব—খ্বাইদগী হেন্না তত্ত্ব, পরব্রহ্ম—ব্রহ্মগী অযৌবী মফোঙ (বিকাশ), পরম ঈশ্বর—স্বয়ং ভগবান, দেখি—উত্না, প্রভুর—প্রভুগী, মূর্ত্তি—মূর্ত্তি; সর্ব্বজ্ঞ—গণক, হইল—ওইখি, ফাঁফর—তৌকম-খঙদনা; বলিতে—হায়বা, না পারে—ঙমদে; কিছু—করিমত্তা,

মৌন ধরিল—রা ভাওলমদে, প্রভু—প্রভুনা, পুন-অমূক হন্না, প্রশ্ন কৈল—হংলম্মী, কহিতে লাগিল—হায়বা হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুগী য়াথং মতুং ইন্না ) সর্ব্বজ্ঞনা হোৎলগা ধ্যান তৌবদা উখি— মঙাল অচৌবা অমগী মূর্ত্তি, মূর্ত্তিদু থীওমদবা মশীঙগী বৈকুণ্ঠ অদুগা ব্রহ্মাণ্ড লোইনমক্কী অমতা ওায়বা তুংফম্মী, মূর্ত্তি অদু পরতত্ত্বনী, মূর্ত্তিদুদা ব্রহ্মগী অযৌবী ( অবোইবী ) শকফোঙ উখি, অদুগা মদু পূর্ণতম ভগবান, স্বয় ভগবান ওইনা উখি। প্রভুগী মশক অদু উবগা সর্ব্বজ্ঞগণক তৌযম খঙদব- মখৈ লৈখ্রে। কবি হ,যগদগে হ যবা লেপ্পা ঙমদবদগী তুমিন্না লৈখ্রে। ( মাগী ফীভমদু উবদা ) প্রভুনা অমুক হন্না হংলম্মী, মতমদুদা মহাক জ্ঞান ভাবকপ- দৌনা রা হায়বা হৌখি।

মূল ১০৭-১০৮

পূর্ব্বজন্মে ছিলা তুমি জগত-আশ্রয়।
পরিপূর্ণ ভগবান সর্ব্বৈশ্বর্য্যময় ॥ ১০৭ ॥
পূর্ব্বে যৈছে ছিলা, তুমি এবে সেইরূপ।
দুর্ব্বিজ্ঞেয় নিত্যানন্দ তোমার স্বরূপ ॥ ১০৮ ॥

শব্দার্থ

পূর্ব্বজন্ম—মমাংগী মপোক্তা, ছিলা—লৈরম্মী, তুমি—নহাক, জগত-আশ্রয—জগৎকী তুংফম, পরিপূর্ণ—মপুংফাবা, ভগবান— ভগবান সর্ব্বৈশ্বর্য্যময—ঐশ্বর্য্য-লোইনমক্কী তিনফম ওইনা, পূর্ব্বে—হান্না, যৈছে—হন্না, ছিলা—লৈরম্মী, তুমি—নও, এবে—হৌজিকসু, সেইরূপ —শকফম অদু, দুর্ব্বিজ্ঞেয—খঙঙমদবা, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, তোমার স্বরূপ নহাক্কী স্বরূপনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাংগী মপোক্তা নহাক জগৎকী তুংফম ওইনা লৈরম্মী। ( মশীঙ তাবংঙমদবা বৈকুণ্ঠ অমসুং ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী তুংফম ) মপুংফাবা ভগবান ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্কী তিনফম ওইরম্মী। হৌজিকসু নহাক অদুম্মুনায়। অদুগা শ্রীনিত্যানন্দনা নহাক্কী স্বরূপ অমনী, মাগী তত্ত্ব ঐহাক হায়বা ঙমদে।

### মূল ১০৯-১১০

প্রভু হাসি বোলে—তুমি কিছু না জানিলা।
পূর্ব্বে আমি আছিলাঙ জাতিযে গোযালা॥ ১০৯॥
গোপ গৃহে জন্ম ছিল গাভীর রাখাল।
সেই পুণ্যে এবে হৈলাঙ ব্রাহ্মণ ছাওযাল॥ ১০॥

### শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা, হাসি—নোক্কুনা, বোলে—হায, তুমি—নঙ, কিছু—কবিমতা, না জানিলা- খঙদে, পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা, আমি—ঐহাক, আছিলাঙ—ওইবম্মী, জাতিযে—জাতিদা, গোযালা—শঙ্গোম যোন্‌বা, গোপ-গৃহে গোযালাগী যুমদা, জন্ম ছিল পোকখিবনী, গাভীর—শম্মোমগী, রাখাল-শনজেন্নহা, সেই পুণ্যে—থবক অফবা অদুনা, এবে—হৌজিক মপোক্তা, হৈলাম—ওইবখিবনী, ব্রাহ্মণ ছাওযাল—ব্রাহ্মণ মচা।

মৈতৈ লোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা নোক্কুনা হাযবম্মী—নঙ কবিমতা খঙদ্রে, হান্নদি ঐহাক জাতিনা গোযালা (গ্বালা) ওইবম্বনী। গোপগী যুমদা পোকপনী অদুগা শন্মোম শেন্‌বা ওইবম্বনী। পুণ্যদুগী ফল ওইনা হৌজিক ব্রাহ্মণ মচা ওইনা পোক্কিবনী।

### মূল ১১১-১১৩

সর্ব্বজ্ঞ কহে তাহা আমি ধ্যানে দেখিলাঙ।
তাহাতেও ঐশ্বর্য্য দেখি ফাঁফর হৈলাঙ॥ ১১১॥
সেইরূপে এইরূপে দেখি একাকার।
কভু ভেদ দেখি, এই মাযাযে তোমার॥ ১১২॥
যে হও সে হও তুমি, তোমাকে নমস্কার।
প্রভু তারে প্রেম দিযা কৈল পুরস্কার॥ ১১৩॥

### শব্দার্থ

সর্ব্বজ্ঞ—গণক, কহে—হায়, তাঁহা—মদু, আমি—ঐনা, ধ্যানে—ধ্যান্দা, দেখিলাঙ—উরে, তাহাতে ও—মদুদসু, ঐশ্বয্য—ঈশ্বর ওইবগী

মতৌ, দেখি—উত্থনা, কাঁফব—তৌফম-খঙদবা, হৈলাও—ওইববনী, সেই রূপে—শক অত্থগা, এই রূপে—শক অসিগদা, দেখি—উবি, একাকার—শকফম অমতা, কভু—কবিগুম্বদস্থ, ভেদ—খেন্নবা, দেখি—উই, এই—মসি, মাযাযে—মায়ানী, তোমার—নঙগী, যে হও সে হও—অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইববস্থ, তুমি—নঙ, তোমাকে—নঙবু, নমস্কার—খুরুমজে, প্রভু—প্রভুনা, তাবে মঙোন্দা, প্রেম দিযা—প্রেম পীত্থনা, কবে পুবস্কাব—মনা পীবি।

মৈতৈলোন্দা তন্দোকপা

গণকনা হাযবম্মী—"মত্থ (গোপ ওইনা পোকখিবত্থ) ঐনা থ্যান্দা উরে। মত্থদস্থ ঐশ্বর্য উত্থনা করি হাযগদবনো মফম খঙদ্রবনী ঐহাক। হান্নে রূপ অত্থগা হৌজিকী রূপকদা শকফম অমতা ওইনা উই। কবিগুম্বদা খেনবা উবিবসিদ নঙগী মাযাননী। নহাক অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইববস্থ, নঙোন্দা ঐহাক খুকমজে।" প্রভুনা মঙোন্দা কৃষ্ণপ্রেম পীত্থনা মনা যংহনখি।

মূল ১১৪

একদিন প্রভু বিষ্ণুমণ্ডপে বসিয়া।
মধু আন মধু আন বোলেন ডাকিয়া॥ ১১৪ ॥

শব্দার্থ

একদিন—(অ)মা, প্রভু—প্রভুনা, বিষ্ণুমণ্ডপে—বিষ্ণুমণ্ডপ-তা বসিযা—ফমত্থনা, মধু—যু, আন—পুবকউ, মধু—যু আন পুবকউ, বোলেন—হায়, ডাকিয়া—কৌত্থনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা প্রভুনা বিষ্ণুমণ্ডপ্তা ফম্লগা কৌবগা হাযবম্মী—মধু পুবকউ, মধু পুরকউ।

মূল ১১৫-১১৬

নিত্যানন্দ গোসাঞির আবেশ জানিল।
গঙ্গাজল-পাত্র আনি সম্মুখে ধরিল॥ ১১৫ ॥
জল পান করি নাচে হইয়া বিহ্বল।
যমুনাকর্ষণ লীলা দেখয়ে সকল॥ ১১৬ ॥

## শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা, গোসাঞির—মহাপ্রভুগী, আবেশ—(বলরামগী ভাব-তা) চঙবা, জানিল—খঙখি, গঙ্গাজল-পাত্র—গঙ্গাজল-পাত্র (খুজাই), আনি—পুরক্লুন, সম্মুখে—মাঙদা, ধরিল—পাযখি, জল পান করি—জল ফাল্লগা, নাচে—জগোই শাই, হইয়া—ওইদুনা, বিহ্বল—বিভুলা (জ্ঞান-মাঙবা), যমুনা-আকর্ষণ লীলা—যমুনাবু বলদেবনা চিংবগী লীলা, দেখয়ে—উখি, সকল—পুম্নমক্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা বলদেবগী ভাবতা আবেশ ওইবনী হাযবদু শ্রীমননিত্যানন্দনা খঙলদুনা গঙ্গাজল-পাত্র পুরক্লগা মাঙদা পাযখি। জল ফাল্লগা ভাবাবেশগী মথাইনা জগোই শাখি। মযাম পুম্নমকা যমুনা চিংশনবগী লীলা অদু উখি।

## নৈনরোল

মতম অমদা শ্রীবলদেবনা রাসলীলা শান্নবগা জলকেলি শান্নগ হাযদুনা যমুনাবু কৌবকখি, কৌরকপদা যমুনা-না লাক্রদনা শ্রীবলদেবনা যমুনাবু চিংলম্মী (আকর্ষণ তৌরম্মী)। শ্রীবলদেবগী আবেশদা প্রভুনা মযাম পুম্বদা লীলাসি উহনখি। লীলাসি শ্রীমদ্ভাগবতগী দশম স্কন্ধদা ৬৫-শুবা অধ্যাযদা যাওরিবনী।

### মূল ১১৭-১১৮

মদমত্তগতি বলদেব-অনুকার।
আচার্য্যশেখর তাঁর দেখে রামাকার ॥ ১১৭ ॥
বনমালী আচার্য্য দেখে সোণার লাঙ্গল।
সভে মিলি নৃত্য করে আবেশে বিহ্বল ॥ ১১৮ ॥

## শব্দার্থ

মদমত্তগতি—যুঙাওবগী খোঙথাঙনা, বলদেব-অনুকার—বলদেবগী মতৌনী, আচার্য্য শেখর—চন্দ্রশেখর আচার্য্য, তাঁর—মাগী, দেখে—উই, রামাকার—বলরামগী শকক্তম, বনমালী আচার্য্য—বনমালী আচার্য্যনা, দেখে—উই, সোনার—সনাগী, লাঙ্গল—লাঙ্গোল, সভে—লোইনমক, মিলি—তিন্নবগা, নৃত্য করে—জগোই শাই, আবেশে—বলদেবগী আবেশদা, বিহ্বল—অঙাওবগুম্না।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শ্রীবলদেবগী মাতৌগুম মৃদঙ্গ ওকী খোঙথাঙ প্রভুনা থাওখি। মতমমতুদা চন্দ্রশেখর আচার্য্যনা সন্নাসী বন্নবমরী শক অত্থু উখি। অতুগা বনমালী আচার্য্যনা সনাগী লাঙ্গল উখি। মথাম পুন্নমক লোয়ননা জগোই শাখি প্রভুনা। ভাবাবেশদা লৈবা মতমদা প্রভু অভাওবগুন্নমী।

## মূল ১১৯

এই মত নৃত্য হইল চারি প্রহর।

সন্ধ্যায় গঙ্গাস্নান করি সভে গেলা ঘর ॥ ১১৯ ॥

### অৱোঙবা

এই মত—মতৌ অসুম্না, নৃত্য—জগোই হইল—ওইখি চারি-প্রহর—প্রহর মরি সন্ধ্যায়—য়ুচুঙবা মতমদা গঙ্গাস্নান করি—গঙ্গাদা স্নান তৌবগা, সভে—ল্লোইনমক, গেলা—চংখি, ঘর—য়ুমদা।

### মৈতৈলোনগী অৱোঙবা

মতৌ অসুম্না প্রহর মরি চুপা জগোই শাবম্মী। য়ুচঙবা মতমদা গঙ্গাদা স্নান তৌবগা মা লোইনমক য়ুম হন্নখি।

## মূল ১২০

নগরিয়া লোকে প্রভু যবে আজ্ঞা দিল।

ঘরে ঘরে সঙ্কীর্ত্তন করিতে লাগিল ॥ ১২০ ॥

### অৱোঙবা

নগরিয়া—নবদ্বীপ নগরদা লৈবা, লোকে—মীশিংদা, প্রভু—প্রভুনা, যবে—মতমমতুদা আজ্ঞা—য়াথং, দিল—পীখি, ঘরে ঘরে—য়ুম খুদিংদা সঙ্কীর্ত্তন—নামকীর্ত্তন, করিতে—তৌবা, লাগিল—হৌখি।

### মৈতৈলোনগী অৱোঙবা

প্রভুনা নবদ্বীপ-নগর-বাসীশিংদা য়াথং পীরবা মতমদা য়ুমখোঙ খুদিংদা নাম-সঙ্কীর্ত্তন তৌবা হৌগৎখি।

## মূল ১২১

"হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ।
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন ॥ ১২১ ॥"

### শব্দার্থ

হরায—হরিবু, নমঃ—খুকমজৈ। কৃষ্ণযাদবায—যাদব কৃষ্ণবু, নম—খুকমজৈ গোপাল—গোপাল, গোবিন্দ—গোবিন্দ, রাম—রাম শ্রীমধুসূদন—মধু দৈত্যবু হাৎপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরিবু খুকমজৈ, যাদব কৃষ্ণব খুকমজৈ, গোপাল, গোবিন্দ, রাম অমসু শ্রীমধুসূদন-বু খুকমজৈ।

## মূল ১২২

মৃদঙ্গ করতাল সঙ্কীর্তন উচ্চধ্বনি।
হরি-হরি ধ্বনি বিনে আন নাহি শুনি ॥ ১২২ ॥

### শব্দার্থ

মৃদঙ্গ—পুঙ, করতাল—কোর্তাল সঙ্কীর্ত্তন—সঙ্কীর্ত্তন উচ্চধ্বনি—অরাংবা ধ্বনি হরি-হরিধ্বনি—হরি-হরি হায়বা খোন্নিঙ বিনে—নত্তনা, আন—অতৈমা, নাহি শুনি—তাখিদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুঙ-কোর্তাল অত্তগা নাম সঙ্কীর্তনগী অরাংবা ধ্বনি—হরি হরি হায়বা ধ্বনিসি নত্তনা অতৈ অমা তাদ্রমদে।

### তাৎপর্য্য

প্রভুগী মাথং মথং ইরা যী পুম্নমক পুঙ-কোর্তাল য়াংদুনা অরাংবা সুরদা হরয়ে নম-নচিংবা শকুনা নামসঙ্কীর্তন তৌরম্লদা। হরি-হরি হায়বা ধ্বনিসি নত্তনা অতৈমা নাকাংদা চংলমদে। শক পুম্নমক-সঙ্কীর্তনগী খোনদু য়াংহৌদা লুপখিরম্মী।

## মূল ১২৩-১২৪

শুনিয়া যে ক্রুদ্ধ হৈল সকল যবন।
কাজী-পাশে আসি সভে কৈল নিবেদন ॥ ১২৩ ॥
ক্রোধে সন্ধ্যাকালে কাজী এক ঘরে আইল।
মৃদঙ্গ ভাঙ্গিয়া লোকে কহিতে লাগিল ॥ ১২৪ ॥

### শব্দার্থ

শুনিয়া যে—(কীর্তন) তাবগা, ক্রুদ্ধ হৈল—শাউবশী, সকল যবন—যবন (মুসলমান, পাঙ্গল) পুম্নমক, কাজী-পাশে—কাজী-নাক্তা, আসি—লাক্তুনা, সভে—পুম্নমক্না, কৈল নিবেদন—হঙ্গংখি, ক্রোধে—শাউবনা, সন্ধ্যাকালে—সন্ধ্যাগী মতমদা, কাজী—কাজীনা, এক ঘরে—য়ুম অমদা, আইলা—লাকখি, মৃদঙ্গ—পুঙ, ভাঙ্গিয়া—থুগাযবগা, লোকে—মীশিংদা, কহিতে—হায়বা, লাগিল—হৌবশী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(কীর্তন) তাবদা মুসলমান পুম্নমক শাউখি। মখোয় লোইনমক কাজীগী মফমদা লাক্তুনা রাকংখি। শাউবনা কাজীত্তু সন্ধ্যায়াচঙবদা য়ুম অমখক্তা লাকখি অদুগা পুঙ থুগাযবগা মীশিংদুদা (কীর্তন তৌরম্বশিংদা) হায়রবখি।

### নৈনরোল

কাজীসি যবন নিংথৌগী মখাথোংবা দেশাধ্যক্ষ-নী মহাক্সু যবন অমনী। মহাপ্রভুগী মতমদা নবদ্বীপকী কাজী ওইরম্বত্তুগী মিং চাঁদ কাজী কৌখি। মহাক গৌড়েশ্বর-নবাবকী মচানুপীনা পোকপা মশূন্থপানী মতমত্তুদা বিচার তৌবগী থবক কাজীদা শিন্নবশী।

## মূল ১২৫-১২৭

এতকাল কেহো নাহি কৈল হিন্দুয়ানী।
এবে যে উদ্যম চালাও কোন বল জানি ? ॥ ১২৫ ॥
কেহো কীর্তন না করিহ সকল নগরে।
আজি আমি ক্ষমা করি যাইতেছি ঘরে ॥ ১২৬ ॥
আর যদি কীর্তন করিতে লাগ পাইমু।
সর্বস্ব দণ্ডিয়া তার জাতি যে লইমু ॥ ১২৭ ॥

### শব্দার্থ

এতকাল—মতম্ম অসুক কুইবসি, কেহো—কনামতনা, নাহি কৈল—তৌকদ্রে, হিন্দুয়ানী—হিন্দুধর্ম্মগী আচরণ, এবে যে—হৌজিকমূক উত্তম চালাও—য়াম্না চাউনা লাওথোকতুনা হোৎনখৎলক্লি, কোন বল—কবম্বা থৌনানি হাযনা, জানি—খঙসিগে, কেহো—কনামতা, কীর্ত্তন না করিহ—কীর্ত্তন তৌগন্থু, সকল নগরে—নগর পুম্নমক্তা, আজি—ঙসিদি, আমি—ঐ, ক্ষমা করি—ঙাকপিবগা, যাইতেছি—চংলবনী, ঘরে—যুম্নদা, আর—অমুক, যদি—বদি, কীর্ত্তন করিতে—কীর্ত্তন তৌবা, লাগ পাইমু—থেংনব্রুবা, সর্ব্বস্ব—লন পুম্বা, দণ্ডিয়া মৎতুনা, তার—মগী, জাতি জাতি, যে লইমু—লৌগে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুক কুইবসি কনামতনা হিন্দুধর্ম্মগী আচরণ তৌরুদ্রবনী। অদুগা হৌজিকমূক য়াম্না কন্না তৌখৎলক্লিবসিনা কদাযদগী লোকবা থৌনানো খঙদ্রে। নগর পুম্নদা কনামত্তা কীর্ত্তন তৌবা য়াদে। ঙসিদি ঐহাক্ক ঙাকপিরবনী। য়ুম্নদা হল্লগে। অদুগা অমূক কীর্ত্তন তৌরদা ঐনা থেংনরবদি মরল-অথুম পুম্বা নংলগা কীর্ত্তন-তৌবা মীগী জাতি মাংহল্লোক্কে।

### মূল ১২৮—১২৯

এত বলি কাজী গেল, নগরিয়া লোক।
প্রভু স্থানে নিবেদিল পাঞা বড় শোক ॥ ১২৮ ॥
প্রভু আজ্ঞা দিল, যাহ করহ কীর্ত্তন।
আমি সংহারিব আজি সকল যবন ॥ ১২৯ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসুক য়াম্না, বলি—হায়রগা, কাজী গেল—কাজী হল্লে, নগরিয়া লোক—নগরগী মীশিংনা, প্রভু স্থানে—প্রভুগী মকমদা, নিবেদিল—হঙ্গংখি, পাঞা—ফংলদুনা, বড়—য়াম্না, শোক—য়াবা, প্রভু—প্রভুনা, আজ্ঞা য়াথাং, দিল—পীরম্মী, যাহ—চংলো, করহ কীর্ত্তন—তৌরু কীর্ত্তন, আমি—ঐনা, সংহারিব—হাৎকনি; সকল যবন—যবন পুম্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাজীত্বু বা খবসি হায়বগা হন্খি। নগরগী মীশিংনা থবাই শোক্লদুনা প্রভুগী মফমদা হঙ্গংখি। অদুদা প্রভুনা য়াথং তাউথখি—কীর্তন তৌরুচো চৎলু। ঐ যবন পুম্নমক লোইশনগে।

## মূল ১৩০–১৩১

ঘরে গিয়া সবলোক করে সঙ্কীর্তন।
কাজীর ভয়ে স্বচ্ছন্দে নহে—চমকিত মন॥ ১৩০ ॥
তা-সভার অন্তরে ভয় প্রভু মনে জানি।
কহিতে লাগিলা লোকে শীঘ্র ডাকি আনি॥ ১৩১ ॥

## শব্দার্থ

ঘরে—য়ুমদা গিয়া—চৎলগা সবলোক—মী পুম্নমক করে—তৌযি, সঙ্কীর্তন—কীর্তন, কাজীর ভয়ে কাজীর কিবনা স্বচ্ছন্দে—মনীঙ তম্না, নহে—নত্তে, চমকিত—থুরুৎপা, মনে—পুকচেন্দা, তা-সভার মখোয় পুম্নমক্কী, অন্তরে—পুকুংদা ভয—অকিবা প্রভু—প্রভুনা, মনে—পুক্নীঙদা, জানি—খঙদুনা কহিতে—হয়বা লাগিল—হৌখি, লোকে—মী মযাম্বু, শীঘ্র—থুনমক, ডাকি—কৌদুনা আনি—পুবক্লগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী পুম্নমক (প্রভুগী য়াথং তাবদা ) য়ুম মযুমদা হল্লগা কীর্তন তৌখি। অদুবু কাজীবু কিবনা নীঙথিনা শাইনা তৌবমদে, থুরুৎপা পুকনীংগা লোযননা তৌবনী। মখোয় পুম্নমক্কী থরুদা কিব্রিবত্তু প্রভুনা খঙলদুনা মী মযামদু কৌরগা হায়খি।

## মূল ১৩২–১৩৩

নগরে নগরে আজি করিব কীর্তন।
সন্ধ্যাকালে কর সভে নগর মণ্ডন॥ ১৩২ ॥
সন্ধ্যাতে দেউটী সব জ্বাল ঘরে ঘরে।
দেখোঁ কোন কাজী আসি মোরে মানা করে॥ ১৩৩ ॥

### শব্দার্থ

নগরে নগরে—নগর নগরদা, আজি—ঙসি, করিব—তৌগনী কীর্ত্তন—সঙ্কীর্ত্তন, সন্ধ্যাকালে—সন্ধ্যাগী মতমদা, কর—তৌবো, সাভ—মযাম পৃম্বনা, নগরমণ্ডন—নগর সাজ, সন্ধ্যাতে—সন্ধ্যাদা, দেউটি—মৈরা, সব—লোইনা জ্বাল—চৃথৎলো, ঘরে ঘরে যুম যুমদা, দেখো—যেংগ, কোন—করম্বা, কাজী—কাজী, আসি—লাক্তুনা, মোরে—ঐবু, মানা করে—থিংবগে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নগর পৃম্বা শীন্থুনা ঙসি কীর্ত্তন তৌগনী। সন্ধ্যাগী মতমদা মযাম পৃম্বনা নগর সাজ তৌবো। সন্ধ্যাদা মৈরা পৃম্বা যুম যুমদা চৃথৎলো। যেংসি কনা কাজী লাক্তুনা থিংলবগে হায়রবা।

## মূল ১৩৪-১৩৬

এত কহি সন্ধ্যাকালে চালে গৌররায়।
কীর্ত্তনের কৈল প্রভু তিন সম্প্রদায ॥ ১৩৪ ॥
আগে সম্প্রদাযে নৃত্য করে হরিদাস।
মধ্যে নাচে আচার্য্য গোসাঞি পরম উল্লাস ॥ ১৩৫ ॥
পাছে সম্প্রদাযে নৃত্য করে গৌরচন্দ্র।
তাঁর সঙ্গে নাচি বুলে প্রভু নিত্যানন্দ ॥ ১৩৬ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিখক, কহি—হায়রগা, সন্ধ্যাকালে—সন্ধ্যাগী মতমদা, চলে—চৎলী, গৌররায—গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু কীর্ত্তনের—কীর্ত্তনগী, কৈল—তৌরম্মী, প্রভু—প্রভুনা, তিন—অহুম সম্প্রদায—দল, আগে—মমাঙথংবা, সম্প্রদাযে—দল-দা, নৃত্য করে—জাগোই শাই, হরিদাস—হরিদাস ঠাকুর, মধ্যে—ময়ায়দা, নাচে—জগোই শাই, আচার্য্য গোসাঞি—অদ্বৈতাচার্য্য প্রভু, পরম উল্লাস—থমথোনা হরাওবা, পাছে—তুংথংবা, সম্প্রদাযে—সম্প্রদাযদা, নৃত্য করে—জগোই শাই, গৌরচন্দ্র—গৌরচন্দ্র, তাঁর সঙ্গে—মহাক্কা লোয়ননা, নাচি—জগোই শাদুনা, বুলে—কোযনা চৎলী প্রভু নিত্যানন্দ—নিত্যানন্দ প্রভুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বা খবসি হাযবগা সন্ধ্যাগী মতমদা গৌবাঙ্গ মহাপ্রভু লেঙভী। প্রভুনা কীর্ত্তনগী সম্প্রদায অত্তম থোক্লা খাযবম্মী। মম্বাঙথংবা সম্প্রদাযদা শ্রীহবিদাস ঠাকুবনা জগোই শাই, মযায থংবদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্যনা যাম্না হবানো জগোই শাই অহুগা তুংথংবা সম্প্রদাযদা শ্রীগৌবচন্দ্র প্রভুনা জগোই শাই। মহাক্কা লোযননা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা জগোই শানা কোযনা চংলী।

## মূল ১৩৭

বৃন্দাবন দাস ইহা চৈতন্যমঙ্গলে।

বিস্তাবি বর্ণিয়াছেন প্রভু কৃপাবলে॥ ১৩৭॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবনদাস শ্রীবৃন্দাবনদাস ঠাকুব, ইহা—মসি (সঙ্কীর্ত্তন লীলাসি), চৈতন্যমঙ্গলে শ্রীচৈতন্যভাগবত তা, বিস্তাবি শন্দোক্লা, বর্ণযাছেন—বর্ণন তৌবিবয়ে, প্রভুকৃপাবলে—প্রভুগী থৌজাল্না পীবা পাঙ্গল্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলবৃন্দাবনদাস ঠাকুবনা প্রভুগী সঙ্কীর্ত্তন-লীলাসি শ্রীচৈতন্যভাগবত-তা প্রভুগী কৃপানা মপাঙ্গল ওইবগা শন্দোক্লা বর্ণন তৌরি।

## মূল ১৩৮

এইমত কীর্ত্তন কবি নগবে ভ্রমিলা।

ভ্রমিতে ভ্রমিতে সভে কাজী দ্বাবে গেলা॥ ১৩৮॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না, কীর্ত্তন কবি—কীর্ত্তন তৌবগা, নগবে—নগবদা ভ্রমিলা- কোযবকখি, ভ্রমিতে ভ্রমিতে—কোযনা কোযনা সভে—মী পুম্নমক, কাজীদ্বাবে—কাজীগী থোঙজীন্দা, গেলা—যৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না কীর্ত্তন তৌদুনা নগব কোযবম্মী। অসুম অসুম কোযবকপদুনা মী লোইনমক কাজীগী থোঙজীন্দা থুংখি।

মূল ১৩৯

তর্জ্জ-গর্জ্জ করে লোক, করে কোলাহল।

গৌরচন্দ্র-বলে লোক প্রশ্রয়-পাগল ॥ ১৩৯ ॥

শব্দার্থ

তর্জ্জ-গর্জ্জ করে—খুৎ-শা তিংলহ্নুনা লাউখোংলম্মী , লোক—মীয়াম-হ্নুনা , করে কোলাহল—ইলাঙলাঙলম্মী , গৌরচন্দ্রবলে—গৌরচন্দ্রনা হাপ্পা পাঙ্গন্না , লোক—মীয়ামহু , প্রশ্রয়—নাও-চাওহনবা , পাগল—ঙাংবা ( প্রশ্রয়-পাগল—নাও-চাওহনবদগী ঙাংখৎলায় )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীয়ামহু খুৎশা-পাম্বোম তিংহ্নুনা লাউখে ডী, অদুগা পুঙলাঙ লাঙখি। মী পুম্নমক শ্রীগৌরচন্দ্রনা হাপ্পা থোনানা নাও চাউবদগী ইঙাও-ঙাংবম্মী।

মূল ১৪০

কীর্ত্তনের ধ্বনিতে কাজী লুকাইল ঘরে।

তর্জ্জন-গর্জ্জন শুনি না হয় বাহিরে ॥ ১৪০ ॥

শব্দার্থ

কীর্ত্তনের ধ্বনিতে—কীর্তনগী মখোন্না কাজী—কাজীদো , লুকাইল—লোৎলম্মী ঘরে—ইমুংদা , তর্জ্জন-গর্জ্জন—লাউখোংবহু , শুনি—তাবদা , না হয় বাহিরে—মাপাল্লোমদা থোরকখিদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কীর্ত্তনগী মখোন্না কাজীহু ইমুংদা লোৎখি। মযামগী লাউখোংবহু মনাকোঙনা তারগা মাপাল্লোমদা থোরকখিদে।

মূল ১৪১

উদ্ধতলোক ভাঙ্গে কাজীর ঘর পুষ্পবন।

বিস্তারি বর্ণিলা ইহা দাস বৃন্দাবন ॥ ১৪১ ॥

শব্দার্থ

উদ্ধত লোক—লম্বক্কৎ-লমজ্জাইবা মীশিঙনা , ভাঙ্গে—খুমাই ,

কাজীর—কাজীগী , ঘর—য়ুম , পুষ্পবন—লৈকোন , বিস্তারি—শন্দোক্লা , বর্ণিলা—বর্ণন তৌখি , ইহা- মসি , দাস বৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবনদাসনা।

মৈতৈলোন্দা ঋন্দোকপা

লম-খব-হেনবা মীনা কাজীগী য়ুম অমদি লৈকোন থুগাইখি । মসি শ্রী বৃন্দাবনদাসনা শন্দোক্লা বর্ণনা তৌবয়বনী ।

মূল ১৪২

তবে মহাপ্রভু তার দ্বারেতে বসিলা ।
ভব্যলোক পাঠাইয়া কাজীরে বোলাইলা ॥ ১৪২ ॥

শব্দার্থ

তবে—অতুদগী , মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা তার- মাগী ( কাজীগী ) , দ্বারেতে—থোঙজীন্দা , বসিলা—ফমখি , ভব্যলোক- ইকাইখুম্নবা-যাবা মীতা , পাঠাইয়া—থাজন্দুনা , কাজীরে- কাজীবু , বোলাইলা- কৌথোক্‌হনখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী মহাপ্রভুনা কাজীগী থোঙজীন্দা ফমখি। ইকাইখুম্নবা-যাবা মীতা থাজনগা কাজীবু কৌথোক্‌হনখি।

মূল ১৪৩

দূরে হৈতে আইলা কাজী মাথা নোঙাইয়া ।
কাজীরে বসাইলা প্রভু সম্মান করিয়া ॥ ১৪৩ ॥

শব্দার্থ

দূরে হৈতে - অরাপ্পদগী হৌনা , আইল—লাক্লম্মী , কাজী—কাজী , মাথা—মকোক , নোঙাইয়া - নোন্দুনা , কাজীরে—কাজীবু , বসাইলা — ফমহন্‌খি , প্রভু—প্রভুনা , সম্মান করিয়া—ইকাই-খুম্নদুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাজীনা অরাপ্পদগী হৌনা মকোক নোন্ন-নোন্নহনা লাক্লম্মী । প্রভুনা কাজীবু সম্মান তৌনা তৌনা ফমহন্‌খি ।

## মূল ১৪৪

প্রভু বোলে আমি তোমার আইলাম অভ্যাগত।
আমা দেখি লুকাইলা এ ধর্ম কেমত ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু বোলে—প্রভুনা হায, আমি—ঐ, তোমার—নহাক্কী, আইলাম—লাকপনী, অভ্যাগত—অতিথি আমা—ঐবু দেখি—উবগা, লুকাইলা—লোৎলুবা এ মনিং ধর্ম্ম—ধর্ম্ম, কেমত—করম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হাযবম্মী—ঐ নহাক্কী অতিথি ওইনা লাকপনী। ঐবু উবগা লোৎলুবদি করম্বা মতৌনী হাযবগে?

## মূল ১৪৫—১৪৬

কাজী কহে, তুমি আইস ক্রুদ্ধ হইয়া।
তোমা শান্ত করাইতে রহিনু লুকাইয়া ॥ ১৪৫ ॥
এবে তুমি শান্ত হৈলে আসি মিলিলাম।
ভাগ্য মোর তোমা হেন অতিথি পাইলাম ॥ ১৪৬ ॥

### শব্দার্থ

কাজী কহে—কাজীনা হায, তুমি—নহাক, আইস—লাকযি ক্রুদ্ধ—শাউবা, হইয়া—ওইনা, তোমা—নঙবু শান্ত—অতপ্পা, করাইতে—ওইহনাগে হাযদুনা, রহিনু—লৈকই, লুকাইয়া—লোৎতুনা, এবে—হৌজিক তুমি—নহাক, শান্ত—অতপ্পা ওইরবা হৈলে—ওইরবে, আমি—ঐ, আসিলাম—লাক্লবনী, ভাগ্য—লাইরক্কী, মোর—ঐগী, তোমা-হেন—নঙ অসিগুম্বা, অতিথি—যুমদা লাকপা মী, পাইলাম—ফংলে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাজানা হায়বম্মী—নঙদি শাউনা লাকযি। নহাক্পু শান্ত ওইহন্নবা হায়দুনা ঐ লোৎতুনা লৈরকনী। হৌজিক্তি নহাক শান্ত ওইরবে, অদুনা লাত্তুনা উনববিবসিনী। নঙগুম্বা অতিথি ফংজবদি ঐগী লাইবক ফবনী।

মূল ১৪৭।১৪৮

গ্রামসম্বন্ধে চক্রবর্ত্তী হয় মোর চাচা।
দেহ সম্বন্ধ হৈতে হয় গ্রামসম্বন্ধ সাঁচা॥ ১৪৭॥
নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী হয় তোমার নানা।
সে সম্বন্ধে হও তুমি আমার ভাগিনা॥ ১৪৮॥

শব্দার্থ

গ্রামসম্বন্ধে- কৈবোহ-লৈকায়গী মধী থিবগদি চক্রবর্ত্তী—নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী, হয়—ওই, মোর—ঐগী চাচা—খুড়া, দেহসম্বন্ধ হৈতে—হৱী-ইপা ইৈবদগী, হয়—ওই গ্রামসম্বন্ধ গ্রামসম্বন্ধনা সাঁচা—অশেবা, সত্য, হেননা, নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী—শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তী, হয়—ওই, তোমার—নঙগী নানা—নমাপোকপা নবৌ সে সম্বন্ধে সম্বন্ধ অদুদদি হও—ওই তুমি নহাক আমার- ঐগী, ভাগিনা—ইচেনা পোকপা ইমহাক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গ্রাম-সম্বন্ধলোমদা যেংলগদি শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তী ঐগী খুড়া থোকয়ি। দেহ-সম্বন্ধদগী গ্রামসম্বন্ধনা হেনজল্লকপনী। শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তীদি নঙগীদি নমা-পোকপা নবৌনি। সম্বন্ধ অদু যেংলগদি নহাক ঐগীদি ইচেনা নত্রগা ইচা পোকপা ইমহাক্নী।

মূল ১৪৯

ভাগিনার ক্রোধ মামা অবশ্য সহয়।
মাতুলের অপরাধ ভাগিনা না লয়॥ ১৪৯॥

শব্দার্থ

ভাগিনার মমহাক্কী ক্রোধ—অশাওবা, মামা—মামানা অবশ্য—লেপমক, সহয়—খাঙণী, মাতুলের—মামাগী অপরাধ—মরাল ভাগিনা—মমহাক্না, না লয়—লৌফদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমহাক্কা শাওবদি মামানা শোযদনমক খাঙগনী, মামাগী মরালস্তু মমহাক্না লৌফদে।

## মূল ১৫০

এইমতে দোঁহার কথা হয় ঠারেঠোরে।
ভিতরের অর্থ কেহ বুঝিতে না পারে ॥ ১৫০ ॥

### শব্দার্থ

এইমতে—মতৌ অসুম্না, দোঁহার—অনীগী, কথা—ৱাৱী, হয়—ওই, ঠারে-ঠোরে—ইঙ্গিতনা, ভিতরের—মনুঙগী, অর্থ—মরোল, কেহ—কনামতা, বুঝিতে—খঙবা, না পারে—ঙমদে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না অনীমু ইঙ্গিতনা ৱারী শানৈ। মনুঙগী অথদি কনামতনা খঙবা ঙমদে।

### মৈনরোল

কাজীনা ইঙ্গিতনা মাগী অপরাধ করিনো হায়রমু ভাৱম্মী। মাগী অপরাধশিং পুম্ভ থুগাইবা অমুগা কীর্তন থিংবমুনী। মরালসিংগীদমক ঙাকপিয় হায়না কাজীনা হঙ্গংলম্বনী।

## মূল ১৫১

প্রভু কহে—প্রশ্ন লাগি আইলাম তোমার স্থানে।
কাজী কহে আজ্ঞা কর যে তোমার মনে ॥ ১৫১ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়, প্রশ্ন লাগি—বাহং অমগীদমক, আইলাম—লাকপনী, তোমার—নঙগী, স্থানে—মফমদা, কাজী—কাজীনা, কহে হায়, আজ্ঞা কর য়াথং তাউথবিয়ু, যে—মমু, তোমার মনে—নপুক্নীঙদা লৈবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হংথরম্মী ঐ বা হংগে হায়রমুনা নকমদা লাকপনী। কাজীনা হায়—খল্লিবা য়াথংমু তাউথবিয়ু।

মূল ১৫২-১৫৩

প্রভু কহে গোদুগ্ধ খাও, গাভী তোমার মাতা।
বৃষ অন্ন উপজায় তাতে তেঁহো পিতা ॥ ১৫২ ॥
পিতামাতা মারি খাও—এবা কোন ধর্ম্ম।
কোন বলে কর তুমি এমত বিকর্ম্ম ॥ ১৫৩ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় গো দুগ্ধ—শঙ্গোম, খাও—থকযি, গাভী—শন আমোমদি, তোমার—নঙগী মাতা—মা, বৃষ—শল্লাবনা, অন্ন—চীনজাক, উপজায়—থোকহল্লী তাতে—মবমদুনা, তেঁহো—মানা, পিতা—পা, পিতামাতা—নপা নমা, মারি—হাৎলগা খাও—চায, এবা—মসিবু, কোন ধর্ম্ম—করম্বা ধর্ম্মনা, কোন—করম্বা বলে—পাঙ্গন্না, কর—তৌবিবা তুমি—নঙাক্কা, এমত—অসিগুম্বা, বিকর্ম্ম—পাপকর্ম্ম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়বস্থী—নঙনা শঙ্গোম চায় নত্রগা থকযি, অদুনা শল আমোমদি নমানী। শল্লাবনা নচীনজাক থোকহল্লী, অদুনা মহাক নপানী। নপা-নমাবু হাৎলগা চায়, মসিব করম্বা ধর্ম্মনো? করম্বা শক্তিনা নঙনা অসিগুম্বা পাপ কর্ম্ম তৌরিবানো?

মূল ১৫৪

কাজী কহে তোমার যৈছে বেদ পুরাণ।
তৈছে আমার শাস্ত্র—কেতাব কোরাণ ॥ ১৫৪ ॥

শব্দার্থ

কাজী কহে—কাজীনা হায় তোমার—নহাকী (নখোয়গী), যৈছে—অদুগুম্বা, বেদ পুরাণ—বেদ পুরাণ, তৈছে—মদুগুম্বা, আমার শাস্ত্র—ঐগী (ঐখোয়গী) শাস্ত্র, কেতাব—লাইরীক, কোরাণ—মুশলমানগী প্রাধান্য ধর্ম্মগ্রন্থ কোরাণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাজীনা খুল্লম্মী নওগী ( নখোযগী ) বেদপুরাণ লৈবগুম্না ঐগী ( ঐখোযগী ) শাস্ত্রসু কোরাণ কৌবা লাইবীক লৈ।

## মূল ১৫৫

সেই শাস্ত্রে কহে—প্রবৃত্তি-নিবৃত্তি-মার্গভেদ।
নিবৃত্তিমার্গে জীবমাত্র-বধের নিষেধ॥ ১৫৫॥

**শব্দার্থ**

সেই শাস্ত্রে—( কোরাণ ) শাস্ত্র অদুনা, কহে—হাযবি, প্রবৃত্তি – চঙশনবা, নিবৃত্তি—হান্দাকপা, চঙদবা, মার্গ—লম্বী, ভেদ—খেন্নবা নিবৃত্তিমার্গে—হন্দোকপগী মার্গদা, জীবমাত্র—জীবদবু ওইববদি, বধের—হাৎপগী, নিষেধ—অথীঙবা ( লৈ )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কোরাণ শাস্ত্রদুনা হায—প্রবৃত্তিমার্গগা নিবৃত্তি মার্গগা খেন্নে। নিবৃত্তি মার্গদা জীবনীদবু হায়ববদি হাৎপা য দে।

**তৈননরোল**

প্রবৃত্তিমার্গ অমসুং নিবৃত্তিমার্গ অনীসি হিন্দু শাস্ত্রদসু লৈ। ইন্দ্রিয় খুদুম চন্নবগীদমক লম্বী অনীসি শাস্ত্রনা তাক্লস্বনী। নিবৃত্তিমার্গনা ইন্দ্রিয়-শিংগী অপাম্বা অমতা থুংহনবদু যাদে। প্রবৃত্তিমার্গনা ইন্দ্রিযশিংগী অপাম্বদু সংযমগা লোযননা ( যেং-যেংদুনা হাযবদি খাক-খাক্তনা ) থুংহনগদবনী। প্রবৃত্তিমার্গগী মীশিংনা হায়—ইন্দ্রিযগী মচীনজাক ওন্নবদি পীদ্রগা মবক মবক্তু সংযমগা লোযননা চীনজাক্তু খজিক খজিকতমক পীজবগা অসুম অসুম ইন্দ্রিযদুবু খুদুম চন্নবা তৌগদবনী। অদুগা নিবৃত্তিমার্গগী মীশিংনা হায়—প্রবৃত্তিমার্গনা ইন্দ্রিয সংযম তৌবা য়াল্লোই। খজিক্ত ওইরবসু মচীন-জাকপু ফংলবদি ইন্দ্রিয় পুম্নমকী মপাঙ্গল কনখৎলকমি। মবমদুনা নিযম কন্না ইন্দ্রিয় খুদুম চন্বা হায়বদি ইন্দ্রিযগী অবাম-খোবাংবা মতমদা কবিমন্তা পীজদবা অদুনা ইন্দ্রিয় খুদুম চন্বগী আথাইবা লম্বীনী, লম্বীসিবু নিবৃত্তিমার্গ কৌযি। মবমসিনা জীব অমতা হাৎপা য়াদে হাযনা নিবৃত্তিমার্গনা হায়।

## মূল ১৫৬

প্রবৃত্তিমার্গে গোবধ করিতে বিধি হয়।

শাস্ত্র-আজ্ঞায় বধ কৈলে নাহি পাপ-ভয়॥ ১৫৬॥

### শব্দার্থ

প্রবৃত্তিমার্গে—প্রবৃত্তিমার্গনা, গোবধ—শল হাৎপা, করিতে—তৌবগী, বিধি—যাবগী বা, হয়—ওই, শাস্ত্র-আজ্ঞায়—শাস্ত্রগী যাথংনা বধ করিলে হাৎলগদি, নাহি—লৈতে, পাপ-ভয়—পাপ ওইগনী হাযবগী কিবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শল হাৎপা যাই হাযবি। শাস্ত্রগী যাথ, মতুং ইনা হাংলবদি পাপ ওইগনী হাযবগী অকিবা লৈতে।

## মূল ১৫৭

তোমার বেদেতে আছে গোবধের বাণী।

অতএব গোবধ করে বড় বড় মুনি॥ ১৫৭॥

### শব্দার্থ

তোমার—নহাক্কী (নখোযগী), বেদেতে—বেদদা, আছে—লৈ, গোবধের—শল হাৎপগী, বাণী—বা, অতএব—মবমতুনা, গোবধ—শল হাৎপা, করে—তৌযি বড় বড়—অচৌ অচৌবা মুনি—মুনিনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নখোয হিন্দুগী বেদদা শল হাৎপগী বা যাওবি। মবমতুনা চাউব-চাউরবা মুনিশিংনা শল হাৎলম্মী।

## মূল ১৫৮-১৫৯

প্রভু কহে—বেদে কহে গোবধ নিষেধ।

অতএব হিন্দু মাত্র না করে গোবধে॥ ১৫৮॥

জীয়াইতে পারে যদি, তবে মারে প্রাণী।

বেদে পুরাণে ঐছে আছে আজ্ঞাবাণী॥ ১৫৯॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়, বেদে কহে—বেদনা হায়রবি গোবধ নিষেধে—শল হাৎপা থিংলি, অতএব—মবমতুনা, হিন্দুমাত্র—হিন্দুনিদগী হায়রবদি, না করে—তৌদে, গোবধে—শল-হাৎপা, জীয়াইতে—হিংগৎহনবা, পারে—ঙম্মি, যদি—বদি, তবে - অদু ওইববদি, মারে - হাৎলী, প্রাণী—থবাইপানবা পোৎ, জীব, বেদ পুরাণে—বেদ-পুরাণদা, ঐছে—অদুম্না, আছে—লৈ, আজ্ঞাবাণী—য়াথং পাও।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—শল হাৎপা যাদে হায়না বেদনা হায়। মবমতুনা হিন্দুনিদবু হায়রবদি শল হাৎতে। (অহাৎপা জীববু) হিংগৎহনবা ঙম্মবদি জীব হাৎপা য়াই হায়না বেদ-পুরাণদা তাক্লী।

### মূল ১৬০-১৬২

অতএব জরদ্গব মারে মুনিগণ।
বেদমন্ত্রে শীঘ্র করে তাহার জীবন॥ ১৬০॥
জরদ্গব হঞা যুবা হয় আরবার।
তাতে তার বধ নহে হয় উপকার॥ ১৬১॥
কলিকালে তৈছে শক্তি নাহিক ব্রাহ্মণে।
অতএব গোবধ কেহো না করে এখনে॥ ১৬২॥

### শব্দার্থ

অতএব—মবমতুনা, জরদ্গব—অহল ওইরবা শল, মারে—হাৎলী, মুনিগণ—মুনিশিংনা, বেদমন্ত্রে—বেদকী মন্ত্রনা, শীঘ্র—থুনমক, করে—তৌই, তাহার জীবন—মহাকপু হিংহনবা, জরদ্গব—অহল-ওইবা শল, হঞা— ওইরগা, যুবা—নহা, হয—ওই, আরবার—অমূক হন্না, তাতে—মদুনদি, তার বধ—মাবু হাৎপা, নহে—ওইদে, হয—ওই, উপকার—কান্নব, কলিকালে—কলিকালদা, তৈছে—অদুগুম্বা, শক্তি—শক্তি, নাহিক—লৈত্রে, ব্রাহ্মণে—ব্রাহ্মণদা, অতএব—মবমতুনা, গোবধ—শলহাৎপা, কেহ—কনামতনা, না করে—তৌদে, এখনে—হৌজিক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মবমতুনা মুনিশিংনা অহল-ওইবা শল হাৎলগা অদুগা বেদমন্ত্র শেন্দুনা থুনমক মাবু হিংগৎকল্লী। শলদু অহল ওইবমদগী অমুক হন্না নহা ওইরে। মতুন্না মাবু হাৎপা কোৎদ্রে মুগী কান্নবতুম ওইবিবনী। কলিকালসিদদি অতুগুম্বা (হিংগৎহন্নবা) শক্তি দু ব্রাহ্মণশিংগী লৈত্রে, মবমতুনা কনামতনা হৌগ্রিক শল হাৎত্রবনী।

মূল ১৬৩

অশ্বমেধং গবালম্ভং সন্ন্যাসং পলপৈতৃকম্।

দেবরেণ সুতোৎপত্তিং কলৌ পঞ্চ বিবর্জয়েৎ ॥ ১৬৩ ॥

শব্দার্থ

অশ্বমেধং—অশ্বমেধ যজ্ঞ (শাগোল হাৎপা যজ্ঞ), গবালম্ভং—গোমেধ যজ্ঞ (শন-হাৎপা যজ্ঞ), সন্ন্যাসং—সন্ন্যাস (লান্থোক্লবা), পলপৈতৃকম্—শদম্বা পিতৃশ্রাদ্ধ তৌবা; দেবরেণ—মন্নাগা পোকমিন্নবা মনাওদুগা শীজিন্নতুনা মচা পোকপা; কলৌ—কলিযুগতদি; পঞ্চ—মঙা; বিবর্জয়েৎ—থাদোকদবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অশ্বমেধ যজ্ঞ গোমেধ যজ্ঞ, সন্ন্যাস, শদম্বা (মাংসনা) পিতৃশ্রাদ্ধ তৌবা, মনাওদুগা শীজিন্নতুনা মচা পোকপা—মঙাসি কলিযুগতদি থাদোকদবনী।

তাৎপর্য

নৈনবিবা শ্লোকসি ব্রহ্মবৈবর্তপুরাণ কৃষ্ণজন্মখণ্ডদা যাওবি (১৮৫/১৮০)। অশ্বমেধনচিংবা থবক মঙাসিগী থুদিংমক অনাত্মধর্মগী (অ ত্মাগী নত্তবা ধর্মগী) মনুঙ চনবনী। দেশ কালগী ফ ভম হোৎনকপগা লোয়নন-লোয়নননা অনাত্মধর্মদি হোংবা নাই। অশ্বমেধনচিংবা অনুষ্ঠান মঙাসি মমাঙৈগী হিন্দুশিংগী মনুঙদা চৎনবমী, দেশকাল য়েংলগা চৎনবা যাদ্রে হায়দুনা থবক মঙাসি মতুংদা থিংলিবনী।

মূল ১৬৪–৬৫

তোমরা জীয়াইতে নার বধমাত্র সার।

নরক হইতে তোমার নাহিক নিস্তার ॥ ১৬৪ ॥

গরুর যতেক রোম, তত সহস্র বৎসর ।
গোবধী রৌরবমধ্যে পচে নিরন্তর ॥ ১৬৫ ॥

**শব্দার্থ**

তোমরা—নখোয়, যদি, জীয়াইতে—হিংগৎহনবা, নার—ঙমদে, বধ মাত্র—হাৎপদমক, মার—মরুনী, নরক হইতে—নরক কে মদগী, তোমার—নহাক্কী ( নখোয়গী ), নাহিক—লৈত্রে, নিস্তার—লাম্হোকপা, গরুর—শনগী, যতেক অতুখক, রোম মতু, তত—অহুক, সহস্র—লীশীং বৎসর চহী, গোবধী শন হাৎপা মী; রৌরবমধ্যে—রৌরব-কৌবা নরক-কোম্‌ংদা, পচে—পং পুমহুনা লৈ; নিরন্তর অতৎ-অথম নাইদনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়রম্মী )—নখোয়দি (হাৎলগা) অমুক হিংগৎহনরা ঙমদে, হাৎপদগি মরু ওইনা তোরিবা। মরমহুনা নখোয় নরক-কোমদগী থোরকপা ঙম্মোই। শন মচাদা হৌবিবা মতু মশীঙহু, মহুমুক য়াম্না চহী লীশীঙ কয়া শন-হাৎপা মীদি রৌরব কৌবা নরক-কোমদা অতৎ-অথম নাইদনা পুং-পুমহুনা লৈগদৌবনী।

**মূল ১৬৬**

তোমা সভার শাস্ত্রকর্তা—সেহো ভ্রান্ত হৈল ।
না জানি শাস্ত্রের মর্ম্ম—ঐছে আজ্ঞা দিল ॥ ১৬৬ ।

**শব্দার্থ**

তোমা সভার নখোয় খ্বাইগী, শাস্ত্রকর্তা—শাস্ত্র লেংবা মী, সেহো—মহাক্তো, ভ্রান্ত অরাণবা, হৈল—ওইরে, না জানি—খঙদহনা, শাস্ত্রের—শাস্ত্রগী, মর্ম্ম—অথুম্বা অর্থ, ঐছে—অদুম্না ( শন হাৎপা য়াই হায়না ) আজ্ঞা—য়াথং, দিল—পীরম্বনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মথা তারম্মী )—নখোয় খ্বাইগী শাস্ত্র-লেংবা মাহুস্ম লান্নারবনী, শাস্ত্রগী অথুম্বা অর্থ ( মর্ম্ম ) খঙদহনবা মহাক্তো আজ্ঞা ( প্রবৃত্তিমার্গদা শন হাৎপা য়াগনী হায়হুনা ) য়াথং তা পীরম্বনী।

মূল ১৬৭

শুনি স্তব্ধ হৈল কাজী, নাহি স্ফুরে বাণী।

বিচারিয়া কহে কাজী পরাভব মানি ॥ ১৬৭

শব্দার্থ

শুনি (প্রভুগী বা) তাবগা, স্তব্ধ—রা ভাঙদবা, হৈল— ওইখবে, কাজী—কাজী, নাহি স্ফুরে—খোকখিদবে, বাণী—রা, বিচারিয়া—অচুম-অরান খল্লগা, কহে—হায়, কাজী—কাজীনা, পরাভব—মায়থীবা, মানি য়ারবদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুগী রা) তাবগা কাজী তুমিন লৈখি, রা মচেৎ অমা ফাওবা খোকখিদরে। খল্লগা কাজীনা মায়থীরে হায়বা য়ারবদুনা রা হায়রকখি।

মূল ১৬৮

তুমি যে কহিলে পণ্ডিত সেই (সব) সত্য হয়।

আধুনিক আমার শাস্ত্র—বিচারসহ নয় ॥ ১৬৮ ॥

শব্দার্থ

তুমি—নহাক, যে—অদু কহিলে—হায়রে, পণ্ডিত—হে পণ্ডিত, সেই—মদু সব—পুম্নমক সত্য—অচুম্বা, হয়—ওই, আধুনিক—হৌজিক্কী অনৌবনী, আমার শাস্ত্র—এইগী (ঐখোয়গী) শাস্ত্রদি, বিচারসহ—মখম চাবরা-চাদবরা হায়বগী খাখল-খাওবা, নয়—নত্তে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(কাজীনা হায়রম্মী)—হে পণ্ডিত, নঙনা হায়রিবা পুম্নমক্লো অচুম্বা ওইরী। ঐখোয়গী শাস্ত্রদি আধুনিক-নী (হৌজিক্ক্রবনী, অনৌবনী), (নহাক্কী রা পুম্নমক্তু) বিচার তৌরগদি (ঐখোয়গী শাস্ত্রসি) লাইতে চাদে।

কৈনজেওমা

মুসলমানধর্ম হৌদোক্লবা হজরত মহম্মদনা কোরাণ শাস্ত্রোক্লমসি খ্রীষ্টাব্দগী তরেৎশুবা শতাব্দী হৌরাংলকপদুনী। মহম্মদনা লৈরম্লসি খৃঃ ৫৭০-দগী ৬৩২

ফাওবনী। মতমসিগী অা মমাঙদা হিন্দুশিংগী বেদ-পুরাণ লৈবন্নবনী। অতুনা কাজীনা কোরাণবু আধ্যাত্মিক শাস্ত্রনী হায়বিবনী। কোরাণ ইথিবসি আরব দেশদনী, মখুমতুনরীচাবা য়াইথাজিনবা মতাংদা কোরাণা হাযরিবা বিধিশিংসি মতমতুগী আরবদেশদা লৈরম্বা মীশিংগী অবস্থাগা চান-চুনবমগনী হায়না খনবা য়াই।

মূল ১৬৯

কল্পিত আমার শাস্ত্র আমি সব জানি।

জাতি অনুরোধে তবু সেই শাস্ত্র মানি ॥ ৬৯ ॥

শব্দার্থ

কল্পিত—শাজনবা, আমার—ঐখোয়গী, শাস্ত্র—শাস্ত্র, আমি—ঐ, সব—লোইনমক, খঙঙী, জাতি-অনুরোধে জাতিগীনী হায়তুনা, তবু—অতুম ওইনমক, সেই শাস্ত্র-শাস্ত্রদু, মানি—যাবিবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয়গী শাস্ত্রসি শাজনবনী হাযবা ঐহাক লোইনা খঙঙী। অতুমকপু জাতিগীনী হায়তুনা শাস্ত্রদু ঐনা মান্নিবনী।

মূল ১৭০

সহজে যবনশাস্ত্র অদৃঢবিচার।

হাসি তারে মহাপ্রভু পুছেন আরবার ॥ ১৭০ ॥

শব্দার্থ

সহজে—মহৌশানা, যবনশাস্ত্র—মুসলমানশিংগী শাস্ত্রদি; অদৃঢ-বিচার চেৎতবা বিচারনীনী; হাসি—নোক্লগা, তারে—মতোন্দা; মহাপ্রভু মহাপ্রভুনা, পুছেন—হংখি; আরবার—হন্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাজীনা হায—"মহৌশানা মুসলমানশিংগী শাস্ত্রদি চৈৎতবা বিচারনী পোইনী"। অদুদগী মহাপ্রভুনা নোক্লগা মতোন্দা অমুক হন্না হংখি।

### মূল ১৭১—১৭৩

আর এক প্রশ্ন করি, শুন তুমি মামা ।
যথার্থ কহিবে, ছলে না বঞ্চিবে আমা ॥ ১৭১ ॥
তোমার নগরে হয় সদা সঙ্কীর্ত্তন ।
বাদ্যগীত কোলাহল সঙ্গীত-নর্ত্তন ॥ ১৭২ ॥
তুমি কাজী হিন্দুধর্ম্ম-বিরোধে অধিকারী ।
এবে যে না কর মানা, বুঝিতে না পারি ॥ ১৭৩ ॥

### শব্দার্থ

আর—অতোপ্পা, এক—অমা, প্রশ্ন—বহং, করি—হংগে শুন—তাবিয়ু, তুমি নহাক, মামা মামা, যথার্থ—অচুম্বা বাক্তদা, কহিবে—হায়বিগনী, ছলে—লৌনমতুনা, না বঞ্চিবে—ফংহন্দবা তৌবি-রোই, তোমার নগরে নঙগী নগরবাসিদা, হয়—ওই (তৌবি); সদা—মতম পুম্বদা, সঙ্কীর্ত্তন—সঙ্কীর্ত্তন, বাদ্য—পুঙশেল গীত ঈশৈ, কোলাহল নিলখোংবা সঙ্গীত—ঈশৈ, নর্ত্তন—জগোই, তুমি—নহাক, কাজী—কাজীদি, হিন্দুধর্ম্ম-বিরোধ—হিন্দুধর্ম্ম-থিংবগী, অধিকারী—হক লৈবা অঙম্বনী, এবে যে—হৌজিকনে, না কর—তৌদ্রে মানা থিংবা, বুঝিতে খঙবা, না পারি—ঙমদে ।

### মৈতৈলোন্দ হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)—বা অমা হংগে, মামা নঙ তাও, অচুম্বদা হায়গদবনী, লৌনমতুনা ঐবু থঙহন্দবা তৌগনু । (য়াদি অসিনী) নঙগী নগরসিদা মতম পুম্বদা সঙ্কীর্ত্তন তৌবি, পুঙ-শেল-ঈশৈনা নিল্লী, ঈশৈ শক্লগা জগোই শাবনচিংবা তৌবি নঙদি কাজীনীনা হিন্দুধর্ম্মবু থিংবগী হক-লৈবা অঙম্বনী । অদুবু হন্দক-মরক্সি নঙনা থিংদ্রিবসি করিনোনো ঐ খঙদ্রে ।

### মূল ১৭৪—১৭৫

কাজী বোলে—সভে তোমায় বোলে গৌরহরি ।
সেই নামে আমি তোমা সম্বোধন করি ॥ ১৭৪ ॥

সেই ব্যাঘ্রে এক সিংহ মহাভয়ঙ্কর ।

নরদেহ সিংহমুখ গর্জ্জয়ে বিস্তার ॥ ১৭৮ ॥

শব্দার্থ

কাজী কহে— কাজীনা হায়, ঘরে—মতমদা, আমি—ঐনা, হিন্দুর ঘর—হিন্দুগী যুমদা, গিয়া চংতুনা, কীর্ত্তন—কীর্ত্তন, করিলু, মান্য—মানা তৌকই, মৃদঙ্গ—পুঙ, ভাঙ্গিয়া—থুগাযদুনা, সেই ব্যাঘ্রে—অহিং-তুদা, এক সিংহ— নোংশা অমা, মহাভয়ঙ্কর—যাম্না কিবগী মশক ওইবা, নরদেহ মীওইবগী হকচাঙনী, সিংহমুখ—নোংশা-মায়থোঙনী, গর্জ্জযে —খোঙতী ভংঙী, বিস্তার—যাম্না খোলহৌনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাজীনা হায়রকযি—ঐনা হিন্দুগী ময়ুমদা চংতুনা পুঙ থুগায়রগা কীর্তন থিংলুব অহিংতুদা অকিবগী মশক ওইরবা নোংশা অমা—হকচাঙনা মীওইবগী অতুগা মায়থোঙনা নোংশাগী পানবা—লাকুনা যাম্না ভংখি।

মূল ১৭৯

শয়নে আমার উপর লাফ দিয়া চড়ি ।

অট্ট অট্ট হাসে করে দন্ত কড়মড়ি ॥ ১৭৯ ॥

শব্দার্থ

শয়নে—ফমুঙদা, আমার উপর—ঈথক্তা, লাফ দিয়া—চোংশল্লগা, চড়ি—তোংতুনা, অট্ট অট্ট হাসে—খাক খাক নোকখি, করে দন্ত কড়মড়ি —যা ক্রক ক্রক চীকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফমুঙদা ঐগী ইথক্তা চোংখৎলগা তোংলতুনা খোলহৌনা খাক্ খাক নোকখি অতুগা য়া ক্রক ক্রক চীকখি।

মূল ১৮০—১৮১

মোর বুকে নখ দিয়া ঘোরস্বরে বোলে ।

ফাড়িমু তোমার বুক মুখ যদি বোলে ॥ ১৮০ ॥

আজ হৈতে কীর্ত্তন আনার যদি করিস্ তোর ।

আঁখি মুদি কাঁপি আমি পাঞা বড ভয় ॥ ১৮১ ॥

### অনুবাদ

মোর—ঐগী, বুকে—থবাক্তা নখ দিয়া—খুজিন থম্লগা ঘোরস্বরে—অকি-ফংবা খোন্দাদা, বোলে—হায, ফাড়িমু—শেগাযগনী, তোমার—নহাকী, বুক—থবাক মৃদঙ্গ বদলে—পুঙগী মহুত্তা, মোর কীর্তনে—ঐগী কীর্তন, মানা করিস—থিংলি, করিমু—তৌগনী, তোমার ক্ষয়—নঙগী মাঙনবা, আঁখি—মিং মুদি—উইশিল্লী, কাঁপি—নীক্লগা, আমি—ঐ, পাঞা—ফংহুনা, বড—অচৌবা, ভয—কিবা।

### মৈতৈলোন্দা ঋন্দোকপা

ঐগী থবাক্তা মখুজীন থম্লগা কিনডাই ঙৈবা খোন্দাদা হাযবম্মী—"কীর্তনগী পুঙ খুগায়বগী লম্মন্ ওইনা নথবাক শেগাযগে। নঙনা ঐগী কীর্তন থিংবা শায, নঙবুদা তুমহল্লগা লোইহবে। মতৌ অদুদা ঐ কিমন্-খরহুনা থক থক নীক্লা মিং উইশল্লী।

### মূল ১৮২-১৮৪

ভীত দেখি সিংহ বোলে হইয়া সদয়।
তোরে শিক্ষা দিতে কৈল তোর পরাজয়॥ ১৮২॥
সে দিন বর্হিত নাহি কৈল উৎপাত।
তেঞি ক্ষমা করিয়া না কৈলুঁ প্রাণাঘাত॥ ১৮৩॥
ঐছে যদি পুন কর তবে না সহিমু।
সবংশে তোমারে মারি যবন নাশিমু॥ ১৮৪॥

### শব্দার্থ

ভীত—কিববা, দেখি—উরগনা, সিংহ—নেংশা, বোলে—হায়, হইয়া—ওইহনা সদয়—নুংশিহৈবা, তোরে—নঙবু, শিক্ষা দিতে—বারক রাতেমগে হায়হুনা, কৈল—(ঐনা) তৌবনী, তোর—নঙগী, পরাজয় মায়থীবা; সে দিন—অদুগী নুমিৎ; বর্হিত যায়া, নাহি কৈল—(নঙনা) তৌখিদে; উৎপাত—অশাংবা অতাবা থবক-শা ওনবা, তেঞি—মরমহুনা, ক্ষমা—ও কপা, করিয়া—তৌদুনা; না কৈলুঁ—তৌদ্রবনী,

প্রাণঘাত—থল্লাই মাংহনবা , ঐছে—অদুম্না ( কীর্ত্তন থুগায়বা ) , যদি—যদি , পুন—অমুক্কু হন্না , কর—তৌ , তবে—অদুগ্ গুইরবদি ; ক্ষা মরিমু—( ঐ ) খাওঙরোই , সবংশে—বংশগা লোয়ননা ; তোমাকে—নহাকপু , মারি—হাৎলগা , যবন—মসলমান পম্বা . নাশিমু—মাঙহনগনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপ

ঐহাক কিরে হায়বত্তু উবত্তনা নোংশাহনা ঐবু হুংশিবিবহনা হায়বগী—নঙবু বাবক-বাতেমহনা খঙহনগে হায়বগীদমক নঙবু "মায়থীবা" পীবিবনী । নহান্দো নঙনা তৌখিবা উৎপাত অদুক্কা ঘামথিদ । মবমহনা নঙবু গুাক-পীহনা নথর ইদি তৌদ্রবনী । নহাক্কীদুম্না অমূক হন্না তৌরবদি ঐদি খাওহনা লৈরবোইদ্রোবনী । নঙগী বংশগা লোয়ননা নঙবু হাৎলগা যবন হুম্না মাঙ-হনগদবনী ।

মূল ১৮৫

এত কহি সিংহ গেল মোর হৈল ভয় ।
এই দেখ নখচিহ্ন আমার হৃদয় ।। ১৮৫ ।।

শব্দার্থ

এত—অসুক্থক্ , কহি—হায়রগা , সিংহ—নোংশা , গেল—চৎখি , মোর—ঐগী , হৈল—ওইখি , ভয—কিবা , এই—অসি , দেখ—যেংঙু , নখচিহ্ন—খুজীল মফম , আমার—ঐগী , হৃদয়—থবাক্তা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিখক হায়বম্লগা নোংশা চৎখি । ঐদি কিবনা লোইবে । যেংঙু নেসে ঐগী থবাক্তা । লৈবিবা খুজিন মফমসে ।

মূল ১৮৬

এত বলি কাজী নিজ বুক দেখাইল ।
শুনি দেখি সর্ব্বলোক আশ্চর্য্য মানিল ।। ১৮৬ ।।

শব্দার্থ

এত—অসিখক , বলি—হায়রগা , কাজী—কাজীনা , নিজ—মছাগী ,

মুক—থবাকে, দেখাইল—উৎখি, শুনি—( মরাছু ) তারগা; দেখি—( খুজিন মকমদু ) উরগা, সর্ব্বলোক—মী পুম্নমক, আশ্চর্য্য—অঙকপনী ( হাযনা ), মানিল—লৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থাংসিথক হায়রগা কাজীনা মছামকী থবাকু উৎলম্মী। ( মাগী রা ) তারগা অমসুং ( খুজীন মকমদু ) উরগা মী পুম্নমক ঙকখি।

## মূল ১৮৭

কাজী কহে—ইহা আমি কারে না কহিল।

সেই দিন আমার এক পেয়াদা আইল॥ ১৮৭॥

## শব্দার্থ

কাজী কহে—কাজীনা হায়রম্মী, ইহা—মসি ( নোংশানা তৌরম্বা থবক্সি ), আমি—ঐ, কারে—কনাদসু, না কহিল—হাযদোক্তে, সে দিন—নোংমনা, আমার—ঐগী, এক পেয়াদা—লাম্মী অমা, আইল—লাক্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাজীনা মখা তানা হায়রম্মী—নোংশানা তৌবম্বসে ঐ কনাদসু হায়দোক্তে। নোংমা ঐগী পেয়াদা অমা লাক্লম্মী।

## মূল ১৮৮

আসি কহে—গেলুঁ মুঞি কীর্ত্তন নিষেধিতে।

অগ্নি উল্কা মোর মুখে লাগে আচম্বিতে॥ ১৮৮॥

## শব্দার্থ

আসি—লাক্লগা, কহে—হায়বে, গেলুঁ—চৎলুই, মুঞি—ঐহাক, কীর্ত্তন নিষেধিতে—কীর্ত্তন থিংবা, অগ্নি-উল্কা—মৈগী উল্কা ( শূদ্রংদগী লাকপা মৈবুল ), মোর মুখে—ঐগী মায়দা, লাগে—চূখি, আচম্বিতে—খঙহৌদবমখে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পেযাদাশিংনা লাক্লগা হায়রি—ঐনা কীর্ত্তন থিংল্লে হায়রদুনা থোক্লুই। ফদায়নগীনো খণ্ডৌদে মৈবুদ অমা লাক্লগা হায়দা ৎথংলৈ।

মূল ১৮৯

পুড়িলা সকল দাড়ি মুখে হৈল ব্রণ।
যেই পেয়াদা যায় তার এই বিবরণ ॥ ১৮৯ ॥

শব্দার্থ

পুড়িলা—চাকখ্রে, সকল—পুম্নমক, দাড়ি—খদাং-কোই, মুখে—মমায়দা, হৈল—লৈবশ্মী, ব্রণ—মৈচাকফম, যেই—মত্থ পেযাদা—পেযাদা, যায—চৎলী, তাব—মাগী, এই—মসি, বিববণ—য়ারী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পেযাদাত্থগী খদাং-কোই লোইন্নমক চাবখ্রে। হেক চৎলু-চৎলুবা পেযাদা খুদিংমক্কী য়ারী চপ মান্নৈ হাযবদি মকোই-ময়াম মৈনা চাকৃখি।

মূল ১৯০

তাহা দেখি বলি আমি মহাভয় পাঞা।
কীর্ত্তন না বজ্জিহ ঘরে বহ ত বসিযা ॥ ১৯০ ॥

শব্দার্থ

তাহা—মত্থ, দেখি—উরগা, বলি আমি—ঐনা হায়, মহাভয পাঞা—য়াম্না কিরত্থনা, কীর্ত্তন—কীর্ত্তন, না বজ্জিহ—থিলুংবনু, ঘাব—যুমদা, বহ ত—লৈরো বসিযা—ফমত্থনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মত্থ উরগা ঐহাক য়াম্না কিরত্থনা মখোযদা হায়বশ্মী—কীর্ত্তন থিংলুবনু যুমদা ফমত্থনা লৈবো।

মূল ১৯১

তবে ত নগরে হৈবে স্বচ্ছন্দে কীর্ত্তন।
শুনি সব ম্লেচ্ছ আসি কৈল নিবেদন ॥ ১৯১ ॥

**শব্দার্থ**

তবে তো—মতু ওইরবদি ; নগরের—নগরদা ; হৈবে—ওইরগনী (তৌরগনী), স্বচ্ছন্দে—মনীংঙ্গা, কীর্ত্তন—কীর্ত্তন, শুনি—মাকোঙ্গনা তাবগা, সব ম্লেচ্ছ—ম্লেচ্ছ পুম্নমক, আসি—লাকুনা, কৈল নিবেদন—হায়রখি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ঐনা কীর্ত্তন থিংলুবনু হায়বসিদা—থিংদ্রবদি নগরদা মনীংঙ তম্না কীর্ত্তন তৌবগনী (হায়না চিংনবদগী) পাওসি তাবদা ম্লেচ্ছ পুম্নমক লৌতুনা লাক্লগা ঐগোন্দা হায়বরখি—।

**মূল ১৯২**

নগরে হিন্দুর ধর্ম্ম বাড়িল অপার।

হরি হরি ধ্বনি বিনা নাহি শুনি আর ॥ ১৯২ ॥

**শব্দার্থ**

নগরে—নগরদা, হিন্দুর হিন্দুগী, ধর্ম্ম—ধর্ম্ম, বাড়িল—হেঙ্গৎলক্নে, অপার ওয়খৈ নাইদবয়খৈ, হরি হরি ধ্বনি—হরি হরি হায়বা খোন, বিনা—নত্তনা, নাহি শুনি—তাদে, আর—অতোপা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

(ম্লেচ্ছশিংনা হায়রখি)—নগরদা হিন্দুগী ধর্ম্ম ওয়খৈ নাইদবয়খৈ হেঙ্গৎলক্নে। হরি হরি হায়বা ধ্বনি নত্তনা অতো কবিমত্তা তাবা লৈত্রে।

**মূল ১৯৩-১৯৪**

আর ম্লেচ্ছ কহে—হিন্দু কৃষ্ণ কৃষ্ণ বলি।

হাসে কান্দে নাচে গায় গড়ি যায় ধূলি ॥ ১৯৩ ॥

হরি হরি করি হিন্দু করে কোলাহল।

পাৎসা শুনিলে তোমার করিবেক ফল ॥ ১৯৪ ॥

**শব্দার্থ**

আর ম্লেচ্ছ—অতোপ্পা ম্লেচ্ছ অমনা হায়, হিন্দু—হিন্দুনা, কৃষ্ণ কৃষ্ণ

বলি—কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা, হাসে—নোকয়ি, কান্দে—কপ্পী, নাচে—জগোয শায, গায—ঈশৈ শকযি, গড়ি যায—থবো থবো ওল্লী, ধূলি—উফুন্দা, হরি হরি করি—হরি হরি শোন্দুনা; হিন্দু—হিন্দুনা, করে কোলাহল নিন-খোঙডী; পাৎসা—নিংথৌরেম বাদসাহনা, শুনিলে—নাকোঙনা তাবগদি, তোমায—নাঙান্দা, করিবেক ফল—মহৈ চাহন্গনী, শাস্তি পীগনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতৈ ম্লেচ্ছ অমনা হাযরে—হিন্দুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লগা নোকযি, কপ্পী, জগোই শায, ঈশৈ শকযি অদুগা উফুন্দা থবো থবো ল্লী। হিন্দুনা হরি হরি শোন্দুনা নিল-খোঙডী। পাৎসাগী নাকাঙ যৌরবদি নঙবু শস্তি পীবরনী।

## মূল ১৯৫–১৯৬

তবে সেই যবনের আমিত পুছিল।
হিন্দু হরি বোলে তার স্বভাব জানিল॥ ১৯৫॥
তুমিত যবন হৈয়া কেনে অনুক্ষণ।
হিন্দুর দেবতার নাম লও কি কারণ॥ ১৯৬॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদা, সেই যবনেরে—মুসলমান অদুদা, আমিত—ঐনদি, পুছিল—হংখি, হিন্দু হরি বোলে—হিন্দুনা হরি শোল্লী, তার—মাগী, স্বভাব—হৌনশানী (হায়না), জানিল—খঙডী, তুমিত—নঙদি, যবন হৈয়া—যবন ওইরগা, কেনে—করম্না, অনুক্ষণ—ভাইহাক লৈতনা, হিন্দুর—হিন্দুগী, দেবতার—লাইগী, নাম—মিং, লও—লৌবিবা, কি কারণ—করি মরমগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মানা হায়রকপদুদা যবনদুদা ঐনা হংলম্মী—হিন্দুনা হরি শোনবদি মহু মাগী মনাৎনী হায়না খঙডী। অদুগা নঙদি যবন ওইরগা করম্না ভাইহাক লৈতনা হিন্দুগী লাইমিং শোল্লিবদি করিগীনো?

মূল ১৯৭-১৯৯

ম্লেচ্ছ কহে—হিন্দুরে আমি করি পরিহাস।
কেহো কেহো কৃষ্ণদাস, কেহো রামদাস ॥ ১৯৭ ॥
কেহো হরিদাস, সদা বোলে "হরি হরি"।
জানি কার ঘরে ধন করিবেক চুরি ॥ ১৯৮ ॥
সেই হইতে জিহ্বা মোর বোলে হরি হরি।
ইচ্ছা নাহি তবু বোলে কি উপায় করি ॥ ১৯৯ ॥

শব্দার্থ

ম্লেচ্ছ—মুসলমান, কহে - হায়, হিন্দুরে—হিন্দুবু, আমি—ঐনা, করি—তৌয়ি, পরিহাস - করেম্নবা, কেহো কেহো—কনা কনানা, কৃষ্ণ দাস—কৃষ্ণদাস ( কৃষ্ণগী মনাই ), কেহো—কনামনা, রামদাস—রামদাস ( রামগী মনাই ), কেহো—কনামনা, হরিদাস—হরিদাস (হরিগী মনাই) সদা—মতম পুম্বা, বোলে—হায, শোল্লী, হরি হরি—হরি হরি ( হূরাল্লী, হূরাল্লী ), জানি—খঙঙী, কার—কনাগী, ঘরে—যুমদা, ধন—লন করিবেক - তৌগনী, চুরি—হূরানবা, সেই হইতে—মতুদগী হৌনা, জিহ্বা —লৈযেং, মোর—ঐগী, বোলে—হায়, হরি হরি—হরি হরি, ইচ্ছা নাহি—হায়রোই হাযনা নীঙঙী, তবু—অতুবু, বোলে—হায, কি—করি, উপায়—পাম্বৈ, করি—তৌগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ম্লেচ্ছনা খুম্নকয়ি—ঐনা হিন্দুবু করেম্নবনী। কনামনা কৃষ্ণদাস, কনামনা রামদাস, কনামনা হরিদাস। মখোয়না মতম চুপ্পা 'হরি হরি' হাযনা শোল্লী। ( হরি হরিগী অর্থ অমা হূরাল্লী হূরাল্লী হাযবনী ), মরমহুনা মখোয কনাগী যুমদা লন হূরানদৌরিব্বনো হাযনা ঐনা লৌযি। ( ঐনা মখোয়গী মতৌ তমহুনা হায়বা ) অতুদগী ইবৈসিনা হরি হরি হাযদুনা লৈখরে। হাযরোই হাযনা নীঙঙী, অতুবু হেক্তা হায, করি উপায তৌগদব্বনো খঙদরে।

মূল ২০০-২০৫

আর ম্লেচ্ছ কহে—শুন আমি এই মতে।
হিন্দুকে পরিহাস কৈল, সেই দিন হৈতে ॥ ২০০ ॥

জিহ্বা কৃষ্ণনাম করে, না মানে বর্জ্জন।
না জানি কি মন্ত্রৌষধি করে হিন্দুগণ ॥ ২০১ ॥

**শব্দার্থ**

আর—অতোপ্পা, ম্লেচ্ছ—ম্লেচ্ছনা, কহে—হায, শুন—নাকোঙনা জাও, আমি ঐ, এই মতে—মতৌ অসুম্না, হিন্দুকে—হিন্দুবু, পরিহাস—করেম্নবা, কৈল—তৌরুই, সেই দিন হৈতে—মহুগী নুমিত্তগী, জিহ্বা—( ঐগী ) লৈযেংনা, কৃষ্ণনাম করে—কৃষ্ণকৃষ্ণ হায়না শোল্লী, না মানে - যাদে, বর্জ্জন থাদোকপা, না জানি—খঙদে, কি—করি, মন্ত্রৌষধি—মন্ত্রগা হীদাক্কা, করে—তৌববনো, হিন্দুগণ—হিন্দুশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পা ম্লেচ্ছ অমনা লাক্লগা হায়রম্মী—জাওনে, ঐনা মতৌ অসুম্না হিন্দুবু কবেম্মে, কবেম্নবা নুমিত্তুদগী ইবৈসিনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হাযদুনদা লৈ, তোকউ হায়বা যাদে। হিন্দুশিংনা করি মন্ত্র করি হিদাক তৌশিল্লবনো খঙদে।

মূল ২০২

এত শুনি তা-সভারে ঘরে পাঠাইল।
হেন কালে পাষণ্ডি-হিন্দু পাঁচ-সাত আইল ॥ ২০২ ॥

**শব্দার্থ**

এত—অসিথক, শুনি—নাকোঙনা তাব্রগা; তা-সভারে—মখোয লোইনমকপু, ঘরে—যুমদা, পাঠাইল—থাখি, হেনকালে—মতম অসিদা, পাষণ্ডি-হিন্দু—কীর্ত্তন-তাথীবা হিন্দু, পাঁচ—মঙা, সাত—তরেৎ, আইল—লাক্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক তাবগা ঐনা মখোয পুম্ববু ময়ুম ময়ুমদা হলহনখি। মতমহুদা পাষণ্ডী হিন্দু ৫/৬ লাক্লম্মী।

মূল ২০৩

আসি কহে—হিন্দুর ধর্ম্ম ভাঙ্গিল নিমাই।
যে কীর্ত্তন প্রবর্ত্তাইল কভু শুনি নাই ॥ ২০৩।

**শব্দার্থ**

আসি—লাক্লগা, কহে—হায়রক্মী, হিন্দুর—হিন্দুগী, ধর্ম্ম—ধর্ম্ম, ভাঙ্গিল—থুগায়রে, নিমাই—নিমাইনা, যে কীর্ত্তন—কীর্ত্তনদো, প্রবর্ত্তাইল—হৌদোক্লম্মী, কভু—কদৌউদেস্তু, শুনি নাই—তাখিদ্রি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

(পাষণ্ডি-হিন্দুশিংনা) লাক্লগা হায়খি—নিমাইনা হিন্দু ধর্ম্ম থুগায়র। মানা হৌদোক্লিবা কীর্ত্তনসিদি কদৌউদেস্তু তাখিদ্রি।

**মূল ২০৪**

মঙ্গলচণ্ডী বিষহরি করি জাগরণ।

তাতে বাদ্য নৃত্যগীত—যোগ্য আচরণ ॥ ২০৪ ॥

**শব্দার্থ**

মঙ্গলচণ্ডী—মঙ্গলচণ্ডী, বিষহরি—মনসাদেবী (লিনগী লাই), করি—তৌযি, জাগরণ—মিংশেল-খাঙবা, তাতে—মহুদা, বাদ্য—পুঙশেল, নৃত্য—জগোই, গীত—ঈশৈ, যোগ্য—হৌনবী, আচরণ—শাজং (তৌযি)।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মঙ্গলচণ্ডী অমসুং বিষহরি (মনসা দেবী) পূজা তৌদুনা অহিং মিংশেল খাঙজী। পূজাদুদা পুঙ-ঈশৈ জগোইনচিংবা তৌবদি (হিন্দুশিংগী) হৌনবী আচরনী।

**মূল ২০৫**

পূর্ব্বে ভাল ছিল এই নিমাই পণ্ডিত।

গয়া হৈতে আসিয়া চালায় বিপরীত ॥ ২০৫ ॥

**শব্দার্থ**

পূর্ব্বে—হান্নদি, ভাল—ফনা ; ছিল—লৈরম্বনী, এই—অসি, নিমাই পণ্ডিত—নিমাই পণ্ডিত ; গয়া হৈতে—গয়াদগী, আসিয়া—লাক্লগা, চালায়—চৎনহল্লে, বিপরীত—এন্নথৈনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিমাই পণ্ডিতসি হান্নদি ফনা ফবস্বনী। গযাদগী হল্লক্লগা গুন্নতৈনবা শুাক তৌবরে।

মূল ২০৬–২০৭

উচ্চ করি গায গীত দেয করতালি।
মৃদঙ্গ–করতাল–শব্দে কর্ণে লাগে তালি ॥ ২০৬ ॥
না জানি কি খাঞা মত্ত হৈয়া নাচে গায।
হাসে কান্দে পাড উঠে গড়াগড়ি যায ॥ ২০৭ ॥

শব্দার্থ

উচ্চ করি খোনব না, গায—শকয়ি গীত—ঈশৈ দেয করতালি — খুবাক খুই, মৃদঙ্গ—পুঙ, করতাল—কোর্ত্তাল, শব্দে—খোনা, কর্ণে—নাকাওদা, লাগ তালি —বাইখু-শো লোল্লী হাযবদি যৈশল্লী, না জনি—খঙদে, কি করি, খাঞা—চাদুনা, মত্ত— অঙাংবা, হৈয়া—ইদুনা, নাচে— জগোই শাই, গায—ঈশৈ শকযি হাসে— নোকযি, কান্দে—কপ্পী, পাড তুই, উঠে —হৌগৎনী, গড়াগড়ি যায- লৈগল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(নিমাইনা) খুবাক খবগা খোনবা ঈশৈ শকযি। (মখাযগী) পুঙ কোর্ত্তালগী খোন্না নাকোংদ যৈশল্লী। করি চদনা অংবগা জগোই শাবিবা, ঈশৈ শক্লিবা, মরম খঙদে, নোকন্ন নোকযি, কপ্পনা কপ্পী, অদুগা লেবা। তুবৈ অদুগা অমুক হৌগৎলি অদুগা থবো ২বোস্ন লৈগল্লী।

তৈন্নরোল

তৌবিবা মতৌশিংসি কৃষ্ণ প্রেমগী বহির্লক্ষণ ওাকী। ভাগবতনা হাযবি—"এবং ব্রতঃ স্বপ্রিয়নামকীর্ত্ত্যা জাতানুরাগো দ্রুতচিত্ত উচ্চৈ হসত্যথো রোদিতি গাযত্যুন্মাদবন্নৃত্যতি লোকবাহ্যঃ॥" ভা. ১১/২/৪০॥

মূল ২০৮

নগরিয়াকে পাগল কৈল সদা সঙ্কীর্ত্তন।
রাত্রে নিদ্রা নাহি যাই—করি জাগরণ ॥ ২০৮ ॥

**শব্দার্থ**

নগরিয়াকে—নগরগী মীশিংবু, পাগল কৈল—ভাওহল্লে, সদা—মতম পুম্বদা, সঙ্কীর্ত্তন—কীর্ত্তন্না, হরিনাম শোনবনা, রাত্রে—অহিংদা, নিদ্রা নাহি যাই—তুম্বা তোক্লে, করি জাগরণ—মিংশেল খাঙলে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সঙ্কীর্ত্তনগী লাঙবনা মতম পুম্বদা মী পুম্নমকপু ভাওহল্লে। অহিংদা কনামতা তুম্নদবে অহুনা জাগরণ তৌহুনা লৈনবে।

মূল ২০৯

নিমাই-নাম ছাড়ি এবে বোলায গৌরহরি।

হিন্দু ধর্ম্ম নষ্ট কৈল পাষণ্ড সঞ্চারি॥ ২০৯॥

**শব্দার্থ**

নিমাই-নাম—নিমাই হায়বা মিং, ছাড়ি—থাদোক্নুনা, এবে—হৌজিক বোলায—কৌহল্লে, গৌরহরি—গৌরহরি, হিন্দু ধর্ম্ম—হিন্দু ধর্ম্ম, নষ্ট কৈল—মাঙহল্লে, পাষণ্ড সঞ্চারি—পাষণ্ডমত প্রচার তৌহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিমাই হায়বা মিংছু থাদোল্লগা গৌরহরি হায়না কৌহল্লে। (মহাক্না) পাষণ্ড মত অহুগা পাষণ্ডগী আচরা প্রচার তৌহুনা হিন্দু ধর্ম্মদি মাঙ-তাব্হল্লে।

মূল ২১০

কৃষ্ণের কীর্ত্তনে করে নীচ বাড়বাড়।

এই পাপে নবদ্বীপ হইবে উজাড়॥ ২১০॥

**শব্দার্থ**

কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী কীর্ত্তন—কীর্ত্তম (শক-শোনবা), করে—তৌরি নীচ—অপীকপা জাৎকী, বাড়বাড়—তত্ত্ব-খঙদবা মীনা, এই পাপে—পাপ অসিনা মরম ওইহুনা, নবদ্বীপ—নবদ্বীপ, হইবে—ওইবনী, উজাড়—মাঙতাকপা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অপীকপা জাৎকী তত্ত্বখণ্ডদবা মীনা কৃষ্ণ-কীর্ত্তন তৌবি। পাপসিনা নবদ্বীপ মাঙতাক্লবগনী।

মূল ২১১

হিন্দু শাস্ত্রে ঈশ্বরনাম মহামন্ত্র জানি।
সর্ব্বলোকে শুনিলে মন্ত্রের বীর্য্য হয হানি ॥ ২১১ ॥

**শব্দার্থ**

হিন্দুশাস্ত্রে - হিন্দু শাস্ত্রদা, ঈশ্বরনাম—ঈশ্বরগী মিংদি, মহামন্ত্র —মন্ত্র অচৌবনী হায়না, জানি—( ঐখোয ) খণ্ডী, সর্ব্বলোকে—মী পুম্বনা, শুনিলে—তাবগদি, মন্ত্রের—মন্ত্রগী, বীর্য্য—মপাঙ্গল, হয— ওই, হানি—মাঙবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

হিন্দুশিংগী শাস্ত্রদা ঈশ্বরগী নামদি মহামন্ত্রনী হায়না খণ্ডী। নামত্তু মী পুম্নমবা তাবগদি মন্ত্রগী পাঙ্গল মাঙ্ঙী।

মূল ২১২

গ্রামের ঠাকুর তুমি সভে তোমার জন।
নিমাই বোলাইযা তারে করহ বর্জ্জন ॥ ২১২ ॥

**শব্দার্থ**

গ্রামের—নবদ্বীপ গ্রামগী, ঠাকুর—মপু, তুমি—নঙনী, সভে— পুম্নমক, তোমার—নহাক্কী, জন—মীনী, নিমাই—নিমাইবু, বোলাইযা —বৌহল্লবগা, তারে—মঙোন্দা, করহ বর্জ্জন—( কীর্ত্তন তৌগনু হায়না ) থিংঙু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কাজীদা হিন্দুশিংনা হায়রম্মী—নহাক্তি নবদ্বীপ গ্রামসিগী মপুনী ( শাসনকর্ত্তানী )। লোইনমক নহাক্কী মীনী। নিমাইবু কৌহল্লবগা কীর্ত্তন তৌবা যাদে হায়না থিংঙু।

মূল ২১৩

তবে আমি প্রীতিবাক্য কহিল সভারে।

সভে ঘর যাহ, আমি নিষেধিব তারে ॥ ২১৩ ॥

শব্দার্থ

তবে অদুদগী, আমি—ঐনা (কাজীনা), প্রীতিবাক্য নুংশিবগী ৱাহৈ, কহিল—হায়খি, সভারে—মখোয় পুম্বদা, সভে—লোইনমক ঘর—য়ুম, যাহ—হল্লো, আমি—ঐ; নিষেধিব—থিংগে তাবে মাবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী ঐনা (হিন্দুশিংদুদা) নুংশিবগী বাহৈনা হায়খি—লোইনমক য়ুমদা হল্লো, ঐ মহাকপু (নিমাইবু) কীহনে তৌগনন্দ হায়গে।

মূল ২১৪

হিন্দুর ঈশ্বর বড় যেই নারায়ণ।

সেই তুমি হও, হেন লয় মোর মন ॥ ২১৪ ॥

শব্দার্থ

হিন্দুর ঈশ্বর—হিন্দুগী ঈশ্বর, বড়—অচৌবা যেই নারায়ণ—নারায়ণদু, সেই—মদু, তুমি—নঙনা, হও—ওই, হেন অসুম্না, লয়—লৌযি, মোর—ঐগী, মন—পুক্নীঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হিন্দুগী লাই অচৌবা নারায়ণ হায়বা অদু নঙনী হায়না ঐগী মন অসিনা লৌয়ি।

মূল ২১৫

এত শুনি মহাপ্রভু হাসিয়া হাসিয়া।

কহিতে লাগিলা কিছু কাজীরে ছুঁইয়া ॥ ২১৫

শব্দার্থ

এত—অসুক, শুনি—মাকোঙনা তাবগা, মহাপ্রভু—মহাপ্রভু, হাসিয়া—নোক্লা, কহিতে—হায়বা, লাগিলা—হৌখি, কিছু—খরা; কাজীরে—কাজীদা, ছুঁইয়া—খুৎনা শোক্লগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ম্না খবসি তাবগা মহাপ্রভুনা কাজীগী মছাদা শোল্লগা নোক্লা নোক্লা ম্ন খবা হায়বা হৌখি।

**মূল ২১৬-২১৭**

তোমার মুখে কৃষ্ণনাম—এ বড় বিচিত্র।
পাপক্ষয় গেল হৈলা পরম পবিত্র ॥ ২১৬ ॥
হরি কৃষ্ণ নারায়ণ লৈলে তিন নাম।
বড় ভাগ্যবান তুমি বড় পুণ্যবান ॥ ২১৭ ॥

**শব্দার্থ**

তোমার—নহাক্কী, মুখে—চীন্দা কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিং, এ—মসি, বড়—যাম্না, বিচিত্র—অঙকপনী, পাপক্ষয় গেল—পাপ কোকখ্রে, হৈলা—ওইরে, পরম পবিত্র—পূর্ণাশং-শেংবা, হরি কৃষ্ণ নারায়ণ—হরি, কৃষ্ণ নারায়ণ, লৈলে—নঙনা লৌরে, তিন নাম মিং অহুম, বড় ভাগ্যবান—যাম্না লাইবক ফবনী, তুমি—নঙ, বড় পুণ্যবান—পুণ্য যাম্না চেনবনী।

মৈতৈ লোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়বনি )—নঙগী চীন্দা কৃষ্ণনাম থোকপসি যাম্না ঙকপা অমনী নঙগী পাপ মাংখ্রে পূর্ণাশং-শেংবা হায়বদু ওইরে। হরি, কৃষ্ণ, নারায়ণ হায়বা মিং অহুমনী নটান্না শোল্লে, অদুনা নহাক লাইবক যাম্না ফববনী অমসুং পুণ্য যাম্না চেল্লবনী।

**মৈনমল্লোল**

ভগবানগী নাম হায়বসিদি নামদু শোল্লিবা মীনা ফবি বাথল খন্দুনা শোল্লিবনো হায়বগী বা ঙাইঙমদবখৈ নাম পল্লিবা মীহুগী পাপ কোকথোকপী অদুগা মাগী চিত্তবু পবিত্র ওইহল্লী। মরমসিনা শ্রীশ্রীহরিভক্তি-বিলাসনা হায—হেলা ( কবেয়বা ) তৌদুনা ওইরবসু নত্রগা শ্রদ্ধা ( থাজবা ) তৌদুনা ওইরবসু নামু অদু উচ্চারণ হেক্র তৌরদা থক লেম্না মাঙদে। "শ্রদ্ধয়া হেলয়া নাম রটন্তি মম জন্তব। তেষাম্ নাম সদা পার্থ বর্ত্ততে

মম হৃদয়ে। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি—হে অর্জ্জুন, শ্রদ্ধাদগী নত্রগা হেল্যাদগী ঐগী নাম শোনুবা জীবশি তুগী মিংত্থু মতম পুম্নমক্তা ঐগী পুক্নীঙদা লৈ। ১১/২৪৫ ।।" হরিভক্তি বিলাসনা অমুকম্মু হায়রম্মী—"সকৃদুচ্চাবযস্তোব হরের্নাম চিদাত্মকম ফলং নাস্য ক্ষমো বক্তুং সহস্রবদনো বিধিঃ ।।—চিৎ-তাক্তগী ওইবা হরিনামবু অমুক্তংদং উচ্চারণ তৌরগা ওইবা ফলদি, কযা যাম্বগে হায়রবু চতুর্ম্মুখ ( মাযথোঙ মরি পানুবা ) বিধিনা ( ব্রহ্মানা ) অমসুং সহস্র-বদন ( কোক-লীশীঙ-পানবা ) অনন্ত দেব ফাওবনা ফলত্থুগী মশীঙ শুনা বর্ণন তৌবা ঙমদে। ১২/২৪২ ।।"

## মূল ২১৮

এত শুনি কাজীর দুই চক্ষে পড়ে পানী।

প্রভুর চরণ ছুঁই কহে প্রিয় বাণী ।। ২১৮ ।।

### শব্দার্থ

এত অসিখক, শুনি—নাকোঙনা তারগা, কাজীর—কাজীগী, দুই—অনী, চক্ষে—মীৎলুদা, পড়ে—তাই, পানী—পিরাং, প্রভুর—প্রভুগী, চরণ—খোঙ, ছুঁই—শোক্লগা, কহে—হায়, প্রিয়—নুংশিরবা বাণী—ৱাহৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী বা থরসি তাবদা কাজীগী মিৎলু অনীদগী পিরাং শিন্থখি। কাজীনা প্রভুগী চরণ শোক্লগা নুংশিরবা ৱাহৈনা হায়রম্মী—

## মৈনরোল

ভগবানগী নাম উচ্চারণ তৌবগী ফল ওইনা কাজীগী থম্মোইদা কৃষ্ণ প্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) হৌরে, মরমত্থুনা মাগী মীৎলুদা পিরাংগী মশক ওইবা সাত্ত্বিকভাবকী বিকার থোকখিবনী।

## মূল ২১৯

তোমার প্রসাদে মোর ঘুচিল কুমতি।

এই কৃপা কর যে তোমাতে রহু ভক্তি ।। ২১৯ ।।

### শব্দার্থ

তোমায়—নঙগী, প্রসাদে—থৌজাম্না, মোর—ঐগী, ঘুচিল—কোক্লে, কুমতি—ফত্তবা রাখল, এই—অসি, কৃপা—চানবিবা, কর—তৌ, যে—মহুদি, তোমাতে—নঙোন্দা, বহু—লৈশম্নু, ভক্তি—ভক্তি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙনা চানবিবদগী ঐগী ফত্তবা রাখল লোইনা মাঙখরে। নঙোন্দা ভক্তি লৈবা অসিমতংদি কৃপা তৌবিয়ু।

### মূল ২২০

প্রভু কহে—এক দান মাগিহে তোমায।

সঙ্কীর্ত্তনবাদ যৈছে না হয নদীযায ॥ ২২০ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা, কহে হায, এক দান—দান অমা, মাগিহে—নিগে, তোমায—নঙোন্দা, সঙ্কীর্ত্তনবাদ—সঙ্কীর্ত্তন থিংবা নত্রগা কাযবা, যৈছে না হয়—ওইদবা, নদীযায়—নদীযাদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হাযবম্মী—নঙোন্দা দান অমতা নিগে ঐ। মহুদি নদীযাদা সঙ্কীর্ত্তন থিংদবা নত্রগা কাযদবা অসিদং।

### মূল ২২১

কাজী কহে—মোর বংশে যত উপজিবে।

তাহাকে তালাক্ দিব কীর্ত্তন না বাধিবে ॥ ২২১ ॥

### শব্দার্থ

কাজী—কাজীনা, কহে—হায, মোব—ঐগী, বংশে—শাগৈদা, যত—কয়া, উপজিবে—পোক্নী, তাহাকে—মতোন্দা (মখোযদা), তালাক—রাশক, দিব—পীগনী, (তালাক দিব—লাই য়েংহুনা রাশক্লগা হায়রমগনী), কীর্ত্তন—কীর্ত্তন, না বাধিবে—থিংবা য়াদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাজীনা খুমখি—ঐগী বংশদা পোকপা মীশিংদা রাশক্তুনা হায়রমগনী, মখোয় কীর্ত্তন থিংবা য়াদে হায়না।

মূল ২২২

শুনি প্রভু হরি বলি উঠিলা আপনি।

উঠিলা বৈষ্ণব সব করি হরিধ্বনি ॥ ২২২ ॥

শব্দার্থ

শুনি- (কাজীগী বা) তারগা, প্রভু—প্রভুনা, হরি বলি—হরি শোন্দুনা, উঠিলা—লেঙখৎখি, আপনি—মছামক, উঠিলা—লেঙখৎখি বৈষ্ণব সব—বৈষ্ণব পুম্বা, করি—তৌদুনা, হরিধ্বনি হরি শব্দগী মনিল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা কাজীগী পাউখুম তাবগা হরি হরি শোল্লদুনা লেঙখৎখি। অদুদগী বৈষ্ণব পুম্নমক হরিধ্বনি তৌনা তৌনা লেঙখৎলম্মী।

মূল ২২৩

কীর্ত্তন করিতে প্রভু করিলা গমন

সঙ্গে চলি আইসে কাজী উল্লাসিত মন ॥ ২২৩ ॥

শব্দার্থ

কীর্ত্তন করিতে—কীর্তন তৌনা তৌনা, প্রভু—প্রভুনা, করিলা গমন—লেঙখি, সঙ্গে—লোয়নননা, চলি আইসে—লাক্লম্মী, কাজী—কাজীনা, উল্লাসিত মন—পুক্নীঙ হরাওনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুদু কীর্ত্তন তৌনা লেঙলম্মী, অদুদা কাজীনা মপুক্নীঙ হরাও হরাওনা প্রভুগা লোয়ননা থোরক্লম্মী।

মূল ২২৪

কাজীরে বিদায় দিল শচীর নন্দন।

নাচিতে নাচিতে আইলা আপন ভবন ॥ ২২৪ ॥

শব্দার্থ

কাজীরে—কাজীবু, বিদায় দিল—বিদায় পীবম্মী, শচীর নন্দন—শচীগী মচা গৌরহরি, নাচিতে নাচিতে—জগাই শানা শানা, আইলা লেংঙকখি, আপন—অছাম্বকী, ভবন—শঙগায়।

মৈতৈলোন্দা ঙহোকপা

শচীগী মচা যংশো গৌরহরি কাজীবু বিদায় পীবায়। জগোই শানা শানা মশাইগী শঙগায়দা লেংকখি।

মূল ২২৫

এইমতে কাজীরে প্রভু করিলা প্রসাদ।

ইহা যেই শুনে তার খণ্ডে অপরাধ॥ ২২৫ ॥

শব্দার্থ

এইমতে—মতৌ অসুম্না, কাজীর—কাজীবু, প্রভু—প্রভুনা, করিলা—তৌখি, প্রসাদ—চানবীবা, ইহা—মসি, যেই—মহাকা শুনে—নাকাওনা তারবা, তার—মাগী, খণ্ডে—ককথি, অপরাধ মরান।

মৈতৈলোন্দা ঙহোকপা

মতৌ অসুম্না প্রভুনা কাজীবু কৃপা তৌবিখি। মসীসি মনাকোওনা তাজবা মীচুগী মছাদা লৈবম্লা অপরাধ পুম্না কোক্কনি।

মূল ২২৬

একদিন শ্রীবাসের মন্দিরে গোসাঞি।

নিত্যানন্দ সঙ্গে নৃত্য করে দুই ভাই॥ ২২৬ ॥

শব্দার্থ

একদিন নোংমা, শ্রীবাসের শ্রীবাসকী, মন্দিরে যুমদা, গোসাঞি—প্রভুনা, নিত্যানন্দ সঙ্গে—নিত্যানন্দগা লোয়ননা, নৃত্য করে—জগোই শাই, দুই ভাই—মচীনুনাও অনী।

মৈতৈলোন্দা ঙহোকপা

নোংমা শ্রীবাসকী শঙগায়দা গৌরাঙ্গ প্রভুনা নিত্যানন্দগা লোয়ননা জগোই শাখি।

## মূল ২২৭

শ্রীবাসপুত্রের তাহাঁ হৈল পরলোক।
তবু শ্রীবাসের চিত্তে না জন্মিল শোক ॥ ২২৭ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীবাসপুত্রের – শ্রীবাসগী মচানুপাগী ; তাহাঁ—মফমতুদা ; হৈল—ওখি , পরলোক – শিবা , তবু—অদুবু , শ্রীবাসের চিত্তে—শ্রীবাসগী থম্মোইদা , না জন্মিল—পোকখিদে , শোক—অবাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাসগী মচানুপাদু মফমতুদা শিখিরম্মী। অদুবু শ্রীবাসগী থম্মোইদা মচাশিবগী মুংঙাইতবা পোকখিদে।

## মূল ২২৮

মৃতপুত্রমুখে কৈল জ্ঞানের কথন।
আপনে দুই ভাই হৈলা শ্রীবাসনন্দন ॥ ২২৮ ॥

### শব্দার্থ

মৃত—শিববা , পুত্র—মচাগী , মুখে—মচীন্দা , কৈল—হায়খি , জ্ঞানের—তত্ত্বজ্ঞানগী , কথন—ৱাঙাং , আপনে—মঁচানা , দুইভাই—মচিন্ননাও অনীনা , হৈলা—ওইখি , শ্রীবাসনন্দন—শ্রীবাসগী মচা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাসগী শিরবা মচানিপাগী মচীন্না তত্ত্বজ্ঞানগী ৱাঙাং ঙাংখি। অদুগা শ্রীগৌরাঙ্গ অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ মচিন্ননাও অনীনা শ্রীবাসগী মচানুপা ওইখি।

### লৈনরোল

নোংমা শ্রীচৈতন্যগা শ্রীনিত্যানন্দগা অনীনা শ্রীবাসগী শুমাঙদা জগোই শারিঙৈ মতমদা শ্রীবাসগী মচানুপা শিখিবম্মী। অদুবু প্রভুগী জগোই শাবগী মুংঙাইবদু কায়গনী হায়দুনা শ্রীবাসনা মচা শিবগী মুংঙাইরবা মচেৎ অমত্তাওবা উৎলমদে। অদুগা ইমুংগী মী অমতা কপ্পা যাদনা হায়না থিংখি। শ্রীবাসগী ইমুংগী মীশিংগী মতৌ উবদা মচা শিবগী রাহু

খঙবা ঙম্লবমদে। কীর্ত্তন লোইবগা মহাপ্রভুনা অঙাং শিবগী পাউত্থ খঙলবদা অশিবা অঙাংত্থুগী মচান্দা রা ঙাংহনখি। অঙাংত্থুনা হায়খি—"কনানা কনাগী মপানো, কনান্না কনাগী মচানো?" মামা ঙাংলিবসি জ্ঞানগী বানী। অত্থদগী শ্রীবাসদা প্রভুনা হায়খি—"ঐগা নিত্যানন্দগা নঙগী নচাত্থুপা অনীনী, নুপুরীঙদা রাবগী রা খল্লগন্থ।"

## মূল ২২৯

তাব ত বরিল সব ভক্তে বরদান।
উচ্ছিষ্ট দিয়া নারায়ণীর করিল সম্মান ॥ ২২৯ ॥

### শব্দার্থ

তবে ত—অত্থদগী, করিল—তৌখি সব ভক্তে—ভক্ত পুম্নমক্না, ববদান—বর পীবা, উচ্ছিষ্ট—লুবথাক, দিয়া—পীজবগা, নারায়ণীর—নাবায়ণীগী, করিল—তৌখি, সম্মান—ইকায় খুম্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অত্থুগী তুংদা প্রভুনা ভক্ত-পুম্বদা ববদান তৌবিখি। প্রভুগী লুবথাক খুলহন্দুনা নাবাযণীবু সম্মান তৌখি।

## নৈনরোল

শ্রীবাসগী শুমাংদা মহাপ্রকাশগী মতমদা প্রভুনা ভক্ত পুম্নমক্না বর পীবিখি।

নাবাযণী—ইনাবাযণীসি শ্রীবাসগী ভ্রাতানা পোকপনী। মহাক শ্রীচৈতন্যভাগবত লেখিবা শ্রীলবৃন্দাবন দাস ঠাকুবগী মমানী। মহাক ব্রজ-লীলাদা অম্বিকাগী ভগিনী কিলিম্বা হাযবিবনী। মহাক মতম পুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী অবেম্বা প্রসাদ ফংদুনা লাইবক-ফবী ওইজখি। নাবাযণীগী চহী মরিদা ঙাযবিঙেদা প্রভুনা কৃষ্ণ শোল্লু হাযদুনা শোনবদা বাপ্তদুনা লৈপাকথক্তা হাইথখি অত্থুগা মাগী পীবাগী হুমাংগমা লৈবাক চোংখি। প্রভুগী মহা-প্রকাশগী মতমদা প্রভুনা ছাইকরবা তাম্বুল ফংজো হায়দুনা যাথংলবদা ভক্তশিংনা যাম্না নুংঙাইনা হরাওনা তাম্বুল প্রসাদ থুনখি। মযাম্না যাবনববা মতুংদা লেমহৌবা শরুক্তু প্রভুনা নাবাযণী কৌবী হুপীমচাবু ফংহনখি।

মূল ২৩০

শ্রীবাসের বস্ত্র সিঁয়ে দরজী যবন।

প্রভু তারে নিজরূপ করাইল দর্শন ॥ ২৩০ ॥

শব্দার্থ

শ্রীবাসের—শ্রীবাসগী, বস্ত্র—ফি, সিঁয়ে—শিলাই তৌয়ি, দরজী যবন—পাঙল দরজী, প্রভু—প্রভুনা, তারে—মাঙোন্দা, নিজরূপ—মহামক্কী শক, করাইল—তৌহনখি, দর্শন—উবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাসগী ফুরিৎ-তুবা পাঙল দরজীবু প্রভুনা মহামক্কী (কৃষ্ণগী) রূপ দর্শন তৌহনখি।

মূল ২৩১

'দেখিনু দেখিনু' বলি হইল পাগল।

প্রেমে নৃত্য করে হৈল বৈষ্ণব আগল ॥ ২৩১ ॥

শব্দার্থ

দেখিনু—উবে, দেখিনু উবে বলি হায়দুনা হইল পাগল—ঙাওখেবে, প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেম্না, নৃত্য করে—জগোই শাই, হৈল—ওইখি, বৈষ্ণব—বৈষ্ণব, আগল—অথোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'উবে উবে' হায়দুনা দরজীদু পুঙঙাও ঙাওখিরম্মী কৃষ্ণবু নুংশিবদগী জগোই শাখি অদুগা বৈষ্ণব অথোইবা ওইখি।

মূল ২৩২

আবেশে শ্রীবাসে প্রভু বংশিকা মাগিল।

শ্রীবাসে কহে—গোপীগণ বংশী হরি নিল ॥ ২৩২ ॥

শব্দার্থ

আবেশে—শ্রীকৃষ্ণরূপ অমুদা চঙবনা, শ্রীবাসে- শ্রীবাসদা, প্রভু—

প্রভুনা, বংশিকা—বাঁশী, মাগিলঁ—নিখি, শ্রীবাসে—শ্রীবাসনা, কহে—হায, গোপীগণ—গোপীশিংনা, বংশী—বাঁশী, হবি—হূবান্দুনা, নিল—লৌথরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণস্বরূপতা লৈখিবনা প্রভুনা শ্রীবাসদা বাঁশী পীয়ু হায়খি। মতুদা শ্রীবাসনা খুমখি—বাঁশীদি গোপীশিংনা হূতুনা লৌথরে।

### মূল ২৩৩

শুনি প্রভু বোল বোল কহেন আবেশে।
শ্রীবাস বর্ণেন বৃন্দাবন-লীলা রসে ॥ ২৩৩ ॥

### শব্দার্থ

শুনি - ( গোপীনা বাঁশী হূত্রে হায়বা বাহ্ু ) তাবগা, প্রভ্ু—প্রভুনা, বোল বোল—হাযযু হাযযু, কহেন—হায়রম্মী, আবেশে—ব্রজভাবতা চঙবনা, শ্রীবাস বর্ণেন—শ্রীবাসনা লীরম্মী ; বৃন্দাবন-লীলা-রসে—রস-না থল্লবা বৃন্দাবনগী লীলা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাসকী বা তারগা প্রভুনা আবেশদা লৈখিবনা 'হাযযু হাযযু' হায়রম্মী। অতুদা শ্রীবাসনা বৃন্দাবনগী রসনা-থল্লবা লীলাচু বর্ণন তৌখি।

### মূল ২৩৪

প্রথমেতে বৃন্দাবন মাধুর্য্য বর্ণিল।
শুনিয়া প্রভুর চিত্তে আনন্দ বাঢ়িল ॥ ২৩৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রথমেতে—অহানবদা, বৃন্দাবন-মাধুর্য্য—বৃন্দাবনগী মাধুর্য্য ( ফজবদো ), বর্ণিল—বর্ণন তৌয়ি, শুনিয়া—তাকোঙনা তাবগা, প্রভুর—প্রভুগী, চিত্তে—থম্মোইদা, আনন্দ—নুংঙাইবা, বাঢ়িল—হেন্জংখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবদা বৃন্দাবনগী মাধুর্য্য বর্ণন তৌখি। বর্ণন অতু তারগা প্রভুগী থম্মোইদা নুংঙাইবা হেন্জংখি।

মূল ২৩৫

তবে বোল বোল প্রভু বোলে বারবার।

পুনঃ পুনঃ কহে শ্রীবাস করিয়া বিস্তার ॥ ২২৫ ॥

শব্দার্থ

তবে— অদুদগী, বোল বোল—হায়থৌ, হায়থৌ, প্রভু—প্রভুনা, বোলে—হায়, বার বার - হন্না হন্না, পুনঃ পুনঃ— হন্না হন্না, কহে—হায, শ্রীবাস—শ্রীবাসনা, কবিযা—তৌতুনা, বিস্তার—শন্দোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুদগী প্রভুনা 'হায়য়ু হায়য়ু' হায়ত্নুনা হন্না হন্না হাযখি। শ্রীবাসনু শন্দোক শন্দোক্না হন্না হন্না হাযখি।

মূল ২৩৬-২৩৭

বংশীবাদ্যে গোপীগণের বনে আকর্ষণ।

তা-সভার সঙ্গে যৈছে বন বিহরণ ॥ ২৩৬ ॥

তাহি-মধ্যে ছয ঋতু লীলাব বর্ণন।

মধুপান রাসোৎসব জলকেলি-কথন ॥ ২৩৭ ॥

শব্দার্থ

বংশীবাদ্যে—বাঁশী-খোঙত্নুনা, গোপীগণেব—গোপীশিংবু, বনে—বন মনূঙদা, আকর্ষণ—চিংবা, তা-সভাব-সঙ্গে—মখোয় লোইনমক্না লোয়ননা, যৈছে—মওংদা; বন বিহবণ—বন-দা শান্নখিবা, তাহি মধ্যে—মতুগী (বনবিহারগী) মনূঙদা, ছয় ঋতু লীলায়—ঋতু তরুকী লীলাগী রা বর্ণন—লীবা, মধুপান—মধু ফানবগী লীলা, রাসোৎসব—রাসলীলা জলকেলি—ঈশীঙদা শান্নবা, কথন—লীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাঁশী খোংত্নুনা গোপীশিংবু বনগী মনূঙদা চিংবা, মখোয় পুম্নমক্না লোয়ননা বন বন কোয়ত্নুনা শান্নবা, বনবিহারগী মনূঙদা ঋতু তরুক্না তৌবা থৌগল-লীলা, মধু-ফানবগী-লীলা, রাসলীলা, অদুদগী জলকেলী—লীলা-শিংসে মথং মথং শ্রীবাসনা বর্ণন তৌখি।

### মূল ২৩৮

বোল বোল বোলে প্রভু শুনিতে উল্লাস।

শ্রীবাস কহে তবে রাস-রসের বিলাস ॥ ২৩৮ ॥

#### শব্দার্থ

বোল বোল— হায়যু হায়যু, বোলে— হায, প্রভু—প্রভুনা, শুনিতে — তাবদা, উল্লাস—হবাওবা (ওই), শ্রীবাস—শ্রীবাসনা, কহে—হায়, তবে—অদুদগী, রাস-রসের—রাস-রসগী, বিলাস — লীলা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা 'হায়থো হাযথো' হায়খি। লীলা বর্ণনদু তাবদা প্রভু নুংঙাই-রম্মী। শ্রীবাসনা অদুদগী রাসলীলাদু বর্ণন তৌখি।

### মূল ২৩৯

কহিতে শুনিতে ঐছে প্রাতঃকাল হৈল।

প্রভু শ্রীবাসেরে তুষি আলিঙ্গন কৈল ॥ ২৩৯ ॥

#### শব্দার্থ

কহিতে- হাযবদা, শুনিতে—তাবদা, ঐছে—মতৌ অদুম্না, প্রাতঃ-কাল—নোংঙানবা, হৈল—ওইখি, প্রভু—প্রভুনা, শ্রীবাসেরে—শ্রীবাসবু, তুষি—পেলহন্দুনা, আলিঙ্গন কৈল—কোনবিখি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না হায়বগা তাবগা তৌবদা নোংঙাম্লোকখি। প্রভুনা শ্রীবাসবু কোনবিদুনা পেলহনখি।

### মূল ২৪০

তবে আচার্যের ঘরে কৈল কৃষ্ণলীলা।

রুক্মিণী-স্বরূপ প্রভু আপনে হইলা ॥ ২৪০ ॥

#### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী, আচার্য্যের—চন্দ্রশেখর আচার্য্যগী; ঘরে—য়ুমদা,

কৈল— তৌখি , কৃষ্ণলীলা—কৃষ্ণলীলা , রুক্মিণী-স্বরূপ—রুক্মিণী শাবা , প্রভু—প্রভুনা , আপনে—মহামক্তা , হইলা—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী নোংমা শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্যগী যুমদা কৃষ্ণলীলা শান্নখি। মতুদা প্রভু মহামক্তা রুক্মিণী শাখি।

মূল ২৪১

কভু দুর্গা কভু লক্ষ্মী হয়েন চিচ্ছক্তি।

খাটে বসি ভক্তগণে দিলা প্রেমভক্তি ॥ ২৪১ ॥

শব্দার্থ

কভু— কবিগুম্বা মতমদা , দুর্গা— দুর্গা , কভু—কবিগুম্বদা , লক্ষ্মী—লক্ষ্মী , হয়েন—ওইখি , চিচ্ছক্তি—চিৎ-শক্তি , খাটে—কাংথোন্দা , বসি—ফম্লগা , ভক্তগণে ভক্তশিংদা , দিলা—পীখি , প্রেমভক্তি—কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বা লাইনীও।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(রুক্মিণী শারবা মতুংদা) প্রভুনা অমুক দুর্গা শাই , অতুগা অমুক লক্ষ্মী শাই। দুর্গা-লক্ষ্মীখোযসি প্রভুগী চিৎশক্তিগী শায়োন ঙাক্তনী। মতাঙ অমদা মহালক্ষ্মী শারগা প্রভুনা কাংথোন্দা ফম্লগা ভক্তশিংদা প্রেম-ভক্তি পীখি।

নৈনরোল

লীলা শান্নবকপদা মতাঙ অমদা প্রভুনা মহালক্ষ্মীগী ভাব-তা আবেশ ওইবদগী কাংথোন্দা ফম্লগা মহাকপু স্তব তৌ হায়তুনা ভক্তশিংদা য়াথং পীখি। প্রভুবু মাতৃভাব (মমা ওইবগী ভাব) লৌরে হায়যা খওলতুনা ভক্তশিংনা মাগী অপাম্বা মতুং-ইন্না কনামনা লক্ষ্মীস্তব , কনামনা চণ্ডীস্তব পাঠ তৌখি। খওহৌদনা অহিং লোইশল্লকপা ভুবদা মমা কায়নবা তারে হায়বা রাখন্না ময়াম পুম্বা লাংতক্খি। মতাঙতুদা প্রভুনা মমা ওইবগী ভাব-তা মযামদা খোম্লাং-অমৃত ঊখিনা-সতুগা মযাম পুম্বা প্রেমরসনা ঙাওখি। মতৌ অসুম্না প্রভুনা প্রেমভক্তি দান তৌখি।

## মূল ২৪২–২৪৩

একদিন মহাপ্রভুর নৃত্য-অবসানে।
এক ব্রাহ্মণী আসি ধরিল চরণে ॥ ২৪২ ॥
চরণের ধূলি সেই লয় বার বার।
দেখিয়া প্রভুর দুঃখ হইল অপার ॥ ২৪৩ ॥

### শব্দার্থ

একদিন—নোংমা, মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী নৃত্য-অবসানে—জগোই লোইরবদা, এক—অমা, ব্রাহ্মণী—বামোন-মুপী, আসি—লাক্তুনা, ধরিল—পায়রম্মী, চরণে—খোঙদা, চরণের ধূলি—খুয়া-উফুল, সেই—মহাক্না, লয়-লৌযি, বার বার-হন্না হন্না, দেখিয়া উবদা, প্রভুর—প্রভুগী, দুঃখ—মুংঙাইতবা, হইল—ওইখি, অপার—ওমখৈ নাইদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা মহাপ্রভুগী জগোই লোযবগা ব্রাহ্মণী অমা লাক্তুনা প্রভুগী খোঙ শোল্লম্মী। মহাক্না প্রভুগী খুযা-উফুলদু হন্না হন্না লৌযি। মদু উবদা প্রভু ওমখৈ-লৈতনা মুংঙাইবমদে।

## মূল ২৪৪

সেইক্ষণে ধাঞা প্রভু গঙ্গাতে পড়িলা।
নিত্যানন্দ হরিদাস ধরি উঠাইলা ॥ ২৪৪ ॥

### শব্দার্থ

সেই ক্ষণে—খুদক্তুদা, ধাঞা—চেল্লগা, প্রভু—প্রভুনা, গঙ্গাতে—গঙ্গাদা, পড়িলা—তাখি, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, হরিদাস—শ্রীহরিদাস ঠাকুর, ধরিঞা—পায়রগা, উঠাইলা—লৌখৎখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুদক্তুদা প্রভুনা চেল্লগা গঙ্গাদা চোংথখি। শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীহরিদাস ঠাকুরগনা পাযরগা প্রভুবু চিংখৎখি।

## মূল ২৪৫

বিজয়আচার্য্যগৃহে সে রাত্রি রহিলা।
প্রাতঃকালে ভক্ত সব ঘরে লৈয়া গেলা ॥ ২৪৫ ॥

### শব্দার্থ

বিজয় আচার্য্যগৃহে—শ্রীবিজয় আচার্য্যগী য়ুমদা, সে রাত্রি— অহিংতু, রহিলা—লেপ্লে, প্রাতঃকালে—নোংঙাল্লগা, ভক্ত সব—ভক্ত পুম্বনা, ঘরে—য়ুমদা, লৈয়া—পুত্থনা, গেলা—চৎলি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিং অদু শ্রীবিজয় আচার্য্যগী য়ুমদা লেপ্লে। নোংঙাল্লগা ভক্ত পুম্নমক য়ুমদা প্রভুবু পুবগা চৎখি।

## মূল ২৪৬-২৪৯

একদিন গোপীভাবে গৃহেতে বসিয়া।
'গোপী গোপী' নাম লয় বিষণ্ণ হইয়া ॥ ২৪৬ ॥
এক পঢ়ুয়া আইল প্রভুকে দেখিতে।
'গোপী গোপী' নাম শুনি লাগিল কহিতে ॥ ২৪৭ ॥
'কৃষ্ণনাম' কেনে না লও কৃষ্ণনাম ধন্য।
'গোপী গোপী' বলিতে বা কিবা হবে পুণ্য ॥ ২৪৮ ॥
শুনি প্রভু ক্রোধে কৈল কৃষ্ণে দোষোদ্গার।
ঠেঙ্গা লৈয়া উঠিলা প্রভু পঢ়ুয়া মারিবার ॥ ২৪৯ ॥

### শব্দার্থ

একদিন—নোংমা, গোপীভাবে—গোপীগী ভাব-ত্তা, গৃহেতে—য়ুমদা, বসিয়া—ফমত্থনা, গোপী গোপী—গোপী গোপী, নাম—মিং, লয়—লৌয়ি, বিষণ্ণ—শুকথবা, হইয়া—ওইত্থনা, এক পঢ়ুয়া—পডোরান অমা, আইল—লাক্লম্মী, প্রভুকে—প্রভুবু, দেখিতে—উনবা, গোপী গোপী নাম—গোপী হায়বা মিং, শুনি—তাবগা, লাগিল—হৌরম্মী,

কহিতে—হায়বা, কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিং, কেনে—করিগী, না লও—লৌত্রিবা, কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণনামদি, ধন্য—থাগৎনজাইনী, গোপী গোপী হায়না শোল্লগদি, কিবা—করি ঃ হবে—ওইগনী, পুণ্য—পুণ্য, শুনি – তারগা, প্রভু—প্রভুনা, ক্রোধে– শাউহল্লা, কৈল—তৌখি, কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা, দোষোদগাব—দোয লৈ হায়খি, ঠেঙ্গা—চৈ, লৈয়া—লৈরগা, উঠিলা—হৌগৎখি, প্রভু—প্রভুনা, পঢ়ুয়া—পড়োয়ান্, মারিবার—য়েননথান

**মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা**

নোংমা গোপী ভাব-তা আবেশ ওইহুনা য়ুমদা ফম্লগা শূকথববা মাযথোঙদা গোপী গোপী গোপী হায়না শোল্লম্মী। মতম্মহুদা পডোযান অমা প্রভুগা উনবা লাবখিবম্মী। গোপী গোপী হায়বা মিংহু তাবদা মহাক্না প্রভুদা হায়খি—কৃষ্ণগী নাম শোন্ত্রিবা কবিগীনো? কৃষ্ণনামদি ফবনী। গোপী গোপী হায়বগা কবি পুণ্য ওইগদৌবিবনো? মাগী বাহু তাবদা প্রভুনা শাউবহুনা কৃষ্ণগী দোষ পীবকখি অহুগা চৈ পায়রগা প্রভুনা পডো-যান ফূগে হায়না যম্বদগী লেংখৎলম্মী।

**নৈনহ্রোল**

মতমসিদা প্রভুগী বাহ্যজ্ঞান লৈরমদে।

মূল ২৫০

ভয়ে পলায় পঢ়ুয়া পাছে পাছে প্রভু ধায়।
আস্তেব্যস্তে ভক্তগণ প্রভুবে বহায় ॥ ২৫০ ॥

**শব্দার্থ**

ভয়ে—কিবনা, পলায—চেল্লী, পঢ়ুয়া—পড়োযান্ পাছে পাছে—মতুঙ ইন্দুনা, প্রভু—প্রভু, ধায়—চেল্লী, আস্তেব্যস্তে—থুনমক, ভক্তগণ—ভক্তশিংনা, প্রভুবে—প্রভুবু, বহায—থাম্মী।

**মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা**

পঢ়ুযানা কিবহুনা চেল্লম্মী, প্রভুসু মতুঙ ইন্দুনা তাল্লবম্মী। থুনমক ভক্তশিংন্না প্রভুবু থামখি।

মূল ২৫১

প্রভুরে শান্ত করি আনিল নিজঘরে।
পঢ়ুয়া পলাঞা গেল পঢ়ুয়া সভারে ॥ ২৫১ ॥

শব্দার্থ

প্রভুরে—প্রভুবু, শান্ত করি—ইংথহল্লগা, আনিল—পুবকখি, নিজ-ঘরে—মছাগী যুমদা, পঢ়ুয়া—পডোযান্দুনা, পলাঞা—চেন্দুনা, গেল—চৎখি, পঢ়ুয়া সভারে—পডোয়ানময়াম মনাক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংনা প্রভুবু শান্ত ওইহল্লগা যুমদা পুবকখি। পঢ়ুয়াদুনা মমাল্লবা পঢ়ুয়া ময়ামগী মাক্তা চেল্ল-চেল্ল যৌখি।

মূল ২৫২

পঢ়ুয়া সহস্র যাহাঁ পঢে একঠাঁই।
প্রভুর বৃত্তান্ত দ্বিজ কহে তাহাঁ যাই ॥ ২৫২ ॥

শব্দার্থ

পঢ়ুযা সহস্র—পডোযান্ লীশীঙ, যাহাঁ—মফমদুদা। পঢে—লাইবীক তম্মী, একঠাঁই—মফম অমতদা পুন্না, প্রভুর—প্রভুগী, বৃত্তান্ত—বাবী, দ্বিজ—ব্রাহ্মণ, কহে—হায়, তাহাঁ—মফমদুদা, যাই—চৎতুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পডোযান লীশীঙ পুন্না লাইবীক তম্লিবা মফমদুদা চৎলগা পডোযান্দুনা প্রভুনা চৈ পায়দুনা ফুগে তৌবগী বাতু তম্মী।

মূল ২৫৩

শুনি ক্রুদ্ধ হৈল সব পঢ়ুযার গণ।
সভে মেলি তবে করে প্রভুর নিন্দন ॥ ২৫৩ ॥

শব্দার্থ

শুনি—তাবগা, ক্রুদ্ধ—অশাউবা, হৈল—ওইখি, সব—পুম্না,

পঢ়ুয়ার—পডোবানশিংগী , গণ—কাওবু , সভে—লোইনমক্ , মেলি—তিল্লগা , তার—অতুদগী , করে—তৌথি , প্রভুর নিন্দন—প্রভুবু থীনা হায়বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাউসি তাবগা পডোবানগী কাওব পুল্লপা শাউথি । মযাম তিন্দুনা প্রভুগী নিন্দা তৌখি ।

মূল ২৫৪-২৫৫

সব দেশ ভ্রষ্ট কৈল একলা নিমাই ।
ব্রাহ্মণ মারিতে চাহে ধর্ম্মভয় নাই ।। ২৫৪ ।।
পুন যদি ঐছে করে মারিব তাহারে ।
কোন বা মানুষ হয় কি করিতে পারে ।। ২৫৫ ।।

শব্দার্থ

সব দেশ - দেশ পুম্বা , ভ্রষ্ট কৈল—মাঙ-তাকহল্ল , একলা—মঽম্তনা , নিমাই—নিমাই , ব্রাহ্মণ মারিতে—ব্রাহ্মণবু যেবা , চাহে—পাম্মী , ধর্ম্মভয়- ধর্ম্মবু কিবা , নাই- লৈত্রে , পুন—অমুক হন্না , যদি—বদি , ঐছে—মাতৌ অতুম্না , করে—তৌববা , মারিব—যৈগনী, হাৎকনী , তাহারে মাবু , কোন বা মানুষ—মী কনা , হয়—লৈ , কি—করি , করিতে পারে তৌবা ঙমগনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিমাই মথন্তনা দেশ পুম্ববু লৈথা তাহল্ল । ব্রাহ্মণবু যেংগে তৌখি , ধর্ম্মব কিদে । অদুম্না অমূক হন্না তৌরদি মাবু যুগনী নত্রগা হাৎকনী । মী কনা লৈহুনা করি তৌজরবা ঙমগদগে ?

মূল ২৫৬-২৫৭

প্রভুর নিন্দায় সভার বুদ্ধি হৈল নাশ ।
সুপঠিত বিদ্যা কারো না হয় প্রকাশ ।। ২৫৬ ।।
তথাপি দাম্ভিক পঢ়ুয়া নম্র নাহি হয় ।
যাহাঁ তাহাঁ প্রভুর নিন্দা হাসি সে করয় ।। ২৫৭ ।।

**শব্দার্থ**

প্রভুর নিন্দায়—প্রভুবু নিন্দা তৌবদা, সভার—মখোয় লোইনমক্কী, বুদ্ধি বুদ্ধি, হৈল—ওইখি, নাশ মাঙবা, সুপঠিত—নীঙথিনা তমথ্রবা, বিদ্যা- মহৈ, কারো—কনাম্নতগী, না হয় প্রকাশ- থোকখিদ্রে হায়বদি থবক্কী কান্নগদবা মতমদা থোরকখিদ্রে, তথাপি—অতুমক্তুদা, দাম্ভিক—নাপল চাউবা, পঢ়ুয়া—পড়োৱান্, নম্র—নো-লূকপা, নাহি হয়—ওইদে, যাহাঁ তাহাঁ—মফম অমদসু অমদসু, প্রভুব নিন্দা—প্রভুবু নিন্দা, হাসি—নোক্না নোক্না, সে—মহাক্না, কবয—তৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু নিন্দা তৌবগী ফল ওইনা মখোয় লোইনমক্কী বুদ্ধি মাঙডী। নীঙথিনা তমথ্রবা বিদ্যাতু থবক্কী মতমদা থোবকখিদে। অতুমক্তু দা নাপল-চাউবা পডোবানশিং মরু লূকথবমদে। মফম খূদিংমক্তা মখোযনা নোক্না নোক্না প্রভুবু নিন্দা তৌখি।

## মূল ২৫৮

সর্ব্বজ্ঞ গোসাঞি জানি তা সভার দুর্গতি।

ঘরে বসি চিন্তে তা সভার অব্যাহতি॥ ২৫৮॥

**শব্দার্থ**

সর্ব্বজ্ঞ—পূঙখঙ-খঙবা, গোসাঞি—প্রভুনা, জানি—খঙতুনা, তা সভাব- মখোয লোইনমক্কী, দুর্গতি—ফত্তবা দশা, নরক, অরাবা, ঘরে—যুমদা, বসি—ফমতুনা, চিন্তে—খল্লী, তা-সভাব—মখোয লোইন-মক্কী, অব্যাহতি—লান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পূঙখঙ-খঙবা প্রভুনা মখোয পূম্বগী ফত্তবা দশাতু খঙবিরতুনা মখোয লোইনমক্কী দশা ফত্তবসি কবম্না কোক্কদগে হায়বতুগী মরমদা যুমদা ফমতুনা খন্নখি।

## মূল ২৫৯-২৬০

যত অধ্যাপক আর তাঁর শিষ্যগণ।

ধর্ম্মী কর্ম্মী তপোনিষ্ঠ নিন্দুক দুর্জ্জন॥ ২৫৯॥

এ সব মোর নিন্দা-অপরাধ হৈতে।
আমি না লওয়ালে ভক্তি না পারে লইতে।। ২৬০ ।।

### শব্দার্থ

যত— অতুকখক , অধ্যাপক— ওজা , আর— অতুগা , তাঁব— মহাক্কী ( মখোযগী ), শিষ্যগণ— শিষ্যশিং , ধর্ম্মী— মঙ্গলচণ্ডী নত্রগা বিষহরিগী পূজা অমস্থুং মতুগীদমক জগোই-ঈশৈ তৌহুনা অহিং মিংশেল থাওববু ধর্ম্মনী হাযবা মীতাশিং , কর্ম্মী— বর্ণাশ্রম-ধর্ম্ম-চৎপশিং , তপোনিষ্ঠ— অকন্‌বা তোপ-তৌবা নিন্দুক নিন্দা তৌগনবা , দুর্জ্জন— ফত্তবা মী , এ সব— মখোয পুম্বসি , মোব— ঐগী , নিন্দা-অপবাধ— নিন্দা তৌবগী মবম্না , হৈতে— মবম ওইহুনা , আমি— ঐনা না লওযালে— লৌহন্দ্রবদি , ভক্তি — ভক্তি , না পাবে— ঙম্মোয , লইতে— লৌবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওজাশিং, মখোযগী শিষ্যশিং, মঙ্গলচণ্ডীনচিংবা পূজা তৌববু হিন্দুগী আদর্শ-ধর্ম্ম-নী হায়বা ধর্ম্মীশিং, বর্ণাশ্রন-ধর্ম্ম-চৎপা কর্ম্মীশিং, অকূনবা তপ তৌবিবা মীশিং— মখোয পূমমক ( ঐনা হৌদোকপা নামসঙ্কীর্ত্তনবু ) নিন্দা তৌহুনা মী-ফত্ত ওইবে। মখোয পুম্বসে ঐবু নিন্দা তৌবগী মবাল লৈরব-নিনা ঐনা লৌহন্দ্রবদি মখোয ভক্তি লৌবা ঙম্নবোই।

## মূল ২৬১

নিস্তাবিতে আইলাঙ আমি হৈল বিপরীত।
এসব দুর্জ্জনের কৈছে হইবেক হিত।। ২৬১ ।।

### শব্দার্থ

নিস্তাবিতে— ( মী পূম্নমকপু ) লানবিনবা , আইলাঙ— লাক্‌পনী , আমি— ঐ , হৈল— ওইবে , বিপরীত— ওন্নতৈনবা , এ সব— মখোয পুম্বসি , দুর্জ্জনের— মীফত্তশিংগী , কৈছে— কবম্না , হইবেক— ওইগনী , হিত— মঙ্গল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা ( মী পূম্নমকপু ) লানবিগে হায়বতুনা লাকপনী, অতুগদি ওন্নতৈনবা ওাক ওইরে। ফত্তবা মীশিংগী দশাসে কবম্না ফগনী ?

মূল ২৬২

আমাকে প্রণতি করে হয় পাপক্ষয়।

তবে সে ইহারে ভক্তি লওযালে লয় ।। ২৬২ ।।

শব্দার্থ

আমাকে—ঐবু, প্রণতি করে—খুরুম্মী, হয—যে, পাপক্ষয়—পাপ কোকঁপা, তবে—অতু ওইরবদি, সে—মহাক, ইহারে—মহাকপু, ভক্তি—ভক্তি, লওযালে—লৌহল্লগদি, লয—লৌযি নম্ভ্রগা লৌগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐঙোন্দা খুরুম্বা মীমুগী পাপ মোকনী, অতুনদি মহাকপু ভক্তি লৌহল্লগদি মহাক ভক্তি লৌগনী।

মূল ২৬৩

মোরে নিন্দা করে যে না করে নমস্কার।

এই সব জীবের অবশ্য করিব উদ্ধার ।। ২৬৩ ।।

শব্দার্থ

মোরে—ঐবু, নিন্দা করে—নিন্দা তৌয়ি, যে—মহাক, না করে—তৌদে, নমস্কার—খুরুম্বা, এই সব জীবের—জীব পুম্নমকসিগী, অবশ্য—শোয়দনমক, করিব—তৌগনী; উদ্ধার—লানবিবা, লৌখৎপা,

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐবু নিন্দা তৌবা অমুগা খুরুমদবা জীব পুম্নমকসিবু ঐহাক শোয়দনা লানবিগনী।

মূল ২৬৪

অতএব অবশ্য আমি সন্ন্যাস করিব।

সন্ন্যাসীর বুদ্ধ্যে মোরে প্রণত হইব ।। ২৬৪ ।।

শব্দার্থ

অতএব—মরমতুনা, অবশ্য—শোয়দনমক, আমি—ঐহাক, সন্ন্যাস করিব—সন্ন্যাস লৌগনী, সন্ন্যাসীর বুদ্ধ্যে—সন্ন্যাসী অমনী হায়রবগী, খাল্লদা, মোরে—ঐঙোন্দা, প্রণত হইব—খুরুমগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মন্নমত্না ঐ শোংযদনমক লম্বোইয়গনী। ঐবু লাম্বাইবনী হায়না খন্দুনা মখোয়না ঐঙোন্দা খুরুমগনী।

মূল ২৬৫

প্রণতিতে হবে ইহাব অপবাধক্ষয।

নির্ম্মল-হৃদয়ে ভক্তি কবিব উদয় ॥ ২৬৫ ॥

শব্দার্থ

প্রণতিতে—খুরুম্বনা, হবে—ওইগনী, ইহাব—মখোযসিগী, অপবাধ-ক্ষয—অযোল-অবাল কোকপা, নির্ম্মল—মোত্তবা, অপবাধ-লৈতবা, হৃদযে—থম্মোইদা, ভক্তি—ভক্তি, কবিব উদয—থোবকনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাখোযনা ঐঙোন্দা খুরুম্লগদি মখোযগী মবাল কোক্কনী। মবাল কোক্লবা থম্মোইদা ভক্তি পোক্কনী।

মূল ২৬৬

এই সব পাষণ্ডীর তবে হইবে নিস্তাব।

আব কোন উপায নাই এই যুক্তি সাব ॥ ২৬৬ ॥

শব্দার্থ

এই সব পাষণ্ডীদ—পাষণ্ডীশিং সিগী, তবে—অদু ওইববদি, হইবে—ওইগনী, নিস্তাব—লানবা, আব—অতৈ কোন—কবিগুম্বা উপায—পাম্বৈ, নাই—লৈতে, এই যুক্তি—নাক্লেসিতনা, সাব—মচিনী, অাথোইবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদু তৌববদি পাষণ্ডী পুম্নসি লানগনী অতৈ কবিগুম্বা পাম্বৈ অমা লৈতরে, নাক্লেসিতনা অথোইবা নাত্রেনী।

মূল ২৬৭

এই দৃঢযুক্তি কবি প্রভু আছে ঘবে।

কেশব ভাবতী আইলা নদীযা নগবে ॥ ২৬৭ ॥

### শব্দার্থ

এই—মসি, দৃঢযুক্তি—অচেৎপা র।-নাতৈ, কবি—তৌতুনা হাযবদি খল্লহুনা, প্রভু—প্রভুনা, আছে—লৈ, ঘরে- যুমদা, কেশব ভারতী—কেশব ভাবতী (প্রভুগী সন্ন্যাস-গুরু), আইলা—লাকখি, নদীযা নগরে—নদীয়া নগবদা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আচেৎপা যুক্তিসি তৌতুনা প্রভুনা শংগাযদা লৈরম্মী। (মতম অতু-রাইদা) কেশব ভাবতীসু নদীযা নগবদা থোরকখি।

### মূল ২৬৮

প্রভু তাঁরে নমস্কবি কৈল নিমন্ত্রণ।

ভিক্ষা কবাইযা তাঁবে কৈল নিবেদন ॥ ২৬৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা, তাঁবে মহাকপু, নমস্কবি খুরুমজগা, কৈল—তৌবম্মী, নিমন্ত্রণ- বার্ত্তোন, ভিক্ষা—চাবা, কবাইযা—তৌহল্লগা, তাঁবে—মঙোন্দা, কৈল—তৌখি, নিবেদন—হঙ্গৎপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মহাকপু খুরুমহুনা বার্ত্তোন তৌখি। পীজ-পীথক তৌবগা মঙোন্দা প্রভুনা হঙ্গৎখি।

### মূল ২৬৯

তুমি ত ঈশ্বব বট সাক্ষাৎ নাবাযণ।

কৃপা কবি কর মোব সংসার মোচন ॥ ২৬৯ ॥

### শব্দার্থ

তুমিত—নহাকমক্তি, ঈশ্বব বট—ঈশ্ববনী হায়বদি জীবগী সংসার কোকহন্-ঙম্বগী হাযরগদি ঈশ্ববগীগুম্বা শক্তি লৈবনী, সাক্ষাৎ—চঙচংবা, নারায়ণ—নারায়ণ, কৃপা করি চানবিহুনা, কর- তৌবিযু, মোর—ঐগী, সংসার-মোচন—সংসার কোকপা, অপাম-হুংশি কোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা কেশব ভারতীদা হায়রম্মী )—নহাকমুক্তি ঈশ্বরনী অদুগা সাক্ষাৎ নারায়ণ হাযবদুনী। চান্‌বিদুনা ঐগী সংসারগী অপাম্বা হায়বসি কোকৃহনবিবো।

মূল ২৭০

ভাবতী কহেন—তুমি ঈশ্বব অন্তর্যামী।

যেই করাহ সেই করিব স্বতন্ত্র নহি আমি ॥ ২৭০ ॥

শব্দার্থ

ভাবতী কহেন—ভারতীনা হায়, তুমি—নহাক, ঈশ্বর—ঈশ্বরনী, অন্তর্যামী—জীবগী মনুংদা লৈবনী, যেই - মদু, করাহ—তৌহল্লু, সেই—মদু, কবিব—তৌগনী, স্বতন্ত্র—নীঙতম্বা, নহি—নত্তে, আমি—ঐ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভাবতীনা খুম্নকযি—নঙদি ঈশ্বর অন্তর্যামীনী। নঙনা তৌহনবদুদা ঐনা তৌগনী, ঐদি ইনীঙ তম্বা ঙমাদে।

মূল ২৭১

এত বলি ভারতী গোসাঞি কাটোযাতে গেলা।

মহাপ্রভু তাহা যাই সন্ন্যাস কবিলা ॥ ২৭১ ॥

শব্দার্থ

এত অসিথক বলি—হাযবগা। ভাবতী গোসাঞি—কেশব ভারতী, কাটোযাতে—বর্দ্ধমানজিলাগী কাটোযাদা, গেলা—চংখি, মহাপ্রভু—মহাপ্রভু, তাহা—মফমদুদা, যাই—চংলগা, সন্ন্যাস করিলা—সন্ন্যাস লৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক হাযবম্লগা কেশব ভারতী কাটোয়া চংখি। মহাপ্রভুনা মফমদুদা লেঙলগা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌখি।

### মূল ২৭২

সঙ্গে নিত্যানন্দ চন্দ্রশেখর-আচার্য্য ।

মুকুন্দদত্ত এই তিন কৈল সর্ব্বকার্য্য ॥ ২৭২ ॥

### শব্দার্থ

সঙ্গে—লোয়ননা, নিত্যানন্দ—শ্রীমন্নিত্যানন্দ, চন্দ্রশেখর আচার্য্য—শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্য, মুকুন্দদত্ত—শ্রীমুকুন্দদত্ত, এই তিন—অহুম-সিনা, কৈল -তৌখি, সর্ব্বকার্য্য—থবক মবম পূম্নমক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্য অমসুং শ্রীমুকুন্দ দত্ত প্রভুগা লোয়মনবা। অহুম অসিনা প্রভুগী সন্ন্যাসগী থবক মবম পুম্নমক শীন্নাওখি ।

### মূল ২৭৩

এই আদিলীলার কৈল সূত্র গণন ।

বিস্তারি বর্ণিলা ইহা দাস বৃন্দাবন ॥ ২৭৩ ॥

### শব্দার্থ

এই—মসি, আদি লীলার—আদি লীলাগী, কৈল—তৌজরে, সূত্রগণন—সূত্র থীবা ; বিস্তারি—শন্দোক্না, বর্ণিলা—বর্ণনা তৌরম্লে, ইহা—মসি, দাস বৃন্দাবন—বৃন্দাবন দাসনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসি আদিলীলাগী সূত্র থীবনী। মসিবু শ্রীবৃন্দাবন দাসনা শন্দোক্না বর্ণন তৌরম্লে ।

### মূল ২৭৪-২৭৫

যশোদানন্দন হৈল শচীর নন্দন ।

চতুর্ব্বিধ ভক্তভাব করে আস্বাদন ॥ ২৭৪ ।

স্বমাধুর্য্য রাধাপ্রেমরস আস্বাদিতে ।

রাধাভাব অঙ্গী করিয়াছে ভাল মতে ॥ ২৭৫ ॥

## শব্দার্থ

যশোদানন্দন—যশোদাগী মচানুপানা , হৈল—ওইখিবনী , শচীর—শচীগী ; নন্দন—মচানুপা ; চতুর্ব্বিধ—মখল মবিগী , ভক্তভাব—ভক্তগী ভাবশিং; করে—তৌযি , আস্বাদন—মহাও তংবা , অসমাধুর্য্য—মহাক্কী মাধুর্য্য , রাধা-প্রেমরস—রাধানা কৃষ্ণবু নুংশিবগী মহাও , আস্বাদিতে—তংগে হায়দুনা , রাধাভাব—রাধাগী ভাব , অঙ্গী—মছাদা পুবা , করিয়াছে—তৌরে , ভালমতে—ফজনা ।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যশোদাগী মপাগ্নিনা শচীগী মপাবি ওইররে । অদুগা মহাক্না ভক্তগী ভাব মখল মরিদুগী মহাও তংঈ । মছামক্কী মাধুর্য্যনে অদুগা রাধানা মাবু নুংশিবা ( প্রেম ) অদুগী মাধুর্য্যনে অনীসি মহাও তংগে হায়দুনা রাধাভাব অদু মছানুংদা ফজনা পুখি ।

## তৈনবমোল

প্রেমগী আশ্রয ( তুঙফম ) ওইনা শ্রীরাধানা তৌখিবা প্রেমদুগী রস অদুগা কৃষ্ণ মছামক্কীসু মাধুর্য্যগী মহাও তংগে হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী ভাব অমসুং কান্তি ( কুচু ) লৌরগা শ্রীচৈতন্য ওইনা অবতার তৌখিবনী । মসি মহাক্না অবতার তৌরকপগী মরু ওইবা ( মুখ্য ) মরম্নী । মহাক্না অবতার তৌবকপদা দাস-সখ্যনচিংবা মখল মবিগী ভক্ত লোযন-রকযি । মরম অসিনা মহাক প্রেমগী বিষয ( নুংশিফম ) অমা ওইনা মখল-মরিগী ভক্তশিংগী ভাব অদুসু আস্বাদন তৌখি । দাস-সখ্য নচিংবা মখল মবিগী বিষয় ওইনা শ্রীমন্মহাপ্রভুবু উপাসনা তৌবদি যাই হায়রবু কান্তা-ভাবকী ( রাধাপ্রেমগী ) আশ্রয ( তুঙফম ) ওইনা মাবু উপাসনা তৌবমা মাগী অবতার তৌবগী থোইদোকপা মশক্কী ( বৈশিষ্ট্যনী ) হায়রবদি মরু ওইবা মরমদা ( মুখ্য উদ্দেশ্যবোমদা ) লৈইশল্লী ( অনুকূল ওই ) ।

## মূল ২৭৬

গোপীভাব যাতে প্রভু ধরিয়াছে একান্ত ।
ব্রজেন্দ্রনন্দনে মানে আপনার কান্ত ॥ ২৭৬ ॥

শব্দার্থ

গোপীভাব—রাধাভাব ; যাতে—অসিমা, প্রভু—প্রভুনা, ধরিয়াছে—পাযখি ; একান্ত—অতুমতনা মরোইরবা ওইনা, ব্রজেন্দ্রনন্দনে—ব্রজেন্দ্রগী মপানবু ; মানে—লৌযি, আপনার—মছামকী কান্ত—মপুরোইবা (ওইনা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

রাধাভাব-পু প্রভুনা অতুমতনা মরোইরবা ভাব-নী হায়না লৌখিবা মবমনা ব্রজনিংথৌ মপান্নি শ্রীকৃষ্ণবু মছামকী মপুবোইবনী (কান্তনী) হায়না লৌখি।

লৈনরোল

শ্রীরাধানী ভাব-তা অবিধেনা তৌখিবা মহাপ্রভু শ্রীচৈতন্যনা মহাবু রাধানী হায়না খল্লী অতুগা শ্রীকৃষ্ণবুনা মছামকী মপুরোইবনী (কান্তনী) হায়না খল্লী।

মূল ২৭৭-২৭৯

গোপিকা ভাবের এই সুদৃঢ় নিশ্চয়।

ব্রজেন্দ্রনন্দন বিনা অন্যত্র না হয় ॥ ২৭৭ ॥

শ্যামসুন্দর শিখিপুচ্ছ-গুঞ্জা-বিভূষণ।

গোপবেশ ত্রিভঙ্গিম মুরলীবদন ॥ ২৭৮ ॥

ইহা ছাড়ি কৃষ্ণ যদি হয় অন্যাকার।

গোপিকার ভাব না যায় নিকট তাহার ॥ ২৭৯ ॥

শব্দার্থ

গোপিকা ভাবের—গোপীভাব হায়বদি রাধাভাবকী, এই—মসিনা, সুদৃঢ়—ফজনা চেংলবা, নিশ্চয়—অরেপ্পা (লক্ষণ), ব্রজেন্দ্রনন্দন বিনা—ব্রজনিংথৌ মপান্নি নত্তনা, অন্যত্র—অতোপ্পা মফমদা, না হয়—ওইদে ; শ্যাম-সুন্দর—শংবানবা কুচুনা ফজরবা শ্রীকৃষ্ণ, শিখিপিচ্ছ-গুঞ্জা-বিভূষণ—রাহোংগী মসি অমুসা গুঞ্জা মালানা লৈতেংলবা, গোপবেশ—শন্জেনহাগী কি শেংলাক, ত্রিভঙ্গিম—মাথেক অহুম থেকপা (গুক, খাঙ

অবন্দুং থুকিউ )—মকম অহুম লৈইল্লগা লেপ্পা ) ; মুরলীবদন—চীন্নাদা মুরলী থম্বা ; ইহা—মসি , ছাড়ি—থাদোক্লগা , যদি হয়—ওইববদি , অন্যাকার—অতোপ্পা মওংগী ; গোপিকার ভাব—গোপীশিংগী কান্তাভাব , না যায় চত্তে ; নিকটে—মাস্তা ; তাহার—শকফম অমহুগী ।

মেতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীভাবকী ফজবা—চেংলবা অয়েপ্পা লক্ষণদি অসিনী—ব্রজনিংথৌ মপাবি শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা মওংদা গোপী ভাব পোক্তে। শ্যাম বর্ণনা ফজরবা, বহিষ্ঠাং থমোন্ন অমদি গুঞ্জা মালানা লৈতেংবা, গোপগী বেশ খোলবা, শাথেক অমুম্না লৈতেংবা, বাঁশীনা লৈতেংবা চীনবান্না মাগী ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ( শ্রীরাধানা মাগী ওইবা শ্বায়বা ভাব অমু পুরে ) । হায়রিবা রূপ (শকফম) অসি থাদোক্লা অতোপ্পা শকফম অমা শ্রীকৃষ্ণনা লৌরবদি রূপ অমুগী মথক্তা শ্রীরাধাগী কান্তাভাব পোক্তে ।

# মূল ২৮০

গোপীনাং পশুপেন্দ্রনন্দনজুষো ভাবস্য কস্তাং কৃতী
বিজ্ঞাতুং ক্ষমতে দুরূহপদবীসঞ্চারিণঃ প্রক্রিয়াম্ ।
আবিষ্কুর্বতি বৈষ্ণবীমপি তনুং তস্মিন্‌ ভুজৈর্জিষ্ণুভি
র্যাসাং হন্ত চতুর্ভিরদ্ভুতরুচিং রাগোদয়ঃ কুঞ্চতি ॥ ২৮০ ॥

শব্দার্থ

গোপীনাম—গোপীশিংগী , পশুপেন্দ্র-নন্দন-জুষ—নন্দনিংথৌগী মপাবিবু চেৎনা নীওবা ; ভাবস্য—ভাবকী , কঃ—কনানা , তাং—মহু , কৃতী—থবক-ওম্বা মী , বিজ্ঞাতুং—খঙবা , ক্ষমতে—ক্ষমগনী , দুরূহপদবী-সঞ্চারিণঃ—চৎপদা ল্লানস্তাই ওইবা লম্বীদা চৎলিবা , প্রক্রিয়াম—ওইবকপগী মওং , আবিষ্কুর্বতি—পুথোক্লিবা , বৈষ্ণবীম—বিষ্ণুগী ওইবা , অপি—সু ; তনুং—হকচাঙবু , তস্মিন—মহুদা , ভুজৈঃ—পাম্বোমশিংনা , জিষ্ণুভিঃ—জয় তৌগনবা ; যাসাং—মখোয়গী , হন্ত—অহৈকপনী , চতুর্ভিঃ—মরিনা , অদ্ভুতরুচিং—ঙক্না ফজরিবা , রাগোদয়ঃ—অনুরাগ ( প্রেম ) পোকপা , কুঞ্চতি—হন্দোকয়ি । ।

মেতৈলোন্দা হন্দোকপা

নন্দনন্দনবু চেৎনা নীওবা অমুম্বা চৎপদা থাবা অরীবা মাগী ওইবা

অদুগুম্বা গোপীভাবকী ওইরকপা মচম (প্রক্রিয়া) অদুবু কনা খরক-পাংথোক-ওম্বা মীনা (কৃতীনা) খঙবা ঙমগদগে? (হায়বদি কনামত্রনা ঙম্‌দে)। মরমদি, অঙকপা রূপ হায়ববু অশ্লিনি, (মহাপ্রী রূপ লোৎকে হাযদুনা, মজো স্নেংদুনা ঙ্গংঙাইগে হায়বগীদমক) নন্দনন্দন অদুমক্কা জয তৌগন্‌বা মপান্থোম মখিনা শবফম্ববা শ্রীবিষ্ণুমূর্ত্তি উৎলবদি মাঙান্দসু (শ্রীকৃষ্ণদসু) মখোযগী (গোপীশিংগী) পোক্লম্বা রাগদু হনজন্‌খি।

### নৈনচরোল

নৈনবিবা শ্লোকসি ললিতমাধব কৌরবা লাইরীক্লগীনী (৬/১৪)। মতুদা যাওবি—কবিগুম্বা কল্প অমদা মাথুরবিরহদা থাঙবা ঙমদ্রবুনা শ্রীরাধা যমুনাদা চোংথরম্মী; মতু উবদা বিশাখানচিংবা সখীশিংসু যমুনাদা চোংখে। সূর্যগী মচাম্নুপী যমুনানা মখোযবু পুদুনা সূর্য্যলোকদা চৎলগা সূর্য্যদেবদা শিন্নখি। মফমদুদসু শ্রীরাধাদু শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী মৈচাক থাঙবা ঙমখিদে। মতৌদু উবদা শ্রীরাধাবু থেমজনগে হায়দুনা সূর্য্যদেবগী তালোই ছায়াদেবীনা উপায অমা পুথোকখি। সূর্য্যমণ্ডলদা লৈবিবা নারায়ণদু স্বরূপকী হাযরুরগদি শ্রীকৃষ্ণগা কবিমতা খেন্নদে হাযদুনা সূর্য্যমণ্ডলগী নারায়ণবু শ্রীরাধাগী মুংশিবা মবুংঙোনী হায়না ছায়াদেবীনা খনখি। মরমদুনা সূর্য্য-মণ্ডলগী নারায়ণগা মিলন ওইবগদি শ্রীরাধাগী মপুক নেমথখিনী হায়না ছায়াদেবীনা খন্‌খি। মরমসিনা মহাক্না শ্রীরাধাদা হায়রম্মী—"রাধে, নহাক পাখৎলগন্নু। নঙগী থরাইগী মবুংঙোদু সূর্য্যমণ্ডলসিদা লৈ।" ছায়াদেবীগী রাসি তাবদা বিশাখানা মঙোন্দা হায়খিবা রাদু নৈনবিবা শ্লোকসিদা হায়রি।

### মূল ২৮১-২৮২

বসন্তকালে রাসলীলা করে গোবর্দ্ধনে।
অন্তর্দ্ধান কৈল সঙ্কেত করি রাধা সনে ॥ ২৮১ ॥
নিভৃতনিকুঞ্জে বসি দেখে রাধার বাট।
অন্বেষিতে আইলা তাহাঁ গোপিকার ঠাট ॥ ২৮২।

### শব্দার্থ

বসন্তকালে—বসন্তগী মতমদা, রাসলীলা—রাস জগোই, করে—তৌরি, গোবর্দ্ধনে—গোবর্দ্ধনগিরিগী মনাক্তা রাসোলি কৌবা মফমদা,

অন্তর্দ্ধান কৈল—মাঙথোকখি, সঙ্কেত—ইঙ্গিত, করি—তৌদুনা, রাধা সঙ্গে—রাধাগী মফমদা, নিভৃত—মী লৈতবা অচীকপা, নিকুঞ্জে—নিকুঞ্জদা, বসি ফম্লগা, দেখে—য়েংঙি, রাধার—রাধাগী, বাট—লম্বী, অন্বেষিতে—থিবা, আইলা—লাকখি, তাহাঁ—মফমদোমদা, গোপিকার ঠাট—গোপিকাশিংনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

বসন্তগী মতমদা গিরি গোবর্দ্ধনদা রাসলীলা শান্নখি। শ্রীকৃষ্ণ রাধাদা ইঙ্গিত তৌবম্লগা মাঙথোকখরে। অচীকপা নিকুঞ্জদা ফম্লগা রাধা লাকপগী লম্বী আযকৈ য়েংদুনা লৈখি (শ্রীকৃষ্ণ)। মতমঅদুদা গোপী পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণবু থিবকপা লাকখি।

**মল ২৮৩-২৮৪**

দূরে হৈতে কৃষ্ণে দেখি কহে গোপীগণ।
এই দেখ কুঞ্জের ভিতর ব্রজেন্দ্রনন্দন ॥ ২৮৩ ॥
গোপীগণ দেখি কৃষ্ণের হইল সাধ্বস।
লুকাইতে নারিলা ভয়ে হইলা বিবশ ॥ ২৮৪ ॥

**শব্দার্থ**

দূরে হৈতে—অরাপ্পদগী, কৃষ্ণে—কৃষ্ণবু, দেখি—উদুনা, কহে—হায, গোপীগণ—গোপীশিংনা, এই—অসি, দেখ—য়েংঙু, কুঞ্জের ভিতর—কুঞ্জগী মনুঙদা, ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌগী মচানুপা, গোপীগণ—গোপীশিংবু, দেখি—উবদা, কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী, হইল—ওইখি, সাধ্বস—কিবা, লুকাইতে—লোৎপা, নারিলা—ঙমখিদে, ভয়ে—কিবনা, হইলা—ওইখি, বিবশ—তৌফম থঙদবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অরাপ্পদগী শ্রীকৃষ্ণবু উরদুনা গোপীশিংনা হায়রম্মী—য়েংঙু নেসে, কুঞ্জগী মনুঙদা ব্রজনিংথৌ মপারি লৈরে। গোপীশিংবু উবদা কৃষ্ণসু পাখৎলম্মী। লোৎপা ঙমহৌদরে, অদুনা পাখৎথিবনা তৌফম থঙলমদরে।

মূল ২৮৫

চতুর্ভুজ-মূর্ত্তি ধরি আছেন বসিয়া।
কৃষ্ণ দেখি গোপী কহে নিকটে আসিয়া ॥ ২৮৫ ॥

শব্দার্থ

চতুর্ভুজ মূর্ত্তি—খুৎ-মরি-লোংবা মূর্ত্তি, ধরি—লৌদুনা, আছেন-লৈ, বসিয়া—ফমদুনা, কৃষ্ণ—কৃষ্ণবু, দেখি—উরগা, গোপী—গোপীনা কহে—হায, নিকটে—নাক্তা, আসিয়া—লাকুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা চতুর্ভুজ মূর্ত্তি লৌরগা ফমদুনা লৈ। কৃষ্ণবু উরদা নাক্তা লাক্লগা গোপীশিংনা হাযবকখি।

মূল ২৮৬-২৮৭

ইহো কৃষ্ণ নহে ইহো নারায়ণ মূর্ত্তি।
এত বলি তাঁরে সভে করে নতি-স্তুতি ॥ ২৮৬ ॥
নমো নারায়ণ দেব, করহ প্রসাদ।
কৃষ্ণ-সঙ্গ দেহ মোর খণ্ডাহ (ঘুচাহ) বিষাদ ॥ ২৮৭ ॥

শব্দার্থ

ইহো—মসিদি, কৃষ্ণ নহে—কৃষ্ণ নত্তে, ইহো—মসিদি, নারায়ণ মূর্ত্তি—নারায়ণ মূর্ত্তিনী, এত বলি—অসিথক হাযরগা, তাঁরে—মঙোন্দা, সভে—লোইনমক্না, করে—তৌখি, নতি—খুরুম্বা, স্তুতি—স্তব; নমো নারায়ণ দেব—নারায়ণ দেবদা খুরুমজে, করহ প্রসাদ—চান্‌বিয়ু, কৃষ্ণ-সঙ্গ—কৃষ্ণগা লোয়নবা, দেহ—পীনবিয়ু; মোর—ঐগী, খণ্ডাহ—ককথৎপীয়ু, ঘুচাহ—কোকৃহনবিয়ু, বিষাদ—অরাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(গোপীনা হায়খি)—"মসিদি কৃষ্ণ নত্তে। মসি নারায়ণ মূর্ত্তিনী।" অসুম্না হায়রগা মঙোন্দা (নারায়ণ মূর্ত্তিদা) মখোয় লোইনমক্না খুরুমদুনা স্তব তৌখি—হে নারায়ণ! হে দেব! নঙবু খুরুমজরি, ঐখোয়বু চান্‌বিয়ু। কৃষ্ণ-সঙ্গ পীবিয়ু, ঐখোয়গী অরাবা কোকৃহনবিয়ু।

## মূল ২৮৮

এত বলি নমস্করি গেলা গোপীগণ।
হেন কালে রাধা আসি দিলা দরশন ॥ ২৮৮ ।

### শব্দার্থ

এত - অসিখক, বলি—হায়বগা, নমস্করি—খুরুম্নগা, গেলা—চৎখি, গোপীগণ—গোপীশিং, হেন কালে—মতম অসিদা, রাধা—শ্রীরাধা, আসি লাক্তুনা, দিলা—পীরবে, দরশন—দর্শন (উবা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসি হায়দুনা গোপীশিংদো খুরুম্নগা চৎখরে। মতম অসিদা শ্রীরাধা লাক্তুনা শক উৎলবে।

## মূল ২৮৯-২৯১

রাধা দেখি কৃষ্ণ তাঁরে হাস্ত করিতে।
সেই চতুর্ভুজ-মূর্ত্তি চাহেন রাখিতে ॥ ২৮৯ ॥
লুকাইল দুই ভুজ রাধার অগ্রেতে।
বহু যত্ন কৈল কৃষ্ণ—নারিল রাখিতে ॥ ২৯০ ॥
রাধার বিশুদ্ধ ভাবের অচিন্ত্য প্রভাব।
যে কৃষ্ণের করাইল দ্বিভুজ স্বভাব ॥ ২৯১ ॥

### শব্দার্থ

রাধা—রাধাবু, দেখি—উবদা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, তাঁরে—মাবু, হাস্ত করিতে—নোকহনগে হায়দুনা, সেই—মদু, চতুর্ভুজ-মূর্ত্তি—খুৎমরি-লোঙবা মূর্ত্তিদু, চাহেন - পাম্মী, রাখিতে থম্বা, লুকাইল—লোৎখবে, দুই ভুজ—পাম্বোম অনী, রাধার—রাধাগী অম্রৈদৈ মাঙদা, বহুযত্ন—য়াম্না কম্না হোৎনবা, কৈল তৌবনী, নারিল—ঙমখিদ্রে, রাখিতে—থম্বা, রাধার—রাধাগী, বিশুদ্ধ—মত্তবা; ভাবের—ভাবকী, অচিন্ত্য—রাখন্না লাম্বা যংদবা, প্রভাব—মথাই, যে—অদুনা, কৃষ্ণেরে—কৃষ্ণবু, করাইল—ওইহনখি; দ্বিভুজ স্বভাব—পাম্বোম-অনী-লোঙবা মূর্ত্তি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাধাবু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু নোকহনগে হায়থুনা চতুর্ভুজ মূর্ত্তি অদুম ওইদুনা লৈগে নীঙথি। অদুবু খুৎ অনী লোৎখরে রাধাগী মমাঙদা। কৃষ্ণদো য়াম্না কন্না হোৎনবনী, অদুবু য়াথিদরে। মরমদি রাধাগী মক্তবা অরবকী রাথম্না ল্যাম্বকংবদা ময়াই (প্রভাব) অদুনা কৃষ্ণবু দ্বিভুজমূর্ত্তি ওইহনখি।

## মূল ২৯২

বাসারম্ভবিধৌ নিলীয বসতা কুঞ্জে মৃগাক্ষীগণৈ
দৃষ্টং গোপযিতুং স্বমুদ্ধবধিযা যা সুষ্ঠু সন্দর্শিতা।
রাধায়াঃ প্রণযস্য হন্ত মহিমা যস্য শ্রিযা রক্ষিতুং
সা শক্যা প্রভবিষ্ণুনাপি হরিণা নাসীচ্চতুর্ব্বাহুতা ॥ ২৯২ ॥

## শব্দার্থ

বাসারম্ভবিধৌ—রাস হৌববা মতমদা, নিলীয়—লোৎতুনা, বসতা—লৈবদ্বা, কুঞ্জে—কুঞ্জদা, মৃগাক্ষীগণৈ—শজীমিৎতা-তাবী গোপী-শিংনা, দৃষ্টং—উবা, গোপয়িতুং—লোৎকে হায়দুনা, স্বম মছাবু, উদ্ধবধিযা অথোইবা বুদ্ধিনা, যা—মদু ( পাম্বোম-মরি-লোঙবদু ), সুষ্ঠু—নিংথিনা, সন্দর্শিতা—উৎলবনী, রাধায়াঃ—শ্রীরাধাগী, প্রণযস্য—প্রেমগী, হন্ত—হা ওম্বোকপনী, মহিমা—মাহাত্ম্য, যস্য—মদুগী ( রাধা প্রেমগী ), শ্রিযা—ময়াইনা ( প্রভাবনা ), রক্ষিতুম—ঙাকপা, সা—মদু ( পাম্বোম মরি পানবদু ), শক্যা—ঙম্বা, প্রভবিষ্ণুনা—পূঙঙম ঙম্বা, অপি—সু, হরিণা—হরিনা, ন আসীৎ—লৈরমদে, চতুর্ব্বাহুতা—পাম্বোম-মরি ওইবদো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবর্দ্ধনগিরিগী ভম্পাক্তা রাসোলী কৌবা মফমদা বসন্তরাসগী মতাঙদা বৃন্দাদেবীনা পৌর্ণমাসীগী মফমদা হায়খিবা রাদু শ্লোকসিদা য়াওরি। শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী মতৌ য়েংগে হায়দুনা লোৎখিবা চতুর্ভুজরূপ অদু গোপীশিংগী মমাঙদা অদুম লৌবা ঙম্মবসু শ্রীরাধাগী মাঙদদি ঙমখিদে, মরমদি শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবদুগী ( প্রেমগী ) অঙকপা ময়াই ( প্রভাব ) লৈবননী।

## মৈনবোল

শ্লোকসি উজ্জ্বলনীলমণিগী নায়িকা-ভেদ-প্রকবণ-দা য়াওবনী ( ৬-)।

### মূল ২৯৩-২৯৫

সেই ব্রজেশ্বব ইহাঁ — জগন্নাথ পিতা।
সেই ব্রজেশ্ববী ইহাঁ—শচীদেবী মাতা ॥ ২৯৩ ॥
সেই নন্দসুত ইহাঁ—চৈতন্যগোসাঞি।
সেই বলদেব ইহাঁ—নিত্যানন্দ ভাই ॥ ২৯৪ ॥
বাৎসল্য দাস্য সখ্য—তিন ভাবময়।
সেই নিত্যানন্দ কৃষ্ণ-চৈতন্য-সহায ॥ ২৯৫ ।

### শব্দার্থ

সেই ব্রজেশ্বর—ব্রজনিংথৌ নন্দ অদুনা , ইহাঁ—অসিদা ( নবদ্বীপতা ), জগন্নাথ পিতা—মপাবুংঙা জগন্নাথ মিশ্র , সেই ব্রজেশ্ববী—ব্রজবাণী যশোদাদুনা ইহাঁ—অসিদা , শচীদেবী মাতা— মমাবেম্মা শচীদেবী , সেই নন্দসুত—নন্দগী মপাৰি কৃষ্ণদুনা , ইহাঁ—মফমসিদা , চৈতন্যগোসাঞি—শ্রীচৈতন্য প্রভু , সেই বলদেব বলদেব অদুনা ইহাঁ— মফমসিদা , নিত্যানন্দ ভাই— মযাম্বুঙ নিত্য নন্দ ' বাৎসল্য—মচা ওইনা নীঙবা , দাস্য—মনাই ওইনা নীঙবা , সখ্য—মমান্নবা ওইনা নীঙবা , তিন ভাবময়—ভাব অহুম্মা তিনবনী , সেই নিত্যানন্দ—নিত্যানন্দ অদু , কৃষ্ণ-চৈতন্য-সহায—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী সহায ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজনিংথৌ নন্দদুনা মফমসিদা মপাবুঙ জগন্নাথ মিশ্রনী। ব্রজবাণী যশোদাদু মফমসিদা মমাবেম্মা শচীদেবীনী। নন্দগী মপাবি শ্রীকৃষ্ণদুনা মফমসিদা শ্রীচৈতন্য প্রভুনী। বলদেব অদুনা মফমসিদা শ্রীমননিত্যানন্দনী। শ্রীনিত্যানন্দদি বাৎসল্য, দাস্য অমসুং সখ্য হাযবা ভাব অহুম্মা তিনবনী। নিত্যানন্দদু কৃষ্ণচৈতন্যগী সহায়নী।

### মূল ২৯৬

প্রেমভক্তি দিয়া তিঁহো ভাসাইল জগতে।
তাঁহাব চবিত্র লোক না পারে বুঝিতে ॥ ২৯৭ ॥

### শব্দার্থ

প্রেমভক্তি—কৃষ্ণবু হুংশিনা নীঙবা , দিযা—পীহুনা , তিঁহো—মহাক্না ( নিত্যানন্দনা ) , ভাস ইল—তাউহনখি , জগাতে—জগৎপু , তাঁহাব—মহাক্কী ( নিত্যানন্দগী ) , চবিত্র—মতৌদি , লোক—মীনা , না পাবে—ঙমদে , বুঝিতে—খঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দনা কৃষ্ণপ্রেমভক্তি পীহুনা জগৎপু তাউহনখি। মাগী মতৌদি মীনা খঙবা ঙমদে।

## মূল ২৯৭-২৯৮

অদ্বৈত—আচার্য্য গোসাঞি ভক্ত—অবতাব।

কৃষ্ণ অবতাবি কৈল ভক্তিব প্রচাব ॥ ২৯৭ ॥

সখ্য দাস্য দুই ভাব—সহজ তাঁহাব।

কভু প্রভু করেন তাঁরে গুরু—ব্যবহার ॥ ২৯৮ ॥

### শব্দার্থ

অদ্বৈত-আচার্য্য গোসাঞি—অদ্বৈতাচার্য্য প্রভু , ভক্ত-অবতাব—ভক্ত ওইবা অবতাবনী , কৃষ্ণ—কৃষ্ণবু , অবতাবি—অবতার তৌহল্লগা , কৈল—তৌখি , ভক্তিব—ভক্তিগী , প্রচাব—শন্দোকপা , সখ্য—সখাগী ভাব , দাস্য—মনাই ওইবগী ভাব , দুই ভাব—ভাব অনী , সহজ—পোকপদগী লোয়মিন্নরকপা , তাঁহাব—মহাক্কী , কভু—কবিগুম্বা মতমদা , প্রভু—মহাপ্রভুনা , করেন—তৌযি , তাঁবে—মহাকপু , গুরু-ব্যবহাব—গুরুদা তৌবা মতৌ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য গোসাঞিদি ভক্ত ওইনা অবতাব তৌবনী। শ্রীকৃষ্ণবু অবতার তৌহল্লগা ভক্তি প্রচাব তৌখিবনী। মাগী লোযনবকপা ভাবতি সখ্য-দাস্য কোবা ভাব অনীসিনী। করিগুম্বা মতমদা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু গুরু ওইনা ব্যবহার তৌযি।

মূল ২৯৯

শ্রীবাসাদি যত মহাপ্রভুর ভক্তগণ।
নিজনিজ ভাবে করেন চৈতন্যসেবন ॥ ২৯৯ ॥

শব্দার্থ

শ্রীবাসাদি—শ্রীবাসনচিংবা, যত—থিখিক অমু; মহাপ্রভুর - মহাপ্রভুগী, ভক্তগণ—ভক্তশিংনা, নিজনিজ ভাবে—মছা মছাগী ভাব-তা, করেন—তৌযি, চৈতন্যসেবন—শ্রীচৈতন্যগী সেবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাসনচিংবা লৈবক্না মহাপ্রভুগী ভক্তশিংনা মছা মছাগী ভাব-তা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী সেবা তৌযি।

মূল ৩০০

পণ্ডিতগোসাঞি-আদি যাঁর যেই রস।
সেই সেই রসে প্রভু হন তার বশ ॥ ৩০০ ॥

শব্দার্থ

পণ্ডিতগোসাঞি—শ্রীগদাধর পণ্ডিত আদি—নচিংবা, যাঁর—মহাক্কী, যেই—মহু, রস—ভাব, সেই সেই রসে—রস অমু অমুদা, প্রভু—প্রভুনা, হন—ওই, তার—মাগী, বশ—মখাপানবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগদাধর পণ্ডিতনচিংবা ভক্তশিংগী মছা মছাগী রসদদা প্রভুবু সেবা তৌযি অমুগা প্রভুস্মু রস অমু আস্বাদন তৌবগা ভক্তশিংগী মখাপোল্লী।

মূল ৩০১-৩০২

তেঁহো শ্যাম বংশীমুখ গোপবিলাসী।
ইহোঁ গৌর—কভু দ্বিজ—কভু ত সন্ন্যাসী ॥ ৩০১ ॥
অতএব আপনে প্রভু গোপীভাব ধরি।
ব্রজেন্দ্রনন্দনে কহে—প্রাণনাথ করি ॥ ৩০২ ॥

### শব্দার্থ

তেঁহো—মহাক ( কৃষ্ণ ), শ্যাম—কুচু মুই, বংশীমুখ—চীনবান্দা, বাঁশী থম্বনী, গোপবিলাসী—গোপ ( শজ্ঞেন্নহা ) ওইনা শান্নবা, ইহোঁ—মসিনা ( চৈতন্যনা ), গৌর—ঙৌম্বি, কভু—করিগুম্বদা, দ্বিজ—ব্রাহ্মণ, কভু ত—করিগুম্বদা, সন্ন্যাসী—লম্বোইবা, অতএব—মরমম্থনা, আপনে—মহামক্তা, প্রভু—প্রভু, গোপীভাব—গোপীগী ভাব, ধরি—লৌম্বনা, ব্রজেন্দ্রনন্দনে—ব্রজনিংথৌ-মপাবি শ্রীকৃষ্ণবু, কহে—হায়, প্রাণনাথ করি—থবাইগী মবুংঙো ওইহন্দুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না ( কৃষ্ণনা )-কুচুমুবা, বাঁশী-খোংবা, শজ্ঞেন্নহা ওইনা বিলাস তৌয়ি। মসিনা (চৈতন্যনা) বচু ঙৌবনি, করিগুম্বদা ব্রাহ্মণ ওই কবিগুম্বদা সন্ন্যাসী ওই। মবমসিনা প্রভু (কৃষ্ণ) মহামক্তা গোপীভাব লৌবগা ব্রজনিংথৌ-মপাবি কৃষ্ণবু প্রাণনাথ ( থবাইগী মপু ) হায়না কৌয়ি।

### মূল ৩০৩

সেই কৃষ্ণ সেই গোপী পরম বিরোধ।
অচিন্ত্য চরিত্র প্রভুর অতি সুদুর্ব্বোধ ॥ ৩০৩ ॥

### শব্দার্থ

সেই কৃষ্ণ—কৃষ্ণ অতুনা ( শ্রীরাধা প্রেমগী বিষয় হায়বদি শ্রীরাধাগী মুংশিকম ওইবা অতুনা ), সেই গোপী—গোপী অতু ( মাদন কৌবা প্রেমগী অমত্তা ভাযবা আশ্রয় হায়বদি শ্রীকৃষ্ণপ্রেমগী তুংফম অতু ), পরম—যৌনা ওইবৰা, বিরোধ—নাতৈ-হুত্তবা, অচিন্ত্যচরিত্র—রাখন্না লাম্বা ফংদবা চবিংনা মাগী ওইবা, প্রভুর প্রভুগী, অতি—য়াম্না হেন্দোক্না, সুদুর্ব্বোধ—ফজনা খঙংমদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( রাধাগী মাদন-কৌবা প্রেমগী বিষয়—মুংশিকম ওইবা ) কৃষ্ণতুনা ( প্রেমগী আশ্রয় তুংফম ওইবী ) গোপী অতু ওইবা—মসিদি যৌনা নাতৈ হুক্তবা জাৎনী। অতুবু খ্বাইগী রাখন্না লাম্বা ফংদবা চরিত্রনা প্রভুগী ওইবনী, মাগী মতৌসে খঙংমদবা ওইবদা কাহেন্না ফজবমথৈ ওইবনী।

## মূল ৩০৪

ইথে তর্ক করি কেহ না কর সংশয়।

কৃষ্ণের অচিন্ত্য-শক্তি এইমত হয় ॥ ৩০৪ ॥

### শব্দার্থ

ইথে—অসিদা, তর্ক করি—মরৈ য়েংতুনা, কেহ—কনামত্তা, না কর—তৌগন্নু, সংশয়—চিংনবা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, অচিন্ত্যশক্তি—রাখন্না লাম্ব-ফংদবা শক্তিদি, এইমত—মস্মুন্না, হয়—ওই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হীরম অসিদা তর্ক তৌতুনা কনামতনা চিংনবা তৌগন্নু। কৃষ্ণগী অচিন্ত্য-শক্তিদি ( মীওইবগী বাখন্না লাম্বা ফংদবা শক্তিদি ) মতৌ অস্মুম তৌবনী।

## মূল ৩০৫

অচিন্ত্য অদ্ভুত কৃষ্ণচৈতন্যবিহার।

চিত্র ভাব, চিত্র গুণ, চিত্র ব্যবহার ॥ ৩০৫ ॥

### শব্দার্থ

অচিন্ত্য—রাখন্না লাম্ব-ফংদবা, অদ্ভুত অঙকপা, কৃষ্ণচৈতন্যবিহার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী লীলা, চিত্র—অঙকপা; ভাব—ভাব, চিত্র গুণ—অঙকপা-গুণ, চিত্র ব্যবহার অঙকপা মতৌ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী লীলাদি রাখন্না লাম্বফংবদবনী অমস্তুং অঙকপনী। মাগী ভাব, মাগী গুণ, মাগী মতৌ—লোইনমক অঙকপনী।

## মূল ৩০৬

তর্কে ইহা নাহি মানে যেই দুরাচার।

কুম্ভীপাকে পচে তার নাহিক নিস্তার ॥ ৩০৬ ॥

### শব্দার্থ

তর্কে—মরৈ য়েংতুনা, ইহা রাসি, নাহি মানে—য়াগ্রে, যেই

হুবাচাব লমচৎ ফত্তবা মীচুনা , কুম্ভীপাকে—কুম্ভীপাক কৌবা নবক অত্তুদা , পচে—পৎতুনা পুমগনী , তাব্র - মহাকী , নাহিক - লৈতে , নিস্তার—অবান-খূভম ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লমচৎ-নাইদবা কনানা ৱাফগনি যেৎতুনা লৌদ্রবদি মহাক কুম্ভীপাক কৌবা নবক- কোমদা পৎ—পূমচুনা লৈগনী, মহেদগী কাখৎলোকপা খূকওম ওম্মোই ।

## মূল ৩০৭

অচিন্ত্যাঃ খলু যে ভাবা ন তাংস্তর্কেণ যোজযেৎ ।

প্রকৃতিভ্যঃ পবং যচ্চ তদচিন্ত্যস্য লক্ষণম ॥ ৩০৭ ॥

## শব্দার্থ

অচিন্ত্যাঃ - ৱাখল্লা লাম্ব-ঙমদবা , খলু—লেপ্পমক , যে—মদুশিং , ভাবাঃ—পোৎ , ন—নত্তে , তান—মখোযবু , তর্কেণ—তর্কনা , যোজযেৎ —চঙহনগদবা , প্রকৃতিভ্যঃ—প্রকৃতিগী ( প্রকৃতিগী মওং পূম্মকী ) , পবং —ৱাংমদা লৈবা , তৎ—মদু , অচিন্ত্যস্ত—ৱাখল্লা লাম্ব- ঙমদবদুগী , লক্ষণ —খুদম ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাখল্লা-লাম্বা-ফংদবা ভাব নত্রগা পোৎশিংদুবু তর্কনা হাপচনগদবা নত্তে ( হায়বদি মদু পূম্মকু তর্কগী বিষয় ওইহনবা চুমদে ) , প্রকৃতিগী শক- ওং পূম্মক্কী ব্যাংমদা লৈবা অদু ৱাখল্লা লাম্ব ঙমদবনী ( অচিন্ত্যনী ) ।

## নৈনরোল

শ্লোক অসি ভক্তিবসামৃতসিন্ধুগী দক্ষিণবিভাগ অত্তুদা য়াওবা স্থায়ি- ভাবলহবীদগী লৌথোরকপনী ( ৫১ ) ।

ঐখোয়দি প্রাকৃত জগৎকী মীনি , ঐখোয়না খঙ-উরিবদি প্রাকৃত বস্তুদনী । ঐখোযনা যুক্তিতর্ক তৌবা মতমদা প্রাকৃত জগৎকী ৱাদু পুশন্দুনা শীজন্নে । প্রাকৃত ওইবা পোৎকী মরম নৈনরকপদা প্রাকৃত জগৎতা

খঙঙ্-ত্যাকবা য়াম্ভু পুশন্দুনা শীজন্নগদবনী অদুগা পুশন্দবস্থ য়াদবনী। তৌইগুম্মস্থং প্রাকৃত-নত্তবা চিন্ময় জগৎকী ময়মদা নৈনরকপা মতমদদি প্রাকৃত জগৎকী য়াম্ভু চঙদে, মখুগী ময়মম্ভ লৈতবা নত্তে। প্রকৃতিগী নত্তবা, প্রকৃতিগী য়াংমদা লৈবা অদুদি অপ্রাকৃত ( প্রাকৃত-নত্তবা ) নী। অপ্রাকৃত ওইবা পোৎ পুম্নমক্তি চিন্ময়-নী ( চিৎ হায়বা পোৎতুনা শাবা ওাক্কী )। চিন্ময় ওইবা পোৎপু প্রাকৃত ওইবা মী ঐগোযনা থক উদে, উনস্থ ওইথোক্তে, মবমদি অপ্রাকৃত ওইবা পোৎতি প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংনা খঙবা ঙমদে। শাস্ত্রগী য়া নত্রগা আপ্তবাক্য ( ঈশ্বরনা ফোংদোল্লম্বা সত্য ) নহেনা অতৈ উপাযনা। চিন্ময় জগৎকী য়া ঐখোযনা কবিমতা খঙবা ঙমদে, অপ্রাকৃত জগৎতু ঐখোযগী ইন্দ্রিযশিংনা খঙবা ঙমদবনা ঐথোযদদি অচিন্ত্যনী ( বাখল্লা লান্থ-ঙমদবনী )। অচিন্ত্য ওইবা চিন্ময় জগৎকী বিষয় বিচার তৌবকপা মতমদা প্রাকৃত জগৎকী বা পুশন্দুনা নৈনববদি চপচাবা অওইবা সিদ্ধান্ত ( পোলপ ঘম ) যানা ঙমদে। অদুনা শাস্ত্রবাক্য নত্রগা আপ্তবাক্যদগী চিন্ময় জগৎকী মবমদা খঙবা বাফমশিংদু ( তথ্যশিংদু ) অওইবা সিদ্ধান্ত লেপ্পগী মতাঙদা পুশল্লক্কুনা শীজন্নবদি নাতৈচাদবা ওইবাই। অদুগা অতোপ্পা মওংগী তর্কদা শীজন্নবদি নাতৈ চাবোই।

## মূল ৩০৮

অদ্ভুত চৈতন্যলীলায় যাহার বিশ্বাস।
সেই জন যায় চৈতন্যের পদপাশ ॥ ৩০৮ ॥

### শব্দার্থ

অদ্ভুত—অঙকপা, চৈতন্যলীলায—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী লীলাদা, যাহার—মহাক্কী, বিশ্বাস—থাজবা, সেই জন—মী অদু, যায—চৎলী, চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী, পদপাশ—চরণাক্তা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী অঙকপা লীলাবু থাজবা মীদুদি শ্রীচৈতন্যগী চরণাক চৎলী।

## মূল ৩০৯

প্রসঙ্গে কহিল এই সিদ্ধান্তের সার।
ইহা যেই শুনে শুদ্ধভক্তি হয তার ॥ ৩০৯ ॥

### শব্দার্থ

প্রসঙ্গে—য়াগী মতাংদা, কহিল—হায়রকবনী, এই—মসি, সিদ্ধান্তর—য়ারেপকী, পোলেপ্ কমগী, সার—মচি, ইহা—মসিবু যেই- মী কনানা, শুনে—তাববা, শুদ্ধভক্তি মক্তবা ভক্তি, হয—শুইয়, তার—মহাকী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়াগী মতাঙ লাকপদা সিদ্ধান্তগী মচিসি হায়রকবনী। মসিবু মনাকোংনা তাববা মীতুগী মক্তবা ভক্তি পোকনীয়ে।

### নৈনরোল

সিদ্ধান্তগী সার হায়বদি মমাংগী পয়ার ৩০৮-দা য়ারেরিবা য়াকমসিনী।

### মূল ৩১০

লিখিত গ্রন্থের যদি করি অনুবাদ।
তবে সে গ্রন্থের অর্থ পাইযে আস্বাদ ॥ ৩১০ ॥

### শব্দার্থ

লিখিত ইরিবা, গ্রন্থের—লাইবিকী, যদি—ঋদি, করি—তৌযি, অনুবাদ শম্পাংনা হনজনবা, তবে অদু ৎইববদি সে গ্রন্থের—লাই-বিকুগী, অর্থ—অর্থ, পাইয়ে—ফংউী, আস্বাদ—মহাও।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইরিবা লাইবিকী য়াদু শম্পাংনা অমক হনজন্না হায়রবদি (অনুবাদ তৌববদি) লাইবিকুগী অর্থদু থগুবা ঙম্মী।

### নৈনরোল

শ্রী চৈতন্যচরিতামৃত হায়বা লাইরিকী লীলা খুদি মকী—আদি লীলাগী, মধ্যলীলাগী অমসুং অন্ত্যলীলাগী—বর্ণনা তৌরবা মতুংদা গ্রন্থকার কবিরাজ গোস্বামীনা অরোই-অরোইবা পরিচ্ছেদদা লীলাদুগী লীথবা বিষয়পুম্বসু সূত্রগী মওংদা অমুক হন্না ইদুনা পীরি।

## মূল ৩১১

দেখি গ্রন্থে ভাগবতে ব্যাসের আচার ।
কথা কহি অনুবাদ করে বারবার ॥ ৩১১ ॥

### শব্দার্থ

দেখি—উত্থুনা , গ্রন্থে—লাইবিক্তা , ভাগবতে—শ্রীভাগবতম্‌দা , ব্যাসের —ব্যাস মুনিগী , আচার— মাতৌ কথা— ৱারী , কহি—লীরি , অনুবাদ-করে— অনুবাদ তৌত্থুনা , বার বার—হন্না হন্না ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমদ্ভাগবতম্ গ্রন্থদা ব্যাসদেবগী মাতৌ উত্থুনা অনুবাদ হন্না হন্না তৌরগা ৱারী লীজরি ।

## মূল ৩১২

তাতে আদিলীলার কহি পরিচ্ছেদ গণন ।
প্রথম-পরিচ্ছেদে কৈল মঙ্গলাচরণ ॥ ৩১২ ॥

### শব্দার্থ

তাতে—মথুনা , আদিলীলার—আদিলীলাগী , কহি - তৌরি , পরিচ্ছেদ — তাংকক , গণন—শীঙ থাবা , প্রথম পরিচ্ছেদে—অহানবা পরিচ্ছেদদা , কৈল—ইরনী , মঙ্গলাচরণ—মঙ্গলাচরণ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমথুনা আদিলীলাগী পরিচ্ছেদশিংগী মশীঙ থীরি । অহানবা পরিচ্ছেদদা মঙ্গলাচরণ ইরনী ।

### [illegible]

তশেংবদি প্রাচীন গ্রন্থকারশিংগী অনুবাদ অসি আধুনিক যুগকী সূচী-পত্রগুম্বনী ( হীরম-লমাইগুম্বনী ), খেন্নবা হায়রবু অসিনী—প্রাচীনশিংগী অনুবাদ-না লাইরিককী মমৈদা হাপ্পী অদুগা আধুনিক সূচীপত্রনা লাইরিক হৌরগী মমাঙদা হাপ্পী ।

## মূল ৩১৩-৩১৪

দ্বিতীয় পরিচ্ছেদে চৈতন্যতত্ত্ব-নিরূপণ ।
স্বয়ং ভগবান্ যেই ব্রজেন্দ্রনন্দন ॥ ৩১৩ ॥
তেঁহো ত চৈতন্যকৃষ্ণ শচীব নন্দন ।
তৃতীয পবিচ্ছেদে জন্মেব সামান্য কারণ ॥ ৩১৪ ॥

### শব্দার্থ

দ্বিতীয—অনীশুবা , পবিচ্ছেদে—পরিচ্ছেদদা , চৈতন্যতত্ত্ব—শ্রীচৈতন্য কনানো হাযবহু , নিরূপণ—লেপ্পা , স্বয, ভগবান—চংচংবা ভগবান , যেই —মহু , ব্রজেন্দ্রনন্দন— ব্রজনিংথৌ মপারি , তেঁহো-ত—মহাক্তুনা , চৈতন্য কৃষ্ণ— শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য , শচীর নন্দন—শচীগী মপাবি , তৃতীয়—অহুমশুবা , পবিচ্ছেদে—পবিচ্ছেদদা , জন্মেব—পোকপগী , সামান্য—খ্বাইগী ওইবা , কাবণ—মবম ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনীশুবা পবিচ্ছেদদা চৈতন্যদেব কনানো হায়বা ৱাফমহু লেপ্পগী ৱা ইবি । স্বযং ভগবান ব্রজনিংথৌ মপাবি কৃষ্ণদুনা শচীদেবীগী মপারি শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য প্রভুনী । অহুমশুবা পবিচ্ছেদদা মহাপ্রভুনা অবতাব তৌবকপগী সামান্য কাবণ অহু নৈনবি ।

## মূল ৩১৫

তহি-মধ্যে প্রেমদান বিশেষ-কারণ ।
যুগধর্ম্ম-কৃষ্ণনাম প্রেম-প্রচারণ ॥ ৩১৫ ॥

### শব্দার্থ

তহি-মধ্যে— মহুগী মনুঙদা , প্রেমদান—কৃষ্ণপ্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) পীবিবা , বিশেষ—খোইদোকপা , কাবণ—মবম , যুগধর্ম্ম-কৃষ্ণনাম— ( কলি ) যুগগী ধর্ম্ম কৃষ্ণনাম , প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম , প্রচাব—শন্দোকপা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহুগী মনুঙদা কৃষ্ণপ্রেমদান তৌবনা বিশেষ কারণী অমুপা যুগধর্ম্ম কৃষ্ণনাম অমসুং কৃষ্ণপ্রেম প্রচারগী ৱা হিরি ।

মূল ৩১৬

চতুর্থে কহিল জন্মের মূল প্রয়োজন ।
স্বমাধুর্য্য-প্রেমানন্দরস আস্বাদন ॥ ৩১৬ ॥

শব্দার্থ

চতুর্থ—মরিশুবদা , কহিল—লীখ্রে ; জন্মেব—মহাপ্রভুনা পোক্লক-পগী , মূল প্রয়োজন মরু ওইবা মবম , স্বমাধুর্য্য—মছামক্কী মাধুর্য্য , প্রেমানন্দবস—কৃষ্ণ প্রেমগী মুংঙাইবা রস , আস্বাদন—মহাও তঙবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরিশুবা পবিচ্ছেদদা মহাপ্রভুনা অবতার তৌবকপগী মূল প্রযোজন ইরি । প্রযোজন অদুদি মছামক্কী মাধুর্য্য অদুগা প্রেমগী আনন্দ-বস আস্বাদন তৌবনী ।

মূল ৩১৭

পঞ্চমে শ্রীনিত্যানন্দ-তত্ত্ব-নিরূপণ ।
নিত্যানন্দ হৈলা রাম রোহিনীনন্দন ॥ ৩১৭ ॥

শব্দার্থ

পঞ্চমে—মঙাশুবদা , শ্রীনিত্যানন্দতত্ত্ব—শ্রীনিত্যানন্দ কনানো হাযবত্তু , নিরূপণ- লেপ্পা, মবোল , নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ , হৈল—ওই , বাম—বলবাম , রোহিনীনন্দন—রোহিণীদা বসুদেবনা পোকপা মচানুপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মঙাশুবা পবিচ্ছেদদা শ্রীনিত্যানন্দ কনানো হাযবত্তু ( তত্ত্ব ) লেপ্পগী রা ইবি । শ্রীনিত্যানন্দদি রোহিণীগী গর্ভদা বসুদেবগী ঔবসদা পোকপা বলরামনি ।

মূল ৩১৮

ষষ্ঠ পরিচ্ছেদে অদ্বৈততত্ত্বের বিচার ।
অদ্বৈত-আচার্য্য মহাবিষ্ণু-অবতার ॥ ৩১৮ ॥

### শব্দার্থ

ষষ্ঠ পবিচ্ছেদ—তকাকশুবা পবিচ্ছেদদা, অদ্বৈততত্ত্ব—অদ্বৈত বনানো হাযবগী (তত্ত্বগী), বিচাব বাবেপ, অদ্বৈত-আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতা-চর্যা, মহাবিষ্ণু-অবতাব—মহাবিষ্ণুগী অবতাব।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তকাকশুবা পবিচ্ছেদদা অদ্বৈততত্ত্ব নৈনবগী বা ইবি। শ্রীঅদ্বৈতাচার্যাদি মহাবিষ্ণুগী অবতাবনী।

মূল ৩১৯

সপ্তম পবিচ্ছেদ পঞ্চতত্ত্বেব আখ্যান।

পঞ্চতত্ত্ব মিলি যৈছে কৈল প্রেমদান॥ ৩১৯ ॥

### শব্দার্থ

সপ্তম—তাবৎশুবা পবিচ্ছেদ—পবিচ্ছেদদা, পঞ্চতত্ত্বের—তত্ত্ব মঙাগী, আখ্যান—বাবোল, পঞ্চতত্ত্ব—তত্ত্ব মঙানা মিলি—শিনবগা, যৈছে—অস্তুম্না, কৈল—তৌখি, প্রেমদান—কৃষ্ণব মু শিবা হেনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তাবৎশুবা পবিচ্ছেদদা তত্ত্ব-মঙাগী (চৈতন্য নিত্যানন্দ অদ্বৈত গদাধব অমসুং শ্রীবাসগী) বা য়াৎবি। তত্ত্ব-মঙা তিন্দুনা কৃষ্ণপ্রেম যেনখিবগী মতৌ ইবি।

মূল ৩২০

অষ্টম-চৈতন্য লীলাবর্ণন-কাবণ।

এক কৃষ্ণনামেব মহা মহিমা-কথন॥ ৩২০ ॥

### শব্দার্থ

অষ্টম—নিপানশুবদা, চৈতন্য লীলাবর্ণন-কাবণ—শ্রীচৈতন্যগী লীলা ইনগী মবম, এক- অমা, কৃষ্ণনামেব—কৃষ্ণনামগী, মহা- মহা অচৌবা, মহিমা কথন মতীক মথাইগী মবমদা হাযবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিপালশুবা পবিচ্ছেদদা শ্রীচৈতন্যগী লীলা ইবগী মবম থাওরি। অদুগা কৃষ্ণনাম অমুথঙ্গী শোনবগী মতীক-ময়াই কয়ামুক চাউবগে হায়বগী ন্না থাওরি। -

## মূল ৩২১

নবমোতে ভক্তি-কল্পবৃক্ষের বর্ণন।

শ্রীচৈতন্যমালী কৈল বৃক্ষ আরোপণ ॥ ৩২১ ॥

### শব্দার্থ

নবমেতে—মাপলশুবদা, ভক্তি-কল্পবৃক্ষের—ভক্তিগী মচুক-ওইবা কল্পবৃক্ষগী বর্ণন—বারী, শ্রীচৈতন্যমালী—শ্রীচৈতন্যনা মালা ওইদুনা কৈল—তৌখি, বৃক্ষ—উপাম্বী আরোপণ—থাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাপলশুবদা ভক্তি-কল্পবৃক্ষগী ন্নাবী য়েরি। শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা মালী ওইদুনা কল্পবৃক্ষসি থাবনী।

## মূল ৩২২

দশমোতে মূল স্কন্ধের শাখাদিগণন।

সর্ব্বশাখাগণের যৈছে ফলবিতরণ ॥ ৩২২ ॥

### শব্দার্থ

দশমেতে—তরাশুবদা, মল স্কন্ধের-( উপাম্বীগী ) মরু ওইবা উশা অশোবগী, শাখাদি—মাশানচিংবা, গণন—শীঙথাবা, সর্ব্বশাখা-গণের—শাখা পুম্নমক্কী, যৈছে-অসুম, ফল বিতরণ—উহৈ য়েনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরাশুবদা ভক্তি-পামেলগী মরু ওইবা স্কন্ধগী শাখানচিংবা শীঙথাদুনা উৎলি। অদুগা শাখাশিংদুনা উহৈ ( কৃষ্ণ-প্রেম ) য়েন্থিবগী বাস্সু ইবি।

## মূল ৩২৩

একাদশে নিত্যানন্দ-শাখা-বিবরণ।

দ্বাদশ অদ্বৈত স্কন্ধ-শাখার বর্ণন ॥ ৩২৩ ॥

### শব্দার্থ

একাদশে—তরামাথোইশুবদা, নিত্যানন্দ-শাখা-বিবরণ—শ্রীনিত্যানন্দগী শাখাশিংগী বাবোল দ্বাদশে—তবানিথোইশুবদা, অদ্বৈতস্কন্ধ-শাখার—শ্রীঅদ্বৈতনা স্কন্ধ ওইবগা মন্নগী শাখাশিংগী, বর্ণন—বাবোল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরামাথোইশুবদা শ্রীনিত্যানন্দ স্কন্ধগী শাখাশিংগী য়া ইবি। তবানিথোইশুবদা শ্রীঅদ্বৈত স্কন্ধগী শাখাশিংগী য়া ইবি।

### মূল ৩২৪

ত্রয়োদশে মহাপ্রভুর জন্মবিবরণ।
কৃষ্ণনাম সহ যৈছে প্রভুর জনম ॥ ৩২৪ ॥

### শব্দার্থ

ত্রয়োদশে—তরাহুমদোইশুবদা, মহাপ্রভুর—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী, জন্মবিবরণ—পোকপগী বা, কৃষ্ণনামসহ—কৃষ্ণনামগা লোয়ননা, যৈছে—অদুম্না, প্রভুর জনম—প্রভু পোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরাহুমদোইশুবদা মহাপ্রভু পোকপগী বা যাওবি। কৃষ্ণনামগা লোয়ননা প্রভুনা পোকখিবগী মওদা ইরি।

### মূল ৩২৫

চতুর্দ্দশে বাল্যলীলার কিছু বিবরণ।
পঞ্চদশে পৌগণ্ডলীলা—সংক্ষেপ কথন ॥ ৩২৫ ॥

### শব্দার্থ

চতুর্দ্দশ—তরামরিশুবদা, বাল্যলীলার—বাল্যলীলাগী, কিছু—খরা, বিবরণ—বাবোল; পঞ্চদশে—তরামঙাশুবদা; পৌগণ্ডলীলা-সংক্ষেপ—পৌগণ্ডলীলাগী শন্নগা য়া, কথন—হায়রবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তবামবিশুবদা বাল্যলীলাগী রা খরা য়াংবি। তবামঙাশুবদা পৌগণ্ড-লীলাগী রা খরা য়াওরি।

## মূল ৩২৬

ষোড়শ-পরিচ্ছেদে কৈশোরলীলার উদ্দেশ।

সপ্তদশে যৌবনলীলার কহিল বিশেষ ॥ ৩২৬ ॥

### শব্দার্থ

ষোড়শ পরিচ্ছেদে—তরাতরুকশুবা পরিচ্ছেদদা, কৈশোরলীলার—কৈশোরলীলাগী, উদ্দেশ—মরোল, সপ্তদশে—তরাতরেৎশুবদা, যৌবন-লীলার—যৌবনলীলাগী, কহিল—লীরি, বিশেষ—থোইদোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরাতরুকশুবা পরিচ্ছেদদা প্রভুগী লীলাগী রারোল অতুগা তরা-তরেৎশুবদনা যৌবনলীলাগী রা থোইদোকপা অমা ওইনা ইরি।

## মূল ৩২৭

এই সপ্তদশপ্রকার আদিলীলার প্রবন্ধ।

দ্বাদশ প্রবন্ধ তাতে গ্রন্থমুখবন্ধ ॥ ৩২৭ ॥

### শব্দার্থ

এই মসি, সপ্তদশপ্রকার—মও তরাতরেৎকী, আদিলীলার—আদিলীলাগী, প্রবন্ধ—মথং মনাও কাযদবা রারে (রচনা), দ্বাদশ প্রবন্ধ—(অহানবা) প্রবন্ধ তরানিথোই, তাতে—মতুদা, গ্রন্থমুখবন্ধ—লাইরীকী মুখবন্ধ (ভূমিকা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আদিলীলাগী পরিচ্ছেদ তরাতরেৎসিদা বিষয় তরাতরেৎ নৈনরি। মতুগী মনুঙদা অহানবা প্রবন্ধ তরানিথোইদি লাইরীকী ভূমিকানী (মুখ-বন্ধনী—মাহৌদোক্কী)।

মূল ৩২৮

পঞ্চ প্রবন্ধে পঞ্চ রসের চরিত।

সংক্ষেপে কহিল অতি না কৈল বিস্তৃত ॥ ৩২৮ ॥

শব্দার্থ

পঞ্চ—মঙা, প্রবন্ধে—প্রবন্ধদা, পঞ্চ রসের—রস মঙাগী চরিত—চরিত (মও-মতৌ), সংক্ষেপে—শম্না, কহিল—হায়রী, অতি—য়াম্না, না কৈল—তৌদে, বিস্তৃত—শন্দোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রবন্ধ মঙাদা রস মঙাগী মতং মতৌ শম্পংনা হায়রি, যাম্না শন্দোক্না হায়রদি নত্তে।

মূল ৩২৯

বৃন্দাবনদাস ইহা চৈতন্যমঙ্গলে।

বিস্তারি বর্ণিল নিত্যানন্দ-আজ্ঞাবলে ॥ ৩২৯ ॥

শব্দার্থ

বৃন্দাবনদাস—শ্রীবৃন্দাবন দাসনা, ইহা মসি চৈতন্যমঙ্গলে—শ্রীচৈতন্যভাগবত-তা, বিস্তারি—শন্দোক্না, বর্ণিল—হায়রে, নিত্যানন্দ-আজ্ঞাবলে—শ্রীনিত্যানন্দগী যাথংনা পাঙ্গল হাপ্তুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবন দাসনা বাবীস মাগী চৈতন্যমঙ্গল (শ্রীচৈতন্যভাগবত) কৌবা লাইরীক্তা শ্রীনিত্যানন্দগী মযাথংনা পাঙ্গল ওইহনা শন্দোক্না বর্ণনা তৌরম্নে।

মূল ৩৩০

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য লীলা অদ্ভুত অনন্ত।

ব্রহ্মা শিব শেষ যার নাহি পায় অন্ত ॥ ৩৩০ ॥

শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যলীলা—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী লীলা, অদ্ভুত—অঙকপনী,

অনন্ত—ওমথৈ-নাইদবনী , ব্রহ্মা—সৃষ্টিকর্ত্তা ব্রহ্মা , শিব—মহেশ্বর মহাদেব , শেষ—মকোক লীশীঙ-লোঙবা অনন্তদেব , যার—মহুগী , নাহি পায—ফংদে , অন্ত—ওমথৈ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী লীলাদি অঙকপনা থনবনী অদুগা ওমথৈ-নাইদবনী । মবমতুনা ব্রহ্মা, শিব অমদি অনন্তদেবনা লীলাসিগী ওমথৈ লাম্বা ফংদবনী ।

## মূল ৩৩১

যেই যেই-অংশ কহে-শুনে সেই ধন্য ।
অচিরে মিলিবে তা'রে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ।। ৩৩১ ।।

### শব্দার্থ

সেহ—কনাগুম্বা অমনা , যেই-অংশ—বাবীগী অংশ অমা , কহে—হায , শুনে—তাকাগুনা শায সেই—মহাক , ধন্য—মহৈ-যাল্লবনী , অচিরে—থীদবমখে মিলিবে—উনবগনী , তারে—মাবু , শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা চৈতন্যলীলাগী মখাও অমতং বর্ণনা তৌবা নত্রগা মনাকোগুনা তাবদি মহাক মতু মহৈ-যাল্লবনী ( ধন্যনী )। থুনমব মহাক শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যগী চরণ-চেনা ফংগনী ।

## মূল ৩৩২-৩৩৪

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অদ্বৈত নিত্যানন্দ
শ্রীবাস গদাধর-আদি ভক্তবৃন্দ ।। ৩৩২ ।।
যত যত ভক্তগণ বৈসে বৃন্দাবনে ।
নম্র হৈয়া শিরে ধরোঁ সভার চরণে ।। ৩৩৩ ।।

### শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য , অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য , নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ শ্রীবাস—শ্রীবাস , গদাধর—শ্রীগদাধর আদি—নচিনা ,

ভক্তবৃন্দ—ভক্তশিং, যত যত—কয়া কয়া, ভক্তগণ- ভক্তশিং, বৈসে—বাস তৌযি, বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা, নম্র হৈয়া—নো-কুতুনা, শিরে—কোক্না, ধরোঁ—শোকচবি, সভাব—লোইনমক্কী, চরণে—খোঙদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, শ্রীঅদ্বৈতাচার্যা, শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীবাস-শ্রীগদাধরনচিংবা ভক্তশিং, অমুগা বৃন্দাবন-দা লৈবা ভক্তশিং নোল্লুক্তনা মখোয় পুম্নমক্কী চরণ অদু ইকোক্তা হাপচবি।

## মুল ৩৩৪-৩৩৫

শ্রীস্বরূপ শ্রীরূপ শ্রীসনাতন।
শ্রীরঘুনাথদাস আর শ্রীজীবচরণ ৩৩৪ ॥
শিরে ধরি বন্দোঁ নিত্য করোঁ তাঁর আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ৩৩৫ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীস্বরূপ—শ্রীস্বরূপদামোদর, শ্রীরূপ—শ্রীরূপ, শ্রীসনাতন—শ্রীসনাতন, শ্রীরঘুনাথদাস—শ্রীরঘুনাথদাস, আর অদুগা, শ্রীজীবচরণ—শ্রীজীব গোস্বামী, শিরে—কোক্তা, ধরি—হাপ্তুনা, বন্দোঁ—খুরুমতে, নিত্য মতম পুম্বদা, করোঁ—তৌজে, তাঁর—মখোযদগী, আশ—অাশা, চৈতন্যচরিতামৃত—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত, কহে—হীজে, কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীস্বরূপদামোদর গোস্বামী, শ্রীরূপ গোস্বামী, শ্রীসনাতন গোস্বামী শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামী অদুগা শ্রীজীবগোস্বামী। মখোয পুম্বগী চরণ অদু মতম পুম্বদা ইকোক্তা হাপ্লগা খুরুমজ্জ অমসুং মখোযদগী আশা কয়া তৌজে। অদুগুম্বা কৃষ্ণদাসনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত হীজে।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে যৌবনলীলাসূত্র বর্ণনং নাম সপ্তদশপরিচ্ছেদঃ।



# শীতলজিৎকী লাইরিকশিং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, বোহিনী, লুংশিরাখৈবা।
রাবী-মচা—লৈকোম্নুংদা, লৈনুংশি।
শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইখৌলাংবা, শকুন্তলা,
শৈবাংবা ( ১বা শরুক )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ
২। শ্রীমদ্ভগবদগীতা ( মৈতৈলোন্দা )
৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈলোনগী অনুবাদকা কোনবা ) মমল লুপা ১০
৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শগোন-শৈখন
৫। Friends' English to Manipuri Dictionary
৬। Friends' Pocket Dictionary ( English to Manipuri )
৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহানবা— লুপা ১০
৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অনীশুবা— লুপা ১৮
৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহুমশুবা— লুপা ১৫
১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড মরিশুবা— লুপা ৩২
১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড মঙাশুবা— লুপা ২০
১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিত ( অনুবাদ ) খণ্ড তরুকশুবা— লুপা ২৮
১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতমৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড তরেৎশুবা— লুপা ২৫
১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ২
১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০